# মৈতৈগী লুহোংবা

# অমসুং

# লৌন-লৈনবগী

# রায়েল-রাখুন

# MEITEIGEE LUHONGBA AMASUNG LOUNA-LEINABAGI WAYEL-WAKHUN

*Written by :* B. Kulachandra Sharma
of Brahmapur Thangapat Mapal.
✆ - 228746

*Published by :* Pukhrambam (o) Matouleibi ( Debala ) for
TAMRA PUBLICATION, IMPHAL.
Sagolband Moirang Leirak, Machin.
✆ - 228734.




---

অহানবা কোঙবা : ১৯৯৮

কোপী মশীঙ : ১০০০

লাইরিকসিগী হক : তাম্রা পব্লিকেসন্সী অমসুং অইবা

নম্বম : পিঃ এসঃ প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, মচিন।

মমল : লুপা ৩৫/= ( কুন্থ্রামঙা )

# পব্লিকেসন্সদগী

খৃষ্টাব্দ ১৯৯২ দগী ইরমদমসিগী ঈয়েক অমস্তং ঈনাৎকী ওইবা লাইরিকশিং মক ওইনা পুৱারী ( ইতিহাস ) গা থাগোম্নবা লাইরিকশিং থংমিন, তামিনঃ উমিন্নবা ঙম্নবগী পান্দম্না মাঙওইনবগা লাইরিক ফোঙবগী থবক অসি পায়খৎচবনি। হিরমশিং অসিগা মরি লৈনবা লাইরিক কয়াসু পুথোক্লবা হোৎনজরি।

" মৈতৈগী ন্নুহোংবা অমস্তং লৌন-লৈনবগী ব্বারেল-ব্বাখুন " পব্লিকেসন্সসিগী ৯ শুবা লাইরিক অসিসু অহল-লমন, মরুপ-মপাং, মহৈরোইশিং মক ওইনা নাৎকী মরমদা থীজিন হুমজিন্নিংবশিংগীদমক ল লা-লংজিন ওইদুনা থরদং কাম্নবা ফংগদ্রা খঞ্জরুদুনা লাইরিকসিবু ইবিরিবা ইকাই খুম্নজরিবা ওজা ইবুংঙো " বিঃ কুল্লচন্দ্রা শর্ম্মা " দা কোঙদোক্লবা হায়জরুবদা হরাও-হরাও য়াবিরক্লুনা খুৎশিন্নবিরকপগী-দমকসু লাইরিকসিনা কান্নবা ফংলবা মীপুম খুদিংমক্তা ওজা ইবুংঙোগী লমন তোল্লগদবনি। লোয়ননা পব্লিকেসন্সসিগী মায়কৈদগীসু মতম চুম্নগী ওইনা তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা লমদমসিগী নাৎকী ওইবা লাইরিক কয়াম্ব পুথোকপীরকশিনী হায়বগী অচেৎপা থাজবসু থমজরী।

অরোইবা ওইনা লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অব্বা-ন্নুংঙাই কয়াদা শরুক য়ামিম্নরক্লবা পুন্নমকপুসু পব্লিকেসন্সসিগী মায়কৈদগী অমুক্তা হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা অশোয়-অঙাম কয়াসু মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবগীদমক তাকপীরকপা খুদিংমকপুসু থাগৎচরি।

পুখ্রম্বম (ও) মতৌলৈবী ( দেবলা )
থৌবুরেনবী
তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল।

তাং ৬। ৬। ৯৮ ইং।

# পব্লিকেসন্স'সিগী থোকখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। মীতৈ ময়েক তম্নবা অহ'নবা মপী লাইরিক
অইবী ঃ মাইবম চন্দু সেন্সা ( মতৌলৈবী ) —১৯৯২

২। চীংনুংসিগী ঈরাউখোল ( অনিশুবা খুংনম )
( মণিপুর সরকারনা লেপখিবা মীতৈ ময়েক ২৭ তা নশা ব্রাহ্মীমচাগী লাইরিক )
অইবা ঃ লুরাং'থাই অরাম্বম —১৯৯২

৩। ইমোইনু অহোঙবীগী লিখুন পোমিং ( অনিশুবা খুংনম )
পোমিং কাঙবা ঃ য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র

৪। চন্দ্রকিত্তি জিলা চঙবা ( অনিশুবা খুংনম )
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভাগেশ্বর —১৯৯৫

৫। নিংথৌ কাঙবলোন ( অনিশুবা খুংনম )
পুথোকচবা ঃ নোংথোনবমচা ৺অঙৌ লুরাং —১৯৯৪

৬। সনামহি লাইকন ( অনিশুবা খুংনম )
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভোগেশ্বর —১৯৯৬

৭। হৈক্রু হিদোংবা অমসুং মোইরাং লৈমা থাঙ্গপাং
অইবা ঃ বিঃ কুলচন্দ্রা শর্ম্মা —১৯৯৬

৮। মৈত্রব কৌ খুম্বোক-খুন্দারোল
অইবা ঃ বিঃ কুলচন্দ্রা শর্ম্মা —১৯৯৭

৯। মৈতৈগী লুহোংবা অমসুং লৌন-লৈনবগী কায়েল-থাখুন
অইবা ঃ বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা —১৯৯৮

লাইরিক ফংফম .
পিঃ এসঃ পব্লিকেসন, মণিপুর
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক ম'চন।
টেলি ঃ ২২৮৭৩৪

# মণিপুরী সমাজ অমসুং লুহোংবা

মৈতৈ লৈপাক, মৈতৈ খুন্নাই লুপানা য়ুম পানবা, য়ুমগী য়ুম্নরেল ওইবগী চৎনবা-সোনচৎ লৈবা লৈপাক্নি। লুপীনা য়ুম পুহনবা পাংখোক্লিবা থৌরম পুন্নবক লুপাগী মনিংদা তৌবা ডাক্কনি। থায়নবৈগী অমসুং মমাঙবৈগী মৈতৈ সমাজশিং অতুনা মৈতৈ লৈপাক লিংননবা অমসুং মৈতৈ খুন্নাই কন্ননবা হোৎনরকপদগী মৈতৈ জাতি, লান পান্বা জাতি অমা ওইরকই। হাৎনবা-শুনবা, কেৎন-চায়নবা অমসুং কাওন থিন্নবনা মরু ওইনা চৎনবা মহৈ-মশিং তম্বগী লম্বী ওইরকই। অতুগীসু মথক্তা, কাংলুপ-ফুরুপ মশেলশিংগী মরক্তা লান তৌনদুনা, লানলেম-লানপোৎ থোন্নবা অমসুং কাংবুগা কাংবুগা খুৎ ডাইহাক লৈতনা থোক্লদুনা কাংলুপকী ঈকাই খুন্নবা ডাক্লবা চাউমীশিং অমসুং ভেম্মীশিং ওইরকই। অমগা অমগা কন্নবা তান্নবা, অথোই-অহেন পান্নবা, মীথোই-মীহেন্নবা, লমকেৎ-লমহাইবা, মী খুাইগী মরক্তা মপা তাম্বা, লাম্বা লৈতবা মীশক শিংনা লৈপাক-খুন্নাইগী অডম-অথৌ ওইনবা হায়বসিনা অপিক-অচৌ সমাজ খুদিংমক্কী, লৈপাক-খুঙ্গং পুম্নমক্কী চৎনবা ওইনা লৈরক্লবা চৎলম রায়েল ওইবনা খুৎকন-পাঙ্গনবা হায়বসি চাওখৎলক্লিবা মৈত্রবাকী খুঙ্গং-খুন্নাই নত্রগা লৈপাক পানবা অমদাদ খুাইদগী হেন্না মরু ওইবা চডদবা য়াত্রবা খুন্নাইগী পোৎচড অমা ওইরম্মী। অতুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থায়নবৈগী অমসুং মমাঙবৈগী ইতিহাসকী তাংককশিংদা লৌন-লৈনবগী চৎনা— লোনচৎ অমসুং লুহোংবগী

চংলম-লুপতিন অসি খুংকন-পাঙ্গল্লবা অমসুং শাগৈ ভাইরী চাও-নবগী বায়েল ভাক্লা ওইরম্মী।

মৈতৈ খুন্নাইশিংগী লৌন লৈনবা নত্রগা লুহোংবগী হিরমসিদা ভল্লিতৈগী মতমদগী "পোইরৈ চংবা, বাংঙম মুবা" চিম্বাং য়েনা লৈরকখি। হায়রিবা লুহোংবগী বায়েল অসিবু খুাইদগী ইহান-হাননা য়াথং তৌরম্বা (First marriage Law giver) মীশক অসি ভানবা খমচিংকোন হায়হৈবনি হায়না মৈতৈ পুয়াশিংনা শক্ষা পীবিরম্মী। ভানবা খমচিংকোন হায়হৈবা হায়রিবা নুপা অসি, মৈতৈগী য়েক তরেৎ, শলাই মাপলগী মনু চবিবা ভানবা য়েক-শলাইগী পুকোকনি। মহাক্না পীরম্বা মহাক্কী মতমগী চন্নু-নিংঙোন থাঙ্গবা অমসুং মমৌ-মহুইবোল থিবগী যাথং মরাংযেন্দি :—

............ কাওরেন সননা তাম। মললা
মশিং বাংপদি।। তাল্লোই তুন্নুংশি। থংলেন
বান্নুংশিবু ওইগুনো।। কাওরেন সননা তামদবা।।
মললা মশিং বাত্তবদি।। তাল্লাই
তুন্নুংশি।। থংলেন বান্নুংশিবু ওইনা— ও।[১]

হায়বসিখক্তনি। মসিদি ইচম চম্না, মরল লৈতনদা লৈরু-ও লুগম্নু, মরল লৈতবী লৈন-লৌনরুগমনু; মরল লৈবদা ওউ, মরল লৈবী লুহোং-লৌনৌ হায়বখক্তনি। মরম অসিনা মৈতৈগী য়াম্না ভল্লিতৈ মতমগী লৌন-লৈনবা নত্রগা লুহোং-খোঙদোংবগী বায়েল-কাংলোন অমসুং চংন-বাখল মতীক চানা ফংলে হায়বা ভরজাদে। অদুগা অতৈ পুয়াশিংদা[২] পীরম্মিবা মৈতৈগী নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী বারোল অমসুং বারীশিংসিনা লাই-তীনগী অমসুং লাইওই-তীনওইবশিং ওইনা তৌবা নত্রগা অথেংবা ইতিহাসকী তাংকক্কী মতমগী মচাক-শিং য়ানশিনখিবা মরমনা— মসিনা অচুম্বনি হায়না খল্লোকপা য়াম্না লুই। মৈতৈশিংনা মপা-মপুশিংবু লাই ওইনা লাংনবা, অমদি

লাই ওইহনবা অমসুং চরাং, করাং, মরাং অমসুং ঈরাং হায়না চংনবা৩ লাইনীং লোনচংকী থাক্তা মথৌ-মচম তৌবা লাইগী থাক্তা পুশিনখিবনা অরিবা মতমগী মীওইশিংসিগী মশক খঙবা নত্রগা পুথোকপা য়াদ্রা রানা খোক্লি। অমরোমদা অমুক, অইবশিংগী খোজ্জেলদগী শিন্নরকপশিং য়েংলুরবস্তু, অমনা অমা চায়বস্মী, অমনা অমুক অমাতোপশিল্পমী— মপা-মপুত্র চাওহল্লবা, লাইগী থাক্তা পুখংনবা লাকুবদা— কনবুনা লিন ওইহল্লি, কনানা লাইরেল ভাউরোইনাই ওইহল্লি; কনা অমবুনা নুমিত্তগী কুমহল্লকই, কনা অমবুনা থাগী মচীদা লোৎহল্লি;— অমুক কনা অমবুনা চহি ৩০০/৪০০ পুন্সিহন্দুনা মুগী ১০ মথং মথং পানহল্লি; কনাগুম্বী অমবুনা মুপা ৩/৪ লেলহল্লি, কনাগুম্বী অমনা মমিং তোংডান তোংডান ওস্তোক্লুনা মুপা মথং মথং লুহোংহল্লি। অদুগা মীশকশিং অদুনা করম্না লুহোংবা, করি করি পোৎচঙ শীজিন্নখিবা, করম করম্না থৌরম পরেং চংখিবা অমসুং মখোয়না লৌন-লৈনবগী রায়েল ভাক্তা চংখিবরা হায়বদুদি খনবা ফাওবা খনবীরমদবগুম তৌই। অদুগা মখোয়শিংতুদগী করম্না লৌন-লৈনবগী পান্দম, পান্দমদু করম্না ভাকপা অমসুং করম্না মখলগী লুহোংবদা চঙলিবা অসিনচিংবা মীওইশিং অদুনা তৌখিবশিংদুনা ইতিহাসকী খোংজেলদা চঙলিবশিং অদুবু কুঞ্জাবারী, চাকডাইরবরী ওনহনখি। অদুগা মীরাইলেম মীতোপকী কুঞ্জাবারীবুদি সাহিত্যগী লমায়শিংদা মফম চাওনা কলহল্লি।

মৈতৈ লৈপাক অমসুং মৈতৈ খুন্নাইদা থায়নদগী চংনরকপা লৌন-লৈনবা নত্রগা লুহোংবা অসি— মণ্ডং-মতৌ, রায়েল-কাংলোন অমসুং হাথুন-কাংথুন খর খর থৈনবা অমসুং মান্নদবা, হাপতোক-হাপচিন তৌবগী মতুং-ইন্না চাওরাক্তা মথাগী অসুম্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি :—

(১) মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম লৌত্তিদ্রৈগী লুহোঙবা,

(২) মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম চংলবা মতুংগী লুহোংবা,

মথল অনিসিনি। মখোয় অনিসিগী মওং-মতৌ অমসুং মথলশিং মথাগী পন্দুপশিংদা মথং মথং লৌখৎচরি।

— রিফরেন্সশিং —

১ —শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : মথক্কী লাইরিক : লাঃ ৭ (৮ ১০)।

২ —পাম্হৌইবী খোঙ্গুল, নোংবান পোম্বী লুবাউবা, চোংথে থাংবাই পাথংবা, পাথংবা লাইছুই, ফৌওইবী নোঙ্গারোল অসিনাচিংবা।

৩ —শ্রীখুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ : পোইবৈতে ন খুম্বকপা (ইম্ফাল ১৯৬১) : লাঃ ১— ফুটনোট—

চরাং— কৌবদি মীনা লাৎপা,

কারাং — শন, শন্দং, ইরোইচিংবনা লাৎপা,

মাবাং - ভানু, খুগু, য়েন্না লাৎপা,

অসিনি। অদুগ ঈরাংনা ঈশিং অমসুং হৈ-লৈনা লাৎপনি।

# মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম লৌদিঙৈগী লুহোঙবা

## (লুহোংবা)

মৈতৈ লৈপাক মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম চংপা মীওইদি হায়না থাজবা য়াবা মী থরনা খৃষ্ট কুমশীং চা ১৫ শুবগী অতুরাইদা চংলকপগী খুদম থবা ফংলবস্তু[1] লৈপাক অসিগী মীশিংনা চইনীং লোনচং অসিবু ধর্ম অমা ওইনা লৈপাকসিদা শকথঙ-মায়থঙখিবসিদি খৃষ্টগী ১৮ শুবা চহি চদনি। মৈতৈনা হিন্দুধর্ম্ম লৌইদগী ইহৌন হান্না লৌখিবসি শকাব্দ ১৬২৬ (খৃঃ ১৭০৪). শংজবু থাংগী ৫ নি পানবা য়ুবশকৈশ মুমিহুনি।[2] লৌখিবা শিংথৌনা চুরই চরাইরংবা (খৃঃ ১৬৯৭ ১৭০৯) নি, অমসুং লৌখিবা ধর্ম্ম সম্প্রদায়না হিন্দু সংখ্যা/সাক্ষ/শক্তা সম্প্রদায়নি[3]। অদুনা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদিদৈগী লুহোংবা অসিগী শক্তম অমসুং মওং-মতৌ লৈনবা অসি, ঐখোয়না থেংনরিবা মচৌই মচাই অৱরবা মচাকশিংদগী খেংমজিনবনিনা য়াম্না অৱাবগী মশক ওইরবা থোরাং অমনি। অদুগা খঙগদবা অমনা মৈতৈগী হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী লুহোংবা অসি মখোয়গী হিন্দু ধর্ম্ম লৌদিদৈগী লুহোঙবগী লেমহৌথাংদ শৌবকনু বামোনশিংনা তোপশিনবা হিন্দু বিবাহগী অগ্নিদবগী মতৌ ৭ তা শংঘা থমদুনা পন্দক লৈ কোয়-বসিদা মৈতৈগী অখড-অতৈ শাবশিংনা লুগী রাখাল্লান বয়া শাগত্তুনা হাপচিনবনি, হায়বসিনি। অফংবা মচাকশিংগী মতুং ইন্না খৃষ্টগী ১৮ শুবা চহিচাগী মমাঙ (হায়বদি খৃঃ ১৭৯০ গী মমাঙ) গী লৌন-লৈনবগী মওং-মতৌ য়েংদুনা মখাগী অসিগুম্বা মখল থায়দোকপা য়াই। মদুদি:—

১) মশা মশা য়ানদুনা লুহোঙবা.

২) লানফা ওইনা পুবরগা লৌব',

৩) হায়ন-শীংনরগা লুহোঙবা,

৪) নমদুনা লৌবা, অমসুং

৫) মুন্দুনা লৌবা

হায়বশিংসিনি। অদুগা হবচাং কয়াংকী মথৌ তৌবা ওম্নবী লুপী অমা লৌবদা থোইদোক্লা চহি মতাং অমসুং মীখা থাক্ল-রবী ওইবগী রাফম থায়নবৈ অমসুং মমাংঙৈগী মতমদা লৈরম হবগুম তৌই। অদুবু মীশীং খর য়ামখৎলরবা মতমদদি পামদবা লৌনিংদবা লুপীবু শৈথাবদা অসুম্না শীজিন্নরম্মী, মদুদি :—

………শাবন লৈরি মীহেকখাক,

লৌহোন চাইচি মীরৌমন,

হাকুম তাওজিং মীচিকখাক

মাই, পামজদে কদোনকো।[৩]

১) মশা যাংনদুনা লুহোঙবা

মপুঙ-মরৈ ফারক্লবা মীওই অমনা পুন্সিগী লম্বী চৎমিন্নবা ম-পা অমা খিরকপা হায়বসিনা তাইবংপানবসিদা থোরকপা খুঙাইদগী ইহান হানবা লুহোঙবগী (লুহোংবগী) নত্রগা য়ুম পানবগী খোঙ-থাংনি। খোঙথাং অসিদা হবচাং তোংঙান্নব', হবচাংগী কায়াৎ খর খেন্নবা মীওই অমবু উক্লরগা নত্রগা মরা-মপাউ তাক্লরগা পুক্লীংদা হায়ঙমদবা ঈখিন তমা ফাওরক্লনা মহাক অদুতগা লোয়নদুনা লৈমিন্ননিংঙকই অমসুং মাগা হবচাং কয়াৎ মান্নবশিংগা মীশক অদুগা লোয়নবা নত্রগা ভান-শক্লবা উক্লরগা থম্মোইদা কল্লক-মিহৌবা পোক্লকই। অসিগুম্বা মতৌশিংসিদগী মাগী মনী অনিংবা অপাম্বদু ফোংদোক্লদুনা— রাখল মান্নব', মিংয়েং তিন্নবা অমসুং পুক্লীং চুনবা খন্নদুনা মপা মপা শেন্নে। অসুম্না মপা অনি

অতু পুন্না লৈমিন চামিন্নৈ। মখোয় অনিগী মরক্তা অরোৎপা অথুপ্পা, অমসুং অরোনবা-অযেংবা থম্লরক্লে, ঈকাই-হুঙ্গে ইবা লৈনরক্লে! হকচাং কযাং মান্নদবা মীওই অনিতুগী মরক্তা, মখোয় অমমমবু হেক পোকপীরকপা মমা-মপা, পোকমিন্নবা মচিন-মনাও অমসুং লুনা-চান্না তিন্নবা মরুপ-মপাং ফাওবনা খুডবা য়াদবা, উহনবা য়াদবা অমসুং তাহনবা য়াদ্রবা মখোয় অনিগীতা ওইরবা অরোনবা রাফম কয়া লোক্তুনা থন্নৈ। অসিগুম্বা পুন্সিগী খোঙ্থাং অসিদা মীওইবগী হকচাং কয়াং মান্নদবা মীশক অনিথক চঙশিন-নিন্নতুনা পুন্সিগী হিংনবা লানফমগী অরা-মুংডাই শরুক য়ামিন্ননবা অমসুং অমগা অমগা মথা পোন্নতুনা অমনা অমগী মতেং পীননবগী য়ানবা পুরকপা অতুবু মশা-মশা য়ানতুনা লুহোঙবা নত্রগা লৌন-লৈনবা অমসুং থর থেংথরক্লগা চেন্নগা হেংবা লুহোংবা হায়না খাংনৈ। অদুম্না তাইবংপানবা মপুগী চাদা-নাউদা শমথবা হায়বা শীন্থা পন্নিং অসিগী মথাদা মশা মশাগী রাখন লেপচবা হুম্নবা, অফ-ফত্ত, অচোপ-অরেম অমসুং য়ুন্নান-কৈথানংগী রায়েং-কাংলোন খুডলবা পাথং অমগা লৈশাবী অমগা মখোয় অনীতা শকখঙ-নায়খঙনতুনা, য়ানজতুনা, য়ানজবা পুরন্নগা য়ুম্নানবগী পুন্সিগা খোঙদামিন্নথিবা অদুবু— মুংশি পুক্নীং য়ুমচিন্নবা নত্রগা মুংশিনবা হায়না খুডনবনা— "মুংশি লৈপুন ওইবা লুহোঙবা" হায়না খুডনবস্ত উই। শেল্লোই লংম ই য়ুমলেনবম চন্নু পিতাঙডা লীক্লু লোথিবীগা মৈদিংগু নাউথিংখোং (চাও : খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) গা অনিনা লৌন-লৈনথিবা মথল অসিগী লুহোংবনি।৫

মথল অসিগী লুহোংবসি অমুক মথেল মরিরোম লৈ, মখোয়-শিংতুদি— (১) লৈপাক্লা য়াবা (২) লৈপাক্লা য়াদবা (৩) অহল লমন্না য়াবা অমসুং (৪) অহল লমন্না য়াদবা অসিনি। মথেলশিং অসিগী মন্নুংদা অহানবা অমসুং অহুমগুবা মথেলগী লুহোংবশিং-সিদি— হায়ন-শীংনরগা লুহোঙবা হায়বা খাইদগী হেন্না রাংবা

থাক্কী লুহোংবা মথল অদুদা তারকই। অদুনা মথেল অসিদা লৈপাক্কী চংনবী সুহোংবগী ৱায়েল—মললা মশীং গুবা অমসুং কাংলুপ-ফুরুপকী অমদি য়েক-শাগৈগী চনু/নিংভোল লৌবগী "মংকং" অমসুং "কাংকং" শীনগী মথৌ তারকই। খুদম ওইনা, সুংবান পোম্বী লুৱাউবা (লুৱাং খুনথিবা) অমসুং কৌবরোল নামোইগু [মৈদিংগু তাউথিংমাং (চাওঃ খৃঃ ২৬৪-৩৬৪) গী মচন সুপী লৈমা লাইরোকলেম্বী অমসুং কৌবা অভাওসিগী মচানুপী হায়][৬] অনিগা লুহোংবসি[৭] মথেল অসিগীনি। অদুগী অমুক মথেল মরিসিদগী থোক্লকপা লৈপাক্কী য়াবা অহল লম্মদি য়াদবা মথেলগী সুহোংব- দদি সুপাময়ুমনা তমগদবা চনু-নিংভোলগী মমল অমসুং মংকং- কাংকংকী পোৎচওশিংসি লৈতবগুম তৌই। অদুদসু নরুন সুপী ময়ুম্মা তমগদবা অওং অউন পোৎনা পোক্মসু চঙদ। খুদম ওইনা, ঈৱাংলোন লৈমা য়োঙ্গিরন তোমপোকপী (মোইরাং নিংথৌ লাইজিংথু তেলহৈবগী মচানুপী) গা মৈদিংগু নিংথৌ য়োঙ্গিরেল তোমপোকপ (থংবী লানথাবা, চাওঃ খৃঃ ১৩০২-২৪) গা লৌন-শৈনখিবা অসিনি। মসিদা ইন্থোকপা অমসুং লৌখৎপা হায়বা থৌরম অনিসি মমৈথদা কোননা পানশিন্দুনা চনু-নিংভোল অদুবু মপামগী কাংবুগা তিন্নহল্লি। অদুগা লৈপাক্কদি য়াদবা অহল-লম্মদি য়াবা হায়বা মথেল অদুদদি সুপী অদুগী শাগৈ-নাইত অমসুং সুপা অদুগী শাগৈ-নাইত অমতনা লুহোংলিবা লুহোংলিবী অনিদুগা যোংনা তিন্ন-তেংনবা ভৌনদে। লোন্না চঙন-খাৎনবদি মতৌনৈ। লৈপাক্কী মিৎয়েং য়োদবা মকমদি মরী-মতাশিং অদুগী সুংশিবদুদি লেঙদনা লৈ অমসুং থৈ। খুদম ওইনা, কোরৌ লৈমা নাহুইসু (কোম্থৌরম লাইরেম্বী)[১০] অমসুং অৱাং পাখং য়োঙ্গিরেনবা (সরারেল) অনিগী লৌন-শৈনবা মথেল অসিগী লুহোংবনি। অদুগা লৈপাক্কসু য়দবা, অহল লম্মনসু য়াদবা হায়বা মথেল অসিদি থুম্ন'ইদগী তোঙান তাবা কৈ, লোই ওইবা

নত্রগা লৈপাক অমসুং খুন্নাই থাদোকপা তাই। মসিগী খুদম হায়বরু লুরাং চনু খোংজোমনুবী মতা তরুকা হাওকু পাখং তরুকা লৌন-লৈনবা অমসুং মরামচনু ইঙাল্লেগা মৈদিংঙু পাইখোম্ব (খৃঃ ১৬৬৬-৯৭) গা লৌন-লৈনখিবা[১২] অনিসিনি।

## (২) লানফা ওইনা পুরক্লগা লৌবা

মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা নিংথৌশিং, অঙম-অথৌশিং, অমসুং অকন-অথৌশিংনা মখোয়গী লৈপাক্কী ঙমখৈ শন্দোক্লবা য়ুমথংনবা লৈপাক খুন্নাইশিংদা লান্দাবা অমসুং য়ুমলোন্নবা লৈপাক/ খুঙ্গংশিংবু নমথবা অমদি লৌশিনবা হায়বসি লৈপাক পানবা খুন্নাই অমগী চৎনবী মনাং ওইদুনা লাক্লবনি। মনাং অসি মৈতৈ লৈপাক্কীসু শরুক থুংদুনা চৎনরক্লবনি। অদুগা লান্দাকুরিবা মখোয় অদুনা মখোয়না লান্দাকুবা মতমদা লৌশিল্লবা নত্রগা নমথরবা লমশিং অদুগী মমুংদা লৈরম্বা য়ুমশিং তুম্না মৈ থাবা অমসুং মক্ষমদুগী মপোৎ-মচৈশিং খোম্নকপা নত্রগা লোক্লকপা হায়বা অসি নোংপোক্লোমদা শন্দোক্লিবা হিমালয় চীঙশাংগী লমদমশিংসিদা পাল্লিবা লৈপাকশিং অমসুং ফুরুপ-কাংলুপশিং অসিগী য়াম্না হৈনরবা থৌদোকনি। মৈতৈশিংসু মখোয়-শিংদুগী মরক্তা অমনি, অদুনা মনাংসি মখোয়সু লন খোম্ননবগী পাম্বৈ ওইনা ফাওবা লৌনৈ। অদুগা করিগুম্বদা মখোয়না লান্দাকুবদগী হল্লকপদা মায়থিরবা লম অদুগী মচাক-মরল খোমদুনা পুরকপদা নত্তনা লম অদুগী চনু-নিংঙোলশিংবু লান ংম্লকপগী লানঙম-খুদম ওইনা ফাদুনা পুররক্লম্মী। অদুগা লান ঙম্মিবা মীশক অদুনা পাম্নবদি ফাদুনা পুরক্লিবী লানফা চনু-নিংঙোল অদুবু মাগী মুপী ওইনা লৌরম্মী। খুদম ওইনা, মৈতৈ নিংথৌমচাশিং য়োঙ্গচিঙলেন তমহৈবা য়োঙ্গমোংবা (মোংবহনবা) অমসুং য়োঙ্গহৈতোন তাউথিংমাং (মতুংদা চাওঃ খৃঃ ২৬৪ তগী ৩৬৪ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি) অনিনা মৈতৈ তম্পাক্কী তু-খোং তেংবদগী হাওথা-লোকথা (হৌজিক্কী শুগ্নুগী অকোম্বগী লম্নদমদা খুন্দারম্বা মী ফুরুপ) দা লান্দাকুবদগী লানফা ওইনা ফারবগী হাওমুখ

অমসুং হাওমুহন অমদি লোইতোংখু অমসুং লোইতোংহনবু মখোয়গী তাল্লোয় মরুপ্পী ওইনা লৌখি।[১৩] মথল অসিগী লুহোংবা অসি মখেল অহুম শুই। মখোয়হুদি — (১) মুপীহুনা মশানা য়ানা লৌবা (২) মুপীহুনা মশানা য়াদনা নমজা-নমথেক্লহুনা লৌবা অমসুং (৩) মুপীহুনা মশানা য়ারমদবহু থেমহুনা য়াহল্লগা লৌবা— অসিনি। মুপীহুনা মশানা য়ানা লৌবগী খুদমদি— খোকচোম চম্নু থম্বাম্বু মৈদিংগু মোইরাম্বা (চাও: খৃ: ১২৭৮-১৩০২) না তাল্লোয় শীংদা চনখিবা[১৪] অসিনি। মুপীহুনা মশানা য়াদনা নমজা-নমথেক্লহুনা লৌবগী খুদম্না খয়োইরোন থারৈমবু মৈদিংগু চালাম্বা (খৃ: ১৫৪৫-৬২) না লৌখিবা[১৫] অসিনি। অদুগা হিন্দুধর্ম্মনা মৈতৈ লৈপাক্কী ধর্ম্মদি ওইরবা মখোয়গী লুহোংবগী মনাক্তি চংনব্রিতৈগী মতমদা মৈদিংগু পামহৈবা (গরিবনিয়াজ, ময়াম্বা, মেখলেশ্বর, বৈষ্ণব থোংনাং, ময়াং গুম্বা, শমজোক গুম্বা, তখেলগুম্বা, গোপালসিংহ, খৃ: ১৭০৯-৪৮) না ঈবাংলোন থম্বাল (য়ায়েনবমচম্নু গোমতী মহারাণী) বু তাল্লোয় তুরক চনখিবসি মুপীহুনা মশানা য়াদবদগী থেমহুনা য়াহল্লগা লৌবনি।

হায়রিবা মথেলসিদা থেম-নৌবহুদা অহুম্বক মপুক্তি অমসুং থবাই-হকচাং কখোকখিবস্থ য়াওরম্মোই হায়মীংগাই লৈতে। অদুগা থেম-নৌবহুদা মশানা য়ানিংদবহু থম্মোইদা চেংনা কিশি কিহুনা থমখিবা অমসুং মতাং চাররুব। মতমদা মহুনা মৈরা ওইনা চাকখংলকখিবস্থ য়াওই। মসিগী খুদমদি ঈবাংলোন থম্বাল অসিনি।

(৩) হায়ন-শীংনরগা মুংহাঙবা

মথল অসিগী লুহোংবা অসি মৈতৈ খুন্নাই অমসুং অতৈ সমাজশিংদা খাইদগী হেন্না য়াংবা থাক্কী লুহোংবগী মথন্নি হায়না লৌনৈ অমদি য়ানৈ। অদুগা সমাজ অদুগী মমুংদা লৈরিবা মীওইশিং অদুনা চাওখংপা অমসুং সভ্যতাগী মঙাল ফংলরুহুনা লৈপাকমচা তাবা খুনবানলৈপান অমা ওইররুবা, সমাজনিতিদা মশাগী শিন্থা পাংখোকপা ঙম্বা মীওই অমমম ওইনররুবা অমসুং মী খুদিংমক্তা মশা মশাগী মথৌ

মশক খণ্ডনরক্কবা মতমদা খুমাইদগী হেন্না চংনবা মখলগী লুহোংবনি।

খুনবান-লৈপান মশক নিংথিনা থোক্লক্কবা অমদি খুন্নাইগী চং-লম-লুপতিন্না মীওইবশিংবু মাগী মাগী হক ওাক্লক্কবা মতমদা মমা-মপা ওইবা নত্রগা নাওয়োক-নাওকোনবিরিবা অহল লম্মনশিংনা মমৌ থিবা নত্রগা মমাক/ময়া খনবা/য়েংবগী তৌফম থোকপা মথৌ পাল্লক্কবা মতমদা নত্রগা খুন অমগা খুন অমগা মতেং পাংননবা, খুনগী/শাগৈগী/য়েক-শলাইগী/খুংকী খুংকন-পাঙ্গন্ননবা থৌরাং লাক্লবা অমসুং মতুগী পান্থৈ থিরকপগী মতমদা হায়রিবা মখলসিগী লুহোংবসি পাংথোক্লবা থৌরাং শিল্লি। মথক্কী হায়রিবা ফিভমশিংসিদা মচানুপা/মনাওনুপা নত্রগা শাগৈ-য়ুম্নাক্কী মরী-মতাগী মচানুপা নত্রগা মচানিংঙোল/মচন/মচে নত্রগা শাগৈগী মুপী লৈশাবীশিংবু মথোয়গা থাক মান্নবা নত্রগা মথোয়দগী থাক হেনগৎপা কাংলুপ-ফুরুপকী পাখং/মুপাশিংগা লৌন-লৈনহন্দুনা চারৌ-মৌরৌনহনা মওাই-মশেনগী মরী লিংখৎলি অমসুং য়ুম্ফম শাগৎনৈ। অসুম্না মথোক কারক্লিবা অমসুং কারক্লিবী পাখং লৈশাবী নত্রগা মুপা-মুপী অনিবু য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদানবা শিনবা লুহোংবগী মখলনি। খুদম ওইনা— থাংঙমলোন পাম্থোইবীবু খাবা তম্বং খোইমুচাগা লুহোঙখিবা[17] অমসুং শেল্লোই লংমাইচীংদা শাথুপলিবী খোইনু অহোঙ-বীবু অঙোম পুরৈরোম্বা[18] না মমোম শক্লা অঙং-অউন তমতু নোংমাইনু অহোঙবী হায়না মিংথোম্দুনা খুৎই (খুইয়োঙ্গী তোমপোক, চাওঃ খুঃ ১৫৪-২৬৪) দা থাজতুনা লুহোংখিবা[19] অসিনি।

হায়ন-শীংনরগা মুহোঙবা/লুহোংবা অসিদি চনু-নিংঙোল অতুবু পোকপী-শাংশীরকপগী নিংঙোল অতুগী য়েক/শলাই/শাগৈগী মপা-মপু পুকোক অতুদা অপোক-অশাংমল কৎপা অতুগা নিংঙোল অতুগী অপোকপা মপাদা চনু-নিংঙোল মমল নত্রগা মংকৎ-কাংকৎ হাবা (অনৌবদা সনাশিংগী "কাগোক হানবা) অসি তৌত্রবা য়াত্রবা লুহোং-বগী থৌরম পরেংগী মমুং চল্লি। মংকৎ-কাংকৎ হাবা নত্রগা কাগোক হানবসি তশেংনমক নংপী মমল লৌবগী মখেল অমনি।20 অতুপা

অমুক নিংঙোল অতুগী মপাম্না/মপা-মমানা মচা নিংঙোল অতুনা অতোপ্পা য়ুম্নাক-শাগে মুপা অমদা ওংখিবা মতমদুদা মচা নিংঙোন অতুগী তৌফম খোকপা মথৌ-মঙম পুম্নমক নম্পা অতুদা শিন্নখিবগা লোয়ননা নিংঙোলদুগী "অওংমল" পী।[21] মতুবু "অওং-অউন তম্বা" হায়না খঙনৈ।[22] মতুদা মচা নিংঙোল অতুনা অনৌবা পুন্সিগী তাংকক অমদা খোঙদাক্লগদৌরিবা মতম অতুদা অনৌবা য়ুম অমা লিংখৎলুবদা চঙগদবা পোৎলম-পোৎনা পুম্নমক অমতা রাংহন্দনা মানা মানা ঙমজবা থাক্তা তম্মী। মীঙোন্দগী পুরু-রায়রুদনবা অমসুং হংজনিজরুদনবা হোৎননৈ। অতুনা মচা নিংঙোল থাজবা নত্রগা চমু-নিংঙোল ময়ুম পালহনবা তারবদি অওং-অউন তম্বগী পোৎম-পোৎনা পীবা হায়বসি তোকপা য়াত্রবা চৎনবী অমা ওইরকখি।

হায়ন-শীংনরগা লুহোঙবা অসি ওল্লিঙৈগী মতমদা মথেল অনিখক্তমক লৈবা উই, মখোয়দুদি— (১) অহল লম্মন্না য়ানরগা লৌনগদৌরিবা মুপ-মুপী অনিদুনদি য়ানদবা অমসুং (২) অহল লম্মনসু য়ানবা মশা-মশানসু য়ানবা অসিনি। থ'য়নহৈ অমসুং মমাঙহৈদদি মমা-মপা অমসুং অহল লম্মনবু লাইংম্না খন্নবা অমসুং মখোয়গী য়াথং ঙাকপসি মচা/নহা ওইবশিংগী তৌফম খোকপা মথৌনি হায়না লৈনবা য়ুগনি। লমকৈৎ-সমহেনবা পংলৈ লৈরমদে অমসুং মমা-মপা নত্রগা অহল লম্মনগী য়াথং হিক্তোক্লরমদে। অতুনা অহল-লম্মনবু য়ানপ্রবদি মচা ওইবশিংনা লাল্লে নত্রগা ফত্তে খঙলবদসু নত্রগা মশানা ফনমক য়ানিংদবা লৈরবা ফাওবদা "হোয়"— হায়না অয়াবগী পাওখুম পীদবা লৈরমদে অমসুং ইন্দবা তৌরমদে। মরম অসিনা অহল লম্মনসু য়ানবা মশা মশাসু য়ানবা লুহোংবগী মথেল অসিদ— (২) অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনবদগী খঙন-চান্নরক্তুনা পাথং লৈশাবী অনিনা মুংশিনরগা (মশা মশা য়ানরগা) লুহোংবা। (১) অহল লম্মন্না য়ানবদগী পীনরগা লুহোংবা মুমিত্তুদগী মুপা-মুপী অনিদুগী মুংশিনবা (মশা মশা য়ানবা) হৌগৎপা লুহোংবা অমসুং (৩) পাথং-লৈশাবী অনিনা

হায়রনা য়ুংশিনরগা অহল-লম্মন থানদুনা য়ানবা পুররক্পা লুহোংবা—হায়বা মথেল অদুমসি লৈ। অদুগা অহল-লম্মদি য়ানরগা লৌন-গদৌরিবা মুপা-মুপী অনিদুনদি য়ানদবা লুহোংবগী মথেল অসিদা—লুহোংলগা মপুন্সিচুপ্পা লৈমিন্নখিবা অমসুং (২) ওংনরগা থায়নবা অমসুং মশা-মশানা খোয়দানবা মীশকশিংগা পানখিবা— হায়রিবা মথেল অনিসি লৈ। খুদম ওইনা, ঈরাংলোন নামুন চাওবীগা নাউ-ফিংথোং (চাও: খৃ: ৬৬৩-৭৬৩)গা লৌন-লৈনবা[২৩] অহল লম্মা য়ানবদগী পীনরগা লুহোংবা মুমিত্তদগী মুপা-মুপী অনিদুগী মুংশিনবা হৌগৎপা মথেলগী লুহোংবনি। মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংব (চাও: খৃ: ৯৮৪-১০৭৪)গা খয়োইরোল হাওবৈমা তমহৈবগা মপাম মুহোঙ-খোঙদোংবা[২৪] অসি অহল লম্মা হায়ন-শীংনরগা মশা-মশামু মুংশিনরক্লনা লৌন লৈনবনি। কৌবরোল নামোইমুগা নোংবান পোম্বী লুবাউবগগী লুহোংবা, মথক্তা মশা মশা য়ানবদুনা নহোঙবগী খুদমদা পীথ্রিবদু, লৈশাবী-পাখং অনিনা হায়রা নংশিনরগা অহল-লম্মন থানদুনা য়ানবা পুররক্পা লুহোংবা মথেলসিগীমু খুদম্নি। অদুগা অরা নিংথৌ টানিনগাওবেদা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) গী মচানুপী চকপা মখাও ঙম্বী থাজখিদুনা হোঙবা লুহোংবা[২৫] অসি অহল লম্মা য়ানরগা লৌন-গদৌরিবা মুপা-মুপী অনিদুনদি য়ানদবা মথেলগী লুহোংবদা মপুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নখিবগী খুদম্নি। নোংপোক পাম্বোইবী (য়াংঙমলোন পাম্বোইবী) অমসুং খাবা তমং খোইনচা [ চাওরাক্লা নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাও: খৃ: ৩৪-১৫৪) গী মমাগী লোন ] গা লৌন-লৈনবসি অহল-লম্মনদি পীনরগা মশা মশানি য়ানদবদা থায়নবা অমসুং মশানা খোয়-দাজবা নোংপোক নিংথৌ কাইনা চৌঙশোম্বদা ওংখিদুনা[২৬] পানখিবগী খুদম্নি।

## (৪) নমদুনা লৌবা

মথল অসিগী লুহোংবসি মশা-মশা য়ানদুনা নহোঙবা হেক হেক তাহল্লি। মসিনু অখেংবা মতমদা মুপী চিংলগা লৌবা হায়না খঙনরকই।

মীওইবশিংসিগী শক্তম অমসুং শকওং থেন্নবগুম মথোয়গী ৱাথল অমসুং অপাম্বসু মান্নদে। অদুগা লৌন-লৈনদুনা মতে-মনাও ওইরিবশিং অদু করিগুম্বা ছিরম অমদা হেক হেক মান্নগল্লি— শক্তম-শকওংগী শরুক অমদা থওদে, ৱাথল অমসুং অপাম্বগী শরুক্তা থওদে— অমদা হেক্তা মান্নবা অমদি পুক্নৌং তিন্নবা ওইগল্লি। মীওইবগী হকচাং কয়াৎ থেন্নবা পা অমসুং শী অনিনা চিংশিন্নবগুম শাওং-শাদা মান্নবা ৱাথল লোনচৎ মান্নদবশিং অদুনা অয়াম্বদা থক্তোক্নে। অদুবু শাওং-শাদা অমসুং ৱাথল লোনচৎ মান্নদবী কনাগুম্বী অমবু মশাগী ওইজবা তানবগী লাংনা. কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বী অদুগী ৱাথল অমসুং অপাম্বগী মায়োক্তা করিগুম্বা পাঙ্গল অমা মত্রগা পাম্বে অমা শিজিন্নদুনা থুদুম- চনবা য়াই। মদুনা নমদুনা লৌবা লুহোংবগী মথলসি থোকহল্লকই।

নুপী ওইবীশিংদি মথোয়গী অহানবা "নু" হোঙবা- নত্রগা শীজিন্নববু মথৱাইগুম থল্লি। পুন্সিবু নুংঙাইথোকদবনি হায়বগী ৱাথলোনসি পুন্নবা, অমসুং ইশাগী ওইজবা ফংহৌরগা লোইরে থন্দবা মৈতৈ নুপীশিংদি অমুক্তং শোয়করবদি চোপ্পা নংলুরিবা মীশক অদুদা অমসুং মহাক্কী ৱাকমদা অমদি মকমদা নপতুনা লৈগল্লি। অদুনা নুপীশিংবু নুপাশিংনা থেন্ন-থেন্নবা পান্বে অমসুং পাঙ্গল শীজিন্নদুনা মথোন্না নীংজবা অমসুং অপাম্বগী মায়োক্তা লৌবি। হায়রিবা পাম্বেশিং অসুদি :—

(১) নুপী অদুনা তুমজদুনা লৈরিঙেলা মহাক্কী ফিদুংগী হকচাং কয়াৎ শোক্তনা মাংথোকপীবা।

(২) নমথাক তৌদুনা পুবিরগা মকম অমদা থম্লগা পাউথোক-ইন্দুনা লৈশাবী ওইবগী পুক্তি মাংহনবা।

(৩) লৌনম-নমথাক তৌদুনা মকম অমদা পুবিরগা নমজা-নথেরদুনা লৈশাবীদুগী মপুঙ ফানা লৈহি চেন্নবা হকচাংদা লোন্নরিবা পুক্তিগী হৈরাংবু মহাও তংথোকপীবা।

(৪) কাদুনা পুরগা সমাজগী মপাঙ্গল্লা য়ৌরোইদবা মকম অমদা নুপী ওইবীগী চেংনা থমজরিবা, ফিতনা য়োমশিঞ্জরিবা হকচাং কায়াংপু

ফংজনবা চাকচাদা, ফংহৌরোয়দবা মওংদা হিংচ-য়াইতম্বগুম্মা নৈহৎপীবা।

(৫) হীকাক-য়াইকাপ, লাইম্না-ত্রীনরা অমসুং পোৎশেম-যাতু শীজিন্নদুনা লৈশাবীবু/মুপীতুবু ডাওবা-কৈবা অমদি রাখল চোইবা মীওই ওইহল্লগা লৌবা অসিনচিংবনি। অসুম্না চুপীবু মশাগী অয়াবগী মাফ়য়েক্তা লৌবা অসি মৈতৈনা হিন্দুধর্ম লৌরবা মতুংগী মতমদনা থর হেন্না শীজিন্নবা উবা ফংই।[17] অতুবু খুংলৌসি লৈপাক খ্বাইনদি কয়া ফজনা শোন্নদে অমসুং শীংথানদে।

## (৫) মুন্দনা লৌবা

মুন্দুনা লৌবা হায়বা লৌন-লৈনবগী মথল অসি থায়নগী লৈপাক পানবা খুম্নাইশিংসিদা য়াম্না চংনবা মথল্নি। মপাঙ্গন কনবা অমসুং মপাঙ্গন শেংনবা হায়বা লৈপাক পানবগী কাংলুপ অনিসি মীওইবগী খুন্নাই খুদিংমক্তা লৈ। মীওইবা জাতিগী কাংলুপকী ওইবা লৈপাক খ্বাইগী চমখৈনা য়োবা ওম্বা অমসুং লৈঙাকলোনগী রায়েল-চৈরকী মপাঙ্গন্না রানা য়ৌবা ওম্বা মকম খুদিংমক্তা খুন্নাইগী মচাক ওইরিবা অকনবা অমসুং অশোনবা অনিগী মরক্তা অকন্বনা অশোনবগী মপোৎ-মরল মুনবা হায়বসিদি পল্লুম্নবসু য়ারবা রাফম্নি। মপোৎ-মরৈ মুনবদগী হেক্নোক্নুনা অশেংনবা মুপাশিংগী মুপীশিং ফংওবা মুনবগী রাথোক-রারোল অসি পৃথিবীগী ইতিহাস খুদিংমক্তী লমায়শিংদা য়াম্না হোঙনা ময়েক লানা তারবা থৌরমনি। অসুম্না মুন্দুনা লৌবা অসিদসু— (১) মুপী অতুগী মশানা য়াবা অমসুং (২) মুপী অতুগী মশানা য়াদবা— হায়দুনা মথল অনি ওনা লৈরি। খুদম ওইনা—, মৈদিংঙুচা নাউথম্ব (মতুংদা খুঃ ৪১১-২৮ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইখিবা) না থাংয়ি খোংচারোম্বা (খোংচী কুংলাইব) গী তংলোয় থাবুম মরি ওনা চন্নু চৈরে চিল্লবী য়াওরৈবা চন্নুবু মুন্দুনা লৌবা[18] অসি মুপী অতুগী মশানা য়াবা মথেলগীনি। অতুগা নৌংদা লাইরেল পাথংবা (চাও : খুঃ ৩৪-১৫৪) না পোইরৈতোন্দগী লাইনংও তাবীবু মুন্দুনা লৌবা[19] মুপীহুন মশানা য়াদনা মুন্দুনা লৌবগী মথেল্নি।

মুশীবু মুন্দুনা লৌবগী চৎনবী অসি মণিপুর ইতিহাসকী মতুং তারকপা, মুসলমানশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা খৃঃ ১৬০৬ তগী খুন্দা-লৈতারবা ৩০ মতমগী মতুংদগীদি মুসলমানশিং অসিগী খুন্নাইদা চৎনবা উবা ফংই। মখোয়গী মরক্তা মুন্দুনা লৌরিবা মুপা অহুবু অকন-অংৌ ওইনা য়াম্না লেম্নবা ওইবগী চৎনবী উবা ফংই। মৈতৈ খুন্নাইগী কুরুপ শিংদদি 'তুমন' লৌবা হায়দুনা কয়া ফজনা হায়নবিদে অমসুং সমাজদা মশাগী থাক হুম্নৈ।[৩১]

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবৈগী মুহোংবগী

খুাইগী ওইনা চৎনরিবা থৌরম পরেং :—

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবৈগী মুহোংবগী মথল-মথেলশিং অতৈ-শিংগী থৌরম পরেংশিংসি হায়ন-শীংনরগা মুহোংবা মথলগী অহল-লম্মনমু য়ানবা মশা মশামু য়ানবা লৌন-লৈনবগী মথেলসিগী মপাল তাংবা ডাক্তনি। মসিনা খুাইদগী হেন্না খুাইগী ওইনা চৎনবা থৌরম পরেংনি। অতৈ মথল-মথেলশিংদি মসিদগী থর শমজিন-তনশিনবা অমসুং লৌথোক-শমদোকপা ওইরমগদবা মাল্লি। হায়ন-শীংনবা মুহোংবগী থৌরম পরেংশিংমু মথাদা অফংবশিংমু খোমজিন্দুনা ইজরি।

হায়ন-শীংনবা : —

মচা/মুপা - নপীনা কাংদোং ফাররুবা, মরাল তেংনা য়ুমগাবা য়াররুবা অমসুং থ'জ-য়োঙবা য়াবগী মতম য়োররুবদা থৌরম পরেংসি লৌখৎনৈ। মসিনা নুহোংবগী খুাইদগী অহানবা থৌরম পরেংনি। থৌরম পরেং অসি নুপা ময়ুন্না পায়খৎলকপনা চৎনসা ওই।

মচা পীবানা শাথ-য়ুম্নাক্তী য়ুমলেপ্পবা, য়েললুপ চার থুনবা য়াররুবা মতম্নদা মনা-মপা অহল-লম্মনা মখোয়না খোয়দাবা, মথুং চানা ৱাররুপা য়াগলবা লৈশাবী অমবু মস্তুইরোন/মমৌ ওইননবা থিরকই-য়েংলকই। অহুগুম্না লৈশাবীমু ফংলবা মতমদা লৈশাবীমুবু পোকপা মমা-মপা/অহল-লম্মনা পাথৈ অমা তৌদুনা শকথঙ-মায়থঙনবা লাকুরগা মমা

মপাগুদা মচানুপীশুবু মখোয়গী (নুপাগী মমা-মপাগী) মমৌ ওইনবা পীবীয়ু হায়জবা মসিবু 'হায়ন-শীংনবা' নত্রগা চুপী/মৌ হায়বা/হায়জবা হায়না কৌই। হায়না-শীংনবা লাকপসিদা নুপা ময়ুমগী মমা-মপা/অহঙ-লম্মা পুরকপা খুদোল ওইবা পোৎলমশিংদি মতম মতম অত্তুদা চংনবা হৈ-ম্রা অমসুং ভম্মোক ওইনা চাবা য়াবা পোৎলমশিংনি [৩২]। অত্তুবু হৌজিক লৈরিবা চকপগী কাংলুপ-ফুরুপশিং, মরু ওইনা, কাথাদদি নুপী হায়বা লাকপদা "য়ু" (পুকয়ু/লাইয়ু/রাইয়ু/অতিংবা) পুরকপগী চৎনবী লৈ। করিগুম্বা হায়বা লাক্রিবী নুপীশুনা নুপা ময়ুম্না পুরক্রিবা য়ুথ থক্রুবা নত্রগা খজিক্তংদা ওইরবসু মহাও তংলবদি নুপীশু লুহোংবহুদা মশানা য়ারে হায়না খঙনবগী চৎনবী লৈ।

কনাগুম্বা পাথং অমনা লৈশাবী অত্তুবু উক্রগা পুক্লীংদা অপামসুংশি ঈথক হৌরক্তুনা। লৈশাবী অত্তুবু মহাক মশাগী তাল্লোয়শীংদা চন্নবগী হোৎনবনসু থৌরম পরেংসি চথহল্লকপা য়াই। হায়রিবসি চথরক্লবগী লম্বীসি অনি গুই। অহানবদা, হেক উক্রবদগী পাথং মশামক্লা নত্রগা কোয়নদবা মমাম্নবশিংদা পুক্লীংগী অপাম্বশু হায়দোক্তুনা মমাম্নবশিংনা চুমত্রিং হেক্তা নুপাশুগী মমা-মপা অহল-লমন্দা তাক্তুনা লৈশাবীশুগী মশক-মমিংনচি'বা তাক্লগা অহল-লমম্না হায়ন-শীংনবা মথলসিনি। অনিশুবদা, লৈশাবী অত্তুবু হেক পুক্লীংনা খোয়দাজক্লবা, উক্লবা নুমিত্তুদগী পাথংশুনা লৈশাবীশুগা শকখঙ-মায়খঙননবা হোংনরগা পুক্লীং অমসুং থম্মোইগী থাফম ফোংদোক্লশুনা নুংশি ঈপাক্তা খোঙদামিন্নবা অমসুং মশু, নুপা-নুপী অনিমক্লা মখোয়-মখোয়গী মমা-মপা/অহল-লমন্দা খঙহন্দুনা চৎনবী মতুং ইন্না নুপা ময়ুম্না হান্না চন্নুনিংঙোল হায়বা লাক্তুনা হায়না-শীংনবগী থাক্তা পুরকপা মথলসিনি। থৌরম অনিসি অসুম্না শমজিন্না অমুক হায়বা য়াই, মশুদি— নুপা মশানা নত্রগা মহাক্লা মমাম্নবশিংদা হায়শুনা মমা-মপা/অহল-লম্মন্দা হায়দোক-ফোংদোকহন্দুনা পামলুরিবা লৈশাবী অত্তগী মশক তাক্তুনা লৈশাবীশুগী মমা-মপা/অহল-লমন্দা হায়জশুনা লৈশাবীশুবু থেম্বা/হায়জবা

অম্মা[৩৩] নত্রগা মুপা মশানা নত্রগা অমাম্রবশিংন' মত্রগা অতৈ মী অমগী মতেংনা লৈশাবী অত্তুগী মশানা/মফমদা পাখং অত্তুগী য়াথল/য়াফম কোং-লোক্‌না লৈশাবী অত্তুবু থেম্বা, হায়জবা[৩৪] অসিনি।

অহল-লম্মন মশেন হায়ন-শীংনবা অসিদা পাখং অত্তুসু লৈশাবী অত্তুসু খগুদবা, পাখংত্তুনা খগুলগা লৈশাবীত্তুনা খগুদবা অমসুং লৈশাবী-ত্তুনা খগুলগা পাখংত্তুনা খগুদবা অসিনচিংবসু য়াই, অত্তুগা অনিমক ইখগু খগুনবসু য়াই। খগুসনু খগুত্রসনু তহল-তম্নগী য়াথং ইনগনি হায়বা অম্মা[৩৫] নত্রগা মশা মশাসু খগুনয়গা অহল লম্মনগী য়াথং লৌবনি হায়বা অমা[৩৬] অনিসিমি। অত্তুগা মশা মশা খগুনবগী অসিদদি অহল-লম্মন থাত্তুনা হায়না-শীংনবা অসিদা য়াবীরক্লগা য়াবিরক্লে[৩৭], য়াবিনীংত্রগা/য়াজনীংত্রগা মশা-মশা য়ানবনিনা লৈশাবীত্তুনা ময়ুমদগী মহাক্কী অহল লম্মন থাজ্রোকলগা পাখংত্তুগা লোয়ননা মতোম্দা লৈনবগীদমক চেনবা[৩৮] অসি ত্তৌনৈ।

অহল-লম্মন/মমা-মপানা হায়ন-শীংনবগী থৌরম পয়েং তসিদা মায় পাকপা পুয়বপা ওমত্রবদি মুপা ময়ুম্না অতোপ্পা লৈশাবী অম্মা য়েংবা থিবদা চত্থি। অত্তুগা হায়না-শীংনবসিদা করিগুম্বা য়ানবা পুরকপা ওম্বদি শাবী-শানৌ লুহোংবগী মথা তাবা থৌরম পয়েংদা চথে।

## পাচা থৌথিংবা শেনকু নানম্বা—

অস্থুম্না হায়ন-শীংনবগী চৎপা মতমসিদা পাখংগী মায়ুকৈরোমদগী হাক্কবা লাকপা কাংবু (য়ামত্রবদা মী অহমদগী তাদনা চংনবগুম তৌই)গা লৈশাবীগী লৈরম্বিবা অহল-লম্মন মণ্ডা তককলোমগা চামিন-শকমিয়-ত্তুনা অহানবা ওইনা শকখণ্ড-মায়খংনৈ অমসুং মত্তুনা হায়জরবগী খুদোল পীরিন। অচ-অথকশিং অসি পাখং অত্তুগী মায়ুমগোরোমবী মীশিংনা পুরকই। ওম্লিংন্দা চংনরম্না অচা-অথকী মখেলশিংদি— তাউজীং হৈশিং লোই মচা (চানবগীদমক্তেনি: থোইতানম) অমসুং -কোম-মু (পুকম)

অসিন[৩৯] মরু ওইবনি। থৌরমসিদা মানবগী মতুং ইন্না শেল (বেল-মেটেল: Belmetal) সু থুদোল তৌনৈ। মসিবু— পাচা থৌখিংবা, শেনকু নানমবা— হায়না কৌই[৪০]।

"পাচা থৌখিংবা, শেনকু নানমবা" হায়বা থৌরম পরেংসি পাংথোকপ্রবা/লোয়প্রবদি চনু নিংঙোল অচু মুপা ময়ুমগীমক ওংপ্রিবা ওইরবসু অতে পাখংশিংগীদমক লৈশাবী অচুবু হায়না-শীংননবগীদমক চঙনরে। মসিনা লৈশাবী অচুগী মপা-মচা ওইবা শাগেগী মীশিংনা পাও খঙহন্দুনা লৈশাবী অচুবু পাখং অচুগীদমক্তা হায়না-শীংনরে হায়বা খঙনৈ। মসিনা অতে শাগে অমসুং মাগী শাগে-য়ুম্নাকী মীশিংদা চনু-নিংঙোন্দু পাখংচুদা থাজবচুদা য়েংলকপবা পুন্নমক অচু থিংলবনি, শাগেগী মরী-মতাশিং পুন্নমক অচু থিংলবনি, শাগেগী মরী-মতাশিং পুন্নমক্তা য়ানরবনি হায়না লৌবা য়ারে[৪১]।

<u>গুমায় উরোঙ খিনবা, য়ুমচীন কাকৈ থাবা</u>

পাচা থৌখিংবগী থৌরম পরেং অসি লোয়প্রবদা গুমায় উরোঙ খিনবা, য়ুমচীন কাকৈ থাবগী থৌরম পরেং অসি চথরক্কই। থারুনা অমসুং মমাংঙৈগী মতমদদি পাচা থৌখিংবগী হুমিংসিদা নঙ্গ্রবসু মতুংদা পাও থানহনা হুমিং অকবা অমা লেপ্পরগা গুমায় উরোঙ খিনবগী থৌরমসি চথরমগদবা মাল্লি। থৌরমসিগী হুমিংসিদা লুহোঙগদৌরিবা পাখং অচুগী মীশিংনা লুহোংগদৌরিবী লৈশাবী অচুগী ময়ুমদ:— লৈশাবী অচুবু, পাখং অচুগী মপা হোয়খিবা— হায়বদি ভুগা-রাগা ওইনা (মতৈ-মনাও ওইনা পানবা) পান্নবগীদমক ভীনথা-লাইথাগী হৈরাং-লৈরাং, লা, পুকম-লাইয়ুনচিংবা পুরগা লাকই। লৈশাবী অচুগী য়ুমাক-শাগেগী মরী-মতাশিং গুনা তিন্দুনা লৈরম্মী। অচুগা লুপা ময়ুমগী কাংবু অমসুং লুপী ময়ুমগী কাংবু অনিমক তিমচুনা পুন্নক্লিবা পোৎলমশিংসু লৈশাবীচুগী মপা-মপু পুকোক, খপোক-শংগাং লাইশিং, মায়টৈ খাকপা লাইরশিং[৪২]

অমসুং লম/লৈকোক-লৈকায় কোল্লিবা লাইশিং (লমলাইশিং)[৪৩]গী শরুক তম-তমত্তুনা কংলি। মপা-মপু পুৰোক, অপোক-অশাত্তা কৎলিবসি— মহাক্কা চাদা-নাওদাদা শাৎচবী চন্নু-নিংঙোল অমসু মহাক্কী চাদা-নাওদা ওইবদগী হোংখিত্নুনা অতোপ্পগী চাদা নাওদাগী য়ুম্নাক শাগেদা তিন-খিগদবত্তু তাক্তুনা মত্তুগী অয়াবা পীবিননবগীদমক্তনি। মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং অমসুং লম কোনবা লাইশিংদা কৎলিবত্তু লৈশাবীত্নুনা পাখং-ত্নুদা ওংখিবত্তুগী থঙহৈ-তাহৌবা ওইবিনবনি অমসুং লুহোঙবত্তুদা কত্তহাওদি, অকায়-অতোয় অমসুং খুরৈ-ঈরৈচনবা থোক্তনবগীদমক্তনি।

অপোক-অশাৎ, মাইগৈ ঙাকপা লাইশিং অমসুং লমলাইশিং অত্তুদা পোৎ-চৈ কৎপা মতমত্তুদা মুপা ময়ুমগী মায়গৈসু মুপী ময়ুমগী মানগৈসু লৈশাবী অত্তুবু পাখং অত্তুগী ওইরবনি, লাইনা শেন্বা নৈপুন্নি, নোংদম্বনা থাবা মপাং ওইরবনি— হায়বগী বাখল্লোনসিদা শন্নি-নমুং শরুগদবনি। লাইগী থৌবমসি লোয়বগা কৎলিবা পোৎলমশিংত্তু মুমিত্তুদা শরুক য়াররিবা মীশিংত্নুনা য়েন্নত্নুনা চামিন-থকমিন্নৈ।

চাবা-থকপা লোয়রবা মতুংদা মুমিৎসিদা পাংথোক্কদবা থায়েল-থারেপশিংদি— (১) শাবি-শানৌ অনি মুহোঙবা/কাউজন্নবগী মুমিৎ লেপ্পা, অমসুং (২) অপোক-অশাৎমল নত্রগা চন্নু-নিংঙোলগী মমল লেপ্পা অনিসিনি। অপোক-অশাৎমল অসি খ্বাইগী ওইনা চংনবদা "কাওরেল শনফাং" অমা হায়দদি শল্লাবা পাবোৎ অমা (শল্লাবা অনী) অসিনা ওইনৈ। মসিদা শেরী থোঙনাইবা অমসুং থোঙনাইদবা (শেঞ্জেংগী কোন/পাত্র মথল অমা) অমসুং শেন ( Betmetal ) নচিংবসু হায়নবগী মতুং হন্না নত্রগা ঙমজবগী মতুং ইন্না হাপ্পবসু য়াওই। অসুম্না লেপ্পবা অসিবু— "শুমায় উরোঙ থিনবা, য়ুমচীন কাকৈ থাবা, পামেল-উরায় হকপা— হায়না থঙনৈ। থৌরম-অসি পাংথোকপ্রবদি লৈশাবী অত্তু মমা-মপাগী মনাক্তা লৈজরবসু পাখং অত্তুগী ওইরে, মহাক পাখংত্তুগীদমক্তা কনত্নুনা থম্লবনি অমসুং মথংগী থৌরম পরেং মুহোঙবা/কাওজন্নবগী থৌরম চখনবা মতম ঙাইত্নুনা লৈরিবনি।

শুমায় উরোঙ খিনবা হায়বসিগী লাহন্দোক্তগী অমসুং অথেংবা মতমদা চৎনবী ওইনা লৈবা মনাং থরদগী[৪৪] মৈতৈগী পাল্লারী-পুরারীগী থায়নবৈ অমসুং মমাঙবৈগী মতমশিংদা অসিগুম্বা থৌরম পরেংসি পাংথোকখ্রবা চন্নু নিংভোনশিংগী য়ুমগী শুমাঙদা উরোঙ (মশা লোঙবা উগী উয়ুং) নত্রগা উ কারোঙ য়ুংবগী চৎনবীসি লৈরমগদবা মাল্লি। অদুগা পামেল উরাই হকপগী চৎনবীসিদি হৌজিক হৌজিকমক লুহোং-বগী মরমসিগী নত্তবদা চীঙগী উমংশিংদা চৎনরি। মসিনা তৌরিবদি হৌরিবা উপাল অদুদা থাঙকম হক্ত্নবা, উ অদু থাঙকম হল্লম্লিবা মীশক অদুনা বল্লবনি, মপু পাল্লবনি, মহাক নত্তনা কনানসু য়ানবা য়াদে— হায়না খুদম তৌরম্বনি। মসিবু লুহোংবগী নত্রগা লৌন-লৈনবগী খুদম ওইনা খঙনবসি অথেংবা মতমদা খোমজিন্দুনা ইবা মোইরাংগী "তোম্বু লাইজিংলেম্বীগী রাল্লী অমসুং খম্বা-থোইবীগী রাল্লীশিংদা য়াওবা থেংনৈ। মসিনা তাক্লিবদি শুমাঙদা উরোঙ খিল্লিবা অদুদা নত্রগা অতোপ্পা উ অমদা থাঙকম হক্লম্বা য়াই হায়বসিনি। শুমায় উরোং খিনবা অমসুং পামেন উরায় হকপা অসিনা ফোংদোক্লিবা মুংগী ওইবা রাথল্লোনদি— ইমুংদুদা লৈরিবা চন্নু-নিংভোন অদু মপু পানখ্রে, থাজখ্রে হায়বসিনি। থৌরম পরেং অসি পাংথোকখ্রগা নুহোঙবগী মথংগী থৌরম পরেংদা ইকুই কুইদনমক চখনৈ।

## নুহোঙবা/কাওজন্নবা

মমাংগী নুহোঙবগী থৌরম পরেং— শুমায় উরোঙ খিনবা, য়ুমচীন কাকৈ থাবা নুমিত্তা লেপ্পখিবগী মতুং ইন্দুনা কাওচন্নবগী নুমিৎ অসিদা নুপা ময়ুমগী কাংবুনা লেপ্পখিবা অমসুং চঙগদবা পোৎলম-পোৎচঙশিং পুন্নমক পুদুনা নুপী ময়ুমদা লাকই। মসুম্না লাকপসিবু মৈতৈ পুয়ানা শৈথারম্বদি :—

·········· চেঙলুক লমকোই শু॥ ঙাপা পৌতোং

য়ান॥ কাওরেন শনফাং হোই॥ হৈকু

পোৎতম শেম। লুমলোং মাকথংলোন ।।
ঙানথা মাথলোঙ শিন ।। ............ [৪৫]

অসিনি। মসিনা তাক্লিবদি কাওচম্নবগী মুমিৎসিদা মুপা ময়মনা থৌরাং তৌহনা পুরকদবশিংদি— চেঙলুক নোংশাং (অথেংবা মতমদদি যিকক্তা পুই হায়হনা কিরক মুংশাং হায়নরে) গী দমক্তা লমদা কোয়না পুবা য়াবা মনা শানবা লুক/থুমোক্তা হাপ্‌নবা, চেঙলুক লমকোই পুরকপা[৪৬] ঙাপা (মপা ওইবা ঙা, অথেংবদদি মিতম ঙা হায়নরে) বু পৌগী (য়াগী) উতোংদা হাপ্লগা য়াম্দুনা পুরকপা[৪৭] কাওরেন শনফাং (শন পাবেৎ অমা) অমা নত্রগা মহুদগী হেনবা শনশিং চমু-নিংঙোম্দগী অপোক-অশাংমল (লৈশাবীহুগী মমল ওইনা) অমসুং মুপী অহু লৌবগী তমকম থোকপা খুলোল ওইনা পুরকপা, হৈকু (কুজনবা/বংননবা হৈশিং) নিংথিনা থেম্দুনা শেমগা পুরকপা[৪৮], য়ু (পুকয়ু-লাইয়ুঃ বাংলৈ/কালৈদি শীজিয়ত্রা শীজিমনবরা হায়বা ঙমজদে) চাপ্পা খুম (হৌজিকী চেংফু ওইরিবা কুসিগী শীকশিনবা মওংগী চফু মথল অমা) অনি নত্রগা মসিদগী হেনবা[৪৯] পুরকপা অমসুং ঙানখা (ঙাখা অচৌবা হৌজিকী ঙারী নয়বা চফুমুক চাওবা চফু) লয়ক্তা পুবা য়ানবা পাবোং শেমহনা পুরকপা[৫০] অসিনচিংবসিনি। মুপা ময়ুমগী কাংবুনা পোংচৈশিং পুহনা লাকপা মতম অসিদা লুহোংগদৌরিবা পাথং অতুম লোয়নরকদবনি। মরমদি মুমিৎ অসিদনি মহাকপু চমু-নিংঙোল অহুগী মশারী-মথংলেন/মপুরোইবনি হায়না মুপী অহুগী য়ুমাক-শাগৈগী মীশিংনা শঙখঙ-মায়খঙবীগদৌরিবসি।

মুহোংবা/কাওজমবগী মুমিৎ অসিদা মুপী ময়ুমগী কাংবুনা তৌগদবরা থৌরাংদি— (১) লাকদৌরিবা মুপা ময়ুমগী মীওইরুশিং অমসুং থৌরমহু য়াওবা লাকদৌরিবা মখোয়গী য়ুমাক-শাগৈগী মরী-মতাশিং অমসুং লৈকায় লৈকায়গী অমদি অরাপ্পা লমগী মরুপ-মপাংশিংগী ককুম-পোপ্রাকুম অমসুং চাকম-থকুম শীবা, (২) শ্রাঙ শন্দুনা লম-তু শোংদোক্‌না থম্বা অমসুং (৩)অঙং-অউনপ্রোং পোত্তম-পোৎলা থৌরাং তৌবা অসিশিংসিনা

পোয়না য়াত্রয়া থৌরাংগনি। অউনপোংকী মত্থাংদা মরক মু পুরক্লে, অমৌরা ঙ্গম অমা হোংজোক্লুবদা চঙবা পোৎচৎশিংছুনি— হায়রনা। অদুবু থাদোক-হন্দোক্লবা য়াদবা অউনপোংকী পোৎলম থরদি— (১) তুমা-হিপ্লবা ফমুং অনিগী পোৎচৎ-পোৎলমশিং (কাংথোন/রুক, মোনপাক, মোন, য়াকু/কৈজুপ, ঙবোংনচিংবা), (২) খোংন-থাক্লবা চফু-উয়ান, থাবৈ-চেগপ (৩) চান-থক্লবা কোন-লীক নত্রগা পাত্রগী মপু জুরা অনি অমসুং (৪) মুপী অতুনা হৈবা শীনফমগী খুৎশু-খুংলায়শিং (মরু ওইনা ফিশা-লোনশাগী ওইনৈ) অসিনি।

অউনপোংকী মতাংসি অরৈবগীনা লৈনা উনবা, লৈত্রবগীনা লৈত্না উনবা (হায়রবদি তৌরবা য়াদরশিংসিদা মতৌরা) অসিনি। মৈদিংগু কাইন্নৌ ঈরেংবনা (খৃঃ ৯৭৪-১০৭৪) না মাগী অনিশুবা মুপী পিদোংমু মুফম্বী লৌবা মতমদা মুপীসিনা মশানা পামজবগী মতুং ইন্না মপাদা হায়তুনা পৌ-রা ১০০ উনবীরকই[৫১] অদুগা মৈদিংগু থবানথাবা (চাওঃ খৃঃ ১১৯৫-১২৩১) গী মচামুপী কাইনৌ চৌঙথৈ থানবীবু খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবদা থাজবা মতমদা চৌঙথৈ থানবীনা চৌঙথৈগী লম অঙং-অউন তম্বীয়ু হায়না মপানিংথৌদা নীজখি[৫২]।

মুহোঙবা/কাওজমবগী মুমিৎসিদা মুপা ময়ুমগী কাংবুনা লুহোং-গদৌরিবা পাখং অদুগা লোয়ননা চঙদগবা, লেপ্লখিবা পোৎলম পুম্নমক পুদুনা লাক্লবদা মুপী ময়ুমগী কাংবুনা মথোয়বু ওক্কনা ফমফম পীদুনা পোথাহল্লি। মথোয়বু ওকপগী থৌরম অদুদা মুপী ময়ুমগী য়ুম্নাক্পগী পুথোক্লকপা মৈশেংদা খেইজু লাইখাম ওকথোক্কনা লমশাং লাকপদা খেংন-ওক্লরকপা, লোয়না-তান্নরকপা নত্রগা তুংইন-থাঙইন্নরকপা লমলাই ফত্তবা লাইমু-তীনমুশিং তাম্থোক্পগী থৌরাং পাংথোক্লুবা য়ারগী থাজবা লৈ। থাজবা অসিগী মাপাং ওইরিবদি মতুং তারকপা লুহোং-বগী থৌরম পরেংগী থৌরাংদা লুহোংগদৌরিবা বরনা থুংলরবদা মুপী ময়ুমগী থোঙান্দা "দিয়ুতি ওকপা" হায়বা থৌরাংসিনা ওইরি।

দিয়্যতি ওকপগী রাকমসি "পান্থোইবী খোঙ্গুল" কৌবা পুয়াদসু পল্লি[৫৩] মসিদসু নত্তনা পোইরৈতোন্না খুন্থোরকপদা রাইশেংনা মৈ য়োক্লুনা পুবা, লাইখাম থাহনা লাই ফত্তবা তাম্থোক্লবা লাইখাম পুহনবগী রাকমসু ইগ্নি[৫৪] মসিনসু রাকমসিবু শৌগৎলি।

নুপা ময়ুমগী মীশিংনা নুপী ময়ুমদা ঙাইহাক ফমহনা পোথারবা মতুংদা মখোয়না পুরকপা লাইগী কুজপোৎ, চনু-নিংঙোল অপোক-অশাং-মল অমসুং মখোয়গী খুদোলপোৎশিংহু লুহোংগদৌরিবী লৈশাবী অহুগা মপা-মমা/অহল-লমন্দা শীন্নরে। মতাংসিদা নুপাগী মপা-মমাগা নুপীগী মপা-মমাগা পোৎলান্নরমগন্না পোৎলান্নরমলোইদ্রা অশেংবা হায়বা ঙমজদে। মহুগী মতুংদা পাখং/নুপা অহুবু নুপী/লৈশাবী অহুগী মপুংরাইবা ওইরে হায়হনা শঙথঙ-মায়থঙবগী থৌরম পাংথোকই। থৌরমসি করম্না তৌরমগদগে হায়বা খঙবা রানা থোকই। অহুবু মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম খৃঃ ১৬০৮[৫৫] গী মতুংদগীদি নুপা অহুনা মথক-থোংবা নুপী ময়ুমগী শাগৈ-নাইতৈ, মরী-মতা অমসুং য়ুম্নাক/ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংদা খুরুম-খাজংবা অমদি মখা থাবা নুপী ময়ুমগী মশেন-মনাওশিংদা কোননা-পায়নবা তৌরম্বা য়াই।

অস্নুম্না শকথক-মায়থঙবীবসি লোয়রগা চামিন-থকমিন্নহনা ঙাইহাক লৈরগা লৈশাবী/নুপী অহুবু পাখং/নুপাহুগী ময়ুমদা পুহনা লাকই[৫৬] নুপীহুবু নুপাহুগী ময়ুমদা পুরমদায়গী মতমসিদা লৈশাবীহুগী ময়ুমগী শাগৈ-নাইতৈ/মরী মতা/অহল-লম্নুম্না লৈশাবীহুবু মীগী য়ুম অমদা মৌ ওইহনা/অনৌবা য়ুম অমা হৌদোকলুগদৌরিবনি— হায়না য়ুম অমা পানবগী চঙগদবা মচাক-মথুম পুন্নমক শীরকই। ম'সবু অওং লনউনবা নত্রগা অওং-অউন তম্বা হায়না খঙনৈ[৫] । নুপী অহু নুপা ময়ুমদা পুখিবা অসিদদি নুংহাংবা কাওজম্নবগী থৌরম পরেংসি মপুঙ ফারে অমসুং লোয়রে।

## মশমগী মতুং ইন্না অহোংবা লাকপা

১থ শ' মীজরিন লুহোঙবগী থৌরম পরেংশিং অসি মৈদিংঙু খাগেম্ব (শা ১৫৯৭-১৬৫২) গী মমাঙদা চৎনরম্বা লুহোংবগী পরিং চথ-রকপগা মওংনি হায়না লৌনৈ[৫৮]। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী মৈদিংঙু পামহৈবা (গরীবনিবাজ, খৃঃ ১৭০৯-৪৮) গী মতম ফাওবদা থৌরম পরেংগী পরিং অসি অসুম চথরগা খরা হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা অথেংবা-শাৎহন খবা লৈরকখি। খুদম ওইনা,— খুরুম-খাজঙনবা, ফিরুক নোংশাং কাইবা, যুমলাহ সনামহী (শম্বোঙ লাইনিংথৌ খুরুম্বা) পেনা ঈশৈ শক্তুনা চিঙঙু খোইযুম লাইশিং পাউতাকপা, অপোক-অশাৎ থাবদা লাইশোন-চৌনশোন তৌবা অসিনচিংবনি। মতমসিদদি তৌরম্লিবসিদগী হিন্দু ধর্মগা লুহোংবগী অথন চংলক্লুবগী মতম তাংকক্তুনা— (১) চন্দ্র-নিংতোন হায়না-শীংনবদা মুপী। লৈশাবীদুগী ময়ুমগী মাংশোকী উথোঙ কোম্রগা হায়জবা, (২) রারোইপোৎ পুবা (৩) হৈকু পোত্তম শেম্বদগী হৈজীঙ খরায় পুবা অমসুং (৪) হৈজীঙ খরায় পুবা (হৈজাপোৎ পুবা) মুমিত্তা অপোক-অশাৎ থাবনচিংবা থৌরম পরেংশিংসি হাপ-কংলকপা মাল্লি[৫৯]।

## লুহোঙবগী ফিজেৎ লৈতেং

মৈতৈগী থায়নচৈগী মতমদা শেৎনরম্বা ফিজেৎ-লৈতেংসি নুপাগী ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং নুপীগী ফিজেৎ-লৈতেং হায়দুনা অনি থোকই। মসি নুপা-নুপী অনিগী হকচাংগী কায়াৎ খর মান্নদবসিদগী থোক্লকপা মাল্লি, অদুবু অরেপ্পদি হায়জবা ঙমদে। নুপাগী ফিজেত্তা— কোকয়েৎ অমা[৬০] খাংদা শেৎনবা ফি অমা[৬১] অমসুং নমখাঙ ইন্নফি অমা অসিনা চৎনবা ওইরম্মী। মৈতৈ নুপ'না ফুরিৎ লিংপসি হৈজোম লাকপা মতমদগী হৌরম্বা যারবসু অঙম-মথৌ অমসুং অকন-অথৌশিং নত্তনা মীচমশিংনা পংলিৎ লিংনরম্মোই। অদুগা নুপীগী ফিজেত্তা— খাংদা

শেংনবা ফনেক অমা, অমসুং কোকশেং নত্রগা খুাঙচেং ওইবা য়াবা, ঈন্নফি নমথাঙস্থ ওইবা ফি অমা অসিনা চংনবা ওইরম্মী। ফুরিং লিংনরমদে, মৈতৈ ন.পৌনা ফুরিং লিংপা হৌখিবদি খৃঃ ১৭৭৯ দগী হৌখি[৬২]। অতুগা ফনেক মপান নাইবদা খোই লোনবা (খোইজাও) লোনবী, খোই অকোয়বী লোনবী নত্তবা) শীজিন্নদি মৈদিংগু য়াংলো কৈফাবা (চাওঃ খৃঃ ৯৬৯-৮৪) গী সনা হাক্তক্তা হৌদোকখি[৬৩]।

লুহোংবা হায়বসি মী অমগী পুন্সিদা অনৌবা পুন্সিগী খোঙথাং অমদা চঙবগী য়াম্না মরু ওইরবা পুন্সিগী থৌদোক অমগী থৌদাং ওইরবা থৌরম অমনি। মরম অসিনা থৌরমসিদা শেংন-ঈন্নবা ফিজেৎ অসি লুহোংগদৌরিবা পাখং অমসুং লুহোংগদৌরিবা লৈশাবী অতুনা মশা মশানা খুাইদগী হেন্না খোয়দাজবা, মখোয়গী লৈজবা ফিজোনশিংতুগী মরক্তগী খুাইদগী হেন্না ফবা অমসুং মমল য়াম্বা ফি শীজিন্নবা নত্রগা শেং ঈনবা হায়বসি মশানা তাজরবা রাফম্নি। হায়রিবসি নত্রবদি লুহোঙবা/লুহোং-বতুগীদমক্তা অকক্কনা শাবা/লৈবা ফি-রোন শেংপা-ইনবা তাবনি।

লৈতেংগী মতাংদদি লৈ-শু, মোইবুং-মচেং, লিকোন, পোত্থান, নোংগৈ, চারিক, উহৈ অকনবনচিংবগী লীক পরেংশিং, শেননা শাবা খুজাৈ খুদোপ, নায়ান [মখোয়সিস্থ মৈদিংঙু কিয়াম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদগী লাক্লম্বা য়াই] মতুং থরা পেংগরক্লগা লুপাগী লৈতেংশিং অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী অরৈবা, ঈন্নাকথুনবশিংনা সনাগী লৈতেং থর থর শীজিন্নরম্বা য়াই। মরমদি মৈদিংঙুসিগী মতম খৃঃ ১৬২৩ দগী মৈতৈনা সনা খোনবা হৌখি[৬৪]।

মথক্তা হায়জগ্রিবা লুহোঙবগী মনাৎশিং অসিদগী মতুং তারকপা মতমগী— মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী লুহোং-খোঙদোংবগী মনাৎশিংসিদা থর অমুক শেমদোক শাদোক্তনা চথখিগনি।

—রিফরেন্সশিং—

১। কংলা তৌবা পুয়া M.S., শাকোক লমলেন অহানবা পুয়া M.S. অমসুং শ্রীখেলচন্দ্র : অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (ইম্ফাল ১৯৬৭): লা: ৬৭।
২। শ্রীলাই : ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯): লা: ৬৮।
৩। শ্রীভোগেশ্বর : সনামহি লাইকন (ইম্ফাল, ১৯৭২): লা: ৪৭।
৪। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা (ইম্ফাল, ১৯৬৭): লা: ৩।
৫। মথক্কীসিদা।
৬। নোংবান পোম্বী লুয়াউবা: M.S.
৭। মথক্কীসিদা
৮। ও, ভোগেশ্বর: নিংথৌরোল লম্বুবা (ইম্ফাল, ১৯৬৬): লা: ১৮০।
৯। মথক্কীসিদা লা: ১৮০-৮৬।
১০। কোম্থোকজম লাইবেগী নোংঙ্গারোল : M.S., খোইরিফাবা নাউ-খেমলোন : M. S. অমসুং চনম হেমচন্দ্র থাবা : হাওরোক কোন্থোলেম্বী (ইম্ফাল) ১
১১। খোংজোমনুবী নোংঙ্গারোল : M.S.
১২। এন: মনিজাও সিংহ : চৌঙদা শাৎপা ইভালৈ (ইম্ফাল ১৯৭০)
১৩। তুত্তোরোল M.S. ১মসুং শ্রীএন: মনাওয়াইমা সিংহ : তুতেংলোন (কমচীং, ১৯৮৮)
১৪। কোনসম (খুরাই ভাবা) শাগৈ পুয়া : M.S.
১৫। এন: মনিজাও : মথক্কী লাইরিক
১৬। মিয়াদ M.S.
১৭। পাম্থোইবী খোঙ্গুল M.S.

১৮। শ্রীখুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ: পাখংবা ফম্বাল (ইম্ফাল ১৯৬৭):লা:৩৫।

১৯। পুরৈরোম্বসিগী মমিং "অঙৌ" কৌই হায়না অঙোম খোঙহৌ খোইরা কৌবা পুয়ানা পী.র।

২০। শ্রীইবোতোন লুরাং: নোংপান পোনবী লুবাওপা (ইম্ফাল, ১৯৮২) লা: ১৯-২০।

২১। পান্থোইবী খোঙ্গুল : M.S.

২২। মথক্কীসিদা।

২৩। শ্রীও: ভোগেশ্বর : নিংথৌরোল লম্বুবা :

২৪। বি : কুলচন্দ্র: থাঙমইরোল (ইম্ফাল, ১৯৮৯)

২৫। শ্রীলাই : ৺ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : (চৈ: কু:) মথক্কী লাইরিক : লা: ৬৭। অমসুং শ্রীনদিয়াচান্দ সিংহ : ময়াম্বা গরিবনবাজ

২৬। পান্থোইবী খোঙ্গুন : M.S.

২৭। শ্রীলাই: ৺ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ মথক্কী লাইরিক

২৮। চেংলৈরোন পুয়া M.S.

২৯। থিরেল ননম্বা পুয়া M.S.

৩০। শ্রীলাই: ৺ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজন খেলচন্দ্র সিংহ মথক্কী লাইরিক : লা: ৬৩ অমসুং নোংশাবৈ পুয়া M S.

৩১। তুমন লৌরবদি শাগৈ/য়েক-শলাইগী পীবা নত্রগা শাগৈ নাউদা পীবা ওইবা য়াদে।

৩২। নোংবান পোনবী লুবাউবা M.S.

৩৩। পান্থোইবী খোঙ্গুল : M S —তমপা বাংঙমলোন পান্থোইবীবু চেংলৈ নিংথৌ শাপাইবগী দমক্তা হায়না-শীংনবগী মওং-মতৌ।

৩৪। চোথে থাংবাই পাখংবা : M.S. — চোথে থাংবাই পাখংবনা চোথে চনু থম্লাংতাউবীবু লৌন-লৈন।। অমসুং চোথে থাংবাই পাখংবা M .S. থিংক্রি নাচাববনা নোংপান্নোন শুম্বুলম্বীবু থেম্বা।

৩৫। পাখংবা লাইছই পুয়া M.S — খুইয়োই তোমপোকীদমক্তা নোংমোইনু অহোঙবী হায়বা অমস্তুং মুহোঙবা।

৩৬। মুংপান পোনপী লুরাউপা M.S. —মুংপান পোনপী লুবাউবগীদমক কৌবরোল নামোইনুব হায়না শীংনবা অমস্তুং লৌন-লৈনবা।

৩৭। চোথে থাংরাই পাখংবা M.S. খিংক্রি নাচাওবনা নোংপালোন গুমুংলগী লৌননবা হায়জবা।

৩৮। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা : M.S. —থংবী লাম্বাবা (চাও: খৃ: ১০০২-২৪) না ঈরাংলোন লৈমা য়োঈরেল তোমপোকপীবু পায়ু হায়না মোইরাং নিংথৌদা হায়জবা অমস্তুং অনিসিগী লৌন-লৈনবা।

৩৯। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : পাম্বোইবী খোম্বুল (ইম্ফাল, ১৯৭২) লা: ৩২,৩৬ :—

……… খোইপু পোংয়োম শা॥ হুঈকু পোংতম শেম॥ শিঙলেল খয়োম শানা॥ তমপা হেকভাঈ মীমুংওন॥ নঙপু পাওথেমচারকএ॥

৪০। মথক্কীসিদা : লা: ১২,২৮, ৩১, ৩৪।

৪১। মথক্কীসিদা :— পাচা থৌথিংবা, শেনকু নানমবগী রাহন্দোক্লা তারকপা মহৈ অমস্তুং লাইরিকসিগী পীজরিবা লমায়শিংসিগী মমুংগী ওইবা রাখল অমস্তুং রাখলোনশিং।

৪২। কৌব্রু, থাংজিং, মারজিং অমস্তুং রাংব্রেন : মসিগী খোরমসি মৈদিংঙু খাগেম্ব (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমদা হাপচিল্লকপা মাল্লি। চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইন্না লাইশিংসি থৌনিরকপসি নিংথৌসিগী মতমদগী হৌরকপা ওইনা তৌই।

৪৩। লম কোল্লিবা লাই লমলাইশিংসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতুংদা পুথোক্লকপা মাল্লি।

৪৪। খোরমসি থাজা খুজাওদা সেকেণ্ড রাউ রায় (খৃঃ ১৯৪১-৪৫) গী

মতুংগী চহি ১০/২০ ফাওবা চংনরম্বগী খুদম হায়বদি গুমাওদা উ কারোও য়ুংলম্বগী য়ারোল ফংই।

৪৫। শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : চাদা লাইছুই : লা: ৫৬

৪৬। ফুঙ্গা লাইরুদা লৈরিবা য়ুমলাই লাইয়িংথৌ সনামহীগী সাইওন ফুঙ্গা লাইরুবা কৌবা লাইদা কণ্ডুনা মুমিৎ ৫ (মুমিৎ ৫নিসি থরাই ৫গী ওইরম্বা য়াই, থরাই ১গী নোংমা পান্দুনা) থম্নগা শাবী-শানৌ অনিগী মুহোঙবগী পুন্সি অমসুং য়ুম্বানবগী পুন্সিগী অফ-ফত্তগী খেন-চাং য়েংনবগীনি।

৪৭। মুপাগী মপা ঙা/ঙমু অমা অমসুং মুপীগী মপা ঙমু অমনি। ঙা অনিসি ঈশিংদা থাদেকখিত্নুনা মখোয় অনিগী অনৌবা পুন্সিদা খোঙদাবত্নগী দমক্তা লাইদা কৎচবনি। মখোয় ঙা অনিনা চৎখিবা অমসুং লেং-ওৎপগী মতৌ য়েংলগা মখোয় অনিগী য়ুম্বানবগী পুন্সিগী খুদম-চাংদমসু য়েংনৈ।

৪৮। মসি, অপোক-অশাং পুথোক, য়ুমলাই অমসুং লমলাইশিংদা কৎননবনি।

৪৯। মসি লাইদা কৎলগা ময়াম্না প্রসাদি ফংননবা মুপা ময়ুমগী খুদোল্লি।

৫০। মসিসু য়ু হাপ্পা ওইগনি হায়না লৌজে।

৫১। হেমচন্দ্র ১সুং কুলচন্দ্র : থাওমইরোল : লা: ২২-২৩

৫২। থরানথাবা হিরান M.S.

৫৩। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : মৎকী লাইরিক : লা : ৪০-৪১
… … থাপা ময়ুমনাক॥ … … য়াইথুংলরপাতা॥ … … ময় তেকআনা॥ তমপা মগুইরোনবু॥ শিঙচেপ মৈরা হাইচৌ থাননা লমওকওময়ে … … কপোক কামনা হন … … লমওকতাময়ে॥

৫৪। খুমনথম য়াইমা সিংহ : পোইরৈতোন খুন্থোকপা (ইম্ফাল ১৯৭১): লা: ১৮ :—

... ... লৈমুং ইমাইবী ... ... মাংবাই তুংরাইবী ।। নঙদি খোইজু তোল্লোং খুঞ্জেম-ও ।। লৈমুং অশেবী সজি লাংকপী ।। নঙদি রাইশেং কামনা হকচেম-ও ।।

৫৫। শ্রীলাই : ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : মহাকী লাইবিক লা: ৩৪।

... ... খোংবম মংশাগী কুম শক ১৫৩০ (খৃ: ১৬০৮) দা ... ... খুরুম্সুং অতুইঙ হৌ-এ। খুরুম্বা খৈবিকপু লনকুচৈএ। ... ... ।।

৫৬। সুংপান পোনপী লুরাউবা M.S.

৫৭। ১) থরানথাবা ছিরান : M.S., (২) চোথে থাংরাই পাখংবা অমসুং সুংপান পোনপী লুরাউপা। (ইম্ফাল, ১৯৮০) লা: ১৯।

৫৮। থাংজম ইবোতোন : মৈতৈগী খৌরম পরেং (ইম্ফাল ১৯৭৬): লা: ১০।

৫৯। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : মথকী লাইরিক লা: ৪১-৪৮

৬০। কোকয়েং মথলসি লৈরম্বা য়াবদা— পাকলোই অমসুং তোল্লোক মচা (পাখং তোল্লোক) না খাগেম্বগী মমাঙদা অতুগা নিংথৌ-সিগী মতমদগী শদাই কোকয়েং খোঙ্কই।

৬১। খাঙদা শেংনবা যিজেংসি— খাঙদগী কৈগন ফাওবদা য়োবা, নাগৈ হাপ্তুবা, ফি মরাক পীকপা অমনা খাঙদা হেক্তা কোয়-শিনবা ওইনা ফংই। অতুবু মৈদিংঙু চালাম্বা (খৃ: ১৫৪৫-৬২) গী মতমদগীদি মৈতৈনা ফৈজোম শেংপা হৌখি। [T.C. Hodson : The Meithei (Delhi 1981) P. 20]

৬২। ফুরাইলাৎপম ইবেতোন শর্মা : মৈতৈ ফিজেং লৈতেং (ইম্ফাল, ১৯৯১): লা: ১১০

৬৩। শ্রীলাই : ৺হবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : মথকী লাইরিক : লা: ৮।

৬৪। মথকীসিদা : লা: ৬৭

# মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলবা মতুংগী লুহোংবা

মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরক্তা মৈদিংঙু চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) না খ্বাইদগী ইহান হান্না খৃঃ ১৭০৪ দা হিন্দু ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরবস্থ[১] মৈদিংঙু গরিবনিবাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) না খ্বাইদগী ইহান হান্না হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনীং লোনচৎপু মৈতৈ লৈপাক খ্বাংগী লাইনীং লোনচৎ ওইনা খৃঃ ১৭১৭ তা ওইহনখি[২] অতুগা মৈদিংঙুসিগী মতমদগী বামোন লোইশঙ শিংলবস্থ[৩] মৈদিংঙু চৌঙথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র, জয়সিংহ, মুঙনা খোম্বা, চৌঙশাং খোম্বা, কর্ত্তা, খৃঃ ১৭৬৩-৯৮) গী হাক্তক্তা খৃঃ ১৭৭৬ তা পঞ্চরত্তন হায়বা ব্রাহ্মনশিংবু ধর্ম্মগী বায়েল থৌদা তৌবা লোইশঙ অসি লিংখত্রিবা[৪] ফাওবদি মৈতৈশিংনা হিন্দুগী লুহোংবগী নিতি-নিয়ম খর লৌতুনা চৎনবা হৌরকই হায়বা ওমদে। মরমদি সম্বন্ধ নির্ণয়[৫] কৌবা হিন্দু চৎন-লোনচৎকী লৌন-লৈনবগী বায়েল-কাংলোন অমসুং পোমিৎ-থাখুন ইবা লাইরিক্তা থাহৌদোক ওইনা ইরি[৬]।

মহারাজ ভগ্যচন্দ্রনা কাঙ্কিপুরদা পানবা মতমদা চন্দ্রাব্দ ১০০২, শকাব্দ ১৭১২ (খঃ ১৭৯০) —ককচিং কৈথেলনা চৈথাবা কুম, ইঙেন থা ১০ নি পানবা (পুর্ণযাত্রা) য়ুমশকৈশা সুমিত্তা লৌন-লৈনবগী মরমদা থায়েল লাইরিক অমা ইতুনা লৈপাক অসিদা চৎনহনখি। লাইরিক অতুগী মমিং "সম্বন্ধ নির্ণয়" কৌই।

মরম অসিনা হিন্দুগী মচৎ-মনাৎ য়াওবা লুহোংবসি লৈপাক অসিগী ওইনা চৎনরকপসি ওল্লবদা খৃঃ ১৭৮০ গী অরুম্বাইদা চঙলক্লে হায়না লৌবা য়ারে। হিন্দুগী চৎন-লোনচৎকী লুহোংবগী মৈতৈগী লুহোঙবদা চঙলিবা মচৎ-মনাৎশিংতু খঙননবা হিন্দুগী লুহোংবগী মরমদা খঙদবা য়াদবা মতাং লাক্লে। মরম অসিনা হিন্দু লুহোংবগী মরমদা খরদং লৌখৎচরি।

হিন্দুনা লুহোংববু বিবাহ কৌই হায়বগী ৱারোল অমসুং লুহোংবগী মখোয়গী ৱাখল্লোন বাহৌদোকৌ মতাংদা থর মথৈ পঞ্জয়ে। হৌজিক হিন্দু বিবাহগী মখলশিং লৌখৎচরি। অর্থাহিন্দুগী লুহোংবা অসি পুন্না মখল নিপান শুই। মখোয় অহুদি— (১) ব্রহ্ম, (২) দৈব, (৩) আর্ষ (৪) প্রাজাপত্য, (৫) অসুর, (৬) গন্ধর্ব, (৭) রাক্ষস অমসুং (৮) পৈশাচ নিপানসিনি[7]। মখলশিংসিগী পীবিরম্বিবা শন্নম্না ৱারোলশিংদি :—

(১) ব্রাহ্ম— নিঙথিনা লাইরিক লাইশু হৈবা অমদি লোনচৎ ব্যবহার থঙবা বরবু বার্তান তৌহুনা পুবক্লগা নিঙথিবা ফিজেৎন-চিংবনা লৈতেংলবা বর-কন্যা অনিবু পুজা তৌহুনা কৎপা মখলগী লুহোংবা অহুবু ব্রহ্মবিবাহ হায়না কৌই[8]।

(২) দৈব— জ্যোতিষ্টোমনচিংবা যজ্ঞ (মৈ হোত্নুনা তৌবা যজ্ঞ) হৌগৎলগা পুরোহিত য়াওনা কর্ম কর্তানা ফিজেৎ লৈতেংলবী কন্যাদান তৌববু দৈববিবাহ হায়না কৌই[9]।

(৩) আর্ষ— ষনবী অমগা ষন লাবা অমগবু গোমিথুন হায়না কৌই। যজ্ঞনচিংবা ধর্মগীদমক্তা অসিগুম্বা গোমিথুন অমা নত্রগা অনিথক বরদগী লৌরগা হৌনবী তৌহুনা কন্যাদান তৌববু আর্ষবিবাহ হায়না কৌই[10]।

(৪) প্রাজাপত্য—নখোয় অনি তিন্নহুনা য়ুম্বানবগী থবক (গৃহস্থ্য ধর্ম) তৌগদবনি— অসুম হায়না তাক্তুনা ফিজেৎ লৈতেংনচিংবনা লৈতেংহল্লবা বরবু পুজা তৌহুনা কন্যাদান তৌরবদি মহুবু প্রাজাপত্য বিবাহ হায়না কৌই[11]।

(৫) আসুর— সুপী মপানচিংবদা নত্রগা সুপী মশামক্তা লন-থুম্নচিংবা পীনিংবা পীহুনা সুপী অহুবু লৌথকুনা আসুর বিবাহ হায়না কৌই[12]।

(৬) গন্ধর্ব— মুপা-মুপী মুংশিনহুনা লৌনববুনা গান্ধর্ব বিবাহ হায়না কৌই। অসিগুম্বা মখল অসিদি কামনা লমজিংহুন' মহৈ মহৈ লৈপুন ওইনিঙবগী ময়াইতনা থোকহল্লি[১৩]

(৭) রাক্ষস— মুপী মপান্না য়াত্রবদা মুপী মযুমগী মীশিংবু হাত্তুনা, কক্তুনা, মথোয়গী মযুম চণ্ডহুনা 'হা পাজি, হা তাদ' অসিনচিংবা হায়হুনা তেংথা-নাওইনা কপ্লবী কনাবু নমহুনা পুরক্লগা হোঙবা লুহোংবা অহুবু রাক্ষস বিবাহ হায়না কৌই[১৪]।

(৮) পৈশাচ— ইশি-শিনা তুম্লিবী, ময়াই কাবা পোং (যু) থক্তুনা ভাওচংনরবী নত্রগা অভাওবী মুপীবু অচিকপদা য়েংলুববু পৈশাচ বিবাহ হায়না কৌই। লুহোংবা মখল ৮ গী মনুংদা মসিদি মহাপাপকী মশক্লি অমসুং খ্বাইদগী হেন্না তোনবা মশক্লি[১৫]।

লুহোংবা মখল নিপান অসিগী মনুংদা মণিপুরী সমাজগী আইননা য়াবা লুহোংবা ওইনা খৃঃ ১৯৬০ দা শকখণ্ডখিবদি—(১) ব্রাহ্ম, (২) আসুর (৩) প্রাজাপত্য অমসুং (৪) গন্ধর্ব হায়রিবা মখল মরিসিখক্লি[১৬]। অহুবু রায়েল অসিবু আইন ওইনা চংনহনবদা য়াওবা[১৭]। অখণ্ড-অহৈ অমনদি মশা মথন্তুগী রাক্ষম ওইনা "রাক্ষস" মখল অসিমগা হেনগংহল্লগা মখল মভাগুনা পীবীরম্মী[১৮]। হ'যবিবা অনৌবা মতমগী আইন্না শকখণ্ডবা লুহোংবা অসিগী মমাঙদা সম্বন্ধ নির্ণয নকনা লৈপাক্লা, লৈভাকলোনগী বাযলনা শকখণ্ড-মযুখভাখবা লুহোংবগী রায়েল অমতা লৈতে। অহুগা সম্বন্ধ নির্ণয অসি মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ (খৃঃ ১৮৫০-৮৬) গী সনা হাক্তক্লা বায়েলশিংহু থরা হেন্না চাওথোকহল্লম্মী[১৯]।

হিন্দুগী লুহোঙবা অমসুং মৈতৈগী থায়নভৈ মমাঙভৈগী মুহোঙবা অমসুং হৌজিক কাওবা চংনরিবা লুহোংবগী থৌরমশিং অমসুং মুংগী রাখল্লোনশিংসি থেংনক্লরগা[20] চংনরকপসি[২১] উক্লরগা, লাইহ্রিক লাইগুশিংদা ইরম্লিবশিংসিগী অইবা খুদম-চাংদমশিংসি নৈনরুরগা, চত্থরক্লিবা

ব্রায়েল কাংলোনশিংসি[২২] থিরুরগদি— মৈতৈ খুম্নাইদা চৎনরিবা লু-হোংবসি তশেংনমক হিন্দু লুহোংবা মখল নিপান অসিগী মরক্তগী অমতগা মান্নবা, লুহোংবগী পরিং চুম্না চম্থবা অমসুং ব্রায়েল-কাংলোন, পোরম-পোমিৎ ভাক্লা চৎপা অমতা য়াওদবগুম উই। মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবসি অর্য্য হিন্দুগী লুহোংবগী মখল অনি/অহুমদগী তাদনা পুশিনবগী থৌরম, ব্রায়েল অমসুং কাংলোন উবা ফংই[২৩]। মসিগুম্বা মওংসি অর্য্য হিন্দুগী ক্ষেত্রিবর্নদসু তৌই[২৪]। মসি মৈতৈনা ক্ষেত্রি শাগে লেপ্পবা হিন্দু ধর্ম্ম লৌথিবনা ওইরিবরা[২৫] খণ্ডবদা ব্রানা থোকই।

মৈতৈগী লুহোংবদগী মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা শমজিল্লকপা খৃঃ ১৭৪৮ দগী খৃঃ ১৭৮০ ফাওবগী মতমসিদা মৈতৈগী হান্না লৈরম্বা লুহোংবদা হাপচিল্লক্লিবা থৌরম পরেংসিংদি— (১) বরনা লাক্লগা কন্যাগী য়ুমগী কোম্মোওদা মৈওকপা, কবোক অমসুং মেক্রুক চায়বা (২) ফক মথক্তা ফি অঙৌবা অমা থারগা বরব ফমহনবা, (৩) বরগী ফিজেত্তা অঙৌবা ভাক্ত ওইরুকপা, (৪) কন্যাগী পুকোক অমসুং বরগী পুকোক্তা তাকপা অমসুং অয়াবা লৌবগী লাইশোন-তীনশোন হৌদোকপা, (৫) কন্যানা লুহোংবা কোয়বা হৌদোকপা, (৬) লৈ/কুন্দো পরেং হুক্লবা, লৈ চায়বা হৌদোকপা, (৭) মুগী ময়ুমগী য়ুমগী লাই খুক্লদা হৌদোকপা, (৮) বরব মুগী ময়ুমগী কাংবুনা শকখণ্ড-মায়খণ্ডবদা কন্যাগী মমানা কা লানবা কৈন্যাগী মমাল্লবীশিংগা লোয়নবা কাংগুপী লান্নবা হাপকৎলকপা অমসুং (৯) মুগী থিনবগী থৌরম হাপচিল্লকপা অসিন-চিংবনি। মথোয়শিংসিদা নত্তনা মতম মতমগী মতুংইন্না থৌরম পরেং কয়াসু হাপকৎনরক্তনা মতুংদা চৎনরকপা লুহোংবগী মপুঙ ফারবা থৌরম পরেং অসি ওইহল্লকখি।

মৈতৈ হিন্দুনা খ্বাইগী ওইনা লৈঙাক ব্রায়েলনা শক খণ্ডখিবা লুহোংবগী মখলশিং (খৃঃ ১৬০ গীসি) সম্বন্ধ নির্ণয় চৎনরবা

(খৃ:১৭৯০) মতমগী শকখঙনবা লুহোংবশিংগী লেমহৌথাক ওইগনি হায়না থাজৈ। থৌওং-থৌদো অমসুং চৎথরকপগী থৌদোক-ৱাথোক্কী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ খুন্নাইদা খ্বাইনা শকখঙনবা লুহোংবা মখল থর ঙসি ফাওবদা লৈরি। মখোয় অদুদি:— (১) অহল লম্মা হায়ন-শীংনবগা লুহোংবা, (২) মশা মশা য়ানদুনা চেল্লগা হোঙবা লুহোংবা (৩) ফারগা লৌবা, (৪) কন্যা বৎপা, (৫) মশা মশা ওইহল্লগা নল্লগা শেংয়রকপদগী লৌবা অমসুং (৬) তুমন লৌবা— অসিনি। অকোনবগী (৫) শুবা অমসুং (৬) শুবা মখল অনিসি খ্বাইদগী হেন্না হন্থবা থাক্কী মখলশিংনি। লৈপাক্কী ৱায়েল কাংলোন লাইনীং লোনচৎকী ৱায়েল চৈরাক, চংনবাগী চংলম-লুপতিনগী ৱায়েল অমসুং লৈপাক খ্বাইগী চৎনরকপা অমদি চৎনরিবা ৱারেপ-ফিরেপকী ৱায়েলশিংনা ফনমক থিংলহন্দুনগা য়াদ্রবসু অদুম্মক তৌনরকই অমসুং তৌনৈ। লুহোংবা মখলশিংসিগী চাওরাকপা ৱারোলশিংদি:—

(১) অহল-লম্মা হায়না-শীংনবগা লুহোংবা:

মখল অসিগী লুহোংবসি থায়নঙৈদগী হৌনা লৈপাক খ্বাই পুন্নরক্না খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী লুহোংবনি হায়না য়ানরকই অমসুং চৎনরকই অমদি হৌজিকসু য়ানরি অমসুং চংনরি। মখল অসিগী মপুঙ ওইবা ৱারোলদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈগী মখল অসিগী লুহোঙবদা য়েংবীয়। মখল অসিদা ফংবা য়াম্নবা মখলশিংগী লুহোংবগী মথেক্কশিংদি:— (১) ব্রহ্ম-দৈব, (২) আর্ষ-দৈব, (৩) ব্রাহ্ম-আর্ষ (৪) ব্রাহ্ম-দৈব-আর্ষ (৫) ব্রাহ্ম-গন্ধর্ব্ব (৬) গন্ধর্ব্ব-আর্ষ (৭) দৈব-গন্ধর্ব্ব অমসুং (৮) গন্ধর্ব্ব আর্ষ-দৈব অসিনচিংবনি।

(২) মশা মশা য়ানদুনা চেল্লগা লুহোংবা:

মখল অসিগী লুহোংবসি থায়নঙৈদগী হৌনা মৈতৈ লৈপাকসিদা অনিশুবা থক্কী লুহোংব ওইনা খ্বাইনা য়ানরকই অমসুং য়ানরি।

লুহোংবা মখলসিগী মপুঙ ওইবা ৱায়োলদি মৈতৈনা হিন্দু ধৰ্ম্ম লৌখিবগী মতুংদা হৌজিক্কী নুংগোংবদা মখল অসিগী শীজরিবথুদা য়েংবীয়ু। মখল অসিগী লুহোংবসিদা সমাজনা পাউখোকদবা মখল-মথা অয়াম্বা থোকদোক ৱাখোক্কী নুপা-নুপী মরী লৈনবগী মরালশিংগী লৌন-লৈনবা পুম্নমক শীজিন্নি অমসুং মশা-মশানা য়ানথুনা তৌজবনি, চেঙ্গবনি গন্ধৰ্ব্ব-বিবাহনি হায়জিন্দুনা হেক্তমক কাংথুনসিদা নমশিন্নি। অতুগী মথক্তা মখলসিগী ফংলিবা য়ান্নবা মথেলশিংদি— (১) গন্ধৰ্ব্ব-ব্ৰহ্ম-দৈব (২) গন্ধৰ্ব্ব-প্ৰাজাপত্য, (৩) গন্ধৰ্ব্ব-ৱাক্ষস, (৪) গন্ধৰ্ব্ব আসুর অমসুং (৫) গন্ধৰ্ব্ব আৰ্য-দৈব অসিনচিংবনি।

(৩) ফাৱগা লৌবা লুহোংবা

মখল অসিগী লুহোংবসি অহুমশুবা থাক্কী লুহোংবগী মখল্নি। মসি থাম্নদগী অমসুং মমাংঙৈদগী চংনৱকপা নমথুনা লৌবা লুহোংবগী মখল্নি। মসিগী মপুঙ ওইবা ৱায়োল মৈতৈনা হিন্দু ধৰ্ম্ম লৌখিবগী নুংগোংবগী নমথুনা লৌবা নুংগোংবগী মখলদা য়েংবীয়ু। মসিবু নুপীচিংবা নত্ৰগা চিংলগা লৌবা হায়নসু কৌনৈ। মখলসিগী য়ান্নবা মথেলগী লুহোংবশিংদি — (১) ৱাক্ষস গন্ধৰ্ব্ব, (২) ৱাক্ষস-আসুর, (৩) ৱাক্ষস-আসুর-দৈব, (৪) ৱাক্ষস-আসুর ব্ৰাহ্ম অমসুং (৫) ৱাক্ষস-পৈশাচ অসিনচি বনি।

(৩) কন্যা কংপা লুহোংবা

মখল অসিগী লুহোংবা অসি অহুমশুবা থাক্কী লুহোংবগী মখলদা লৈ। মসি মরু ওইনা লৈত-লাইৱবা, লুপ্ৰা ওইৱবীনা অমুক ময়ুম পানবা অমসুং লমকেৎ-লমহেন্দুনা মরুপ্পী থম্বা নত্ৰগা অপাম-ঈথোললাংবগী নত্তবা লমচৎ চংপা-চংপীশিংগী মকমদা পাংথোকপা

মখলনি। মসি নুপী ময়ুমগী মীশিংদা নত্তনা লৈপাক খুাইনস্থ চৌরক্তনা লমহেন-তুহেন্নবশিংগী মফমদা তৌনৈ। অদুগা তুমন লৌবা তারক্ল-বদস্থ কন্যা কংপগী লুহোংবসিনা লৌন-লৈনবগী থৌরম পাংথোক্লে। মখল অসিগী লুহোংবসি আর্য্য হিন্দুগী প্রাজাপত্য বিবাহ মখলগী ওইবা য়াই। অদুবু থৌদোক-ৱাথোক্কী মতুং ইন্না য়ান্নবা মখেলশিং লৈ। মখোয়দুদি— (১) প্রাজাপত্য-গন্ধর্ব, (২) প্রাজাপত্য-রাক্ষস, (৩) প্রাজাপত্য-আসুর (৪) প্রাজাপত্য-পৈশাচ, (৫) প্রাজাপত্য-আসুর-পৈশাচ অমসুং (৬) প্রাজাপত্য-রাক্ষস-পৈশাচ অসিনচিংবনি।

## (৫) মশা মাওহন্নগা নপ্রগা শোয়রকপদগী লৌবা

মখল অসিগী লুহোংবা নপ্রগা লৌন-লৈনবগী মখল অসি খুাইদগী হেন্না হন্থবা থাক্কী মখল ওইনা থায়নডৈদগী/মমাংডৈদগী চৎনরকপা "নমতুনা লৌবা ছায়বা মখল অদুনি। মখলসিগী মপুং ওইবা ৱারোল মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখ্রিডৈগী মুহোংবগী" নমদুনা লৌবা ছায়বা মুহোংবা মখলদুদা য়েং-বিয়ু। মখল অর্য্য হিন্দুগী লুহোংবা মখলদা ছায়বগা পৈশাচ ছায়বা খুাইদগী হেন্না ফত্তবা মখলদুনি। অদুবু থৌদোক ৱাথোক্কী মতুং ইন্না মখলসিগী য়ান্নবা মখেলশিং লৈ। মখোয়দুদি— (১) পৈশাচ গন্ধর্ব, (২) পৈশাচ-আসুর, (৩) পৈশাচ রাক্ষস, (৪) পৈশাচ-আসুর-রাক্ষস, (৫) পৈশাচ-প্রাজাপত্য অমসুং পৈশাচ ব্রাহ্মা অসিনচিংবনি।

কনাগুম্বী নুপী/লৈশাবী অমবু থেম-নৌদুনা নুংশিবগী ঈপাক্তা পুথবীরগা অপাম ঈথৌ লাংবদগী মশা শোক্ল্রগা শোয়রকপা নপ্রগা পুক্লীং অমসুং ইন্দ্রি ৱারকপা ওমদবদগী হর্কতিন্নদুনা পামদনা অপাম্বা শাবদগী শোয়রকতুনা লৌদবা য়াদবা মরমশিং লাকপদগী লৌবস্থ মখল অসিদা চিংগনি।

## (৬) তুমন লৌবা

মখল অসিগী লৌন-লৈনবসি মৈতৈ খুন্নাইদা খুাইদগী হেন্না নেম্বা থাক্তা থরৈ। থায়নডৈ অমসুং মমাংডৈগী মতমদদি মসিগী ৱাকম অসি

লৈবা থেংনদে। মখলসিনা মণিপুরদা থাক হাইথংকপসি হিন্দুশিংগী সত্তিদাহ[২৬]না মণিপুরদা চঙলকপগী মহৈনা মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা হৌরকপা মতুং সম্বন্ধ নির্ণয়গী ব্রায়েল চংনরকপগী মতম অদুব্রাইদা ওইবা য়াই।

তুমন হায়বসিগী বাহন্দোক— তু-মতু, মন অমনবা হায়বদি অমুক ময়ুম পাল্লরগা (নুপী অদুগা লৌনবা য়াবা নুপা অমগা আইন্না য়াবা মও'দ' লুহোংলুরবী) খায়নরবী নুপী নত্রগা নৌনা লুপ্রা ওইহৌরবী নুপীবু তুমন মীগী মতু অমনবী হায়না কৌই। মসি লৌবসি মৈতৈ খুন্নাইদদি থাক হন্থনরম্মী। অদুবু খৃঃ ১৯৬০ গী অনৌবা শেম্বা আইন্দদি ব্রায়েলনা য়াবা অমসুং চংনবা য়াবা লুহোংবগী থাক্তা পী[২৭]। অদুবু মৈতৈ খুন্নাইগী লাই-তীনগী ওইবা থৌরমশিংদদি তুমনশিংনা পাংথোকপা তৌহন্নদে। অদুগা তুমন লৌবা নুপাদু শাগৈ/য়েক্কী পীবা ওইবস্র য়ানদে।

তুমনসি অমুক হন্না লাইনৌংলোনগী অমসুং লৈঙাক ব্রায়েলগী চংনবীদা লুহোংবা য়াদবনা কন্যা বংপগী পাহৈসিনা লৌন-লৈনবগী থৌরম ওই।

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চংলবা মতুংগী লুহোংবা অমসুং হৌজিক চংনরিবা লুহোংবগী থৌরম পরেংশিং :—

মৈতৈগী লুহোংবা মখলশিংগী খ্বাইদগী হেন্না বাংবা থাক্কী ওইবা অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনরগা লুহোংবা হায়বসিগী থৌরম পরেংসি মতম মতমগী ওইনা খজিক খজিক হাপচিন্নক্তুনা হৌজিক্কী মতমগী লুহোংবগী থৌরম পরেংসি তাররিবনি— হায়বসি মখক্তদু পঙ্গথে। মৈতৈ মখলগী লুহোংবশিংসিগী থৌরম পরেংশিংসি অহল-লমম্না হায়ন-শীংনরগা লুহো-বগী থৌরম পরেং অসিগী মপান তাংবা ঙাক্তনি। মসিদগী থর থর

ককথনরগা অমসুং অয়াম্বা শরুক ককথৎনদুনা শমজিন্নরগা অতৈ মথলগী লুহোংবগী থৌরম পরেংশিংদু ওইখিবা ভাক্তুনি। অদুনা মপুঙ ওইরিবা খ্বাইনা য়ানবা অমসুং চৎনরিবা অহল লম্মন্না হায়ন-শীংনরগা লুহোংবগী থৌরম পরেংশিংদু মথং-মনাও নাইনা লৌখৎচরি।

(১) নুপী/মৌ হায়বা নত্রগা হায়জবা

থৌরম পরেং অসিনা লুহোংবগী খ্বাইদগী ইহান হানবা খোঙথা নি। মসিগী মপুঙ ওইবা বারোলদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিড়ৈগী লুহোঙবগী অহানবা থৌরম পরেং "হায়ন-শীংনবগা" মান্নে। মথক্কী হিন্দু লৌখিড়ৈগী লুহোঙবগী থৌরম পরেংদা য়েংবীয়ু। অদুগা খেন্নরিবদি নুপী হায়বা চৎপদা পুরিবা অচা-অথক্কী পোৎলম-চৈরম অদুথক্তুনি। হিন্দু ওইরবা মতমসিদা পুরিবা পোৎলমশিংদি— কা-মনা (পানা), হৈ-লৈ অসিদমক পুনরে।

(২) যাথং থানবা

থৌরম পরেংসি অহানবগী নুপী হায়বা চৎপদুগা "অহল-লম্মন-শিংদু শকখঙ মায়খঙনরগা বা হৌদোক্লম্বদমক ওইনা তৌবদুগী মথক্তা তশেংনা মমৌ ওইনীংবগী অপাম্বা উত্না চম্বনি। নুপা ময়ুম অমসুং নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংনা লুহোংবদুগী য়ানগদবা মওং উদুনা য়ানবা পুরক্লবা বারোল-বাফমশিং ভাংন-শক্লদুনা মায়গৈ অনিমক্কী ওইবা বারেপ লৌননবা লাক্লে। লুহোংবগী থৌরমদু থরা খুমাঙ চাওশিনহন্নবা লাক্লে। করিগুম্বা মায়গৈ অনিমক্কী অহল-লম্মনশিংদু লুহোংবদুগী এরমদা য়ানবা পুরক্লবদি অহল লম্মনশিংদু অমগা অমগা খুক্কন্নদুনা থৌরম পরেংদু লোয়শিন্নে

(৩) বারোয়পোৎ পুবা

নুপা ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংগা নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংগা অমুক হন্না নুপী ময়ুমদা উন্নদুনা মথং চম্বরক্কদবা লুহোংবগী থৌরম

পরেংশিং হৈজীং খরায় পুবা নত্রগা হৈজীংপোৎ পুবগী অমসুং লুহোংবগী থুমিৎ লেপ্পনবা খঙ্গে অমসুং লেপ্পে। অমুন্না লুহোংবদুগী য়ানবগী অরোয়বা রা, রারোয় লেপ্পবগী থুমিৎ অসিদা নুপা ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংনা অহাঙ-অথুম লুবাক্তা নত্রগা ফিরুক্তা হাপ্তুনা রারোয় লেপ্পবগী খুদোন পোৎ ওইনা পুরক্কে। মরম অদুনা থৌরম পরেং অসিবু রারোয়পোৎ পুবা হায়না খঙনৈ। নুপা ময়ুম্না পুরক্লিবা অথুম-অহাঙদু খুদোন তৌবা মতমদা নুপী মযুমগী মীশিংদুনা চারবদি—মখোয় ইমুং মনুং অমসুং শাগৈ-নাতৈনা লুহোংবদু তশেংনা য়ারে হায়বা খঙনৈ। অদুগা অথুম-অহাঙদু হায়ন-শানরিবী লৈশাবী/নুপী অদুনা চারবদি মহাক মশানা লুহোংবগী রাকমদু য়ারে হায়বা খঙনৈ অমসুং লেপ্পে।

৪) হৈজাংপোৎ/গায়জপোৎ/হৈজীংপোৎ পুবা নত্রগা হৈশীং-খরায় পুবা :

থৌরম পরেং অসি পাংথোক্কদবা থুমিৎ অসি রারোয়পোৎ পুবা থুমিত্তা নুপা ময়ুমগী অমসুং নুপী মযুম অহল-লমনশিংনা পুন্না খন্নদুনা অফবা নুমিৎ খল্লগা লেপ্পে। হৈজীং খরায় পুবা অসিবু বামোনশিংগী লুহোংবগী ওইরবদি—লৈ-চন্দন পুবা—হায়না হায়নৈ। অদুগা পুরিবা পোৎলমশিংদি হৈজীংপোৎ পুবগা মান্ননা পুই। অদুবু মসি মতম খরগী মমাঙদদি নত্রগা মতুন অমদদি বামোনশিংগীদি লৈ-চন্দোন পুরম্বা য়াই হায়না থাজই।

হায়নবগী মতুং ইন্না নত্রগা লুহোংবগী নশাগী তৌফম থোকপা ওইনা লুহোংগদৌবা পাথং অদুগী মযুমগী অহল-লম্মনশিংনা লুহোংগদৌরিবা লৈশাবী অদুগী মযুমদা হান্নবা — লেপ্পরবা নুমিৎ অদুদা হৈ-রাগী ফিরুক তরেৎ-নিপাল নত্রগা মসিদগী হেন্না ( হৌজিক কান্দদি কবোক-হৈবোক্কগা হেন্দুনা তল, জীলিবী, রসগুল্লানচিংবা মথল-মথেলগী অথুম-অহাঙ পুনরে ) পুরকই। মসি পুরক্কদবা থুমিৎশিদা নুপী মযুমগী অহল লম্মনশাগৈগী মনী মতা পুন্নমক পাউ চেন্দুনা থৌরমদু য়াঙবিরনবা হায়জো,

মুপা ময়ুমদগী পুরক্লিবা হৈ-রা অমসুং কবোক-হৈবোকশিং অদু লৈশাবী অদুগী লাই ওইগ্রবা অপোক-অশাং পুকোক, মহাক্কী লৈকোক-লৈকায়রবু কোল্লিবা লাই, মায়গৈ ঙাকপা লাইশিং অমসুং মালেমগী লৈথক, লৈখা অমসুং মালেমদা লৈরিবা লাইশিংদা কুজদুনা ঈরাংপা অমসুং হৈকং-লৈকং তমদুনা লৈশাবী অদুবু মহাক্কী হায়নগী য়ুম্নাক শাগৈ-দগী হোংসে, পাথং অদুগী য়ুম্নাক শাগৈদা তিনথ্রে—হায়না পাউতাক্কনা অয়াবা লৌবা, খঙহৌ-তাহৌবা ওইবীনবা হায়জবা অমসুং তীনমু-লাইমু কত্তবা তাম্থোকপীদুনা পুন্সি খুরৌ-ঈরৈ চন্দনবা নীজবা অসিন-চিংবগা লোয়ননা হৈকু পোত্তম অদুনা বারেপ্পদুনা শারি নামুং শোম্নবনি। মসিগী থৌরমসি হিন্দু ধর্ম্ম লৌথ্রিঙৈগী মমাঙগী লুহোংবদা শুমায উরোঙ খিনবা, য়ুম্মচিন কাকফৈ থাবা, পামেন উরায় হকপা হায়না খঙনৈ। মথক্কী মমিংসিগী থৌরম পরেংদসু য়েংবিয়ু।

হৈজিং খরায় পুরকপা অসিদা অপোক-অশাংকী য়াওদবা য়াদবা পোৎলমশিংদি— ১) হৈরাংদা— হৈনীঙ, হৈক্রু, হৈজাং, লফোই, চুঙৌ, কা, ২) লৈদা— লৈশং, ৩) ফিদা— চিনফি-লাইফি অমসুং ৪) অথুম-অহাওদা— কবোক অসিশিংসিনি[২৮]। মুপা ময়ুম্না পুরক্লিবশিংসি মথক্তা পঙথ্রিবা লাইশিং অদুদা কৎলি। অদুগা মুপী ময়ুমগী য়ুমগী লাই-সনামহি লাইয়িংথৌদসু কৎলি। শাগৈগী অপোক-অশাং পুকোক্কী কৎলবা পোৎলমশিং অদুদি শাগৈগী মীওইশিং নত্তনা অতৈম্না চাবা য়াদে[২৯]। য়ুম লাই সনামহৈদা কৎপদুনা ঈমুংদুগী মীতমা চানৈ। অদুগা লমলাই, লম কোম্নবা লাইদা কৎপদুনা লৈকোক-লৈকায়গী মীশিংনা চানৈ[৩০]। লাইশিংদা অমসুং অপোক-অশাংদা কৎলিবা পোৎলমশিংসি কত্রিঙৈদা অমম্ম অথৌ লাইশোন, নাহৈরোল লাইশোয়চিংবা শোন্দুনা তোংঙানবা নাহৈফু অমদগী তাইরেল পুংকাইন-চিংথনা নাহৈরগা কৎকদবনি[৩১]। অদুগা ব্রাহ্মনগী লৈ-চন্দন ওইরগাদা তুলশী মনাগী মচুম্না পোৎলমশিংদু শোংদোক্লগা কৎকদবনি[৩২]।

ছায়রিবা হৈজৈংপোৎ পুরকপা অসিদা লুহোংগদৌরিবা পাথং অতুগী মায়গৈগী অহল-লম্মনগা লুহোংগদৌরবী লৈশাবী অতুগী মায়গৈগী অহল-লম্মনগা অমগা অমগা কা লান্নতুনা হরাও-তয়ান্না ভাইশেন ওইনরে ছায়বগী বাখল ফোংদোক্লে অমসুং নীংনৈ[৩৩]।

নুপা ময়ুমদগী পুরকপা হৈজৈংপোৎকী হৈ-রা অমসুং অথুম-অছাও অতু লুহোংগদৌবিবী লৈশাবী অতুনা মহাক্কী মমান্নবীশিংগা লোয়ননা নুমিৎকী নুমিদাংবাইবমদা মথোয় ময়াম পুন্না চামিন্নৈ।

হৈজৈংপোৎ পুতুনা আপোক-অশাংৎ খুরুম্নগী থৌরম পারেং পাং-থোকপ্রবী লৈশাবী অতুদি লুহোংলবীগী শীংদা চন্নে। মহাক মমা-মপাগী ময়ুমদা লৈজরবসু য়ুমাক-শাগে ৎল্লবীনি। মহাক্কী আপোক-অশাংৎ পুকোক্না হৈকু পোত্তম কৎপ্রবা নুপা অতুগী ওইপ্রবীনি।

## ৫) লুহোংবা নুমিৎ নোংমা রাংলিডৈগী থৌরম—

লুহোংগদবা নুমিৎকী নোংমা রাংলিডৈগী থৌরম পারেং অসি নুপা ময়ুমলোমগী থৌরম অমসুং নুপী ময়ুমলোমগী থৌরম ছায়না খায়দোকপা য়াই। মখোয়শিংগী রারম মথাদা মথং মথং উৎচরি :—

নুপা ময়ুমলোমগী থৌরম— লুহোংবা নুমিৎ নোংমা রাংলিডৈ-সিদগী লুহোংগদৌরিবা পাথং/নুপা অতুবু বর ছায়না থংনবা হৌই। মহাক নুপী ময়ুমলোমগী মীনা মহাকপু লুহোংবতুগী বাত্তেন তৌবা লুংথিলদা লাক্কদবনিমা শম-কোইনচীংবা ককলগা ঈরু-মাইথজরগা চন্দোন চবা থিন্দুনা ফুরিৎ পুময়াৎ অঙৌবা লিঙুনা ফৈজোম অঙৌবা শেৎলগা য়ুমগী মাঙোনগী কম্মেন নম্রগা মাঙশোক্না ফক অমগী মথক্না ফি অঙৌবা অমা থারগা থোঙ্গাই চন্দুনা ফমগা ভাইতুনা লৈগদবনি। মতমসিদা নুপী ময়ুম লোমদগী বর বাত্তেন তৌবা ছাবতুনা লুহোংগদৌ-রিবা পাথং/নুপা অতুদা মথংগী নুমিত্তা পাংথোক্কদৌরিবা লুহোংবগী থৌরম অতুদা মহাক্না খুাইদগী হেন্না মরুওইবা মীশক ওইনা শরুক য়াগদৌ-রিবমি ছায়বসি থওহন্নবা পাউতাকপা (বাত্তেন তৌবা) লাকই অমসুং

হায়রিবা থৌরম পরেংসি পাংথোকই। বর বাত্তোন তৌবা লাকপসি লুহোংগদৌরিবা লৈশাবী/নুপী অদুগী মপা, মপা থোকপা নত্রগা মরী-মতা থোক্রবা অঙাং অমা পুদুনা লৈশাবীদুগী অহল লম্মন্না নত্রগা মখোয়না খন্নবা মী অহল অমা লাক্কদবনি। অহল অদুনা অঙাং অদুদা তৌগদবা মওং-মতৌ পুন্নমক তাক্লনা বর অদুদা পাউতাকপগী (লাকপীন-বা হায়জবগী) শীন্থাসি পাংথোকহল্লী। থৌরমসিদা চৎনবী ওইনা অভৌবা ফিজোল ভাক্তা শেংলি, ইল্লি। অঙাং অদুনা কুণ্ডো/মাল্লিকা/অঙ্গোৎ নত্রগা মহুৎশিনবা য়াবা অভৌবা লৈগী পরেং অমা বরদুগী ওকশমদা হুক্লগা পানা-কানা শেম্বা পাউ তাকপগী খুদোল অদু কৎলগা খুৎমদুনা বাত্তোন তৌবগী থৌরমদু পাংথোকই। অদুগা বর বাত্তোন লাকপশিং অদুবু নুপাদুগী/বরদুগী মমা-মপা/অহল-লম্মনশিংনা ওমজবা খুদোল নত্রগা শেল ওইনা খুদোল কৎলি। অসুম্না বর বাত্তোন তৌবগী থৌরম পরেংসি লোয়শল্লি।

নুপী ময়ুমলোমগী থৌরম— লুহোংবা নুমিৎ নোংমা রাংলিৎগী নুমিৎসিগী নুংথিলদা বর বাত্তোন তৌরুনবগী থৌরাং শিল্লি। বরবাত্তোন তৌবা : মথক্কী নুপা ময়ুমগী থৌরমদা য়েংবিয়ু। বর বাত্তোন তৌরুবদা অহল-লম্মনগী থৌরাং লোইরে, হয়েং লুহোংবা নুমিৎকী শেম-শাগদবদা মঙাইরে। নুমিৎসিগী নুমিদাংদা মতম মতমগী চৎনবগী মতুং ইন্না লুহোংগদৌরিবী লৈশাবী অদুগী ময়ুমদা লীকোন শান্নদুনা, কারী/পেনা/থোংজোম পক্ক ভাদুনা নত্রগা লীলা ভৌবনাচংবা পাংথোক্লনা লুহোং-গদৌরিবী, হয়েংদগী মোগীশীংদা চনওগদবী, য়ুমদু থাদোক্লনা চৎক্রগদবী লৈশাবীদুনা মশুঙ-মমান্নবীশিংগা হরাও-ভয়াম্না মতম লেনমিন্নে।

৬) লুহোংবা নুমিৎকী থৌরম পরেং —

নুমিৎসিগী থৌরম পরেংগী মপুঙ ওইবা শরুকশিং পাংথোক্লদৌ-রিবসি নুপী ময়ুমদনি। অদুবু নুপা ময়ুমলোমদসু পঙতা তাবা থৌরমদি নত্তে। লুহোংবা নুমিৎকী থৌরমসি নুপা ময়ুমগী থৌরম পরেং

অমসুং নুপী ময়ুমগী থৌরম য়ানশিনবা মথংমনাও নাইনা ইথজরকে।

চাক পীজবা— খ্বাইদগী ইহান হানবদা বর ওইগদৌরিবা অমসুং কন্যা ওইগদৌরিবী অনীডু ময়ুম ময়ুমগী মী কনা অমতা চাক চামপ্রিডৈদা মখোয় অনীডুনা খ্বাইদগী হান্না নুমিত্তংগী ওইনা অয়ুক্কী চাকলেন পীজগদবনি। মসিগী মরমদি মখোয় অনীসি পরমপুরুষ অমসুং পরম প্রকৃতিনি হায়বগী রাখল্লোন মাল্লি। লুখাক পীজবা (মী অমনা চাপ্পবা মতুংদা চাবা) য়াদে।

বর যাত্রাগী থৌরাং— নুপা ময়ুমদা বর ওইগদৌরিবা পাখং অডুগী মমাংদা ঘট চক্র (ঈরাং ফু) লাত্তুনা পূজা তৌগনি। অডুগা পাখং অডুনা মথরাইনা তাজবা ফিজোল নত্রগা লুহোংবগী চংনবী ফিজোল অভৌবা মচুগী পুময়াং ফুরিৎ, ফৈজোম (মপান চন্দবা), ঈন্নফি অমসুং কোকয়েৎ য়েত্তুনা মনাক্তা কাশেন, শেনাক অমসুং মিংশেল থমডুনা লুহোংফমদা খোঙশান্নবা শেম-শাডুনা লৈগনি। বরনা য়েংকদবা কোকয়েৎ্পি শল্লাই কোকয়েৎ অচৌবদা য়েংনা নপী য়েংকনি[৩৪]। অথত্ত অহৈশিং নত্রগা বর শেন্নবনা শোরগী ফিতুপ তাক্তুনা অমসুং খোঙশান্নবগী পুংফম-খেনফম তাক্তুনা খোঙশানহনগনি। বর যাত্রাগী মতমসিদা কনা কনাগুম্বনা মিয়েংফু[৩৫]। লাংনবসু য়াওই। মতমগী চংনবী মতুংইন্না বঝাই বেঙ্গুন নত্রগা বেন পার্টি য়াওনবসু য়াওই।

কন্যাগী খোঙগান পুংফম— নুপী ময়ুমদসু কন্যাগী মমাংদা নুপা ময়ুমগী বরগী মমাংদা তৌখিবডুগুম ঘট চক্র নত্রগা ঈরাংফু লাত্তুনা খোঙ্গান পুংফম অফবা য়েংবগী পূজা তৌগনি। খোঙ্গান পুংফম য়েংবসিগী মমাংদা কন্যাডু ফিজেৎ লৈতেংগনি। লুহোংগদৌরিবী নুপী অসি য়াম্না ঙল্লিডৈগী মতমদদি চিনফি/চকফি-লাইফি ফনেক, মথংদা ফনেক মপান খোইজাও লোনবী, মথংদা খোইঅকোয়বী লোনবী ফনেক শেংনরম্মী। ফিনা মাইমু তোমশোন, নমথাংখুল্লক্তা লুহোং-ফিজিন হাপ্তুবা/হাপ্পা অসি ইন্নরম্মী। ফুরিৎ শীজিন্নরকবা মতমদা রেশম ফুরিৎ শাইককপা (অশংবা মচুনা নম্না শিজিন্নৈ) জিংলি। কোক্তা লাংমৈ পুংলেন, নোইনীংখোই মতু, উরেকশেক, মমৈদা কজেংলৈনচিবা কোক্তী

লৈতেং শীজিন্নৈ। লীক্লা, কিয়াং লীকক্লাং, মরৈ পরেং, থরোক্ত মনীং পরেং, হৈক্রু পরেং অসিনচিংবা শিনৈ। নিংথৌ মচাইবেম্মাশিংদি কুমিন শেংপস্নু য়াওনৈ। অদুবু মৈদিংগু নরসিংহ (খৃঃ ১৮৪৪-৫০) গী মতমদগী লুহোংবদা পোৎলোয় শেংপা, কজেংলৈ হাপ্পা হৌরকখি[৩৬] অদুগা মৈদিংগু চুড়াচান্দ (খৃঃ ১৮৯১—১৯৪১) মহারাজগী মতমদগী শম বেনী লোনবা, শমদা কুরাক পাইবনচিংবা মথং মথং হাপকৎনরক্কনা চংনরকই[৩৭] অদুগা কন্যা শেন্নবনা শোরগী ফিবম অমসুং থোঙ্গান পুংফম তাক্কনা কন্যাসু লুহোংফমদা খোঙশাল্লক্কদবনি

সংকীর্ত্তণ হৌবা— বর-কন্যাগী থোরংশিংসি ভৌনরিংগী চৈরকসিদা নুপা ময়ুমগী অখণ্ড অহৈনা সংকীর্ত্তণ হৌনগী মতম ওইরে হায়না তাক্লনবা নুপা ময়ুমগী অহল অহুম-মরি থাদুনা নুপী ময়ুমদা নত্রগা লুহোংকমদা সংকীর্ত্তণ হৌবা য়াবগী মতম খঙহনগনি। মতুদগী নুপী ময়ুমগী অহল লম্মনশিংনা সংকীর্ত্তণ হৌহনগনি।

সংকীর্ত্তন হায়বসি হিন্দুগী মৈ হৌদুনা তৌরিবা যজ্ঞ অদুগী মহুৎশিনবনি। যজ্ঞগা সংকীর্ত্তণগা মগুন চপমান্নৈ। মৈ হৌদুনা যজ্ঞ তৌরিবদি সংকীর্ত্তণ য়াওদবস্নু য়াই। মতৈ-মনাও ওইগদৌরিবা অনীদুনা লৌন-লৈনবগী শাক্ষী মৈনা ওইবা অদুগুম সংকীর্ত্তণনা শাক্ষী ওইবনি। মরমদি সত্যদা তপস্যানা, ত্রেতাদা যজ্ঞনা, দ্বাপরদা সেবা অমসুং পুজানা অমসুং কলিদনা সংকীর্ত্তননা পরমাত্মা ফংন্নবা লম্বীনি[৩৮]।

নুপা ময়ুমলোমগী কাংবু লাকপা :

সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ হৌগ্রে খঙলবা মতুং পুংমুক লৈরগা নুপা ময়ুমগী কাংবুনা ফিরুক নোংশাংগী লাই-কৎননবা ফিরুক্লা মাঙ থারগা বর, বর মমান্নবশিং অমসুং লুহোংবগী থোরমচু য়াওবা লাকপশিংনা মতুগী মতুং ইন্না চত্তুনা লুহোংকমদা খোঙশাল্লক্কদবনি। ফিরুক নোংশাং/পুংশাং হায়বসি লুহোংগদৌরিবা পাখং ১সুং লৈশাবী অনিদুগী য়ুম্বাবগী পুন্সিগী খুদম চাংদম য়েংননবা ফিরুক অমদা—চেঙ· থুম কাগুপ (মৈতৈ থুম থুম্পাক অনি মমান্ন ওনশিন্নদুনা থম্বা) ২, অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদা লশিং ময়োম ৩

ভাদাকমন, শিং হাপ্লগা[৩৯] মখুম খুনজিল্লগা, ফিরুক অসিগী মথক্তা ফি অচৌবা অমনা কুপশিল্লগা মতু অমুক পয়ানা পুনশিন্দুনা য়োমশিনবা লাইদা কংননবা পোৎলম অমনি। ফিরুক নোংশাং পুগদৌরিবা নুপী অসি মশাদা শিত্র লৈতবী,—অথন্নবী, ধর্ম্মগী খুন্নাইগী চংনবী ৱায়েল কাযদনা লুহোংলকপী অমসুং মচানিপ'না খ্বাইদগী ইহান হান্না পোকপী ওইগদবনি। ফিরুম নোংশাং অসি পুরক্লগা লুহোংগদবা নুপীচুগী মযুমগী ফুঙ্গা লাইরুদা খিন্দুনা থমখিগদবনি[৪০]। মসি লুহোংবা নুমিংকী মতুং মডানি সুবা (লুহোংবা নুমিৎ থারগা) নুমিত্তা মতুগী খুদম চাংদম য়েংননবা কাইথোক্তুনা য়েংগদৌরিবনি[৪১]।

দিউতি ওকপা— লুহোংগদৌরিবা বরনা লুহোংফমগী থোঙ্গাল য়োরক্লবদা নুপী মযুমগী অরাংফম্না লাইমাং-তীনমাং অমসুং লাইমু তীনমু তান্থোক্লবগীদমক্তা মৈবুল হাইজাও ওকপা নত্রগা দিউতি ওকপা হায়বা থৌরম অসি পাংথোক্কনি। মসি মমাঙৈদদি খোইজু লাইখাম, মৈ থাদুনা মৈখু কাহন্নগা মৈখুদুনা হকচাং ফুহল-য়ৈহল্লগা খোইজু লাইখাম ওকপা হায়দুনা পাংথোক্লরম্মী। মসিগী পোৎচঙশিংদি-কপী, ৱাইশেং, খোইজু-লাইখাম অমসুং নুপী মযুমগী ফুঙ্গাগী মৈ অসিশিংসিনা ওইরম্মী। দিউতি ওকপগী থৌরাংসিনা খোইজু লাইখাম ওকপগী চেকশিন থৌরাং অসিগী মতুং শিনখিবসি চ'ওবাক্লা মৈদিংগু গরিবনিৱাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) মতমদগী হৌরকপা ওইনা তৌই[৪২]। দিউতি ওকপদা তৌরি-বা থৌরাং অমসুং পোৎচংদি -খগাইমুক শাংবা ৱা'চেংকী চৈ অহুমদা মখোয়গী তংথায় য়োৌবা ফাওবা অশাংবা ফিজেৎনা য়েৎলগা ঘী লুপ্পবা অহুমতু ফুঙ্গা লোঙজুম/সুঙডুম শা'না মী অহন্না মথক্তা হাইগক্তুনা মতোন মথৈ চিল্লোক্লহল্লগা মৈ চুহনা চমথংলি ওতুগা মৈ অতুদা মেক্রুক, কবোক অফাবা অমসুং লৈ শুডোবা[৪৩] অহুমক হুনগক্তুনা থ.দোকই। মসিসু লাইমু-তীনমু তাম্থোক্লবা মৈবুল হাইচাও থান্দুনা ফুঙ্গাগী মৈশেং ওকপচুগী ভাবনি[৪৪]। চেকশিন থৌবাংসি পাংথোকপদা ঙৱাই-অখুম তৌনবা ৱাহৈ থবা মেক্রুক, কবোক অমসুং লৈ চাইথংপগী মতাংদা শীজিন্নরি। হৌজিক চৎনরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা ৱাহৈশিংচুদি-

হুনগংলিবা অরাংফমগী মীহুনা-দিউতি মঙ্গল, হরি হরিবোল-হায়না মানা হুনগংপা খুদিংগী লাউগনি। মৈরা পায়রিবা অমসুং মনাক্তা লৈরিবা মীশিং অহুনা মহাক্লা লাউবা খুদিংমক্তা হরি হরি হায়হুনা খুমগনি। থৌরমসি লোয়বগা বরহু চঙশিন্নবা থৌরাং তৌগনি।

ময়া ওকপা—লুহোংগদৌরিবী হুপীগী মমানা নত্রগা মমাগী মথৌ মরেং শিনবা ঙম্বী অমনা শাগৈ-নাতৈ/মরী মতা নত্রগা মহাক্কী মমান্নবী মসীঙদা চঙ তাবা হুপী থরগা লোয়নহুনা বরগী দিউতি ওকপা লোয়প্রবদা লুহোংনবগীদমক্তা লাক্লিবা বরদা ক্বা লান্দুনা ওক্‌নি। মসিবু ময়া ওকপা হায়না খঙনৈ।

বরগী ফম্ফমদা চঙবা—ময়া ওকপগী থৌরম পরেং লোয়প্রবদা চঙশিল্লকপগী মতুং ইন্না বর শেন্নরিবহুনা তাকপা পাউতাক্কী মতুং ইন্না বর অহুনা মণ্ডলী নত্রগা মাণ্ডব মচীদা চঙশিন্দুনা লাক্লিবা সংকীর্ত্তণহু খুরুম্মী। অহুগা বর শেন্নবা অমসুং মমান্নবা বর লাক্লির্বশিংহুগা লোয়-ননা লুহোংগদৌরিবা বর অহু লুহোংফম অহুগী অরাংলোমগী কৌক্র লাইচী পাংনা লৈরিবা, বরগী ফম্ফম শেমহুনা থম্লিবা অহুদা চঙহুনা ফমগদবনি।

হোংফম, মাণ্ডব ময়ায় চঙবা—বর অমসুং বর মমান্নবশিংনা বরগী ফম্ফমদা চঙহুনা ফমপ্রবদা অরাংফম্না বর অমসুং বর মমান্নবশিংদা লৈ-চন্দন চঙগনি অমদি পানা ক্বা য়েন্দুনা খুদোন তৌগনি। সংকীর্ত্তণ ঈশৈ তাহুনা ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা সংকীর্ত্তণ শক্লিবা অশৈবনা বর চঙলক-পা য়ারে হায়বগী ঈহুল পীরকই। মতমহুদা মাণ্ডপকী ময়ায় অমসুং সংকীর্ত্তণ শকফমগীহু ময়ায়হুদা লুহোংফম শেন্ননবা থৌরাং তৌরকই। মফমহুদা বরগী ফম্নবা লুহোংবগী ফম্ফম লুহোংফাল থারকই। লুহোং-ফাল শাজিন্নবসিগী মমাঙদা ফক (কৌনা ফক, লীফক অসিনচিংবা) মথক্তা অঙৌবা ফিঙৌ অমা থারগা বর ফম্ফম ওইনরম্নগুম তৌই। শক্লিবা ঈশৈগী মতুং ইন্না বর শেন্নবনা বরগী শেংলি-ঈম্লিবা মফি-মরোলহু শেমজিন শাজিনবীরগা মহাক্লা লমজীংহুনা বর অহু মাপণ্ড ময়ায়দা চঙলকই অমসুং হান্ননা থাহুনা লৈরবা লুহোংফাল অহুদা বর শেন্নবহুনা ফমহল্লি।

লুহোংবা শোনবা তৌবা—বরনা লুহোংফালদা ফমগ্রবদা লাইশোন-তীনশোন তৌগদৌরিবা ব্রাহ্মন/পুরোহিত অতুনা লুহোংগদৌরিবি কন্যা অতুগী মপা/ মবুং নত্রগা দান পীগদৌরিবা শাগেগী অহল নত্রগা মপাগী মহুং-মরেং, মথৌ-মঙম পুবা ঙগা মীশক অমগা লোয়ননা চঙলক্‌না ফম্লিবা বর অতুগী মমাঙ ওইরপ্পা লাইখুরুমফক মচা থাহুনা ফমগা পৃজ-লাংজা, তৌফম থোকপশিং তৌবগী লাইশোন-তীনশোনবা হৌই। মহ লোযরম্লগা পুরোহিত অহু কন্যাগী পোংলোয় শেংফম নত্রগা লুহোংবগী যাত্রা তৌরকফমদা চঙখিহুনা কন্যাগী মমাঙদা যাত্রা পুংফমগীদমক ঈরাংলুই। মতাং অসিবাইদা লুহোংগদৌরিবা বরগী মপা/মমা/অহল-লম্মন নত্রগা অরাংফম (বর ময়ুমলোমগী) না লুহোংগদৌরিবী কন্যাগী মমা-মপাদা ঙাইশেন ওইনরগদবনি হায়বগী খুদোলপোং—ফিরোল, ফনেক-ঈন্নফি, কৈজোমনচিংবা তম্মী। অসিগুম্না কন্যাগী মমা-মপানসু খুদোলপোং হন্দুনা তম্মী। খুদোল পীনবগী মওংদি—ঙাইশেন ওইনগদৌরিবা ঈমুং অনি অহু থাক মান্নরবদি খুদোলপোং অতম-অহুন তৌহুনা (অমনা তম্নকপা অমনা মহুগুমহুনা অমুক হল্লকপা) পীবনি[৪৫] অতুগা থাক মান্নদ্রবদি থাক অনেম্বহুনা অৱাংবদা খুদোল তমই.[৪৬] অরাংবনদি খুদোল হন্দে ত্তসিনি। অকোনবগীসিবু কাগোক হানবা নত্রগা মনকং/মংকং ত্তম্বা হায়না কৌই[৪৭] মসি অপোক-অশাংমন নত্রগা চনু-নিংঙোলমল পীবা মথল অমনি অহুগা মুপা ময়ুন্না নুপী মযুমদা পীবা খুদোল অসিদা অথেন-পোং লুকমায় অনিসু য়াওগদবনি। লুকমায় অমনা য়েনশাং-নাপী অমসুং থোংহুনা চান থক্কুবা মনা-মশীং হাপই। অহুগা অমনা কন্যা অতুগী শেংন-ঈন্নবা মফি মরোল, শিননবা লীক-কোন, খুংজি-নাশি অমসুং খুদোপনচিংবা য়াওই। য়েনশাং-নাপীগী অথেনপোং শেম্বা খুদোল অহু নুপী ময়ুম্না লৌবা মতমদা য়েনশাং-নাপীগী তংখাই অমতমক লৌরগা তংখায় অমদি নুপা ময়ুমদা হল্লি[৪৮]। মাসনা তাক্লিবদি অরৈ-লৈত য়েন্নহুনা চামিন্নবগী ৱাখল্লোনি। অহুগা লুহোংগদৌরিবী কন্যাগী শেংন-ঈন্নবা, শিন-য়ান্নবা খুদোলশিং তম্নকপহুদি নুপী ময়ুম্না লৌশিন্নগা হোরেন নুপী থিনগ্রবা মতমদা নুপী ময়ুমগী মমহান-মন্দাম্না নুপা ময়ুমদা পুরক্ক্‌না অমুক নুপীহুদা পীরৈ[৪৯]।

কন্যা থোরকপা—মশাগী ফিজেৎ-লৈতেংবা লোয়ঙবী নত্রগা পোৎলোয় শেৎপা লোয়রবী নুপীদু মহাক্কী যাত্রাগী পুংফম ঈরাৎপা লোয়রবদা পুরোহিত নত্রগা লুংহোংবা শোনগদৌরিবা পণ্ডীত/ব্রাহ্মন অদুনা কন্যা শেম্বা/শেম্বী নত্রগা নুপী শেম্বগদৌরিবা/শেম্বগদৌরিবী অদুদা শিন্নরম্লগা লুহোংবা শোনফম মাণ্ডপ ময়ায়দা থোরকই। কন্যা থোকপগী পুংফম য়োৎরক্লবদা নুপী শেম্বরিবা/শেম্বরিবী অদুনা কন্যাদুদা শোর-ফিদুপ চুম্না খোঙ থাংদোকহন্দুনা খোঙশালহল্লগা মহাক্না শেম্বদুনা কন্যাবু লুহোংফম মাণ্ডপ ময়ায়দা পুথোক্লকই। সংকীর্ত্তণ অমসুং সভা খুরুম্লগা লুহোংফমদা চঙলকই। অদুগা লুহোংবা শোনফমগী মনাক নক্লা মমায় শম্বোঙ লাইচী পাংনা ওন্দুনা বরগী ওয়রোম থংবা মফমদা ফিদা/ফান/মোন্তেক থাদুনা ফমহল্লি[৫০]।

লুহোংবা—বর কন্যা অনিমক মাগী মাগী ফম্ফমদা ফম্লবা (বরদি মমায় নোংপোক ওনগনি) মতমদা অনিমকপু নাহৈথোকপীরগা নত্রগা শেংদোকপীরগা (ঈশিং অমসুং লাইশোম্না) মখোয় অনিগী লুহোংবগী লাইশোন শোনবা হৌই। মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবদা শোল্লিবা লাইশোনগী লোন অসি সংস্কৃতনি। মমাঙগী লুহোংবশিংদদি মৈতৈ লোন্না শোল্লি। মসিদসু বরগী পারোন-পুরোন তাক্তুনা শাগৈ/য়েক্কী ওইবা ঋষিশিংদা খঙহন্দুনা অমসুং কন্যাগীসু পারোন-পুরোন তাক্তুনা শাগৈ য়েক্কী ঋষিশিংদা খঙহন্দুনা য়ুম্নাক/শাগৈ/য়েক/শলাই অমদগী অমদা চঙখিবদুবু তাইরগা লৈরিবা লৈথক লৈখা-লৈম্লায়গী লাই কোটি ৬৩ দা তাক্তুনা মখোয়বু শাক্ষী থম্লগা অমসুং সংকীর্ত্তণ পুরিবা লাইবিষ্ণুনা অরেপ্পা শাক্ষ থমজুনা তাই। থোরমদুদা শরুক য়াররিবা/লাক্লিদা বরগী অমসুং কন্যাগী শাগৈ-নাতৈ/মরী-মতা/অহল-লম্মনশিং অমদি লৈকোক-লৈকায়গী য়াওবিররিবা মীওইশিং পুম্নমক্না খঙহৌ-উহৌ-তাহৌবা ওইদুনা—বর-কন্যা অনিগী নুপা-নুপী ওইরিবা থবাই হকচাং অনি অদু লাংলুম ওইরে, তুগা বাগা নুমিত্তদগী ওইনরে, নুপী অদু নুপা অদুগী য়ুম্নাক শাগৈদা ওল্লে, ভিন্নে-হায়বা খঙহনবা দোরী পুল্লি। দোরী পুনবা হায়বসি—নুপী য়েংকী খুবাক্না মথক থংলগা নুপাগী

য়েংকী খুবাক্তা মথা থংহুনা লোম্নরগা লোম্নরিবা খুবাক অনিহু লুহোং-লিবী মুপী অহুগী মন্ধান/মন্দোন অমনা মখোয় অনিহু অমতা ওইনা লাংবুম ওইরে হায়বা তাক্লবা পম্নাগী থৌরী নত্রগা লৈ-পরেং অমনা পুনবনি। অহুগী মতুংদা মুপা-মুপী অনিহুগী থরাই হকচাং অমসুং হকচাং কয়াংশিংহু লাংবুম ওইনা অমতা ওইবা অমসুং মাম্নদবা তিম্নবা য়ারিবহুগী খুদম দোরী পুল্লিবা খুবাক অনিহুগী মথক্তা য়েক-শলাই লুপতিনগী কংচনবা পোং কুজপোং অহু থাঙ্কহনা হাপ্লগা অনিনা অমতা ওইবহুগীদমক্তা অনিমক্লা পুল্লপনা কংমিম্নৈ[৫১]।

কুজপোং য়াবা—মসি লুহোংবা থৌরম পরেংগী মখেল অমনি। কুজপোং হায়বদি কংচনবা পোং হায়বনি। কুজপোং হায়রিবা অসি লৈপাক্তী কথী অমদা চেঙ, মুবী ১, লাকোই লফাং চঙখোকপা ১, হৈ, মনম নাইবা ১, লাংথৈ, মপোপ ৩, লৈশং মপোপ ১, লৈ থরা অমসুং ফি অঙৌবা ফিরাক/ফিরাং ১, থুপ্লগা হাপ্না কংচনবা পোংনি[৫২]। কুজ-পোং অসিনা বর-কন্যা অনিগী মথুবাক মথক্তা লৈরিঙৈসিদা মুপী অহুবু পোকচবা মপানা খাইদগী ইহান হাম্না মহাক্তা ওমজবা খুদোল/শেল থর কহনা খুরুমগা বর অহুদা কন্যা অহুবু দান/কন্যাদান তৌই। অসুম্না মথং মথং কন্যাগীমুম্নাক শাগৈগী মবুং-মপা মথুম্না মতোন-নচীংবা পুম্নমক খুদোল পীহুনা দান তৌনৈ। মসিবু মৈতৈশিংনা দান তৌবা/থাদবা হায়না খঙনৈ। অসুম্না দান পীবগী থৌরম পরেংসি লোয়রগা বর শেম্নবনা বর-কন্যা অনিগী মথুবাক্তী মথক্ত লৈরিবা কুজা-পোং অহু লৌথোকই। অহুগা মহাক্তা পুখিহুনা মিতম ঙা থাক্রবদগী হঞ্জিল্লক্হনা লুহোংকমগী নোংপোক্তা বরগা মায়য়োক্লহুনা ফমলিবী বরবু পোকচবী মমা নত্রগা মন্ধান/মন্দোন নত্রগা কুজবা য়াগদবী মুপী অহুগী মফমদা পীগনি। কুজবা য়ারিবীহুনা বর-কন্যা অনিহুগী য়াইফবা মুংঙাইবা মখোয়গী মচা-মশু অফবা ফংজবা অসিনচিংবা অফবা রাখল-গা লোয়ননা মশানা ঈল্লিবা ফি, ঈম্নফিহুগী মমুংদা কোন্দুনা থমগনি। অহুগুম্না থংহু অনিনা অমতা ওইবগী পুনখিবা খুং অনিহু থোক্তরীবা কাওবা থমগনি।

মিতম ঙা থাবা--বর-কন্যা অনিনা লাংবুম ওইবগী খুং পুন্দুনা কুজপোৎ কৎননবা লাংনরিবৈঙেগী মরকসিদা সুপা ময়ুমদগী লুহোংনবগী দমক লাকপদ' চযুদা হাপ্লগা য়েক্তুনা পুরকপা বর বন্য অনিগী মিতম ঙাহু লুহোংলিবা বরগী মমানে লুহোংলিবী কন্যাগী মমানে অনিনা মিতম ঙা অনিহু সুপী মযুমগী য়ুমলাই ল ই নিংথৌ সনামহীদা কংকনি। মিতম ঙা কৎপসিদা ঙা অসিনা বর অতুগী, ঙা অসিমনা কন্যা অতুগী মহুং-মরেং শিল্লবনি[৫৩] হায়না নীংজরগা ওইহনবীয়ু হায়না নীজরগা কংকদবনি। অসুয়া লাইনিংথৌদা কৎলবা মতুংদা মিতম ঙা অনিহু ফনকপা পুথি/তুরেল অমদা ঈশিংদা চপমান্ননা থাদোকখিগদবনি। মসিবু মিতম ঙা থাবা কৌই। ঈশিংদা থাদোকখিবা মিতম ঙা ঙমু অনিহুনা ঈশিংদা চৎখিবগী মওং-মতৌ য়েংলগা বর কন্যা ওইরিবা অনিহুনা তুংদা মতৌ-মন'ও ওইনা পানমিন্নবদা ওইবক্তদবা পুন্সিগী খুদম-চাংদম থওবা ঙঃই হায়না লৌনৈ[৫৪]।

লৈ কোয়বা—লাংবুম ওইবগী খুং অনি পুল্লহহু কুজপোৎ কুজবা লোয়বগা কন্যাদান তৌরগা কুজপোৎ লৌথোকখিবা ঙাইহাক লৈরগা থোকদবনি। খুং পুনমিন্নরসি থোক্লবদা কন্যা/সুপী শেন্নবা/শেন্নবীনা কন্যা অহু কম্নয়দগী তৌগৎহল্লগনি। মহাক্কা ফমলুবগী মফিময়োল শুপচিনবা, পোৎলোয় কোপশিনবমচীংবা তৌরিবহু কন্যা শেন্নবা/শেন্নবীনা শেগী। শেগী শাবীবা লোয়রবদা মহাক্কা লমজিংহুনা কন্যাহুগী মশাগী য়েংওইনবা বরহুগী অকোয়বদা কোয়বা হৌহনগদবনি। মহুনা অমুকরক কোয়বা মকোয় ফারগা হেন্দোক্তুনা লাকপনা বরহুগী য়েৎলোমগী মাঙ ওইরপ য়ৌবনপা মতমদা সুপী শেন্নবহুনা লেপহল্লগা কন্যাহুগী মখুত্তা অচোইবা লৈ খুজোক অমা কৎপীগনি। অহুগা লৈ পোল্লাংহু থম্নগা লৈ য়াওরিবা কন্যাগী খুজোক্ত মহাক্কা পায়বিরগা লমজিংহুনা বরগী য়েংলিবা কোকয়েৎ মথক্তা লৈ চাইহনগনি। অসিগুম্না তরুক হুম্না কোয়রগা তরুক শুনা লৈ চান্নহনগনি। অহুগা তরেংলক শুবা কোয়রকপগী থুংলন্না মতমদদি অচোইবা লৈ মাগী খুজোক্তা হাপ্লরোই তরেৎলক শুবসিদদি সুপী শেন্নবীনা হান্নমা লেংহুনা থম্নবা কুন্দো/

অঙ্গোৎ পরেং অনিথক কন্যাগী মখুৎ অনিদা পীতুনা পায়হল্লগা লৈ পরেং অনিতু অমুক্কদা বরগী ভকশমদা হুক্কহনগনি (লৈ পরেং অঙৌবা কুপ্তো পরেংনা খ্বাইদগী হেন্না চংনৈ)। মতুদগী বর শেন্নবনা লৈ কোইনা পক্লিবশিংতু কম্থোকপীরগা বরগী ক্বিবম শেম্বীরগা মঙক্তগী কুপ্তো পরেং অনিগী মরক্তগী অমা লৌথোকপীগনি। অস্তুম্না লৌথোক্লবা কুপ্তো পরেংতু বরগী মখুৎ অনিনা মীংঙোন্দা হুকপা য়ানবা মঙংদা পায়হনগনি। অতুগা কন্যাগী ভকশমদা কুপ্তো পরেংতু হুক্কহনগনি। মতমসিদা কন্যাদি বরদা লৈ পরেং হুক্লবা মতুংদা হুপী শেন্নবনা তাক্কনা চংথ্রগা বরগী ওয়থংবা মায়গৈদা লুহোংফালগী হাংলিবা শরুক্তা ফমথ্রবনি। থৌরম পরেং অসিদা কোয়না লৈ চাইবা অমস্তুং লৈ পরেং হুকপগী থবক তৌবনা থৌরম পরেংসিবু লৈকোয়বা হায়না কৌনৈ। করিগুম্বদস্তু লুহোংবা কোয়বা হায়নৈ।

কাংশুবী লাম্নবা— লৈ পরেং হুক্লবা লোয়রবদা বর শেন্নবা অমস্তুং কন্যা শেন্নবা/শেন্নবী অনিমক্তা বর-কন্যা অনিবু ফম্মহ্দগী হৌগৎহল্লগনি। মফি-মরোল শেমজিন শাজিনবিরগা মথোয় অনিগী (বর-কন্যাগী) ফিজি কাশিন্নবীগনি। ফিজি কাশিন্নবা অসিগী ঋাখল্লোন্দি বর-কন্যা অনিসি অবা-ম্নুংঙাই অনিমক্তা তৎন-থানবা লৈরোয়দবনি—হায়বা মাল্লি। মতুদগী কন্যা শেন্নবনা তাক্কনা মহাক্তা লমজংলগা কন্যানা মাঙ থংলগা বরনা তুংদা চৎলগা বর শেন্নবনা তুং ইন্দনা কন্যাতুগী ময়ুমদা চঙলগনি। মতমতুদা বরগী মরুপ-মপাং অমস্তুং কনাগী মখোয়নৌ-মতাশিং লুহোংবা য়াওবা লাকপশিংস্তু য়াওগনি। য়ুমতুগী ঈমুংগী অহানবা কাতুদা হাম্নবা ফিদা থাহনা লৈরম্বতুদা বর-কন্যা অনিমক য়েংকা ওয়গা থম্বাংননা ফম্মিন্নগনি। মসিদা বর অসিদি কনাগুম্বা মাগী মরুপ অমনা পমগনি মতমসিদা য়াওরিবা লৈশাবী পাখংশিং অহুনা ঋাহৈগী লান শোক্লগনি। কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনাদি বর ফুবা; বরগী ফি-রোল চিংবা অমস্তুং মতুদা ফুরিৎ ফিরোন চংবা শেগায়বা য়াওনৈ। অস্তুম্না লাংনা লাংনা বর-কন্যা অনিতু কাংশুবী

লাম্নগনি। কন্যানা ঘরদা হাননা লানগনি। অতুগা বরনা কন্যাদা কাংশুবী লানবা হৌগনি। পাখং-লৈশাবীশিংনা পাখংনা বরগী মীচঙ অমসুং লৈশাবীশিংনা কন্যাগী মীচঙ চঙনতুনা অওক-অথোম লংনতুনা, করেম্নতুনা লংন্দুনা কাগী জোগাই তৌনগনি। মসিগী মতুংগী ওইবা ঈচেল্লি বরনা কন্যাগী মতারোয়-মমান্নবীশিংগা শকখংনবা অমদি কন্যানা বরগী মরুপ-মপাংশিংগা শকখঙ-মায়খঙনবগী শক্তাক্নবগী থৌরম পরেংনি।

সংকীর্ত্তণ লোয়শিন্নবা শীঙ্খোঙ— বর-কন্যা অনিনা কাংশুবী লাম্নতুনা ময়াম শকখঙ-মায়খঙনবগী থৌরম পরেংসি লোয়রগা বর অতুনা ফিজি কীসি কৌশিন্নরিবতু থোক্লগনি। মহাক্না কন্যাবু ইমুংদা থম্লগা মপান্দা থোক্লক্লগনি। অতুগা লুহোংবগী সংকীর্ত্তণ শকফমদা লাক্কনি। মফমতুদা মহাক্না মহাক্কী কোকয়েৎ লৌথোক্তুনা বর শেন্নবদা পায়রম্লগা সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ শক্লিবা অশৈবশিংবু ঈশৈহনবা, পুং-য়েবা, দোহার, খোন পাংবা অমসুং পালাশিংবু মশক খঙনা খঙনা থুরুমগনি। অমুদসু নত্তনা সংকীর্ত্তণ তারিবা অহল লম্মনশিং অতুবুসু থুরুমগনি। বরনা থুরুম্লগা অসিদগীদি লুহোংবগী সংকীর্ত্তণ/ঈশৈ অতু লোয়শিনগনি। ঈশৈ লোয়শিল্লবসিদদি বরতু মহাক্কী মরুপ-মপাংশিংগা লোয়ননা ময়ুমলোমদা চংশ্রগনি। অসুম্না নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী লাইশোন-তীনশোন তৌবগী থৌরম পরেং অসি লোয়শিল্লি। লুহোংবা থৌমংকী থৌরম পরেংশিংসি নীংশিংনবগীদমক্তা ফোটো কয়া নমতুনা থম্মৈ। অতুবু হৌজিক্কী মতমদা ভেডিও কেমেরা হোঙলকপগী মতুং ইন্না থুমিংসিগী থৌরম পরেংশিংসি অমত্তাচিংথদনা ভেডিও লৌশিন্নহৌবসু য়াওই। বর লাকপদা বৰাই থোংবশিং পুরক্লগা নুপী থিনবগী থৌরমদা শিজিন্ননবা থনম্মী। সংকীর্ত্তণ লোয়শিনলবদা নুপা ময়ুমগী অহল লম্মনশিংনা মথেংনা পুরকপা কবোক অমসুং কা থুদোল তৌগনি। অতুগা নুপী ময়ুমগী অহলশিংনসু লুহোংফম ময়ামদা লাক্লগা লুহোংফমগী অৱাং অমসুং নোংপোকলোমদা ফম্লিবা নুপা ময়ুমগী

অহনশিংদা করোক অমসুং ক. লাললি। অসুম্বা লুহোংবগী থৌরম পরেংঙ্গ লোয়শিল্লি।

নুপী থিনবা— লুহোংবা লোয়রবা মতুংদা বরদি মহাকী মকপ-মপাংশিংগা লোয়ননা ময়ুমদা চংলে। অদুগা লুহোংলবী নুপী অ.দুদি মহাকী মপামদা লৈহৌরি। মসিদা নুপীদুগী মপামগী শাগৈ নাইচ, মরী-মতাশিংগী নুপা-নুপী পুম্নমক হৌদুনা অমসুং লৈকোক লৈকায়গী মীশিংসু য়াওনা নুপী অদুবু নুপা ময়ুমদা থিনবী। মসিবু নুপী থিনবা হায়না কৌই। নুপী থিনবা মতম অসিদা অওং-অউনপোংসু তম্মী। য়ুমগী/শাগৈগী/লৈকায়গী নুপা-নুপী পুম্নমক লুপ্তনা নুপী থিনবা চংনরবসু নুপী অদুবু পোকচবী মমাদুদি থিনবা চংপসিদা য়াওদে, চংনদে[৫৫]। থিনবসিদা নুপীগী মপানা চংকদবনি। মপা লৈত্রগা শাগৈগী অহল অমনা মপা শাদুনা চংনৈ। লুহোংবা নুমিৎকী লুহোংলবা নুপা অমসুং লুহোংলবী নুপীগী ফমুং/ফম থাবগী থবকসি লুহোংলবী নুপীদুগী মমাগা পোকমিন্নবা মবুং নত্রগা মপা (নুপীদুগীদি মাম্মা) না থাগনি[৫৬]। মসুম্না ফমুং থাবসিনা নুপা অমসুং নুপীদুনা শাইদগী হেন্না য়াইফবা কংই—হায়না হায়নৈ। নুপী থিনবসি ওসিদগী চহী ৫০ য়োমগী মমাঙ-দদি শামু নত্রগা দোলায়দা থিনবসি য়াম্না লেন্নরম্মী। অনকপা মকমদদি হৌজিকসু খোঙনা থিন্নরি। অদুবু হৌজিককী মতমসিগী মমাঙগী মতম খরদা কারদা থিনবা হৌদেক্রকথি। হৌজিককী মতমসিনা জিপসী মাকতাগী মতম ওইবনা মখোক্সিদা লুহোংবা থিনবসি য়াম্না চংনরি। মতম খরগী মমাঙদা নুপী থিল্লকপদা নুপা ময়ুমদা য়াইক খোংলম্বসি য়াম্না চংনরম্মী, হৌজিক্তি চংনাদ্রে।

নুপী থিল্লকপদা মৈ ওকপা— থৌরম অসি বরনা লুহোংবা লাকপদা লুহোংকমগী থেংনাদা মৈ ওকপা নত্রগা খোইজু লাইথাম ওকপা নত্রগা মেচ্চতি ওকপগা চপ মান্নৈ। মথক্তা য়েংবিয়ু।

মমৌ ওকপা— লুহোংলরবী নুপী অদুবু থেংনাদা মৈ ওরবা মতুংদা নুপাগী য়ুমলোনদা পুশিল্লকই। মহাক্না ওমাঙ য়োরকপা

মতমদা নুপা অদুবু পোকচবা মমানা/মন্ধ্রান্না/মন্দোন্না নম্রগা মমা শাবী অমনা মমৌ ওইগদৌরিবী নুপীদুগী য়েৎলোমদা কোল্লগা ওকপা চৎলে। অদুবু মতম থরগী মমাঙদদি মমৌ নুপীদুগী ওয়রোমদগী কোল্লগা ওক্লম্বগী খুদম ফংই। মনেমদুনা নম্রগা মনেম শাবীদুনা মমৌ ওক্লগা তুলসীবুঙদা মমৌদুবু পুশিন্দুনা মমায় নোংপোক ওন্না বৃন্দাবনীবু খুরুমহল্লি। থৌরম অসি অনৌবা হাপকৎলকপা মাল্লি।

মমৌ য়ুমজঙবা— মমৌ ওক্কুনা বৃন্দাবনী খুরুমহল্লবা মতুংদা মনেমদুনা মমৌদুবু অদুম্মক কোল্লগা ঈমুংদা পুশিল্লি। অদুগা য়ুমগী য়ুম্লাই সনামহী লাইয়িংথৌদা খুরুমহল্লি। অদুগা লৈমরেল, অমসুং ফুঙ্গা লাইরুনচিংবসু খুরুমহল্লি। অদুগা য়াওংশঙ নম্রগা মচা নুপানা লৈগদবা কা অদুদা পুশিন্দুনা ফক থারগা নুপীদুগী পোৎলোয় থোকই। অসুম্না নুপী থিনবা হেক য়ৌরকপদগী থৌরম পরেংশিংসি মথং মথং পাংথোক্লিবৈদা নুপী ময়ুমলোমদগী লাকপা নুপীদুগী মাম্মানা ফমুং থাবগী থবক লোয়শিল্লি। নুপা ময়ুমগী মীশিংনা অউনপোৎ থাংজিনবা অমসুং লোয়শিনবগী থবকশিং তৌই।

অসুন্না লুহোংলক্লিবী নুপীদু মথোয়গী তুমফম কাদা মনেম্না থম্বীরম্বা মতুং, নুপী ময়ুমগী নুপী থিগ্রকপা কাংবুনা তৌগদবা থবক লোয়শিনক্রবদা নুপা ময়ুমগী মীশিংগা নুপী ময়ুমগী মীশিংগা কা/পানা লাম্নবগী থৌরম অমুক পাংথোকই। মসি পাংথোকপা লোয়রবদা নুপী ময়ুমগী মীশিংদু ময়ুমদা হনখি। অদুগা অনকপা লৈকায়গী নুপী-নহা অমসুং অঙাং লৈশাবী মচাশিংনা মৌ য়েংবা লাক্লবা নুমিদাংদুমক্তগী হৌবা ফাওবা য়াওরকই। অসুম্না নুমিত্তুগী থৌরম লোয়খি।

লুহোংবগী অহিংদুদা চাক চাবদা শোয়রবা য়াদবা য়েনশাংদি— ঙানপ অত্তেকপা থোংবা—অসিনি। মসিগী নুংগী রাখল করি লৈবগে হায়বসি খিবা ফংদ্রি। নুমিৎসিগী নুমিদাংগী চাকলেন চাবদা নুপীদুগী চাকলুক্তা নুপাগী অরেম্বা চাক থরা হাপ্তুনা পীজবগী চৎনবী অসি ঙাইরে। মসিনা পুম্নিবা রাখল্লোদি—নুপী ওক্তবীদু

নুপাদুগী মখা থারে—হায়বা তাকপা মাল্লি। অদুগা নুপা-নুপী অনিমক্না ওইনা শোয়বা য়াত্রবা ফৈজুপতি লৈরুমফি য়াওগদবনি। লৈরুমফি হায়বসি তাংখুল (বুঙ) শিংনা শাবা মখোয়গী ফীনি[৫৭]। অঙোম হায়বা মৈতৈ তম্মীগী য়েক অসি তাংখুল চৌঙমীশিংগা নক্নবা মী ফুরুপনি। মখোয়না তাংখুলদগী মতৌ তমদুনা শীজিন্নরগা মৈতৈগী অতোপ্পা য়েকশিংনা অঙোমদগী পুদুনা শীজিন্নরকপা মাল্লি। তাংখুলশিংনা খুদোল তৌরকপদগী শীজিন্নরকপা ওইরম্বগনি ফিসি খৃঃ ১৮৪৭ কী অহানবা মেরা হাওজোংবা হৌদোকপগী[৫৮] মতুংসিদগী ওইগনি।

(৭) লুহোংবা মতুং নোংমা কোনবগী থৌরম পরেং—লুহোংবা মতুং নোংমা কোনবা নুমিৎকী থৌরম পরেং অসি নুমিদাংবাইরমগী থৌরমনি। থৌরম পরেং অনি থক্কুনি, মখোয়দুদি— (১) নুপী মপাম্লোমদগী উন্নবা লাকপা অমসুং (২) মৌ য়েংবা লাকপা অনিসিনি।

নুপী মপাম্লোমদগী উন্নবা লাকপা— লুহোংলক্লবী নুপী অদুগী লৈকায় মমাল্লবী লৈশাবীশিং অমসুং ময়ুমগী নক্নগা মচেম মনাও লৈশাবীশিংগা লোয়ননা ওরাং লুহোংবা খিনবদা য়াওরক্কবী নুপীদুগী মমাগা নুংখিল নুমিদাংবাইরমগী মতমদা লুহোংলবী নুপীদু উন্নবা লাকই। ঙমজবা অহাও-অথুম নুপা ময়ুম্না থোরাং তৌদুনা মখোয়গী সেবা তৌই। মসিগী মরুওইবা পান্দমদি নুপা অদুনা নুপী অদুবু পাম্না নুংশিনা তৌরিব্রা, নুপা-নুপীগী "নু" হোঙলব্রা হায়বসি খঙনবা য়েংবা লাকপনি। অদুননি নুপীগী মমা য়াওরক্লিবদু অদুবু মসি অহানবদা লন্নাইগী থৌরম ওইরবদগী খাই মীয়ামগী থৌরম ওইরক্কুনা চংনবী ওল্লকপা মাল্লি।

মৌ য়েংবা লাকপা— থৌরম পরেং অসি লুহোংলিবা নুপা ময়ুম অদুগী লৈকোক লৈকায়গী মৌ লৈশাবীশিংনা মরু ওইনা তৌবা থৌরমনি। মখোয়না মৌ অনৌবীদুগা শকখঙ, মায়খঙনবা লাকপনি। নুপা ময়ুমগী মীনা কা-হৈ পুথোক্কুনা মখোয়গী সেবা তৌই। থৌরমসি নুমিৎনিনি ফাওবদমক চথে।

(৮) লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবা নুমিৎকী থৌরম পরেং :—

লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবা নুমিৎকী থৌরম পরেংসি নুপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদা চত্তুনা পাংথোকপা থৌরম—ফিরুক নোংশাং/নুংশাং কাইবা অমসুং নুপী ময়ুম্না নুপা ময়ুমদা চত্তুনা পাং-থোকপা থৌরম—লুবাক চেঙবোন কাইবা হায়বা অসিনি ম'খায়সিদি :—

ফিরুক নোংশাং কাইবা— ফিরুক নোংশাংগী ফিরুকসি লুহোংবা নুমিত্তা নুপা ময়ুম্না পুত্থনা নুপী ময়ুমগী ফুঙ্গা লাইরুবা লৈরিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী শানওন/শাইয়োন ফুঙ্গা লাইরুবা হায়বা লাই অদুদা কত্তুনা ফুঙ্গা লাইরুদা থিন্দুনা থম্মবনি। লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবা নুমিৎসিগী অয়ুক পুং ৮/৯ লোম তাবা মতমদা নুপাগী মমানা লুচিংদুনা নুপা ময়ুমগী নুপী মণ্ডা-তরুক নুপী ময়ুমদা ফিরুক নোংশাংদু কাইথোক্তুনা করি করি য়াওরম্বা অমসুং করি তৌরম্বা হায়বদু য়েংনবা চৎথি। মখোয়না থুংলুবগা নুপী ময়ুমগী কাংবুনা অচা-অথক পুথোক্তুনা মণ্ডাই-মশেনগী ঈকাই খুম্নবা ভাক্লা সেবা তৌই। নুপা ময়ুমগী নুপীশিং-দুনা ফিরুক নোংশাং কাইথোক্তুনা লুহোংদুনা য়ুম্থানবগী পুন্সিদা খোঙদাজরক্লিবা মচা-মমৌ অসিগী ভুংগী পুন্সিগী অফবা-ফত্তবগী খুদম চাংদম য়েংলগা অমুক ময়ুমদা হল্লথি।

লুবাক চেঙবোন কাইবা— লুবাক অমসুং চেঙবোন হায়বসি মথংশিংনা ফি-রোল অমসুং চেঙ হাপ্পবা পোন, (থুম্মোক অচৌবা মখল অমনি) অমদা ফিনচিংবা মমল য়াম্বা পোৎ-চৈ হাপ্তুনা থম্মনবা লী বানা শাবা থুম্মোক মখলশিংনি। মখোয়শিংসি থায়নভে অমসুং মমাইভেগী মতমদদি হৌজিক্তা ঊগী নত্রগা য়োৎকী ঊপু, গোদ্রেজ-নচিংবা হাপ্পগুম নুপী লুহোংবগী ললউনপোৎ/অউনপোত্তা লেমননা হাপ্পরম্মী। মতুদগী মমাংসি হোংদোকপা ভমদদুনা থৌরমসিগী মমিং সিগী মমিংসি হৌজিক কাওবদা অদুম শৌজিন্নবনি। লুহোংবা মতুং মণ্ডানি কোনবগী নুমিৎ অসিগী নোংথিন্দা নত্রগা নুমিৎ চায়থরকপা মতমদা লুহোংগ্রবী নুপীগী মমানা চিংদুনা নুপী ময়ুমগী নুপী মণ্ডা-তরুক নুপা ময়ুমদা নুপাদুগী মনাক্তা লাকই। মখোয়না থুংলরবা মতমদা

নুপী অতুনা অমসুং নুপা ময়ুমগী অহল-লম্মমা কা-হৈ পুথোক্লনা মখোয়গী সেবা তৌই। নুপী ময়ুমগী লাক্লিবা নুপীশিং অতুনা মখোয়বু ওকপা অমসুং সেবা তৌবতু লোয়রবদা মখোয়রোমগী মায়কৈদগী উনথিবা ফি-রোল হাপ্পা লুবাক, তাবু, চেঙবোন, উপু শারং, উপু আলমারি, আইরন চেসনচিংবশিংতু হাংদোক্লনা উপু মনুংদা ফিশিং অতুগী মরক্তা করি করি তৌন-কাঙনচিংবা য়াওবগে হায়বতু য়েংই। অসুম্না য়েংবসি, মুমিৎ মঙানি শুবা মুমিৎ (লুহোংগ্রবা মতুং) তা ফি-রোলগী উপু কাইথোকপসিবু-লুবাক চেঙবোন কাইবা হায়না খঙনৈ। লুবাক চেঙবোন কাইবগী মতমসিদা উপু মনুংগী ফি-রোলশিংগী মরক্তা য়াওরম্বা তৌন-কাঙ, পামদবা পোৎ-চৈ, থুনাম-নানৈগী মতুং-হন্না নৌনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদারিবা খোঙদারিবী মতৈ-মনাও অতুগী য়ুম্বানবগী পুন্সি অমসুং তুংগী পুন্সি লমশাংগী য়াইফ-নুংঙাই অমসুং পুন্সি তুরৈ-ঈরৈ চনবগী মওং-মতৌ অমদি অফ-ফত্তগী খুদম-চাংদম খঙবা ওমই হায়না থাজনৈ।

থৌরম পরেং অসিগী মুংদা চেল্লিবা রাখলগী পরিংদি- মুপা-মুপী অনিতুগী মতৈ-মনাও ওইনা পুন্সি লৈপুন শেম্বসিগী মতৈ-মনাওগী চংফম থোকপা লমচৎ-লোনচৎ অতু ঙশেংনমক চংলিবরা হায়বতু য়েংবা অমসুং থিবা লাকপনি। অতুদসু নত্তনা মখোয় অনিনা মতৈ-মনাও ওইনা পানবগী পুন্সিতু মায় পাকদ্রা নত্রগা পাকলোইদ্রা হায়বতুসু খঙবা লাকপনি হায়না চেৎনা থাজনৈ।

(২) মঙানি চাক্কৌবা— থৌরম পরেং অসিবু মপাম চাক্কৌবা হায়রগসু খঙনৈ। থৌরম পরেং অসিগী মমিংগী মওং অসি য়েংলুরগদি লুহোংবা মতুংগী মঙানি শুবা মুমিত্তা পাংথোক্কদবা থৌরম পরেং মাল্লি অমসুং মমাংঙৈগী মতমদা মঙানি চনবা মুমিৎসিদা পাংথোক্লরমগদ্রা হায়না থাজকবা লৈ। অতুবু থৌরম পরেং অসি লুহোংগ্রবা মতুং তরুক্নি শুবা মুমিত্তা পাংথোকপগী রাকম ওইনা ফংই। মমাংঙৈদা থৌরমসি মুমিৎ শোয়নদনা পাংথোক্লরম্বসু হৌজিক্কী মতমদদি চাক্কোগদৌরিবা মুপী ময়ুম অতুগী শেল-থুমগী অমসুং অতৈ মরমশিংগী মনুংদগী/মরক্তগী

অমগী খুদোংচাবা নত্রগা চাদবগী মতুং ইন্না মুমিৎ শোয়ননা নত্রগা থীনথনা পাংথোক্লে।

লুহোংগ্রবা মতুং তরুক্তি শুবা মুমিৎ অসিদা, মরক্তা মুপা ময়ুম অমসুং মুপী ময়ুমগী মরক্তা পাউ চৎনরগা, লুহোংগ্রবী চনু নিংভোল অচুব মহাক্তী মপুরোয়বা মুপা অচুগা অমসুং মথোয় ঈমুং-মনুং শাগে-নাইত অমদি মরূপ-মপাং য়াবী-লাংবীখিবশিংগা লোয়ননা মুপী ময়ু মগী অহল-লম্মন/মীশিংনা মথোয়গী ময়ুমদা চাক কৌবগী থৌরম অসি পাংথোকই। মসিদা মুপা ময়ুম লোমদগী মীশিং অশুক য়াম্না লাকনি হায়বসি চানা-থক্নবগী থৌরাং তৌবদা খুদোংচানবগীদমক্তা হান্নমা পাউ হোদোক্লে।

মঙানি চাকৌবগী মুমিৎ অসিদা লুহোংলিবা মুপা অচুগী মশক তাক্নবা, হেক য়েংবদ' ঈরায় লায়না খঙননবা মুপা অচুগী ওয়গী লেংদা কি অমা ফিচুপ নিংথিনা শাংনা থুপ্লগা য়ানগদবনি। মুসিৎসিদা শাগেগী/য়ুম্নাক্তী/ময়ুমগী মচা-নীংভোল লৌরিবা মুপা অচুনা চমু-নিংভোল অচুগী মপা, মথুরা, মতোন, মবুং-ময়াম্বশিং অসিনচিংবদা খুরুম খাজংচুনা অহানবা ওইনা ঈকাই খুম্নবা উৎপা অমসুং শকখঙ-মায়খঙনবগী থৌরম পাংথোকই। হায়রিবা থৌরমসি চাক চাক্রিউগী মমাঙদা পাংথোকদবনি।

মঙানি চাকৌবগী মুমিৎসিদা অকে-অমৌগী নিংথিবা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ-চাচুনা মুপীনা হাননা মপামদা চৎকদবনি। মুমিৎসিদা মুপা ময়ুমগী নিংভোল লৈশাবীশিংগী ফিজেৎ ভান্নবগুম তৌই। ফিগে নত্রবদি কনাসু শেৎন-ইমদে। লীক-কোম্না তেকথবা মথে শিবা হায়বচু ওই। চাক চাবা লোয়রগা মুপী ময়ুমনা চাকৌবা লাক্লিবা মুপা অচুদা ঙমজবা খুদোল (দক্ষিনা) কৎপা চৎনৈ। বর দক্ষিনা অসি বরগী মমাম্নবশিংগী মরক্তা অহান-অহানবা লাকচুনা লাক্কুনা লৌনবগী চৎনরী অমসু অমুক হাপকৎলকই। বর দক্ষিনা চৎনবীসি হিন্দু ধর্ম্মগী খুদোল ওইগনি হায়না লৌজে। মসি সম্বন্ধ নির্ণয় চৎনবা হৌবা মতম খৃঃ ১৭৯০ গী মতম অচুম্বাইদগী হৌরক্লবা য়াই।

মপাম চাক্লৈবগী/মঙানি চ'কৌবগী থৌরম অসি পাংথোক্লগা লৌনা য়ুম্বালিবা লুপা-সুগী অমিগী লুহোংলেবা পুক্নিংগী চংকম থোকপা লপীহৌদা চংলি অমসুং সুগী মযুমগী শাগৈ-নাতৈ নত্রগা মবুং-মপা মশিংনা মখোয়গী নিংতোল মরাহুবু শক খঙবিবগী থৌরমসি পাংথোক্লিবা মখৈদি লৌনা লুহোংলক্লিবী, য়ুম্নাক শাগে ওল্লক্লিবী সুগী অহুবু লুপা ময়ুমদা মথুং চানদে হায়বদি চাকথুম চংহন্দে (চাক থোংহন্দে) মসি পাংথোক্লগা মথুং লৌখৎপী।

অসুম্না অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনহৌনা লুহোংবা হায়বা লৌন-লৈনবগী থৌরমসি মপু' কাই। মঙানি চাকৌবগী থৌরম অসি সুমিৎ শোয়নদনা পাংথোক্লবা মতম অসিদা লুহোংবগী থৌরম অসি লোয়শিল্লে হায়না লৌনৈ।

অতৈ মথলশিংগী লুহোংবগী থৌরম পরেং

মণিপুরী সমাজ, মৈতৈ খুন্নাইদদি চংনরগা হায়না-শীংনহুনা লুহোংবগী থাক্তি য়োদবা অতৈ মথলগী লুহোংবশিংগী থৌরম পরেংশিংসি হায়না শীংনরগা লুহোংবগী থৌরম পরেংশিংসিদগী শমজিনবা থৌরম পরেংশিংনি। অহুবু মখোয়দা মশা মশাগী ওইবা অথোই-অহেন থরদি লৈ। মহুশিংহুগীদমক অতৈ লুহোংবশিংহুগী থৌরম পরেংশিংসি লৌখঙ্নৌ উৎচরি।

(১) চেলহোং নত্রগা চেন্নগা লুহোংবা

মথল অসিগী লুহোংবসি মশা মশা য়ানহুনা/হুংশিনহুনা লৌন-লৈনবগী মথলগী লুহোংবা (গান্ধর্ব্ব বিবাহ) নি। মথল অসিগী লুহোংবসি লুহোংগদৌরিবা পাথং-লৈশাবী/শাবী শানৌ অনিথক্না মশা মশানা শকখঙ-মায়খঙনজহুনা লৌনসি লৈমসি হায়হুনা য়ানরগা—মখোয় মখোয়গী অহল লম্মন তাক্কনা-খঙহন্দনা নত্রগা খঙহন্লুরগা অহল-লম্মন্না য়ানজবদা নত্রগা থাক থৌরবদগী শাগ্নবদা নত্রগা খুন্নাইগী ৱায়েলনা মখোয়গী লৌন-লৈনবদা অথিংবা থর শীরবদা অমসুং লুপা নত্রগা সুগী অহুবু মারৈল অমনা পাগ্নবা মতমদা অত্রবহু অহল-লম্মন মশেন য়ানহুনা তান্নরগা লুপা-সুবী/পাথং-লৈশাবী অনীহু মশক-মশক

অমসুং মশা মশা খণ্ডনরবসু নত্রগা খণ্ডনত্রবসু লুহোংবগী তৌফম থোকপা, চঙক্রম থোকপা, পাংথোকফম থোকপা থৌরম পরেং অমসুং মথৌ-মওমশিং পাংথোকপা ওমত্রবদা মতু কোমথোকহন্নবা নত্রগা শমজিনহন্নবা রাকমশিং লাক্লবদা তৌনবা মখলগী লুহোংবনি। চেল্লবা মতুংদা অহল লম্মনসু য়ানরবা নত্রগা চেপ্লিদৈদা অহল-লম্মনসু য়ানবা মশা মশানসু নুংশিনবা ওইরবদি মসি হিন্দুগী লুহোংবা মখলদা গন্ধর্ব্ব বিবাহদা তাহল্লি। থোদোক রাথোক কয়াগী নত্রগা মথোঙ হুক্তবা কয়াগী লৌন-লৈনবসু মখল অসিগী হায়বদি চেলহোংদা তাহল্লি। মখলসিগী লৌন-লৈনবসি মশা-মশা নুংশিনতুনা হাননা চেল্লগা ল'থাংতুনা লৌনৈ-লৈনৈ হায়তুনা শমজিল্লগা চেলহোং' হায়না খঙৈ। হৈজিং থরায় পুবা (হৈজপোৎ পুবা), রারোয় পোৎ পুবা, যিক্লক নোংশাং কৎপা, অপোক অশাৎ থাবা, মিতম ঙা থাবা অসিনচিংবা থৌরম পরেংশিং হাপ্পা নত্রগা হাপ্তবা অসি লুহোংগদৌরিবা নুপা-নুপী অমসুং মথোয় অনিগী অহল-লম্মনশিংনা য়ানবা নত্রগা য়ানদবগী মখা পোল্লি। শাথৌনা য়ানত্রবদি নুপী ময়ুমনা কন্যা দান পীদবা নত্রগা লুহোংদনা অতুম্মক লৌন-লৈনবা নত্রগা কন্যা কৎপা নত্রবসু নুপা ময়ুমদা হোংবা (নুপা ময়ুমদনা নুপী ময়ুম য়াওদনা, নুপা ময়ুম্মা নুপী ময়ুমসু শাতুনা লুহোংবগী থৌরমতু লাইগী শোয়দনবা অমসুং খুন্নাইগী মীচৈ তাদনবা পাংথোকপা) হায়রিবা থৌরমশিং অসিগী মসুংদগী অমা তৌতুনা নুপা নুপী অনিতু লৌন-লৈনবগী নত্রগা পানবগী থোঙথাংদা চথহল্লি। করিগুম্বদনা নুপা নুপী অতু কাদোক্লতুনা, থায়দোক্লতুনা লৌন-লৈনবগী মরীসি লৈনহন্দে অমসুং চেলহোংগী থোঙথাংসি চথহন্দে। মখলসিগী লুহোংবসিদা চথবা মরুওইবা থৌরম পরেংশিংদি :—

চেনবা— পাখং-লৈশাবী/শাবী শানৌ অনিথক্লা মশা মশাগী পুক্নীংগী ঈথিন্দগী নত্রগা করিগুম্বা/কনাগুম্বগী পান্দ্বৈ অমদগী-মশা-মশা নুংশি-নুংওবগী লম্বীদা চঙতুনা অমদি লৌনসি-লৈনসি হায়না রাশকতুনা নত্রগা মথোন্নগী অহল-লম্মন খঙনা নত্রগা খঙদনা অমসুং য়ানবা নত্রগা

## মৈতৈগী লুহোংবা অমস্তুং লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন

যানদনা লৈশাবী অহুনা মহাক্কী মমা-মপাগী মরুম থাংলক্তনা মংগক্ক-দংশিনজবা য়ানজবা পাখং অত্তুগী মতুং ইন্দনা মুন্দানবগী পুন্সিদা লোন-দানবা মত্রগা লৌন-লৈননবা পাগং অত্তুনা পুবা মকম অমদা পাখং অত্তুগা লৈমিন্ননবা লাকই। মসিবু চেনবা হায়নুনা খঙনৈ।

পাউ শীবা/তাকপা— পাখং/শাবী অমনা লৈশাবী/শানৌ অমবু লৌন-লৈনরগনি হায়তুনা পুবগা লাকপা নত্রগা চেল্লকপা অসি পাখংতুগী ময়ুমদা চুমথ্রিংননা তেক্তা পুশিন্নদে। মচাক্কা চান্নবা মমাম্নবা/মরুপ-মপাং/মরী-মতা কনাগুম্বা অমগী ময়ুমদা পুত্তুনা চংলগা মথোয় অনি লৈমিন্নরুই। অমম্না লৈনবসি কুইনা লৈমিন্নবা—মীগী মচা অমা মাঙখিবগী তুরানবা শীগদবগী—লৈঙাকলোন অমস্তুং থুম্নাইলোনগী রায়েল-রাখুন লৈবনা নোংমা নিনিদগী হেনবা য়াদে। মরম অসিনা মহাক্কা চেল্লক্লিবা পুরক্লিবা নুপী অত্তুগী মমা-মপা/অহল-লম্মন্দা খঙহন্নুনবা. হায়দোকপা চংলুনবা নুপা অত্তুগী ময়ুমগী মমা-মপা/অহল-লম্মন নত্রগা মাগী থোদাং লৌবিবা ঙম্বা নত্রগা লৌবিরিবা মীশিংগী মফমদা মথোয় অম্মম্না তৌরে, মহুম অসিদা লৈরে, নুপীতু অত্তুগী মচানি/মশুনি, লৈকায়তুদা/মফমতুদা লৈবনি হায়বনচিংবা পুম্নমক খঙহন্দুনা মমাম্নবা নত্রগা মী অমা নেক্তনা পাউ থারকই। মসিদা নুপাতুগী অহল-লম্মম্না মথোয় অনিবু লৌশিনবী-দ্রবা নত্রগা হায়দোকপা চংনুবদা য়ানদবা থোক্তনা মথোয় অনিবু ফাদোক্লগনি থায়দোক্লগনি হায়বগী অকিবা লৈবদগী নত্রগা অতৈ মরমগী অকিবা লৈবদগী থিফম খঙদবা মফমদা লোংখিবগী থোদোকশিং য়াম্না তোয়না থোকপা য়াওই।

হায়দোকপা চৎপা/লাকপা— থোরম পরেং অসি কনাগুম্বা পাখং অমগা কনাগুম্বী লৈশাবী অমগা লৌন-লৈননবগী মমক্তা চেনবগী থোরম পাংথোক্লবদা পাখং অমনা মহাক্কী অহল-লম্মন্দা পাউ থারকপগী মতুং ইন্না পাংথোক্লই। চেল্লক্লিবা লৈশাবী, অত্তুগী মমিং-মথা, মপা-মমা/অহল লম্মনগী মমিং-মথা/য়ুম্নাক-শাগৈ অমস্তুং লৈফম/লৈকোক-লৈকায়নচিংবগী মরম শুনা খঙনবা লাক্লগদবনি। মসি পুম্নমক লৈশাবীতুগী মচিন্দগী

নত্রগা পাথং অহুগী মচিন্দগী খঙবা ওয়গনি। মতুংদা নুপা/পাথং অহুগা ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংহুগী মরক্তা পাথংহুগী মপাগী দায়িত্ব পুবা ওয়া অমা য়াওনা মখোয় অহনদগী ভাগনা থৌরম অসি পাংথোক্লমবা হায়বদি লৈশাবীহুগী ময়ুমগী মমা-মপা, মখুং-মপা অমসুং অহল-লম্মনশিং পাউ খঙহন্লুনবগীদমক্তা থোক্লকই। মখোয়না নুপী অহুগী মপা-মমাগী/অহল-লম্মনগী পীরক্লিবা/কংলিবা য়ারোল অহুগী মতুং ইন্না নুপীহুগী ময়ুম থিজুনা লাকই। মী লাকপহুদা নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংনহ কিদা থাহুনা অতিথি লাকপগী হৌজবী সেবা তৌগনি। অহুগা য়ুম্ব ওইরিবা নুপী ময়ুমগী মমা-মপানা করি থবক্তী লেংলকপনো হায়হুনা লাকপগী মরম হংগনি। মহুদা লাক্রিবশিংহুনগী য়াতাং-শাতাং হৈবা নুপা অমনা য়াম্না নোক্লক্লা ইমুংহুগী লৈশাবী মমিং অহু কৌবহ মখোয় মচ নুপা/মনাওনুপা মমিং অহু কৌবা অহুগুম্বা থবক তৌবহুদা লৌন-লৈনগনি হায়না চেক্লক্লে— হায়না পাউ হায়দোক্লনা খঙহল্লগনি। মসিদা নুপী ময়ুমগী মীনা পাউ খংলবদা নুপা ময়ুমা চেক্লক্লবনিনা নুপা/পাথং অমসুং নুপী/লৈশাবী অহুগী মথা ভাবা করি থৌরম চথসিগে—চেক্লক্লবনিনা, লৌন-লৈনবহ য়াবনিনা মমৌ ওইনবা পীনথিক্লো হায়হুনা নৌঙ্গনি। মসিদা নুপী ময়ুমগী মীনা নুপী মচীন হংবগী থৌরম পরেং চথথিগে হায়হুনা মথা ভাবা থৌরম চথগনি। করিগুম্বা লৌনবা য়ারমন্ত্রবা নত্রগা নাকল অনিমক্লা পাম্লত্রবদি থায়দোক কাদোক্লনবা থৌরম পরেং চথনবা থক্লে।

মচীন হংবা নত্রগা নুপী মচীন হংবা— থৌরম পরেং অসি হায়দোকপা লাকপা মতমদা মতম লেপ্পহুনা পাংথোক্লে। মসিদা লৈশাবিহুগী মমামা লুচিংহুনা নুপী ময়ুমদগী নুপী অহুম-মরি চৈল্লিবা পাথং লৈশাবী অহুনা লৈম্নিবা থেহুনা থম্লিবা নত্রগা নুপা ময়ুমদা পুশিন্দুনা থম্লিবা মকম অহুদা লাক্কনি। মখোয়না লৈশাবী অহুগা শতা-শকা উম্মনা কন্মিমহুনা নত্রগা লেপমিন্নহুনা মহাক্লা নুপা অহুগা মথা মথা য়ানরগা চৌমিত্রা মত্রগা নুপা অহুনা নমথাক তৌরগা পুথিমিবা

নত্রগা কাহ্নুনা পুন্নিব্রা? হায়না হংগনি। করিগুম্বা নুপী ময়ুমগী অহল লম্মনুশিংহুনা য়ান্নীংবা ওইরবদি ইচম চম্না লৈশাবীহুদা ঝাহংশিং-সি হংলগা মহাক মশানা য়ানা চেনবনি হায়বসি হংলগা লোয়রে। পাউখুমসি কংলবদা পাখংহুনা মীগী মচানুপী হুরানবগী মরাল অহু কোকপ্রে। মশানা য়াই হায়না নুপী মচীন হংবহুদা খুম্নরবদা — অমদি পাখংসিদা লৈবসি নহাক নশানা য়ারেকো হায়না হংগনি। মহুদা মশানা য়ারে হায়রবদি নুপা ময়ুমগী মীশিংদা মখা তাবা ঝারেপ্পবগী থৌরম পরেং চথনবা নুপী ময়ুমদা নুপা ময়ুমগী নুপাগী মপাগী থৌগায় অমসুং থৌদাং পূবা ওম্বা মী লাকপীনবা হায়রমগনি। করিগুম্বা নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মনশিংহুনা য়ানিংদ্রবদি— নুপা ময়ুম্না থোকপা তৌবিগ্নে। হায়হুনা হায়দোকপা লাকপদা লাম্থোকপা, মচীন হংদনা তুমিন্না লৈথোকখিবা নত্রগা লৈঙাকলোন অমসুং থুম্নাইলোনগী ঝায়েল ঝাখুলগী মতেং লৌহুনা পাম্নং-লৈশাবী অনিহু ফাদোকনবা হোৎনবা অসিনচিংবা থৌওং কয়া পায়থংলকই নুপীগী অহল-লম্মনা য়ানীংদ্রব-দ্রিদা থাইদগী তোয়না মৈতৈ সমাজদা তোয়না থোকপসি অকোনবগী-সিনি। মসি পুলিশ তাক্তনা নুপা নুপীহু ফারগা থায়দোক-ফাদোক-নবা কয়া হোৎনৈ। নুপীগী অহল-লম্মনা য়ান্নীংবা শাশিন্নরগা ঝারেপ্প-বগী থৌরম পরেংসিদা চথরকপস্তু য়াওদ্রবা নত্রে, মহু ম্রথোয়গী খুদোংচাবা লৌনবগীদমক্তনি।

ঝারেপ্পবা — নুপী মচীন হংবদা ম্নশানা য়ানা চেনবন্নি, মহাকী অনীংবা অপাম্বগী মায়য়োক্তা চেনবা নত্তে হায়বা পাউখুম্সি কংলবদা ঝারেপ্পবগী থৌরম পরেংসি মতম অমা লেপ্পহুনা পাংথোক্কে। ঝারেপ্পব-হুদা নুপী ময়ুম্না লুহোংবদি পান্নগা করিগুম্বা ফিবম ম্নরদগী, মরুওইনা শেন থুমগী ফিবমদগী খুদোংচাদ্রবদি ঐখোয় থওদ্রে, নখোয় নুপা ময়ুম্না থোকপা তৌগ্নো, লুহোংবগী হৌনবী মতুংইন্না দান পীবদি লাকনি হায়না হন্থোকখি। চেন্নবনি পীনরসি হায়না মায়গৈ অনিমক্কা ঝানরবদি পাখং লৈশাবী অহু লুহোংনবগী মফম, মতম লেপ্পদা চথে। নুপী ময়ুমদা

লুহোংবগী মফম লেপ্লরবদি-মুপীত্তু মুপা ময়ুমদগী মুপী ময়ুমদা থিন্দুনা থম্লগা লুহোংবগী থৌরম চথনবা মতম লেপ্লে। মুপী ময়ুমগী অহল-লম্মন-শিংনা অয়াবা শাশিন্নরগা মুপীত্তু মখুৎ চনবা ভাইরিবশিংনা অন্নুম্না লুহোংবগী মতম লেপ্লরগা মুপী থিল্লরুবদা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক পীথোকথিবা নত্রগা লুহোংদনা তোক্লবা অসিনচিংবস্থ য়াওদবা নত্তে। মুপা ময়ুমগী অহল-লম্মন ১মুং মুপী ময়ুমগী অহল-লম্মন য়ানদুনা মুপী ময়ুমদা লুহোংবা অসিনা মৈতৈ খুন্নাইস্দি অনিসুবা থাকী লুহোংবা ওইনা থম্লে। অসিগুম্বা মথলগী লুহোংবসিদা চত্থরিবা থৌরম পরেংশিংদি —১) হৈজিং থরায় পুবা হৈজিংপোৎ/হায়জপোৎ/হৈজাপোৎ পুবা), শুমায়, উরোত থিনবা) ২) লুহোংবা ৩) লুহোংবা মতুং নোংম-কোনবগী থৌরম, ৪) লুহোংবা মতুং মঙানি কোনবগী থৌরম অমস্তুং ৫) মঙানি চাকৌবগী থৌরমশিংসি চথে। অদুগা মুপা ময়ুমদা লুহোংথিবশিংগীদমক্তদি কোম্না মুপী ময়ুম্না খুদোং চারক্লবা মতমদা লৌথৎপা হায়বা থৌরমসি চথে।

লুহোংবা — লুহোংবগী থৌরম পরেংশিং অসি মথক্তা পীথ্রিবত্তগা চপ মাম্লে। মুপা ময়ুমদা লুহোংবদদি লুহোংবগী থৌরম পরেং অসি-দমক চথে। হৈজপোৎনচিংবা মথক্তা পীরিবা অতৈ থৌরম পরেংশিংসি পাংথোক্লদে। অদুবু লৈকোক লৈকায় (মুপা ময়ুমগী) গী নহামুবীশিংনা মো য়েংবগী থৌরমদি পাংথোক্লে। মুপা ময়ুমদা লুহোংবসিদা করি-গুম্বা মুপী ময়ুমগী মীনা দান পীবা লাক্তবদি নত্রগা লাক্লোইদবা লৈরবদি—মুপা ময়ুম্না শিন্দুনা কনাগুম্বা মপা/মবুং শাবা অমা নেক্তনা কন্যা দান, দান পীবগী থৌরমসি পাংথোক্লে।

লৌথৎপা '' লৌথৎপা হায়রিবা থৌরম পরেং অসি মুপ' মুপী শকথঙ-মায়থঙদুনা চেন্লগা মায়গৈ অনি অহল-লম্মন য়ানদত্তুনা মুপা ময়ুমদা হোংথিবা লুহোংবশিংগী মুপীশিং অমস্তুং কন্যা কৎপা লৌন-লৈনবগী পাংথোকথিবা থৌরমশিংগী মুপীশিংগীদমক্তনি। থৌরম অসি লুহোংবা লোয়প্রবা মতুং কায়নথংদা, য়ামদ্রবদা থা ৬/৭ ওগী ভাদনা

অনম্বনা মচা নাওরোল অমদগী তাদনা কান্নবগী মরম কান্নরগা লৌখৎপগী থৌরমসি পায়থৎনৈ। থৌরমসি মরু ওইবা পান্দমশিংদি—(১) মচানি, মচানি হায়রুনা লৈরম্বদগী নপ্তে হায়রুনা ইম্পোকপীরবা য়ুম্নাক শাগৈগী নত্রগা ঈমুং-মন্নুংগী নিংভোনবু অমুক হন্না মচানি-মচম্নি হায়না লৌশিনবিবা অমসুং (২) মহাক্কী মপুরোয়ববু য়ুম্নাক শাগৈরুগী চন্নু-নিংভোল লৌবা মরী ভাইরীনি হায়না শকথঙ মায়থঙবিবা অসিনা থৌরম অসি মতম অম্বক্তা পাংথোক্কদবনি হায়বগী অকক্লবা লৈতে, নুপীরুগী মপা-মতোন, মবুং-মপৗনা মুংশিবিরকপা অমসুং ফিবম চারকপদনা হেন্না থুনা লৌথৎপীনবগী মরম ওই। থৌরম অসিগী থৌরম পরেংশিংদি লৌথৎপগী পাউ পীবা, য়েক-শলাইগী শাথায় শাগৈ পূকোক, অপোক-অশাংপা লাইগী কুজপোৎ তম্বা (অপোক-অশাং থাবা), য়ুম্লাই সনামহী থুরুমহনবা, চাক পীজরিবা, থুরুম-খাজঙদুনা শকথঙ-মায়থঙবীবা অমসুং অওং-অউন তম্বীবা অসিশিংসিনি।

I) লৌথৎপগী পাউ পীবা—থৌরমসি লৌথৎকদৌবা নুপী অহুগী মমা-মপা/মবুং-মপৗনা নুপীহুদা মহাকপু লৌথৎপীবগী থৌরম, নুমিৎ অহুদা পাংথোক্লগনি হায়রুনা পাউ তাকপীরকপনি। মসিদা মহাক্কী মপুরোইবা অমসুং মাগী, ঈমুং-মন্নুং অমদি শাগৈ-নাতৈগী মী খরম্নু চাক পীজগনি হায়না পাউ পীরকপনি।

II) অপোক-অশাং থাবা—থৌরম অসি নুপীরুগী শাগৈগী, য়েক-শলাই অমসুং শাগৈ য়ুম্নাক্কী পূকোক, লাই ওইনা লৈত্রবশিংদা নুপীহুনা য়ুম্নাক-শাগৈ, য়েক-শলাই ওনখিবগী পাউ তাকপা অমসুং অয়াবা লৌবহুনি। পোৎচঙ-চৈজঙ পুন্নমক নুপা ময়ুম্না পুরকদবনি। মথক্কী হৈজিং-খরায় পুবদা য়েংবিয়ু।

III) য়ুমলাই সনামহী থুরুমহনবা—থৌরমসি নুপা নুপী অনিহুবু নুপী ময়ুমগী য়ুমলাই সনামহী লাইয়িংথোবু থুরুমহনবনি। মসিনা তাক্লিবদি নুপী অহু য়ুম অসিগী ঈমুংগী মীনি, মহাক নহান মথৈ

যুম অসিদগী চঙবা য়ারমদববু য়াহল্লে, য়ুমথুগী য়ুম্বুরেললা মতৈ-মনাওবু শকথঙবীরে হায়বনি।

IV) চাক পীজবা—চাক পীজনগী থৌরম অসি নুপী ময়ুমথুগী নুপীগী মমা-মপা, মবুং-মপানা শীনবনি। মসিদা শাগেগী মীশিংসু য়াওবা অমসুং অপোক-অশাৎ থাবসিনা মরম ওইদুনা শাগে চাক-খাওবা মখল অমনিসু হায়রবা য়াই। মরমদি শাগেগী মী য়াওরিবথু নুপী অদুনা লান্দুনা শাগেনা য়াদবা লুহোংবগী থবক তৌরুবথু ভাক-শীরো অমসুং মহাক পোক্নুনা শাগেনা য়ানীংদবা থবক তৌহল্লিবসি ঈমুংহুননি ভারুপীয় হায়জনবগী দমক্তা শাগেগী মীশিংবু চাক খাওবনি। অদুগা নুপীদুগা নুপাদুগা অমসুং নুপাথুগী ঈমুং অমদি শাগেগী মীশিং চাক পীজরিবা, চাকৌরিবা অসিনা লুহোংবগী মওানি চাকৌ-বগী ৱাখলন্লোন্নি। মথক্কী লুহোংবগী মওানী চাকৌবদা য়েংবিয়ু।

V) খুরুম-খাজঙন্দুনা শরুখঙ-মায়খঙনবা থৌরম অসিদা নুপা-নুপী অনিমক্তা নুপী ময়ুমগী অহল-লম্মন মপা-মতোন, মবুং-ময়াম্বা, শাগেগী পীবানচিংবদা খুরুম-খাজঙজগনি। মথুদগী মথোয় অনিনা শাগে য়ুম্লাকী মীশিংদা উৎলিবা ঈকাই খুম্নবা অসিনা মরম ওইদুনা নুপীথু-বুনা মথোয়গী য়ুম্লাক-শাগেগী নিংভোলশিংগী মরক্তা অমুক হঞ্জিনহল্লে অদুগা নুপা অদুবুনা মথোয়গী য়ুম্লাক শাগেগী চনু নিংভোন লৌবা ভাইশেন ওইরবা ভাই ৱাইফনা পাননবা লনকুবী।

VI) অওং-অউন তম্বা—থৌরম অসি য়ুম্লাক শাগেগী নত্রগা ঈমুং-মনুংগী চনু-নিংভোন থাজ-য়েঞ্জবদা নুপীগী মপা-মমা/অহল-লম্মনা তৌফম থোকপা মথৌনি হায়না খন্নরবা পোক্মে-পোৎপীগী থৌরম-নি। নুপীথুনা হৌজিক মথোয়গী চনু-নিংভোনগী থাক্তা হঞ্জিলক্রবনিনা অওং-অউনপোৎ পীবগী মথৌসি তারকপনি। মথক্কী লুহোংবা অমসুং লুহোংবশিংগী অওং-অউনপোৎকী মতাংদা য়েংবিয়ু।

২) কন্যা কৎপা — তুমন লৌবা হায়বা লৌন-লৈনবগী থৌরম অসি মচানুপী পোক্লিবা ঈমুংথুদা লুহোংবগী থৌরমসি পাংথোকপা

ওমত্রবা নত্রগা লুহোংবগী থৌরম পাংথোকপা য়াত্রবা মুপীশিংগী মতাংদা পাংথোক্লে। লুহোংবা য়াত্রবা চুপীশিং হায়বদি — থৌনগী মতুং ইন্না অমুক লুহোংলুরবী মুপী হায়বদি [৬০] অ) অমুক মমুম পাল্লুরগা, মৌ ওইররগা থান্দুনা লৈরবী মুপী নত্রগা তুমন, আ) মমুম পাল্লুরগা মপুরোইবা শিথিহনা নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী মুখারবী (মুখ্রাবী)/ লুখ্রাবী নত্রগা তুমন, ২) মহাক্কী "মু" হু মাংথোকপীরবী লৈশাবী অমসুং ৩) লৌন-লৈনবদা লৈতাকলোনগী ৱায়েল ৱাথুন্না থিংলবী মুপী অসিশিংসিনি। মথক্কী অনিগুবা মশীংগী মুপী অসি হৌজিক্কি লুহোংবগী থৌরমসি পংতৌ তৌনরে, মসি মশানা মশাবু মীনমজহনা লাইমীনম চাবনি। কন্যা কংপগী থৌরমসি তুমন লৌবগী থৌরমদা থর মশীং হেন্না পাংথোক্লকই অমসুং তৌনরি। অদুগা মুপা অমসুং মুপীনা অপাম-ঈথৌ লাংবা কা হেন্নবা, থুম্নাইগী চৎন-লোনচৎপু পন্নান্দুনা লৈকোক লৈকায়বু, অহল-লম্মনবু অমসুং মবুং-মপাশিংবু উশিং-থৌওইদবা লমচৎ চত্তুনা মুপা মুপীগী মরী থম্মরবা মতমদসু নমত্তুনা কন্যা কংপগী থৌরমসি পাম্নথংনৈ। চেলহোং ওইগদবদা মুপা-নুপীগী অহল-লম্মনশিং য়ানশ্রবা মতাংদসু কন্যা কংপগী থৌরমসিনা লৌন-লৈনবগী মরীসি লোয়-শিনবসু য়াওদবা নত্তে।

কন্যা কংপা, লৌন-লৈনবসিগী থৌরম পরেংদা অপোক-অশাং থাবগী থৌরম অসি য়াওবা য়াদে। মসি লাইগী থৌরম নত্তে, মীগী থৌরমনি [৬১]। অদুনা লাইগী থৌরম অমত্তা পাংথোকপা উদে। কন্যা কংপদা তৌরিবা থৌরম পরেংদি — মী থর তিনবা য়াগদবা মফম অমদা ফক অমা থাদুনা লোগদৌরিবা নুপা অদু ফমহনগনি। মহাক্কী অকোয়বদা ফক থাদুনা অফংবা অহল থর নত্রগা মী থর ফমহনগনি। অদুগা লৈগদৌরিবা নুপী অদু নুপানা ফমদুনা লৈরিবা মফম অদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু অমুক্তদা থুক্নমহল্লগা পুশিল্লকনি। অদুগা নুপীদুগী মখুত্তা কুণ্ডো পরেং নত্রগা লৈ পরেং অনিথক মীগী ওকশমদা হুকপা য়াগদবা মওংদা মথুং অনিনা পাম্নহনগনি। লৈ পরেং অনিদু

অমুক্তদা লোগদোরিবা মুপাচুগী ভকশমদা হুকহনগনি। অদুগা লৈ-গদোরিবা মুপীচুনা মহাক্কা লৈ পুরেং হুক্রিবা মুপাচুদা থুকমহনগনি। মতুংদা মুপীচু মুপাচুগী ওয়্রোমদা ফুক মথক্কা কমহল্লগা লোগদো-রিবা মুপাচুনা মভকশমদুগী লৈ পুরেং অমা লোথোকহল্লগা লৈগদো-রিবী মুপীচুগী ভকশমদা হুকহনগনি। অদুগা নুপীচুবু হৌগৎহল্লগা নুপাচুদা অমুকসু থুকমহনগনি। মসিদা কন্যা কৎপগী থৌরম পুরেং লোয়রবনি। অদুবু বনা কনাগুম্বনা নুপীচু নুপাচুবু তরেংলক কোয়-রগা থুকমহনবা, অমসুং কা নুপ্রগা কাংগুবী লাম্নবা হাপচিনবসু য়াওই।

মসিদা লোৎপগী থৌরম য়াওগনি হায়না খৃঃ ১৯৬০ গী কোড্রিফিকেসন কমিটিগী মণিপুরী কষ্টমগী শেমখিবা য়ায়েলগী য়াথুলনা হায় ৬৭। অদুবু মসি তৌনবা হৌজিকী মতমসিদা ইথেং থেংনদে।

### ৩) য়ায়েল-য়াথুন্না লুহোংবা

থৌরম অসিবু ইংলেন্দদা কোর্ট মেরিয়েজ হায়না কৌই। মসিগী য়াহন্দোক পীবা তারবদি য়ায়েলশংনা লুহোংবা হায়গনি, অদুগী নুংগী য়াথন্দদি য়ায়েলশংগী য়ায়েল-য়াথুন্না লুহোংবা হায়বসিদা তারকই। থৌরমসি মৈতৈ থুম্নাইদা কয়া পংনা থোক্তে। লৈশাবী-পাথং অনিনা লোন-লৈননবা চেল্লুরগা মথোয়গী অহল লম্মন মশেম্না য়ানত্রবদা অমসুং নুপী ময়ুমগী থুংনা পুলিস তাকনা কাদোক্লনবা হোৎনরক্ত-বদা পাথং-লৈশাবী অনিচুনা নত্রগা নুপা ময়ুমগী ঈথিন চংভচুনা পাথং-লৈশাবী অনিচুনা লৈবাক য়ায়েল-চৈরাকী য়াথুন্দগী মশা ভাক-থোকচনবা ভোৌবদা অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নবা পাদৈ ওইবা থৌরমনি।

থৌরম অসি খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দগী লৈবাকসিদা চংনরে হায়বা য়াই। অদুবু তশেংনা থোকখিবদা চহিসিদগী য়াম্না থেংথরবা য়াই। থৌরম অসিগী থৌরম পরেংদি — চেল্লুরবা নত্রগা চেল্লুত্রিবা পাথং-লৈশাবী নত্রগা নুপা নুপী অনিনা

বায়েল শঙ/কোর্ট অমদা চঙ্‌লা মখোয় অনি বায়েল বাথুলগী মতুং ইন্না লৌন-লৈনজরে হ্‌য়হনা মশা মশাগী সহি তৌদুনা লৈঙাকলোনগী বায়েল বাথুন-শুবশিং (উকিল অমসুং মেজিস্ট্রেটশিং) না শাক্ষী ওইদুনা লুহোংবনি।

মথল অসিগী লুহোংবসিদা চঙলিবা শাক্ষি অমসুং পোৎচঙদি — উকিল অমা, কোর্ট ফী, লুহোংবগী দলিল/বোন অমা, উকিলগী ফী, পাথং-লৈশাবী/নুপা নুপী অনিমু অমসুং মখোয়গী সহি অসিনচিংবনি। মখোয়গী লুহোংবগী বারোল ইবা চে (বোন) অদুদা বায়েনব/বিচারপতি/মেজিস্ট্রেট অমনা মখোয় অনি লৈবাকসিগী/ভারতকী সংবিধানগী মতুং ইন্না অমসুং মসিবু ইন্দুনা চংনরিবা বায়েল বখলগী মথাদা মখোয় অনিগী লুহোংবসি য়ারে হায়না অয়াবা পীগদবনি : মথলসিগী লুহোংবসি জাতি মান্নদবা লৌন-লৈনবদসু তৌবা য়াই। য়ানরমদবা নুপা মযুম অমসুং নুপী মযুম অনিনা য়ানরক্‌লা তাইশিন্নরক্লগা অমুক হন্না লাইনীংলোনগী/ধর্ম্মগী ওইবা মওংদা লুহোংবসু চংনৈ।

বারোয়শিন :—

মথক্তা পীজখ্রিবা মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা মথলশিংসিগী মনুংদা অহল-লম্মন্না হায়ন-শীংনরগা লুহোংবসিনা খ্বাইদগী হেন্না অন্নাংবা থাক্কী লহোংবা ওইরবসু মশা মশা য়ানদুনা চেন্নগা হোংবা লুহোংবা হায়বা অনিশুবা থাক্কী লুহোংবসিনা মশীং য়াম্না হেন্না পাংথোকপগী খুদম উবা ফংই। লুহোংবশিংসিগী মহৈনা পূথোরকপা মীওইশিংনা ঙসি ফাওবা মৈতৈ খুন্নাই লিংলি। চেংথ্রবা মনাৎকী ঈচেল হঙ্গৎলকউ য়ান্নবসু চেষ্টারিবা ঈচেলদুদা হৌরবা নাৎকী খুদোল অমসুং মখোয়গী লেমহৌথাক য়াওরি। অদুনা থায়নবৈগী অমসুং মমাংবৈগী লুহোংবা থঙলগা হৌজিক্কী লুহোংবদা য়াওরিবা ঈনাৎকী ঈরোলশিংগী মমল লেপ্পা ঙমগনি।

— রিফরেনসশিং —

১) শ্রীভোগেশ্বর: সনামহী লাইকন (১৯৭২): লা: ৪৭ অমসুং শ্রীসাই: ৺ইবুংতোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: মথক্কী লাইরিক: লা: ৬৮।

২) মথক্কীসিদা: লা: ৭৮।

৩) মথক্কীসিদা: লা: ১০৫।

৪) ১) শ্রীএন: মনিজাও সিংহ: মতম খোঙলৈ তাকপা পুয়া (ইম্ফাল, ১৯৮৬): ২) শ্রীরা: কু: স্নাহল (গুনেশ্বর) সিংহ: মণিপুর গোবিন্দ নির্পোন (ইম্ফাল, ১৯৮০): লা: ৫৮—৮১।

৫) পদ্মশ্রী খেলচন্দ্র সিংহগী খুত্তা লৈবা পুয়া।

৬) সম্বন্ধ নির্ণয় M.S. লাতম: ১ লা: ১॥

৭) শ্রীসুরচান্দ শর্মা: মনু সংহিতা ( A Treaties on Hindu Law (ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল-১৯৬৪): লা: ৯২- ব্রাহ্মো দৈবস্ত পৈবার্ষ: প্রাজাপত্যস্তথাসুর:। গান্ধর্ব্বো রাক্ষসশ্চৈব পেশাচশ্চাষ্টমোহধম: ॥২১॥

৮) মথক্সিদ': লা: ৯৩:—
আচ্ছাদ্য চার্চয়িত্বা চ শ্রুতশীলবতে স্বয়ম।
আহূয় দানং কন্যায়া ব্রাহ্মো ধর্ম্ম: প্রকীর্ত্তিত: ॥২৭॥

৯) মথক্কীসিদা; লা: ৯৪:—
যজ্ঞেতু বিততে সম্যগৃত্বিজে কর্ম্ম কুর্ব্বতে।
অলঙ্কৃত্য সুতাদানং দৈবং ধর্ম্মং প্রচক্ষতে ॥২৮॥

১০) মথক্কীসিদা; লা: ৯৪
একং গোমিথুনং দ্বেবা বরাদাদায় ধর্ম্মত:।
কন্যাপ্রদানং বিধিবদার্ষো ধর্ম্ম: স উচ্যতে ॥২৯॥

১১) মথক্কীসিদা: লা: ৯৪
সহোভৌ চরতাং ধর্ম্মমিতি বাচানুভাষ্য চ।
কন্যাপ্রদানমভ্যর্চ্য প্রাজাপত্যো বিধি: স্মৃত: ॥৩০॥

১২) মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৯৪ঃ—

জ্ঞাতিভ্যো দ্রবিণং দত্বা কন্যায়ৈ চৈব শক্তিতঃ।

কন্যা প্রদানং স্বাচ্ছন্দ্যাদাসুরো ধর্ম্ম উচ্যতো ॥৩১॥

১৩) মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৯৪ঃ—

ইচ্ছয়ান্যোন্যসংযোগঃ কন্যায়াশ্চ বরস্য চ।

গান্ধর্ব্বঃ স তু বিজ্ঞেয়ো মৈথুন্যঃ কামসম্ভব ॥৩২॥

১৪) মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৯৫

হত্বাচ্ছিত্ত্বা চ ভিত্ত্বা চ ক্রোশন্তীং রুদতীং গৃহাৎ।

প্রসহ্য কন্যাহরনং রাক্ষসো বিধিরুচ্যতে ।৩৩॥

১৫) মথক্কীসিদাঃ লাঃ ৯৫ঃ—

সুপ্তাং মত্তাং প্রমত্তাং বা রহো যত্রোপগচ্ছতি। স পাপিষ্ঠো

বিবাহানাং পৈশাচশ্চাষ্টমোঽধমঃ ॥৩৪॥

১৬) Government of Manipur: Manipur Customs (Codified by the Codification Committee) (Govt. Press, Manipur Administration, 25/10/1960) Pp 4-5.

১৭) Ibid: Pp. 33: – Lakshmi Narain (Chief Judge), Chairman, Codification Committee; L.M. Ibungohal Singh (Judge, Chief Court), Secretary Codification Committee; O. Thambal Singh, Member; Gourahari Sharma, Member; Moirangthem Ibungochaoba Singh, Member; Sanajaoba, Member; Quasi Waliulla, Member.

১৮) L.M. Ibungohal Singh; Introduction to Manipur (Imphal, 1963, 2nd Edi): Pp. 88-89

১৯) সময়ক নিনয়: MS শ্রীকুলচন্দ্র শর্মাদা লৈবা।

২০) শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মদা: মথকী লাইরিক: লা: ২২-৯৪

হিন্দুগী ব্রাহ্মবিবাহসী বর বাক্তৌন তৌবগী লৌদুনা মৈতৈনা লুহোংবগী বর বাক্তৌন তৌবা চংনৈ। অদুগা হিন্দুগী দৈববিবাহদা যজ্ঞগী মৈকম লিংলগা মৈবু ৭ লক কোয়বা অমসুং মৈগী মরৈ বিবাহবু শাক্ষী থম্লগা খোঙথাং ৭ লক থাংবদুগী মৈতৈনা বরবু কন্যানা ৭ লক কোয়বগী চৎনবীস হৌদোকই। হিন্দুগীদি মৈ কোবা লাইগী মরৈ, বিবাহঃ নচিংবা মরৈ ৭ ভা শক্ষী থম্লগা সুহাগ সিন্দুর নম্লগা লৈ পরেং বর-কন্যা হক্কবদু লৌদুনা মৈতৈনা কুণ্ডো পরেং বরদা ২মক হাম্না চুক্লগা বরনা অমা মঙকশমদগী লৌথোক্কনা কন্যাদা চুকই। হিন্দুগী লৈ পরেং চুক্কবদি বরনা অমা ক্যানানা অমা পরেং অমমম পায়দুনা চুক্কে। মাসদসু মাকদবদু অদুম লৈরে হিন্দুগী সুহাগ সিন্দুর নম্বদুনা বর-ক্যানা অনিমু মৈতৈগীদি অপোক-অশাং থাবদা লুহোংবগী লাইশোন-তিনশোন তৌগ্রবনি। মদু হৈজিংপোৎ পুবা মমিত্তা লোয়গ্রবনি। অমুক লৈ কোয়দ্রিভৈদা কুজপোৎ বর-কন্যা অনিগী মথুক্তা থাঙ্গত্না অমুক হন্না লৌন-লৈনবগী লাইশোন-তীনশোন তৌরে। অদুনাদ মুপা-মুগী অনিমু অমুক হন্না লুহোংলে, হায়বদি অনিরক লুহোংলে। অনিরক লুহোংবদি তৌহৈদে।

২১) মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবা কন্যানা বরবু মশাগী (কন্যাগী) য়েং-ওইননা ৭ লক লৈ কোয়বা, কোয়রগা বরগী কোকথক্তা ওরক লে চাগথবা, ৭ লক গুবদা কুণ্ডো পরেং চুকপাস হিন্দুগী মে কোয়বা অমসুং সপ্তপদ ( খোঙথাং ৭ লক থাংব ) দগী লৌরবসু মওংসিংস মারৈ হায়বা য়াদে। বাথক্লোনসু মাগ্নহনবা ঙমদে।

২২) সুহাগ সিন্দুর, মৈতৈ হিন্দু লুহোংবদা নমদে, লৈ চুকপগী মওংদসু মারদে। ফিজৌ কিনবদু হিন্দুদগী লৌরবত চুগী ময়ুমদা

চঙহুনা শকখণ্ড-মায়খণ্ডনবগী ক্রা লান্নবা, কাংশুবী লান্নবা আর্য্য হিন্দুগী লুহোংবদা য়াওদে। মসি মৈতৈ মশাগী হায়গীনি।

২৩) খুদম ওইনা, নুপী মশানম্ন য়াদবা অমসুং নুপীগী অহল-লম্মম্ন য়াদবা কাহুদা লৌবা রাক্ষসাবিবাহগী মওংগী লুহোংবব চিংলুববা মতুংহুদা শেল পীরগা নত্রগা পাম্বৈ অমা তৌহুনা নুপামচুমগা নুপীমচুমগা তাইশিন্নহুনা য়ানবা পুরকপা ব্রাহ্ম/ব্রাহ্ম-দেব/আর্য বিবাহগী মওং-মতৌদা নত্রগা গন্ধর্ব্ববিবাহগী মওংদা লুহোংবা কয়া পাংথোক্লবি অমসুং পাংথে ক্লরি।

২৪) শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৯৩
পৃথক পৃথগবা মিশ্রৌ বা বিবাহৌ পুর্ব্ব চোদিতৌ।
গান্ধর্ব্বঃ রাক্ষসশ্চৈব ধর্ম্ম্যৌ ক্ষএস্য তৌস্মৃতৌ ।।২৬।

রাহন্দোক — মথক্তা ক্ষেত্রিশিংনা রাক্ষস অমসুং গান্ধর্ব্ব পীথিবা অহুদি তোপ্পা তোগা তৌরবসু, য়ান্নবু য়ান্নমন্নবসু মখন্দ অনিমক ক্ষেত্রিশিংগীদি ধর্ম্ম কায়দবা ওই। নুপা নুপী অনিমা অমগা অমগা পান্নহুনা লান্নচিংবা তৌরগা নুপী অহু পুরক্লনা লুহোংলবদি মহুবু অনিমক তিন্নবা গন্ধর্ব্ব রাক্ষস বিবাহ হায়না কৌই।

২৫) শ্রীভোগেশ্বরঃ সনামহি লাইকলঃ লাঃ ৪৭

২৬) শ্রীলাইঃ ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহঃ মথক্কী লাইরিকঃ লাঃ ৮৫-৮৬ ...... লংমাইথেম লোইজাগী কুম শক ১৬৪৭ (খৃঃ ১৭২৫) ইংঙা থা ...... ২৫ নি শগোলশেন্দা মাহল মুরারী শিত্র। মনাইনুবী ২ মা মৈদা চোংশিনহুনা শিমিখ্রে।

সতিদাহ — সতি মৈ থাবা, হিন্দু নুপীশিংনা মপুন্নোইবনা শিরবদা মপুন্নোইবগী পোৎলোম্নবগী মৈদা চোংশিনহুনা শিমিন্নবগী থৌরমসি ভারতকী গোভর্নর জেনেরেল লোর্ড বিলিয়ম বেন্টিংনা খৃঃ ১৮৩৩ দা মুখৎখি।

২৭) Government of Manipur : Op. Cit:: P. 6

i) Union of a widow with a man is recognized by the Hindu Society in Manipur State. According to the prevailing Custom a union between a man and a widow as husband and wife is considered a marriage amongst the Hindus. For such unions approval (Loukhatpa) of some of the relation of the widow is necessary.

ii) The same holds good as for the union of a man and a divorced woman. It is also recognised as a legalvalid marriage.

২৮) ৱাংজো মাইবী: লাংওন (ইম্ফাল, ৯৯):
হৈ-লৈশিংসিনা ৱাংপা য়াজ্রিবসি খাবা য়েন্নাংবনা ভমপা ফো-ওইবীবু লৌগনি হায়না তৌরুবদগী নি।

২৯) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী লাইরিক: লা: ১০।

৩০) ৱারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ: মণিপুরী সংস্কৃতীদা ধর্ম্মগী ওইবা লুহোংবা (ঋতু চেফোংদা হাপ্পকপা)।

৩১) মথক্কীসিদা

৩২) মথক্কীসিদা

৩৩) মথক্কীসিদা

৩৪) বরনা য়েংলিবা কোকায়েং য়েংবিয়ু। কোকয়েং মথল অসি লাইশিং অমা য়েংপা য়াই, মীওইবদা য়েনবদি নিংথৌ অমা মনীংতম্না য়েংপা য়াই, অহুগা লুহোংবা হুমিত্তা বন্ন ওইরিবা মী-শক্তনা য়েংপা য়াই, অতৈনদি য়েংপা য়াদে।

৩৫) মি য়েংনবা ঈশিং হাপ্পা চফু। মি য়েংলগা কোনয়াই ফন্দুনা অক-ফত্তা য়েংবনচিংবা তৌনৈ।

৩৬) ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্মা: মথক্কী লাইরিক: লা: ৮৯

৩৭) মথক্কীসিদা:

৩৮) শ্রীরুম্মাম ধনঞ্জয় সিংহ: শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং তঙ্গবা শরুক (ইম্ফাল, ১৯৯৩): লা: ১২০

কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণু ত্রেতায়াং যজতে।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়োং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ॥

৩৯) খোংভাম মাধব সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: খুনুং লিচৎ শাজং (১৯৫৩): লা: ৬৯ অমসুং য়ারেম্বম যুগিন্দ্রো সিংহ: মথক্কী য়ারেং

৪০) মথক্কীসিদা

৪১) মথক্কীসিদা

৪২) শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ: মথক্কী লাইরিক:

৪৩) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী লাইরিক: লা: ২১

'হৌজিক্কী মতমগী লুহোংবদা থৌরম অসি পাংথোকপগী মতাংদসু য়েংবীয়ু।'

৪৪) রাজমুহোন মৈতৈ: পুযায়া থাবি থিরেল থৌনিরোল (ইম্ফাল ১৯৭৪): লা: ৬৯

৪৫) য়ারেম্বম যুগিন্দ্রো: মথক্কী য়ারেং:

৪৬) মথক্কীসিদা

৪৭) মথক্কীসিদা

৪৮) মথক্কীসিদা

৪৯) মথক্কীসিদা

৫০) মথক্কীসিদা

৫১) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী লাইরিক: লা: ৩১।

৫২) মথক্কীসিদা: লা: ৩৯

৫৩) ওইনাম ভোগেশ্বর: নিংথৌরোল শৈরেং (ইম্ফাল, ১৯৬৭):

ওমুনা মীওইবগী মতুং মরোং শিনবা অসি উশিন তৌবগী লাই-
রোলসু য়াওই।

৫৪) থাংজম ইবোতোন: মথক্কী য়ারেং: লা: ৩২

৫৫) য়ারেপ্পম যুগিন্দ্রো মথক্কী বারেং

৫৬) মথক্কীসিদা :

৫৭) T.C. Hodson : The Naga Tribes of Manipur (Delhi, 1974): P. 46.

৫৮) শ্রীলাই: ৺ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: মথক্কী লাইরিক: লা: ২৮৪ ।

৫৯) Govt. of Manipur: Op. cit : P. 6

৬০) নুপী ওইবীশিংদি অমুক্তগী হেন্না লুহোংবা য়াদে, অনিয়ক লুহো'-লবদি মমং অনি শুরগনি। মসি হিন্দু ধর্ম্মগী বাথল্লোয় পুশিল্লকপনি।

৬১) মীগী থৌরম্মি হায়বদি মথোয় অনিগী লৌন-লৈনবত্থু থৌরমত্তু য়াওরিবা মীশিং অতুনা শাক্ষী ওইতুনা পাংথোকই।

৬২) Govt. of Manipur: Op. cit: P. 6.



## মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী ৱায়েল

মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী ৱায়েল-ৱাথুনগী ইতিহাসতা খুইদসবী ইহান ছান্না ৱাথুনগী পোমিং কাংলম্বদি ঙ'নবা থমজিংকোন হায়রিবনি। মরমসিনা মহাকপু থমনুং খোঙাইবা ৱায়েল চুপা হায়বা মিংথোন্নলি পী। মহাক অমসুং মহাক্না কাংলম্বা ৱায়েল-ৱাথুল-পোমিং অসুমি:—

……থমনুং খোঙাইবা ৱায়েনচুপা॥ লোইরেন খুনবিরোক॥
থোত্থু মুঙপাকথকতা॥ মুংফি লৈরুমনা॥ ফাকং লৈওইননা॥
লিচৈ তোরান শুনা॥ কাওরেন সননা তাম,॥ মললা মসিং
ৱাৎপদি। তাললোয় তুমুংসি॥ থংলেন ৱান্নুংসিবু ওইগনো।
কাওরেন সননা তামদবা। মললা মসিং ৱাৎতবদি। তাললোয়
তুমুংসি। থংলেন ৱান্নুংসিবু ওইনা ও॥……[১]

অসিশিংসিনি। মৈতৈ লৈপাক্তা কাংলুপ ময়াম্না শলাই লৈপাক লিংলুনা খৃঃ ৩৪ দগী [২] পান্নরুবসু লৈঙাকলোনগী অমসুং খুন্নাইলোনগী ৱায়েল-ৱাথুনশিংসি চৌনবুঙ-চৌনকাদা লৌশিন থমজিন্দুনা চংনরবই। অইবা ওইনা লৈরকপদি থেংলবা ইতিহাসকী মতম তরানিপান শুবা খৃষ্টগী কুমশীং চাদগীনি। [৩] মরম অসিনা ৱায়েলশিংসিগী মরমদা লৈনবা তারবদি—মৈতৈ খুন্নাইগী লুপ অমসুং য়েক লুপশিং পোক্লক-শাংলকপা অমসুং নোংপোক-নোংচুপকী চঙলকখিবা মীশিংগী মরম খঙবগী মথৌ তারকই। মসিশিংসিবু ৱায়েলগী মচাক হায়না থমগা, ৱায়েল-ৱাথুন, লুহোংবগী ৱায়েলসঙ অমসুং চৈরাক হায়না থায়দোক্লনা মথং মথং ইজরি।

### লৌন লৈনবগী-ৱায়েলগী মচাক

মৈতৈ লৈপাক মণিপুরদা থারনা অমসুং মমাঙইহৈদগী ছোনা চং-নরকপা কাংলুপ অমসুং ফুরুপকী মরমদা শৌজিন্নরকপা ৱাহৈশিংদি— য়েক তরেৎ, শল্লাই/শলাই মাপন হায়বসিনি। মসিদা য়াওরিবা য়েক

হায়বসিনা খঙনরিবনা য়েক-য়েকপা হায়বদি মচু ৩ অমসুং শলাই হায়বসিনা শলাই=শল্লাই=শন্দোকপা লাই, মুংগী হায়বদি পুকোক অনিসিনি। মরম অসিনা বাহৈ অসিবু মুংগী অর্থ মান্নবা বাহৈ ওইনা য়েক শলাই হান্নবা শীজিন্নৈ। অনিসিবু অর্থ মান্নবা শীজিন্নবগী মরম অমনা শলাই অসি য়েক ৭ সিগী মতুংদা চঙহনা লৈ। য়েক হায়বা শলাই হায়বসি লাক্কিলৈগী বাহৈ মাল্লি অদুগা শলাই হায়বা বাহৈসি হিন্দু ধর্ম লৌরবা মতুংগী বাহৈ মাল্লি। য়েক তরেত্তি—

১) মাংঙম/লোইরৈ/মৈতৈ/নিংথৌজা, ২) মোংবানী/সেন্নোই-লংমাই/অঙোম, ৩) লুংথানী/লুয়াং, ৪) নোংম্লাই/খুমন, ৫) ঈরাং/মোইরাং, ৬) খাংয়ি/চেংলৈ/শরাং-লৈশাংথেম, অমসুং ৭) খাবা-ঙানবা অসিনি। অদুগা শলাই মাপন্না :—

১) শাণ্ডিল্য ২) গৌতম, ৩) কাশ্যবা, ৪) মদগল্য, ৫) অত্রেয়, ৬) ভরদ্বাজ, ৭) টনমিষ্ট, অদুগা নিংথৌজাদা ৮) মার্কণ্ডেয়, অমসুং ৯) বাস্থ অনিসিসু শীশিনখি।

শলাই মাপনসিদি হিন্দুগী গোত্রশিংনি।

মৈতৈ লৈবাকী তম্পাকী লমদমদা ওন্নিলৈহনগীনা খৃঃ ১৪৩৫ গী মতম কাওবদা লৈপাক পানবা কাংলুপ-ফুরুপ খর লৈরম্মী অমসুং মতমগী খোঙলৈদা মাঙখিহনা অপুনবা মৈতৈ জাতি শাখি। লৈপাক পান্নরম্বা কাংলুপ-ফুরুপশিং অদুদি :— ১) নিংথৌজা, ২) অঙোম ৩) লুয়াং, ৪) খুমন, ৫) মোইরাং, ৬) সরাং-লৈশাং, ৭) খাবা-ঙানবা ৮) হাওরোক-কোম্বৌ, ৯) কানতেক, ১০) হৈরেম-খুজাম অসিশিংসিনি। মথকী কাংলুপ ফুরুপশিংসিদা ৮ শুবা মশীং সিনা শরাং-লৈশাঙা তিনখি অমসুং ৯ শুবা অমদি ১০ শুবা মশীং অনীসিনা লুয়াংগী চাদা-নাউদানি। অদুগা অনৌবা চঙনকপা লোংপোকহায়ম অমসুং নোংচুপহায়মশিংনা মপাচাকপা, পরুপা অমসুং ইনবা হায়বহনা য়েক-শলাইদা তিনহল্লি। অসুম্না য়েকা তিনহনবসিদা

মুস্লীম পাংঙন, হিন্দু ব্রাহ্মন/বামোন, হিন্দু ক্ষেত্রি অমসুং লাইরিকয়েং-খমদি য়াওদে।

মথক্তী য়েক তরেৎ অসিগী অমগা অমগা লৈনরিবা মরীদি :—

১) নিংথৌজাগা মোইরাং অরিবগী-মুংয়াং চাওবা অমসুং মনাও সুপা তাংগ্র লুময়িবগী ঈ অসিগা ঈ মরী অমতনি। মরমদি মুংয়াংচাওবা অমসুং তাংগ্র লুমায়বা অনিসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী মচাশিংনি।

২) মৈদিংগু নাউথিংখোং (চাওঃ খৃ: ৬৬৩—৭৬৩) না লুনা চায়বা চৌবদগী সরাং-লৈশাংথেমগী য়ুম্নাক নাউরেম নিংথৌজদা পকখি।

৩) অঙোম পুরৈরোম্বা অঙৌগী মচনসুপী পুরৈলেমনুসুনা ভানবা য়েক্তীপুকোক খমজিংকোন হায়হেবা অমসুং খাবা য়েক্তী ক্রম কোইবা মচিন-মনাও অনিসি পোকখি। অদুনা য়েক অনিসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা খাবা-ভানবা হায়না খঙনখি। খাবা-ভানবগী সরাং-লৈশাং-থেমগা লৈভাকলোনগী য়াম্না নক্কবা মরী লৈনবদগী শরাং-লৈশাংথেমগী মচেৎ খর খাবা-ভানবদা পকখি।

৪) অঙোম পুরৈরোম্বনা লীক্লাপীচা নোংতংসু লৌহুনা পোকপা খোইদোম অহনবা লুবাংনা য়োকলকখি। অদুগা লুবাং পুন্সিবনা লীক্লাপিচ নোংতংসুবু অমুক লৌহুনা পোকপা খোইরোমগী মনাও মান্দোম অতোনবনা লুবাং য়েক্তী লমথৈ খুয়োই হাওরা লমলাংতোং (লমাংদোং/ বিষ্ণুপুর/বসেন্দপুর) পানহুনা ফাম্তেক ওইখি।

৫) লুবাংনিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা ভানুমোল খোঙ্‌হৈবা চম্ব লৌহুনা পোকপা লুংবা অমসুং সুংখোঙাইবা অনিরিনি। লুংবানা খারোমদা মমা খায়নবুবদা মমাগী মতুং ইনহুনা চংকপা খুমন য়েক্তা পক্তনা খুমন য়েকক্তী চাদা-নাউদা শন্দোকখি।

৬) মথক্তী (৫) গী লুবাং সুংখোঙাইবনা লংমাইচৌদা কাহুনা পাল্লগা লংমাইচৌদা পানবা লুবাং লংমাইবা ওইখি।

৭) লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা পোকপা লুয়াচেংবনা খারোমদা কুমখিহুনা হৈরেম-খুম্বান ওইখি।

৮) মোইরাং ঈরাং (লোক্তাক মপান্দা থুন্দাবা) অমসুং মোইরাং কৌবা (কৌব্রুচীংগী লমথৈ মনুংদা থুন্দাবা) অনিবু মোইরাং অরিবা অমসুং মোইরাং অনৌবা হায়দুনা খোন্নগা পুন্সিন্দুনা মোইরাং য়েক ওইখি।

য়েক অমদা মপা অমতমক লৈরম্বদগী মহাক্না মচা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা পোক্ত্না মচা অহন্না ময়ুম য়ুমলেন ওইহৌরগা মচা অতৈনা নাওদা মযুম ওইরকখি। অসিগুম্না মযুমশিং— য়েক অমদগী কায়থরকপা নত্রগা শায়থরকপা, ঈগী-মরী তিন্নবা য়েক অমতগী মনুংদা লৈবশিংবু-শাকায়/শাকৈ, শাগৈ নত্রগা শাখাই/শাখৈ/শাগৈ হায়না খঙ-নরকখি। মতমগী মতুংইন্না মীশিং হেনগৎলবপনা শাগৈ অদুগী মযুম অদু— মখোয়না হিংনবগী লানফম থেংনরকপদা পায়রিবা শীনফম নত্রগা মখোয়না তৌখোক্লকপা মীখোই-মীহেনবা থবক অমসুং থবকী মওং-মতৌ নত্রগা খ্বাইদগী হেন্না অহল ওইবা লুচিংবনা তৌখোক্লকপা থবক, মহাক্কী মওং-মতৌ, মহাক্না পায়রিবা লৈভাক-খৌগাইগী ফমথোন অসিন চিংবদগী লৌদুনা শাগৈ মযুম অমমমদা মমিং অমমম পীরগা মযুম অমমমবু খঙনরকখি। মসিবু য়ুমনাক হায়না খোনখি। মীশিং য়াম খৎ-লকপগী মতুং ইন্না য়ুম্নাক য়ুমলেন, য়ুমলেন নাওদা য়াঈমা অমসুং অতোনবা হায়না অমুক খায়দোক্লরকখি। মতুদগী য়ুম্নাক্কী মনুংদা শাগৈগী ফু কায়নবা অমসুং কায়নদবা হায়না অমুক খোক্লকখি। য়ুম্নাক অসি য়ুম/মযুম হায়না অমুক খায়দোকপা য়াই। য়ুম/মযুম অসিদগী হেন্না পীকপা খুন্নাইগী খুজিংদি ফুঙ্গানি। ফুঙ্গাসি মতৈ-মনাও অমনা শাই। মখোয়না মচা পোক্ত্না য়ুম লিংবা মতমদা মচাশিংদু চাওরক্ত্না য়ুম অদুদা ফুঙ্গা মৈকম অনি নত্রগা অনিদগী হেন্না চিংজরবদি য়ুম/মযুম কৌই। য়েক অমতগী মনুংদা শাগৈ ফু কায়নবা নত্রগা কায়নদবা য়ুম্নাক দতনা মমিং ম'ম্নবা য়ুম্নাক অনি লৈবা য়াদে।

ঈ তিন্নবা নত্রগা পু-তিন্নবা য়েকশিংদি লৌন-লৈনবা য়াদে। অদুগা য়েক-শলাইগী/শাগৈগী/য়ুম্নাক্কী/য়ুমলেনগী ভাক্কবা য়েকশিংদু য়েক/

ঈ/পু তিন্নবশিংগুম্না লৌন-লৈনবা য়াদনা ঙাক্লে। য়েকী ওইনা লৌন-লৈনবা য়ান্নবস্থ মমা-মপাগী মমিংগা মান্নবা কৌবা স্নুপী-স্নুপা লৌনদে ওয়া/শুরুগী মচাস্নুপী-লৌনদে। অস্নুম্না য়েক শলাইশিংগী মরক্তা অখিংবা থমই। অদুবু লৌন-লৈনবগী অখিংবা/ঙাক্লবা অমসুং চংনবী অসি য়ুম্নাক তারক্লগা অমুক্তা হেন্না কুপ্না অমসুং মচা তানা মৈতৈ থুম্নাইগী সোসিয়েল-সাইন্সতা লৈ। য়েকশিংদা লৈরিবা ঈ/পু তিন্নবা য়ুম্নাকশিং অমসুং য়েকতা নপচবা/পকপা/চৈনবা য়ুম্নাকশিংদি

১) <u>নিংথৌজা য়েক্তা লৈবা য়ুম্নাকশিং</u> :—

১/ (ক) ঈ/পু তিন্নবা নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাকশিংদি :— ১) য়েনখেংম ২) কৈথেললাকপম, ৩) খোইরোম, ৪) থোংগাবম, ৫) মাইরেম্বম, ৬) ফেলেম, ৭) হৈরোম, ৮) কোংবম, ৯) তাইমজম নাওরেম, ১০) লৌরেম্বম, ১১) ইপুশংবম, ১২) থুমজম্বম, ১৩) খোইস্নাম; ১৪) শিংথাম, ১৫) লাইতোঞ্জম, ১৬) নামোইজম ১৭) মন্নাংলম্বম, ১৮) নাওরোইবম, ১৯) হাওবৈজম, ২০) চংনিংহেনবম ২১) ঙাঙোম, ২২) কাংঙাশেনবম, ২৩) খোইজুজম, ২৪) লোইতাম, ২৫) নাওদম, ২৬) থমলাংবাশঙবম, ২৭) ইরোম, ২৮) সিনাম, ২৯) লাইশঙবম, ৩০) থিংনাম, ৩১) অখোম, ৩২) খুম্রাকপম, ৩৩) কাংঙবম; ৩৪) লাইকংবম, ৩৫) হাওখোম ৩৬) নাকনবম, ৩৭) নাহাকপম, ৩৮) শানৌজম, ৩৯) য়ারেপপম ৪০) লৌরাংবম, ৪১) য়াঙোইবম, ৪২) শাইরেম, ৪৩) অখোংবম ৪৪) শোইয়াম, ৪৫) মুতুম, ৪৬) হুইরোংবম, ৪৭) কোংবজম, ৪৮) খুন্দোম, ৪৯) হৈরাংখোংজম, ৫০) হৈস্নাম, ৫১) শাংপম ৫২) হুকবানথেম, ৫৩) হুয়িংথেম, ৫৪) শাদোকপম, ৫৫) ঈরেংবম ৫৬) কৈশাম, ৫৭) লৈচোনবম, ৫৮) ফাইরেম্বম, ৫৯) চরোইবম, ৬০) লোইতোংবম, ৬১) ঙাংথরুংবম, ৬২) অতোম, ৬৩) পাওনম ৬৪) ওংথাম, ৬৫) য়েনরাম, ৬৬) ঈরুংবম, ৬৭) লুক্রাম, ৬৮) শোরেনশঙবম, ৬৯) লৈস্রাম, ৭০) নোংথোম্বম, ৭১) ফমদোম,

৭২) হেমন্নাম, ৭৩) চিন্নাম, ৭৪) খোয়লোঙবম, ৭৫) নাৈমৈরাকপম, ৭৬) তুইত্রোম, ৭৭) য়ুম্নাম, ৭৮) শনশিনবম, ৭৯) মোইবুং-লোকপম, ৮০) কোনসম, ৮১) সনাবাইবম, ৮২) খাগুজ্রাকপম, ৮৩) লাংপোকলাকপম, ৮৪) নিংথৌজম, ৮৫) শিংগাম, ৮৬) য়েন-শেমবম, ৮৭) সোরাম, ৮৮) খৌদাম ৮৯) তোনান্বম, ৯০) মোইরাংনিংথৌময়ুম, ৯১) সনাবাম, ৯২) তেলেম, ৯৩) লাংদেম, ৯৪) মুমিংলৈমাশঙবম, ৯৫) য়েনকোকপম, ৯৬) কাম্বম, ৯৭) চোমচনবম, ৯৮) রাংখৈরাকপম ৯৯) রাংখৈময়ুম, ১০০) লৌরুংবম ১০১) খাইরাকপম ১০২) নোংমৈকাপম ১০৩) কৈশেন মপানতাবম ১০৪) য়াইস্কুললাকপম ১০৫) পাচাহনবা ময়ুম ১০৬) উরুংপুরেন ময়ুম নুত্রগায়ুবারাজবংস ১০৭) কর্তাবংস ১০৮) লৌরুংপুরেন ময়ুম ১০৯) মন্ত্রিময়ুম ১১০) সেনাপতিময়ুম ১১১) শঙলেনময়ুম ১১২) পুথেম ১১৩) লৈযুরুংবম ১১৪) ঙারেনয়ানবম ১১৫) নোংয়িনকাবম ১১৬) লৈম্নাপোকপম ১১৭) ফৌরুংবম ১১৮) শঙ্গাইশেনবম ১১৯) খুনজান-ময়ুম ২০) রাইখোম ১২১) লানথম ১২২) কোম্বাহাওবম ১২৩) খোয়রীয়ান্বম ১২৪) শৌগ্রাকপম ১২৫) তেনশুবম ১২৬) কাংজম ১২৭) মোইচেম ২৮) নরসিংহবংস।

খ) নিংথৌজাইনবা নোংপোকহারম — ১) লৌরিয়াম ২) চরাইময়ুম ৩) শেঙম ৪) হৈবীথাবম ৫) নান্দেবম (৬ চক্কানময়ুম ৭) ফুরিৎশাবম ৮) শঙ্গাইসেনথম।

গ) নিংথৌজা ইনবা নোংচুপহারম — ১) ঙাথেম ২) হোদাম ৩) পেবম ৪)সনসম।

ঘ) নোংপোকহারমদা পকখিবা নিংথৌজা য়েক্কী য়ুমাকশিং — ১) ঈরুংবম ২) থোংকাবম ৩) কৈশাম ৪) শঙ্গাইশেনরম।

ঙ) নোংচুপহারমদা পকখিবা নিংথৌজা য়েক্কী য়ুমাকশিং — ১) কৈশাম ২) কোনসম ৩) নাওরম ৪) নাম্নোইজম ৫) নিং-থৌজম ৬) ময়াংলম্বম ৭) লুক্রাম ৮) খৌদাম ৯) থোংকারম

১০) সনাবাম ১১) শন্দাইশেনবম।

২) অঙোম য়েক্কা লৈবা য়ুমনাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিনবা অঙোম য়েকী য়ুমনাকশিংদি :—

১) লোংজম ২) লাইরেল্লাকপম ৩) লাংথেম ৪) কথাম ৫) অকোইজম ৬) নিংঙোম্বম ৭) লাইতোঙজম ৮) হুইরেম ৯) অয়েকপম ১০) খোইবম ১১) সম্বান্দুরাম ১২) খোকমাম ১৩) য়ুমলেম্বম ১৪) নোংমাইথেম ১৫) হিজাম ১৬) সেরাম ১৭) পোংঙম ১৮) নারেম্বম ১৯) ঙংনাম ২০) অচুবাম ২১) ঙায়েনবম ২২) হোংনেমশুম্বম ২৩) কোংবম ২৪) চকপ্রম ২৫) মংশাঙ্তাবম ২৬) য়াংলেনবম ২৭) চীনকাংবম ২৮) তেলেম ২৯) ঙাসুকাম্বম ৩০) সোরাম কৈক্রুবম ৩১) লৈতাংহেম ৩২) মাইরেম ৩৩) থাঙেম্বম ৩৪) কৈক্রুমবম ৩৫) খরিবম ৩৬) নোংথোম্বম ৩৭) নাকপকথনবম ৩৮) পাচাহনবম ৩৯) খোইরোমঙাবম ৪০) অঙোম ৪১) মুংখোম ৪২) পুয়োহেম ৪৩) শিরাম ৪৪) খোইরাংবম ৪৫) শাংদোজম ৪৬) মান্দিংবম ৪৭) তেলোংবাশঙ্গম ৪৮) হায়হৈবম ৪৯) মোইরাং লাইশঙবম ৫০) ঙরিলেনবম ৫১) য়ুমশায়বম ৫২) কাজাম ৫৩) লৈশঙবম ৫৪) পোংশুঙবম ৫৫) মোরিময়ুম ৫৬) সংঙবম ৫৭) পুতোজম ৫৮) শঙ্গাকপম ৫৯) ঈথৈ-শঙবম ৬০) ঙাস্কাংবম।

খ) <u>অঙোমদা শকপা নোংপোকহায়মগী য়ুমনাকশিং</u> :—

১) উশম ২) খুম্বোংময়ুম ৩) সেন্দাংময়ুম ৪) অথবম ৫) খোং-বানতবম ৬) আন্দেবম ৭) খুরিংশাবম ৮) শেঙম ৯) ঙাশেপম ১০) মোনকাংময়ুম ১১) হিখাম্বম ১২) চৌঙথবম ১৩) কোনসম ১৪) লৌবীয়াম ১৫) শঙখবম।

গ) অঙোমদা শকপা নোংচুপহায়মগী য়ুমনাকশিং :—

১) ক্ষেত্রিময়ুম ২) অচোম ৩) হৈয়েম ৪) শাঙবম ৫) ওয়নাম ৬) অঙোমজাম্বম ৭) কোনসম।

ঘ) নোংপোকহায়ম পকখিবা অঙোম য়েক্কী য়ুম্লাকশিং :—

১) চৌনগাংবম ২) কোনসম ৩) ওয়নাম ৪) ঙাসেপ্পম।

ঙ) নোংচুপহায়ম পকখিবা অঙোম য়েক্কী য়ুম্লাকশিং :—

১) অয়েকপম ২) কপ্পাম।

৩) অঙোম য়েক্কা মৈবা য়ুম্লাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা লুয়াং য়েক্কী য়ুম্লাকশিং :—

১) অশ্যাংবম ২) মক্কেবম ৩) খুমনচম ৪) ভরতম ৫) কঙ্গীংনবম ৬) মাংকেনরম ৭) কুরাম্বম ৮) ঙাংঙোম ৯) লোইক্লাখাংবম ১০) পুংজ্রাইজম ১১) লুয়াংশঙবম ১২) মরুবম ১৩) লোংথোম্বম ১৪) মৈথম ১৫) ঙোরজম ১৬) খুন্নানময়ুম ১৭) খাংজম (খুমুকচম) ১৮) কৈরোইজম ১৯) শৌবাম ২০) মৈস্নাম ২১) থিয়াম ২২) মৈজম ২৩) থমজম ২৪) য়ুমলেম্বম ২৫) থৌনাউজম ২৬) অথোকপম ২৭) হিজম ২৮) চোংথাম ২৯) মাঙম্বম ৩০) সালাম ৩১) মাওজাংবম ৩২) লাইশোম ৩৩) লৌবাম ৩৪) থাওদেম ৩৫) নাহাকপম ৩৬) লৌপাম ৩৭) নাওরোইবম ৩৮) নীংচিংপম ৩৯) নাম্বম ৪০) মাঙ্গেংবম ৪১) লাইকংবম ৪২) লাইরেঞ্জম।

খ) লুয়াংগা পকপা নোংপোকহায়মগী য়ুম্লাকশিং :—

১) শঙ্গুবম ২) মৈশাম ৩) শেজম ৪) থোংবানতাবম ৫) হেক্রেম্বম ৬) ইচোম ৭) অচোইবম ৮) উশম ৯) লাকপমখাবম।

গ) লুয়াংগা পকপা নোংচুপহায়মগী য়ুম্লাকশিং :—

১) অশ্যাংবম ২) অবুজম ৩) অরাম্বম।

ঘ) নোংপোকহায়ম পকপা লুয়াং য়েক্কী য়ুম্লাক :—

১) খাংজম।

ঙ) নোংচুপহায়ম পকপা লুয়াং য়েক্কী য়ুম্লাকশিং :—

১) থাংজম।

৪) খুমন য়েক্কা মৈবা য়ুম্লাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিন্নবা খুমন য়েক্কী য়ুম্লাকশিং :—

১) আক্লাম ২) মাইবম ৩) থোইদিংজম ৪) মাংলেম ৫) থোঙ্গজম

৬) পুখ্রেম ৭) ফাইরেম্বম ৮) লাংলেনছনবম ৯) চান্দম ১০) তৌরেম ১১) পাংখামজম ১২) মোংবীজম ১৩) লাংদেম ১৪) ভাংবম ১৫) হরাইবম ১৬) অকাংজম ১৭) পলনুবম ১৮) ওয়নাম ১৯) মাইমোম ২০) থনাম ২১) আহোওশাংবম ২২) চবুংবম ২৩) খোংগ্রাম ২৪) হৈক্রুজম ২৫) সিনাম ২৬) অতোম ২৭) খোংবম ২৮) য়াংভৌরৈবম ২৯) খাজাংলাবম ৩০) হংলেন ৩১) করাওবম ৩২) অতোম, সিনাম ৩৩) খেরুজম ৩৪) লাইশ্রাম ৩৫) কোলোম ৩৬) সোগাইজম ৩৭) অসেম ৩৮) তাইরাংজম ৩৯) বারেলম (তাইবাংজম) ৪০ তাইবংজম (বারেলম) ৪১) ইপুশওবম ৪২) শাংপাম ৪৩) হাওবিজম ৪৪) কয়েম ৪৫) পুখ্রম ৪৬) ভাখাকোইমযুম (অসেম) ৪৭) মৈতাবকৈশমবম ৪৮) জিকমাবম ৪৯) থিংগোম ৫০) ময়াংলম্বম ৫১) চুওবাম ৫২) অয়াম ৫৩) মাইকুরাম ৫৪) অমাকচম ৫৫) চরোইবম ৫৬) অকুরাম ৫৭) খোইরীব্রমবম ৫৮) লমাবম ৫৯) য়াইখিংবম ৬০) লাংথম ৬১) থাংজম ৬২) শমুকচম ৬৩) থিংবাইজম ৬৪) খোইরোম ৬৫) নাগ্রম ৬৬) হাওধম ৬৭) মোইরেংজম ৬৮) হেস্তাকপম ৬৯) হেস্তাকপম (য়েনশেম্বম) ৭০) লাইথম ৭১) তৌরেম ৭২) অমোম ৭৩) লাইপুরাম (লাইশ্রাং) ৭৪) তোজম ৭৫) পুষাম ৭৬) য়ুংখাম ৭৭) নেপ্রম ৭৮) হিংকুজম ৭৯) মোইচেম, ৮০) লাংহৈবম ৮১) কাবচেম ৮২) অথাম ৮৩) য়াবেম ৮৪) ভাসেমম ৮৫) পাংজম ৮৬) তোকপম ৮৭) শজেম্বম ৮৮) বায়েনবম ৮৯) চিংখাম ৯০) শাকাসম ৯১) হাওরোংবম ৯২) তৌথোম ৯৩) শম্বাম ৯৪) লাইম ৯৫) থাংজম (য়াওশোম) ৯৬) পুনশেম ৯৭) হরেনোম ৯৮) ভাওবম ৯৯) অহৈবম

(ভাওবম) ১০০) থাওদেম ১০১) খুলেম ১০২) পলেম্বম ১০৩) তোনব্রম ১০৪) খুৎহৈবম ১০৫) য়াংলৈবম।

খ) খুমনদা পকপা নোংপোকহায়মগী য়ুম্নাকশিং :—

১) হুইয়াম ২) শেজম ৩) চাংগমময়ুম ৪) কোনসম।

গ) খুমন্দা পকপা নোংচুপহায়মগী য়ুম্নাক :—

১) কোনসম।

ঘ) নোংপোকহায়ম পকপা খুমন য়েকী য়ুম্নাকশিং :—

১) কোনলম ২) থাংজম।

ঙ) নোংচুপহায়ম পকপা খুমন য়েকী য়ুম্নাকশিং :—

১) ওয়নাম ২) থাংজম ৩) নাওরম ৪) ময়াংলম্বম ৫) মৈতানকৈশঙবম ৬) হৈক্রুজম ৭) কোনসম।

৫) মোইরাং য়েক্তা লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিনবা মোইরাং য়েকী য়ুম্নাকশিং :—

১) লোংজাম ২) মেলেম ৩) মোইরাংথেম ৪) থায়েনবম ৫) থাংজম ৬) কব্রম্বম ৭) ঙাংথকচংবম ৮) নোংথোম্বম ৯) লাইয়ুজম ১০) থাংলেনবম ১১) লম্বুজম ১২) থাকন-বম ১৩) কাব্রজম ১৪) মুঙলেম্বম ১৫) নিংথৌখোংজম ১৬) কোংথাম ১৭) কোইরেনজম ১৮) থাংবিজম ১৯) ঙাংওম ২০) সনাক্রংবম (মোইরাং কৈথেল্লাকপম) ২১) ওক্রম ২২) মাইরেম্বম (ওক্রম) ২৩) পুখ্রম্বম ২৪) নারেং-বম ২৫) য়াইখোম ২৬) কুমাবম ২৭) অচোম ২৮) হাওরোংবম ২৯) কৌজেংবম ৩০) আকায়াম ৩১) লিসম ৩২) খোকচোম ৩৩) পোলেম ৩৪) ঙাংবম ৩৫) শোই-বম ৩৬) অহৈবম, লাইক্রাকপম ৩৭) লাইক্রাকপম ৩৮) অহৈবম ৩৯) লাইরেনময়ুম ৪০) লাইথংবম ৪১) খোই-নাইজম ৪২) মোইরাংময়ুম ৪৩) লৈমজম ৪৪) থাংথেম ৪৫) হিদম ৪৬) খোমদ্রাম ৪৭) অথেম ৪৮) পুংথম ৪৯) লাইকুজম ৫০) কৌশিশঙবম ৫১) য়ুরেম্বম।

খ) মোইরাং য়েক্তা পকপা নোংপোকহারমগী য়ুম্নাকশিং :—
১) উশম ২) নাহৌবম ৩) শারুংবম খিয়াম।

গ) নোংচুপহারম পকপা মোইরাং য়েক্তী য়ুম্নাকশিং :—
১) অচোম ২) অহৈবম ৩) করাজম।

৬) খাবা-ঙানবা য়েক্তা লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিম্নবা মোইরাং য়েক্তী য়ুম্নাকশিং :—
১) কোঙ্গেংবম ২) খুরাইজম ৩) নোংমৈংবম ৪) খাইদেম ৫) মৈহৌবম ৬) তেকচম ৭) ফিজম ৮) থোংঙাম ৯) অহৈবম ১০) হেস্তাকপম ১১) কানবজম ১২) হাওবিজম ১৩) থিনবম ১৪) লাঙ্গোনজম ১৫) রাংবিজম ১৬) লাঙ্গিরাম ১৭) কব্রয়ম ১৮) খুমুকচম ১৯) খিংবাইজম ২০) খুমুকচম ২১) লোংখুমুকচম।

খ) খাবা-ঙানবা য়েক্তা পকপা নোংপোকহারমগী য়ুম্নাকশিং :—
১) নাহৌবম ২) শমচেংশাবম ৩) খোইরীথুল খাইদেম।

৭) সরাং-লৈশাংথেম য়েক্তা লৈবা য়ুম্নাকশিং :—

ক) ঈ/পু তিম্নবা সরাং-লৈশাংথেম য়েক্তী য়ুম্নাকশিং :—
১) চেংলৈবম ২) থাংজম ৩) তোংব্রম ৪) তৌরাংবম ৫) খুমনবম ৬) সোরাইশম ৭) লৈতাম ৮) কোনসম ৯) ঙাথেম ১০) লাঙ্গেংঙম ১১) ময়াংলম্বম ১২) নাওশ্রম ১৩) লৌসিগাম ১৪) খুম্নোংবম ১৫) লৈশাংথেম ১৬) খাগোকপম ১৭) নাওসেকপম ১৮) ইংঙুদম ১৯) খোইরোম ২০) মৈনম ২১) চোংথাম ২২) হৈরাম ২৩) শরাংথেম ২৪) নাওরোইবম ২৫) রাইরোকপম ২৬) চনম ২৭) য়েম্লাংবম ২৮) চৌঙাথম ২৯) শরোকখাইবম ৩০) মাইবথিয়াম ৩১) শমোম ৩২) খাইজম ৩৩) থোঙ্গাবম ৩৪) পোংশঙবম ৩৫) কোম্হোজম ৩৬) হাওরোকচম ৩৭) শোম্বেম ৩৮) থাংজম য়ুপানবম ৩৯) কোঙ্গেংবম ৪০) লোকতোনবম ৪১) হেম্নাম ৪২) অহৈবম ৪৩) অমোম।

৮) য়েক লৈতবা/পীদবা নোংচুপহারমগী য়ুম্নাকশিং :—
১) লাইরিকয়েংবম ২) ক্ষেত্রিময়ুম ৩) রামোন ৪) অচানবম

৫) অপানবাক্লেংবম ৬) অনোংময়ুম ৭) অনৌবম ৮) অম্বাংতাবম ৯) আনন্দময়ুম ১০) ঈশিংথায়বম ১১) উকাবম ১২) কাকয়েনপাইবম ১৩) কাকয়েনময়ুম ১৪) কনাইবম ১৫) কাংবমতাবম ১৬) কৈদোংবম ১৭) খাদিবম ১৮) খুগাপ্পম ১৯) খুরাইতাবা থাংজম ২০) খুল্লাকপম ২১) খুলেনময়ুম ২২) খেমাময়ুম ২৩) খোয়রাংবম ২৪) খোংতৌবম ২৫) খোংলৈময়ুম ২৬) ঙাইরাংবম ২৭) চনম ২৮) চনমথাবম ২৯) চামাঙবম ৩০) জুগীময়ুম ৩১) চুমবংময়ুম ৩২) চিরাম ৩৩) তখেন অয়েকপম ৩৪) তখেল্লম্বম ৩৫) তখেনচঙবম ৩৬) তবংবম ৩৭) তাইবংজম ৩৮) থাংগংশাবম ৩৯) থাংজম নাওরাকপম ৪০) থাংজম খাংখেম ৪১) থাংজম অম্বাংতাবম ৪২) থাংজম থাতাবম ৪৩) থাংজম গৌরময়ুম ৪৪) থাঙজামময়ুম ৪৫) ধবান্দময়ুম ৪৬) নমশাতকপম ৪৭) নহাকপম ৪৮) নাপেৎময়ুম ৪৯) নিংথৌচানবম ৫০) নিংথৌজম ৫১) ফুরৈৎবম ৫২) পালকুংবম ৫৩) পাখংলাকপম ৫৪) পুখ্রীহোংবম ৫৫) পোচিময়ুম ৫৬) গেরেংথোংবম ৫৭) পৌশাংতাবম ৫৮) ফিশাবম ৫৯) ফিশাবা অম্বাংতাবম ৬০) ময়াং অরিবম ৬১) ময়াচঙবম ৬২) ময়াংহিশাবা লুপলাকপম ৬৩) মুকময়ুম ৬৪) মোইখোংবম ৬৫) যাঙোইজম ৬৬) যুমখাতাবম অরাম্বম ৬৭) য়ুপানবম ৬৮) য়ুমখায়বম ৬৯) য়ুমকাবম ৭০) য়ুম্নাকশঙবম ৭১) লুপলাকপম ৭২) লম্বাক্লেশঙবম ৭৩) লাইখুময়ুম ৭৪) লাঙ্গাবম ৭৫) লৈহাওরুংবম ৭৬) লৌশবম ৭৭) রাকাম, রাখনবম ৭৮) রাইরী কম্বালখাঙশাবা থাইদেম ৭৯) রাথাবম, ৮০) রারিবম ৮১) শঙ্গাইগরৌ, য়ুমখাতাবম ৮২) শগোনশেম ৮৩) শাঙ্গিরামময়ুম ৮৪) সনাখোনবম ৮৫) শাইখোম ৮৬) শাঙম্বম ৮৭) শিঙ্গাখোংবম ৮৮) শিরুংতাবা শেনয়েবম ৮৯) সুন্দিয়াময়ুম ৯০) সুনারামময়ুম ৯১) সোম্বাম ৯২) হীদাকরুংবম ৯৩) খাথংবম ৯৪) হিশাবা চনম্বম ৯৫) হিংখাইবম ৯৬) হুইরামময়ুম ৯৭) হৈরুংবম ৯৮) হৌম্বোংবম ৯৯) সৌরময়ুম ১০০) ক্ষেত্রিনাওদম।

—মখোয়সিনি। মখোয়দি মখোয়না থুনা হংবকপদা লোয়নবকপা গোত্রশিংদুনা য়েক্তী মশুং ওইনৈ।

পাংগন মুসলমানশিংগী য়ুম্নাক ৬০ মুক লৈ। অদুবু মখোয়দি মখোয়গা শাগোন্নবকপা মহমুদন ধর্ম্মগী অমসুং লৈচাকলোনগী বায়েল-বাথুন পয়েংনা মখোয়বু ভাক-শেন্নি অমসুং বারক বাতেন্মী।

চকপা, অয়োকপা, হাওমচা হায়বা কাংলুপ-ফুরুপশিংগীসু মখোয়-মখোয়না মৈতৈ শেক-শলাইগী য়ুম্নাকশিংদা নপচবা য়ুম্নাকশিং অমসুং নপচদবা য়ুম্নাকশিং তোংভান-তোংভান লৈ লৈ।

—রিফরেন্সশিং—

১। শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : চৎদা লাইন্থুই : লা ৭।
২। চৈথারোল কুম্বাবনা পীবা চহিনি।
৩। সম্বন্ধ নিনং খুদম।
৪। রাহেংবম য়ুমজাও সিংহ : মণিপুর ইতিহাস (ইম্ফাল, ১৯৫০) : লা : ৯।।
৫। লঙ্গাই কম্মাও : M.S., চেথোও : M.S., লাংথাবলোন : M.S., নোংগং : M.S. নোংচুপ হারমলোন M.S., নোংপোকহারমলোন : M.S., কেত্রিলোন : M.S., লাইরিকয়েংবমলোন : M.S., উথোওশাংলোন : কুম্ফিলোন M.S., মরাংকালিশালোন : M.S., মরাং তেখাওলোন : M.S., তখেললোন M S. অশিবচিংবা পুয়াশিং।

———

# লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন্ পরেং

মৈতৈগী খুন্নাইদা লৈরিবা য়েক তরেৎ শলাই-মাপল অসিগী লৌন-লৈনবা—মৌ থিবা অমসুং চনু নিংঙোল থাজা-য়াজ্ঞবগী রায়েল-রাখুন পরেং অসি মৈতৈগী লাইনীং লোনচৎ অমসুং লৈঙাক-লোন-খুন্নাইলোনগী চংলম লুপতিন্না নিংথিনা য়াঙ্গনা লৈ। রায়েল-রাখুন পরেং অসি পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী য়ুম্ফম থোক্লম্বা মৈদিংঙু বোংদা লাইরেল পাখংবা ( চাও : খৃ: ৩৪-১৫৪ ) না য়াৎলম্বনি হায়না পী[১]। অতুবু মৈদিংঙু নাউকংবা ( চাও: খৃ: ৪২৮-৫:৮ ) গী মতম য়ৌত্রিবা ফাওবদি রায়েল-রাখুন পরেংসিগী থম্মংগী ওইবা শরুক শরু ফাওবা লৈরমগনি হায়না লৌবদা রানা থোকই মরমদি নিংথৌ অসিগী মতমদদা রাখৎ-রারোঙনবগী রাথোক্লতুনা রায়েল পরিং থাহনা রায়েনবগী রাকম পীরি[২]। অতুদসু নতনা লৈঙাক্লোনগী মহাক্না পীরম্বা রায়েল-রাখুন পরেং মচা অমা পীরগী রারোল পীরি মতু'দ[৩] :—

…মৈদিংঙু নাওফংবনা থম্মবা হারুরম্ব রাবু হায়গেতা,—কংলৈ মৈতৈ লৈমনা রাই হায়করোইয়ে ‥ (লং: ৩৪) … পেল তিন্নবা, পি তম্নবা, য়েক তিন্নবা মুপীদি লৌনহৈদে … … ।

অসিনি : অতুগা নৈনগদৌরিব । রায়েল-রাখুনশিং অসিদি—য়েক/শলাই, ফুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক, ময়ুম অমসুং ফুঙ্গা হায়বা খুন্নাইলোনগী লুপকী খুজিংশিং অসি থোক্লবা মতুংগী রায়েল-রাখুন পরেংনি। মথক্কী খুজিংশিং অসিনা হৌরক্লবা/থোক্লকুবদা, লৈরবদা মথোক্কগী মরক্তা মতম থোংলৈ মতুং-ইন্না থোক্লকপা লৌন-লৈনবগী থৌদোক-রাথোক-শিংনা পোমিৎ য়াত্তুনা রায়েল-রাখুন পরেংসি শেম্লকপনি। অতুনা মথোয়শিংসি—অপুনবা মৈতৈ লৈপাক ওইরক্লতুনা মৈতৈ নিংথৌগী রায়েল—চৈরাক চৎনরক্লবা মতুংদা পাল্লকপা মৈতৈ নিংথৌশিংনা

হাপতোক-হাপচিন লৌথোক-লৌশিন তৌদুনা শেমলম্বশিংনি। মরম অসিনা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পরেং অসিবু—১) হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিতৈদগী চৎনরকপা অমসুং ২) মৈতৈ হিন্দুগী চৎনরকপা হায়না অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মখোয়গী বারোলশিংদি :—

১) হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিতৈদগী চৎনরকপা লৌন-লৈনবগী রায়েল-রাখুন পরেং :—

রায়েল-রাখুন পরেং অসি হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিতৈদগী চৎনরকপনা অনৌবা কয়া মতম মতমগী ওইনা হাপ্তোক-হাপচিন তৌরগা হৌজিক ফাওবদা অহুম চৎনরি হায়বা য়াই। হায়রিবা রায়েল-রাখুন পরেংসিগী মমিং ওইনা খঙনবা পীরিবা রায়েল-রাখুন্দি ১) য়েক তিন্নবা ২) শাইরুক/শাইরুপ (শল্লাই-লুপ) তিন্নবা ৩) পি (মপা/মমা) তিন্নবা ৪) পেন (মবেন/মবোক) তিন্নবা ৫) লৈনুং পেন তিন্নবা, ৬) মুংনবা ৭) ঈ ওন্নবা ৮) ভারুবা অমসুং ৯) জাতি/জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবা য়াদে, লৈপাক খুন্নাইগী চৎলম-লুপতিন্না থিংই[৪] হায়বসিনি। মৌ থিবা নত্রগা চন্থ-নিংতোল থাজবা তারবদি হায়রিবা রায়েল-রাখুনশিংসি ভাকপা তাই। কনাগুম্বনা রায়েল-রাখুনশিংসি কায়ররুর্বদি লৈতাক্লোন অমসুং খুন্নাইলোন্না চৈরাক পী। পীনরবা অমসুং পীরবা রায়েল চৈরাকশিংদি—১) লোই থাবা, ২) ইস্থোকপা (মা-না তৌবা), ৩) হান্নগী খুরাই-লুপকী থাক্তুগী হুত্থহনব, ৪) বাকোঙবা, অমসুং ৫) মীশক অতুগী ফংফম থোকপা মীয়ামগী ওইনা পীবা হব/ফংফম মৎপা/কংহন্দবা (হায়বদি পীবা ওইহন্দবা) অসিনি। অতুগা তুমন লৌরবস্থ রায়েল রাখুনশিংসিগী থাক্তা পূশিন্দুনা খুাইগী ইকোন-কোনবা চৈরাকসি পীবদা পুশিল্লমী[৫] অতুবু মৈদিংগু নংউকংবগী চৈরাক রাখুন্দদি অহন্না পীবিরম্মী মতুদি[৬] :—

…নিংথৌগী ইবেম্মশিংদা মিৎয়েং-নায়েংবা
লান্নবা মীতু লুবা অসিদি মমিৎ হনলো।
মচেম-মনেম খঙদনা লান্নবদি নোংলাৎনৌ-ও।
নিংথৌগী ফিজি-ফিনা নেংলবদি লোই থা-ও।

অসিনি। অতুম অতুম ওইনমক মথক্কী রায়েল-রাখুনশিং অমসুং চৈরাক-রাখুনশিংসি ইতিহাসকী লমায় থরদ'দ ঈচেন থৈনা চেস্টবসু উবা ফংই। য়েক-শলাই, শাগৈ, মরী-মতা, য়ুম্নাক-ময়ুমগী ঈমুং-মনুং, অমসুং তিন্নু-চান্নবনা লৌন-লৈনব ওইনা থোকহন্নকপা অয়াবশিং অমসুং য়াদবশিং অসিগী মরী-মথোও অমদি মচৎ-মনাৎশিংদিঃ—

১) য়েক তিন্নবা—য়েক তিন্নবা হায়বদি মচু অমতগী ময়েক-খু'য়ক অমতগী মখাদা লৈবা লুপশিংবুনি। পুকোক তিন্নব', পু নক্রগা মপু খাইদগী মকোক ওইরিবসু তিন্নবা কাংবুবু খঙনৈ। মী অমত্তদগী খায়থরকপা-শমথরকপা নক্রগা চাদা-নাওদারকপা য়ুক্নপশিং, শাগৈশিং, য়ুম্নাকশিং অমসুং য়ুম্নাশিং অসি ঈগী মরী ত্তিন্নৈ। মখোয়শিংসিবু য়েক তিন্নবা হায়না কৌই। য়েক খোক্লবা য়ুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক শিং পুম্নমক অমগা অমগা লৌন-লৈনবা তৌহৈদে। য়েক খে'য়দবা, মরী-মতাগী চৌরকফম তিন্নদব', অমসুং ঈগী মরী লৈনদবা য়ুরুপ, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক মশেন অমগা অমগা লৌন-লৈনগদবনি। মী-রৈপাক্কী হান্নবা নক্রগা নৌনা খুনহোং-খুন্থোক্লকপা অমসুং মৈতৈগী লৈপাক-নিংথৌনা লৈপাকসিগী মীওই অমা ওইরে হায়না শকখঙবিহুনা লৈপাকসিগী ওইনা চৎনরিবা য়েক-শলাইশিংগী মরক্তগী অমা পীদুনা য়ুম্নাক শাগৈ অমদা তিনহল্লবা[৭] য়েক ৭ কী মমুংদা লৈবা ময়ুম-য়ুম্নাক অমদা পক্লবা/নপচরবশিং[৮] অসিসু য়েক তিন্নবগী কাংলুপ্তা চিংতুনা লৌন-লৈনবগী মৌ খিবা অমসুং মচা নিংভোন থাক্তবগী রায়েন-রাখুনগী কাংলোন অসিদা পুশিন্দুনা ভাক্লা চৎনরম্মী। অতুবু মবৈথ'দা মর্ব্বাক নিংথৌজানি, মর্ব্বাক খুমন্নি, অসিনচিংবা খায়দোক্লনা অমুক নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হান্নমগা মৈতৈগী য়েক ৭ শলাই ৯ গা য়েক অমতগী মমুংদা লৌন-লৈনবা য়াহনবগী খুদম কাই[৯]। অসিদসু নগুনা নিংথৌগী অপান্নদগী য়ুম্না'ক্লা য়েক অমদগী য়েক অমদা ওনথিবসু য়াওই[১০]।

মেন্দেলগী বায়েল, 'লো ওফ হেরিদিটী'[১১] গী মতুং ইন্না য়েক তিন্নবশিংনা মপা-মপু পুক্লাক্তগী মশুন-মচং নত্রগা কাইদা লৌবগী মচাক, "জিন (Gene)" অসিগী শরুক থরা মাংনা য়াওই[১২]। মচা ওইবশিংদা মমা-মপা ওইবশিংগী জিনশিং— মপাগী তংখায় অমা অমসুং মমাগী তংখায় অমা য়াওকম থোকপনি। অদুবু করিগুম্বদা মপাগী জিননা মমাগী জিনদগী হেনবা নত্রগা মমাগী জিন্না মপাগী জিন্দগী হেনবা য়াওই। অদুনা মচাশিংদা মপাগী মচং-মনাংনা হেনবা অমসুং মমাগী মচং-মনাংনা হেনবা মেন্দেলনা থেংনখি[১৩] অসিগুম্বশিংসিবু মৈতৈনা ঈ-মরী হায়না হৌনরি। মহী-ময়াই তিন্নবা, মতৌক-মপাঙল মান্নবা অসিগুম্বা ঈগী মরী লৈনবা ঈ-মরী নত্রগা জিন অসি মান্ন-মান্নবা তিনশিন্নবসি মৈতৈশিংনা থিংই। মান্নবা ঈ-মরিশিংসি তিন্নদরবদি হায়বদি য়েক লৌনরবদি মখোয়না পোক্লকপা মচাশিংদু পুন্সিদে নত্রগা হৃবচাং পঙথবনচিংবা লাইনাশিং লৈংল্লি হায়না লৌনৈ।[১৪] মসি য়োংচাবীশিংগী মান্ন-মান্নবা পোলশিং থক্তোক্লবা অমসুং মান্ন-মান্নদবা পোলশিং চিশিন্নবগী বাখুন অসিগুম্না মৈতৈনা য়েক মান্নবশিং লৌনদবা অমসুং য়েক মান্নদবশিং লৌন-লৈননবগী বায়েল-রাখুনসি থমই। মসি য়েকলুপ, শলাইলুপ ভাক্তনা থম্নবা শগৈ য়ুম্নাবপু হুং-শিবগী য়ুম্ফম শাগৎপা ভাকাশন থোরাং মাল্লি।

২) শাইরুক/শাইরুপ তিন্নবা— শাইরুক তিন্নবা হায়বদি শাইরুপ-শাখাইরুপ-শাগৈরুপ তিন্নবা হায়না রাহন্দোক তৌবা য়াই। মপা-মপু তিন্নববু শাইরুক তিন্নবনি হায়বদি মপা নত্রগা মপু তিন্নববনি হায়বা য়াই। মী অমতদগী থায়থরকপা চাদ-নাওদাশিংনা অতোপ অতোপ্পা ফুরুপ-কাংলুপ ওইনখতুনা তোঙান-তোঙানবা য়েক্তা চঙনববু শাইরুক তিন্নবা হায়না কৌই। কনাগুম্বা মুপা অমনা মহাক্কা লৌন-লৈনবা য়াবা খেন্ন-খেন্নবা য়েকৌ, শাগৈগী নত্রগা য়ুম্নাকৌ মুপীশিং পানদুনা নত্রগা য়েক অমথক্তগী, শাগৈ অমথক্তগী নত্রগা য়ুম্নাক অমথক্তগী খেন্ন-খেন্নবা মুপীশিং পানদুনা নত্রগা ওংনদুনা অমসুং

মহাক্কী লৌনবা য়াদবা মুপীশিংদা হায়দুনা, তোংপায়নহনা পোল্লকপা মচাশিং অমদি মচাশিংদুগী চাদা-নাওদাশিংবু শাইরুক তিন্নবা হায়না খঙৈ। মৈতৈ খুন্নাইদা থায়নভৈদগী চৎনরকপা ওইনা লৌনবা য়াদবা শাইরুক মরি হায়না শাইরুক তিন্নবগী য়াথোল যংই। মতুদি [১৫] :—

১) মোইরাং অনৌবা (মোইরাং কোবা, কৌক্রু চীঙজাওগী লমথৈ মনুংদা খুন্দাবা মোইরাং ফুরুপ নত্রগা কোবা অঙাঙভানা পুকোক ওইবা মহাক্কী চাদা—নাওদাগী মোইরাং য়েক) গা অঙোম য়েক্কা শাইরুক তিন্নৈ।

২) খুমন (লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমগী মচানিপা লুবাংবগী চাদা নাওদানি) গা লুবাং (লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা হোঙনেমনা পুকোক ওইরগা শমথরকপা চাদা-নাওদা) গা শাইরুক তিন্নৈ।

৩) খাবা-ঙানবগা চেংলৈ য়েক্কা শাইরুক তিন্নৈ। অমসুং

৪) মোইরাং অরিব (মোইরাং ঈরাং, লোক্তাক খোংবান্দা খুন্দাদুনা পানবা মোইরাং ফুরুপ নত্রগা ঈরাং পুরিক্লাই ঙাংনিংশিংনা পুকোক ওইরগা শমথরকপা চাদা নাওদাগী মোইরাং য়েব) গা ঙানবগা শাইরুক তিন্নৈ। মসিবু শাইরুক মরী কৌই।

শাইরুক তিন্নবা অসি মথক অনি ওই, মতুদি—

শাইরুক অচৌবা তিন্নবা অমসুং শাইরুক মচা তিন্নবা, অনিসিনি। শাইরুক অচৌবা হায়বসিনা মুপা/মপাগী ঈ-মরী অমসুং চাদা-নাওদানি। মসিবু মৈতৈগী অরিবা লোন্দাদা— মচেঙ পাচামা, কায়রৈ ময়েললু/ময়েল্লুম [১৬]—হায়না কৌই। মপা অমতগী খেম-খেন্নবা মমাশিং (য়েক, শাগৈ, য়ুম্নাক, ময়ুম, ফুঙ্গা তিন্নবসু য়াই, তিন্নদবসু য়াই) দা পোকপা মচাশিংগী চাদা-নাওদাশিংবু অমসুং মখোয়গী ফুরুপশিংবু শাইরুক অচৌবা হায়না খঙৈ। মসি মায়ওন অমত্তদা পরিং নাইনা চেন্থরক্লিবা মান্নবা ঈ-মরীগী পানবা নত্রগা ওংনবা থিংননবনি। অদুগা শাইরুক মচা তিন্নবা হায়বসিনা মুপী/মমাগী ঈ-মরী তিন্নবা অমসুং

চাদা-নাওদানি। মসিবু পী তিন্নবা "নত্রগা পেন তিন্নবা" হায়নসু শ্বাইনা লায়না খণ্ডনা কৌই। লৈলুং পেন তিন্নবা নত্তবা অতৈ পেন তিন্নবা মথংশিং — ১) মমা মমা মচিন-মনাও ওইবা, ২) মমাগী মবুং নত্রগা মপাগী মচাশিং, ৩) মপাগী মচন নত্রগা মচেগী মচাশিং অমসুং ৪) মপা মপা মচীন-মনাও ওইবা অমসুং থোক্লবগী মচা-মশুশিং অসিনচি'ববু পী/পেন তিন্নবা হায়না খণ্ডনৈ। মথোয় অসিগী লৌন লৈনবা য়াবগী অকক্লবা মীয়োল পী[১৭]। অহুবু কনা গুপ্তা কনাগুপ্তী অমতা মহাকী মমাগী ময়ুংগী চুপা/চুপী অমতা মহাক মশাদগী থারগা মথা শমথথিবা/শমথরকপা মী য়াল অহুম যাওবগী মসুংদা লৌন-লৈনবগী চনু'নিংঙোন থাজবা অমসুং য়ুম লৈমা, মৌ থিনবা য়াহন্দে।[১৮]

মথক্কী শাইরুক তিন্নবগী মথং অদুসি নত্রবা অতৈ মওং-মতৌ কয়ামুক্কী শাইরুক তিন্নবগী মথং লৈরি, মথোয়শিংদি— i) য়েক্কী ওইবা শাইরুক তিন্নবা (মাসগী খুদমদি থাবগা ভানবগা, শরাংগা লৈশাংগা অমসুং অনিমকসিগা চেলৈগা শাইরুক তিন্নৈ), ii) মীচৈ/শাপ শিরাপবা কোন্নবা শাইরুক তিন্নবা অমসুং iii) ভাক্লবশিংগী শাইরুক তিন্নবা মথাদা য়েংসি।

শাইরুক তিন্নবা অসিবু "শলাই লোৎপা" হায়নসু কৌই। শাইরুক তিন্নবগী মরমদা অথঙ অহৈ অমনা পীবিরম্বা বারোল (শলাই লোৎপসিগা মরী লৈনবা দি:—

শাইরুক তিন্নবা— "শাইরুক তিন্নবা" হায়বা য়াহৈ অসি কদায়দগী থোকখিবগে? মসিগী মরমদি অসিনি— সাই হায়বদি "সলাই", রুক হায়বদি লুক, হায়বদি যুরুপ-কাংলুপ হায়বনি। সলাই ফুরুপ হায়বসি মীতৈ অশংবা ",শাইরুক" অমুন্না শিজিন্নৈ। মতাং অসিদা এক তরেৎ সৈলাই মাপল হায়বগী য়াহৈ অমসু শিজিন্নরি। মসিগী মরমদি অসিনি সলাই মাপলবু অমগা অমগা পুনশিননবা য়াবা মথৈ পুনশিনগা তরেৎ ওইথি। মরমদি "পু" তিন্নবা মশেন পুনশিনখিবনি

অদুগা তোপ্পা তোপ্পা হায়বদি সনাই মাপন শুই মতুংদি ১) অঙোম ২) নিংথৌজা, ৩) লুৱাং, ৪) খুমন, ৫) মোইরাং, ৬) খাবা, ৭) ঙানবা, ৮) সরাংলৈশাংথেম ৯) চেংলৈ অসিনি..... (লাঃ ১৪৩)...... এক মশেন লৌনবা য়াদববু সাইরুক তিন্নবা কৌই [১৯] অসিনি।

শাইরুক তিন্নববু লোন-লৈনবা য়াহন্দবগী মরু ওইবা পান্দমদি—মায়ওন অমতদা চুমদিং চুন্না পরিং নাইনা চেম্বরকপা মান্নবা ঈ-মরীগী ঈচেলশিং অমসুং ঈশিং অদু পানবা/ওংনবা হায়বদি রিয়েক্সন থোকুবদা মান্নবা জিনশিং থেঙ্গায়-য়ৈথায়নদনবনি। মসুমা থেঙ্গায়-য়ৈথায়নবদা জিনশিংদু থক্লোকুররুবদি ক্রোমোসোম [২০] অদু পোকথায়বা থোক্কনি।

কোমোসোম পোকথায়বদি সেল নিয়ুক্লিয়স, অদুদগী সেল পোকথায়রকনি। অদু ওইরবদি সেলদুনা শারিবা বোডিগী পার্টশিং শিথরকনি মদুনা বোডিদু পংথবা নত্রগা অশিবগী খায়াত্তা তাখিবা ওই। ঐখোয় মীওইবগী হকচাং কয়াংশিংসি অহিংবা সেলশিংনা শারিবনি। অদুনা য়েক লৌনদবসি হকশেলগী চেকশিন থৌরাংদু ওই। অদুগা মচা অমা হায়বা অসি মমাগী মচৎ-মনাংনা তংখায় অমা অমসুং মপাগী মচৎ-মনাংনা তংখায় অমা ওইরগা মপুম অমা শারিবনি। অদুনা শাইরুক তিন্নবা মীশিংদা মান্নবা মচৎ-মনাং (কেরেক্তর) গী ঈ অসি হেনগৎনা (দোমিনেন্ট) নত্রগা হন্থনা (রিসেসিভ শোয়দনা য়াওনরবনি। মখোয়দুবু য়ৈথায়-থেঙ্গায়নদবা শাইরুক তিন্নবশিং লোনবা থিংবনি। অমরোমদা 'ঙারুবা' হায়বা শাইরু তিন্নবশিংগী মখল অসিনা—নাইতোম হিংবা য়াদবা মীওইবা অমসুং খুনবান লৈপান্দুনা খুন্নাইদা হিংবা পাম্বা ওইবনা লৈঙাক খুনঙাক্তা মুংশিননগী ঈচেল কংহন্দনবা থম্বনি।

৩) পী তিন্নবা—পী তিন্নবা হায়বসিগী বাহংথোক মপী হাববদি মমা তিন্নবা হায়বনি। মসিগী বারোল শাইরুক তিন্নবদা য়েংখৌয়। শাইরুক মচা তিন্নবা মখল অমনি।

৪) পেন তিন্নবা— পেন তিন্নবা হায়বসিগী য়াহন্দোক মবেন/মপেন হায়বদি মবোক তিন্নবা হায়বনি। মসি শাইরুক মচা তিন্নবা মথল অমনি। মথক্কী শাইরুক তিন্নবদা য়েংবীয়ু।

৫) লৈন্নুং পেন তিন্নবা— লৈন্নুং পেন তিন্নবা হায়বসিগী য়াহন্দোক্কি থায়না/মমাঙডৈগী মবেন/মবোক হায়বদি মবেনধৌ (অরিবা লোন্দাদা নয়োন[১১]) তিন্নবা হায়বনি। অহানবা পুক্কোক্কী নক্রগা কুইরবা মথক্কা থাক্কী মবেন্থৌ পেনকেন নাকক্‌পী অমথক্কগী শমথরকপা নক্রগা চাদা-নাওদারকপা শুথাংশিংবু লৈন্নুং পেন তিন্নবা হায়না কৌই। খুদম ওইনা পুরৈরেম্বা অঙোগী মচন পুরৈলেমমুমুনা নুপা অমদা হান্না ওংহুনা থমজিংকোন হায়হৈবা পোকখি। মতুংদা পুরৈরেমহুনথাবা ফুরুপকী থাবা যুপুরোইদা অমুক ওংহুনা ক্রমকোয়বা পোকখি। থমচিংকোন্না ঙানদা য়েক-শলাই ওইখি অমসুং চাদা-নাওদারক্লা ঙানবা য়েক-শলাই শন্দোক্লকখি। অদুগা ক্রমকোইদনা থাবা য়েক-শলাই শমথরকখি। মরমসিনা থাবা অমসুং ঙানবা অনিসি লৈন্নুং পেন তিনৈ[২২]

অমুক্নসু, কনাগুম্বী নুপী অমনা য়েক/শাগৈ/য়ুম্নাক অমতগী নক্রগা য়েক/শাগৈদুগী খেন্ন-খেন্নবা য়ুম্নাকী নক্রগা য়েক্তুগী খেন্না-খেন্নবা য়ুম্নাকশিংগী নুপাশিংদা নক্রগা খেন্ন-খেন্নবা য়েকশিংগী শাগৈশিংগী নক্রগা য়ুম্নাকশিংগী নুপাশিংদা ওংহুনা তোঙান তোঙানবা মীশকশিং পান্নহুনা পোক্লকপা মচাশিং অদুগী চাদা নাওদাশিং অদুবু লৈন্নুং পেন তিন্নবা কৌই। নুপী অদুনা খেন্ন-খেন্নবা মপাশিংদা পোক্লরিবা মচাশিং অদুবুনা মপা তিন্নদবা মমা তিন্নবা মচীন-মনাও (Uterine brothers) হায়না খঙনৈ। মথোয় অসি পোকমিন্নবা মচীন-মনাওগী থমই। মখোয়শিং অসিগী চানা-নাওদাশিংসি লৌন-লৈনবা য়াহন্দে, খুন্নাই-লোনগী য়ায়েম্না ফিংহুনা থমই।

মচৈ মনাও অমনা পোক্লরিবা মচা খুদিংমক মমাগী মচং-মনাংকী শরুক তংথায় অমা মখোয়গী মশাদা য়াওরিবনি। দোমিনেন্ত নক্রগা

রিসেসিভ করেক্টর ওইজবগী রাকমদনি। অদুনা থেন-থেনবা মপা-শিংবা মমা অমতদা পোক্লিবা মচিন-মনাওশিং অসি মখোয় অমমমদা মান্নবা তংথায় অমমমদি য়াওরিবনি। অদুনদি মসি য়েক তিন্নবা নত্রগা শাইরুক তিন্নবগা অমম্বানি। মখোয়গী মশা অদুদা য়েক/শাইরুক তিন্নবগুম মান্নবা জিনশিংগী শরুক য়াওরিবনি। অদুনা মখোয়গী চাদা-নাওশিংগী মরক্তা য়েক/শাইরুক তিন্নত্রবদু লৌন-লৈনবগী মরিসি থন্নহল্লে। মখোয়না চাদা-নাওদারকপা মচাশিংদু শৈনাইবা, পঙথবা, নামা শোয়বা, পুক্নি তেনবা অমদি মশা ফত্তবনচিংবা ওইগল্লি হায়দুনা লৌন-লৈনবগী মরীসিদা অথিংবা থমই।

৬) মুংনবা— মুংনবা হায়বসিগী রাহন্দোক্তি মৌনবা নত্রগা তৌবা হৌনদবা নত্রগা তৌহৈদবা হায়বসিনি। মতু তৌরুরগা অকায়-অতোয় থোকহনবা, পামদবা নত্রগা খাইনা য়ানদবা অনৌবা শকওং নত্রগা মওং অমা থোকহন্নবা তৌবা হীদাক য়াইচনশিংবু মুংনবা নত্রগা য়েক্লবা/মৌনবা হায়না থওনৈ। অদুনা লৌন লৈনবগী মরীসিদা কুপা-কুপী ওংনবদা পামদবা মহৈ থোক্লকপা য়াবা, চাংবদি মশা শিবা, মচা শিবা নত্রগা মচা ফত্তবা পোক্লকপা য়াবা, সুংশিনবা মাংবা য়াবা, ঈকাই খুম্নবা মাঙবা য়াবা অসিনচিংবগী য়েক-শলাই, শগৈ-নাতৈ, য়ুম্নাক-ময়ুম নত্রগা ফুঙ্গ-ঈমুংগী মীওকশিং অদু মুংনবা হায়না কৌই। মুংনবশিং অসি ভাক্লবা হাঙবা লৌন-লৈনবগী মথলতুগী মনু লৈ। মুংনবসি মথল কয়ামরুম লৈ, মখোয়তুগী মনুংদগী থরদি— ঈ-মুংনবা, মিঙ্গৌ মুংনবা, চিঙ্গাক মুংনবা, ফিজেং-চাকচা মুংনবা অসিনচিংবনি। মখোয়সিগী মনুংদা ঈ-মুংনবনা খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইনা থরে।

ঈ মুংনবা হায়বদি ঈদা য়েক্লবা/মৌনবা হায়বনি। মমা-মপা/মতৈ-মনাও অমতনা পোকপা মচা নিংঙোন অনিথক্লা য়েক, কুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক তিন্নবা নত্রগা তিন্নদবা তোঙানবা-তোঙানবা কুপা অমমমদা মচেম-মনাও অনিদু অমমম ময়ুম পান্নরগা পোক্লকপা

মচাশিং অতুগী চাদ-নাওদাশিংতু মখোয়গী য়েক, ফুরুপ, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক তিন্নব্রবসু মখোয়না চাদা-নাওদারবপগী অহানবা মীরোন, হায়নদি মচেম-মনাও অনিতুনা অহানবা ওইনা থারগা মীরোল মন্তা ফাওবগী মতুংদা লৈরিবা মরী-মতা থোক্লবা/ওইবা মীশকশিং অতুব ঈ মুংনবা কাংবু হায়না কৌই। মখোয়সি মীরোন মন্তা ফাওবদি লৌন-লৈনবা য়াদে, মীরোন তরুক শুপ্রবদি লৌনবা য়ারে।[২৩] অতুগা মমা-মপা/মতৈ-মনাও অমতনা পোকপা নত্রগা মমা তিন্নব্রবসু মপা তিন্নবা পোকমিন্নবা সুপা। মচৌন-মনাও অনিনা য়েক, ফুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক তিন্নবা/তিন্নদবা খেন্ন-খেন্নবা তোঙান তোঙানবা সুপী-শিং লৌতুনা পোক্লকপা মচা নিংডোন (Cousin sister) শিং অতুনা খেন্ন-খেন্নবা সুপাশিংদা ওংতুনা পোক্লকপা মচাশিং অতুগী চাদা নাওদাশিংতু চাদা-নাওদারকপগী অহানবা মীরোন (হায়বদি নিংডোন-তুগী মচাশিংতু) দগী শমথরকপা মীরোন অতুম ফাওবদি ঈ মুংনবা কাংবু হায়না কৌই। মখোয়সি য়েক, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক তিন্নব্রবসু লৌনবা য়াদে, অতুবু মীরোল মরি শুপ্রবদি লৌনবা য়ারে।[২৪]

মিংঙৌ মুংনবা হায়বদি সুপানা মাগী মমাগী মমিং কৌবী সুপী লৌবা নত্রগা সুপীনা মাগী মপাগী মমিং কৌবা সুপাদা লৈনদে। মসিবু মিঙৌ মুংনবা কৌই।

চিঙ্গাক মুংনবা হায়বদি শাগৈ, য়ুম্নাক, য়েক-শলাই, অমনা চাবা চিঙ্গকপু য়েক-শলাই, শাগৈ য়ুম্নাক, অতুনা চাব্রবদি মতুবু চিঙ্গাক মুংনবা কৌই। মসিদা য়েক-শলাই য়েনহেন, শাগৈ য়েনহেন নত্রগা য়ুম্নাক য়েনাহেনবুদি[২৫] চিঙ্গাক মুংনবগী মতুং চনহন্দে।

৭) ঈ ওম্নবা[২৬] — ঈ ওম্নবা হায়বসিগী ৱাহন্দোক্তি ঈ শাহনবা নত্রগা ঈতু য়োক্তুনা থম্বা/মাঙহন্দবা হায়বনি। মসিনা লৌন-লৈনবগী মতাংদা পুন্নিবা ৱাখল্লোন্না হান্নদগী লৈনরকপা মরী-মতা ওইবগী ঈচেলতু য়োক্তুনা থম্নবা, মাঙহনখিদবা হায়বসিনি। ঈ ওম্নবা হায়বসি শাইরুক মচা তিন্নবদগী শমথরকপা মথং তারকপা

মরুপ-মতাগী পন্নিংনি। পেন তিন্নবা, পী তিন্নবগী শাইকক মচা তিন্নবশিগী লৌরকা য়াদবগী অপিবা মীয়োনশিং অদু লাম্থোকপ্রবা হায়রবদি লৌনবা য়াবগী-মীয়োল্লা তারক্রবদি শাইকক মচা তিন্নবা হায়রবগী মরুপ্রা ঈ ওন্নবা হায়না কৌই। অদুগা ঈ ওন্নবসিদি কুরিগুম্বা য়েক অমগী মসুংদা অবক্রুবা য়ুম্নাক থরনা মখোয়না শন্দাই ওইনা লৈরিঙৈগী মতমদা মতুং তারকপা মতমগী খেন্নবা য়েক অনিগী য়ুম্নাক অনিথক্কী মসুংদা খোক্রখিবা পী তিন্নবা অমসুং পেন তিন্নবগী মরী-মতাগী রাখলদু ঙাক্কনা য়ুম্নাক অনিদুনা থম্লবনি[27]। মসিসু লৌন-লৈনবা য়াদে হায়দুনা মৈতৈ খুন্নাইদা চন্নু-নিংঙোন থঙ্ক-য়োঙ্গবা, তুখি-মৌখিনবদা য়াম্না চেকশিন্না য়েংনৈ। অকক্রবা য়েকশিংগী মরক্তা ওবরনা মশাং শাংথনবা য়ুম্নবশিংগী পী-তিন-পেনতিনবদা লৌন-লৈনবা য়াহন্দে, রায়েল রাখুন্না অথিংবা থমই। য়েক তিন্নদ্রবসু ঈ ওন্নবা য়ুম্নাক লৌনবা য়াদে, ঈ ওন্নদবা য়ুম্নাক লৌনৈ। য়েক, ফুরুপ, শাগৈ, য়ুম্নাক তিন্নবগুম অমসুং শাইকক অচৌবা তিন্নবগুম ওক্লা লৌনৈ।

৮) ঙাক্লবা— ঙাক্লবা হায়বসিগী লৌন-লৈনবগী মরীগী মতাংদা পীরিবা রাহন্দোক্তি য়াথং ঙাকপা, রাগক ঙাকপা অমসুং খোকখিবা খোদংকী তৌথোকখিবা অমসুং হায়দোকখিবা রাফম ঙাক্লা চৎপগী রায়েলনি। ঈকাই খুম্নবা উৎপা, নুংশি-চান্নবগী মরী থম্নবা অমসুং কায়হন্দবা, তৌবিমল থঙবা উৎপা, তৌবিখিবগী লমন শিংবা, মীনা তেংবাংলকপা অমদি তৌবিরকপগী মপা চাবা থবক্লা পাউখুম পীবা, ঈমা-ঈপা শক্লা নাওয়োক-নাওকোনবিরকপগী, ঙাকপী তম্বী-রকপগী হৌনবা থঙবা উৎপা, অসিনচিংবগী ওইনা য়েক, ফুরুপ, শাগৈ অমসুং য়ুম্নাক তিন্নদবা, মরী-মতা শুপথোক খোক্লদবা, অমুক্তসু নক্লা লৈমিন্নরক্লবা নত্রগা চামিন-থকমিন্নরক্লবা য়ুম্নাক অনিথক্কী মরক্তা ঙাক্লবগী রায়েল অসিনা অমগা অমগা লৌন-লৈনবগী খোঙফমদা চঙনরে। অমনা অমবু অফবা রাখন্দা য়াম্না নক্লবা মরী-

মশা, মপা মচাগুম ওইরে। মীশক অনিৎকী মখোয়গী চানা-নাওনাশিং ক'ওবদা লৌন-লৈনবা লৌনদে অমসুং মসিনা লৌন-লৈনবদা অখিংবগী বায়েন-বাখুন ওইরবনি। অসিগুম্বা মখলগী লৌন-লৈনবগী বায়েন ব'খুন অসিবু ঙ'ক্লবা হায়না কৌই।

১) জাতি/জাৎ তিন্নদবা:— জাতি/জাৎ তিন্নদবা হায়বদি লৈঙাক্লোনগী মিংয়েংদা— শক চু, কুচু-কুমেন, লৈঙাক্লোনগী বায়েন চৈরাক অমসুং খুৎহিং-লাকহিং মান্নদবা অমসুং খুন্নাইলোনগী মিংয়েংদা মচৎ-মনাৎ, লাইনীং-লাইশোন, চৎলম-লুপতিন, পুন্সিগী থৌওং-থৌদা, শীনওং-শীন্না, ফিজেৎ-চাকচা-য়ুমলৈ-কৈরৈ অমসুং লীচৎ-শাক্‌ৎ মান্নদবা মী য়ুরুপ-কাংলুপ অনিথক নত্রগা অনিমগী হেনবশিংবু জ তি/জাৎ তিন্নদবা/মান্নদবা কৌবা য়াই। খুদম ওইনা, মনিপুরগী চৌওমীশিং অমসুং তম্মীশিং অসিনি, অদুনা তম্মীশিংগী মরক্তসু মৈতৈ হিন্দু অমসুং পাঙন মুসলমন অনিসিনি। ইতিহাসকী ওল্লিকৈগী মতমদা মৈতৈ খুন্নাইদা বায়েল-ব'খুন অসি লৈরমদবগী মওংদা লৈরবসু মৈদিংঙু পাইখোম্ব (খৃ:৬৬৬৬-৯৭) গী মতমদগীদি বায়েলসি থোদোক্লা কোয়না লৈরে হায়বসি উই।

জাৎ তিন্নদবা লৌনবা য়'দবগী অখিংবা অসি পৃথিবীগী জাতি খুদি'মক্তা লোয়না লৈনৈ অমসুং মীশিংসিনসু জাৎ তিন্নদবা লৌনবসি পান্নদে মৈত্রবাক মনিপুরগী য়ুরুপ-কাংলুপশিংদসু অদুমক চপ মান্নে। অদুগা মসিনা কাংলুপ—য়ুরুপ অদুগী মশাগী মহৌশা ওইনা পুরক্লিবা শক্তম (ক্লানিয়েল আইডেন্টিটি) ঙ'ক্লা চৎপা অমসুং মীশিং য়ামক্তদৎ-শিংতুগী মপানাৎ-মপুনাৎ, জাতিয় সংস্কৃতি কনবা ওয়বগীদমক্তদি অ'চৌবা থোদাং লৌরিবা বায়েন-বাখুন্নি।

মথক্তী মিং ওইনা খঙনবা বায়েল-বাখুনশি' অসিগী শন্দোকপা বাখুনশিংগী পরিং :—

ক) য়েক তিন্নবা:— য়েক য়েক্তী ওইনা মথক্তা পীথিবা য়ুম্নাকশিং

অতু য়েক তিন্নবা ঙাক্তনি। য়েক অমগী মনুংদা লৈবা য়ুম্নাকশিং হায়বসি য়েক তিন্নরবনি। মথক্তা য়েংবীয়ু।

i) শাইরুক তিন্নবা —

ii) নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাক পুন্নমক অসিগা মোইরাং শলাইগী খ্বাং ফুরুপকী মুংয়াংজম, মোইরেংজম অমসুং মোইরেঙ্গম হায়বা য়ুম্নাক অহুমসিগা শাইরুক তিন্নে। মসিগী মরমদি মথাগী অসিনি :—

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাঙ: খৃ: ৩৪-১৫৪) গী মতমদা খাবা নোংজেংবনা লান হৌরক্তুনা নোংদা লাইরেনবু মায়খিবা পীখি। মসিদা নোংদা চেনখিত্নুনা মোইরাং লৈপাক্তা চঙজক্তম লৌরগা লোইরেন সনাপুন্তদা মতম খরা লৈখিরম্মী। মতমতুদা মোইরাংগী মুংয়াং ফুরুপকী লুচিংবা মুংযা'চাঙগী মুপী য়ুনমবু পাদোংনকুবনগী মতম খরা লোম্না মখোয় অনি পানত্নুনা মুংয়াংচাঙবগা মনাওনিপা তাংগ্রগু লুময়িবগা অনিসি পোকখি।[28] পাখংবনা মাগী মতম লাক্তুনা মোইরাংগী চাওবা সৌবোনভয়গী মতেংনা খাবা নোংজেংবা হাৎলগা মৈতৈ কংলৈদা অমুক হন্না পানখি। অকোংবা বাকম অমসুং মরী নত্তবনা পাখংবনা মচা অনিসিবু লুন্দোক্লম্মী অতুগা মখোয় অনিবু য়ুনম্না মহাক্কী অকোংবা মপুরোইবা মুংয়াংচাঙগী মচা ওইনা য়োকলকখি। অত্নুনা য়ুনমগী মচা অনিনা মুংয়াং ফুরুপ্তা তিনখি। মচা অহল মুংয়াং নিংথৌ মুংয়াং চাওবনা সরারেল (কৌব্রুচৌঙগী লমখৈ মনুংদা পানবা অঙোম য়েক-শলাইগী নিংথৌ) গী মচানুপী অরাইলৈমা লৌত্নুনা চাদা-নাওদারকপনা মুংয়াংজম য়ুম্নাক ওইখি। মচা অতোনবা তাংগ্রগু লুময়িবনা মোইরাং উতোই কাইহোংবী পানত্নুনা চাদা নাওদারকপগী লোইরেঙ্গম অমসুং মোইরেংজম য়ুম্নাক অনিসি থোক্লকখি। য়ুম্নাকশিংসি মখোয়না লৈরুবা মোইরাংগী লম অমসুং শলাইগী মতুং ইন্না মোইরাং অহিবগী খ্বাং ফুরুপ্তা চঙখি। অত্নুনা মখোয় মখোয়গী শলাই লোৎচখি। অতুবু মখোয়সি নিংথৌজা য়েক ওইগদবনি। অত্নুনা মখোয়সি নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাক পুন্নমক্তা শাইরুক অচৌবা তিন্নে।

ii) মোইরাং সলাই অরিবা খুংগী শলাই লোংপা য়ুম্নাকশিং—মুংয়াংজম, লোইরেঙ্গম, মোইরেংজম (মথক্তা (i) দা য়েংবীয়ু) অসি পুকন শেলুংবগী চাদা-নাওদা কাংহুজম য়ুম্নাকা শাইরুক তিরে[২৯] মরমদি কাংহুজমসি নিংথৌজাগী অরিবা য়ুম্নাক্কি হায়হুনা লৌখৎখিবননি।

iii) মোইরাং শলাই অরিবগী মুংয়াংজম, লোইরেঙ্গম য়ুম্নাক অনিসিগা অঙোম য়েক্তা য়ুম্নাক য়ুমলেম্বমগা শাইরুক তিরে[29] মসিগী মরমদি :—

<u>নিংথৌজা য়েক্তী অরিবা য়ুম্নাকশিং</u>[৩০] ১) মাইরেম্বম, ২) হৈরোম, ৩) খোংনাম, ৪) নাওকনশঙবম, ৫) তাইমাজম, ৬) নাওরেম, ৭) ইপুশঙবম, ৮) লৈয়ুক্তংবম, ৯) থুমনলম্বম ১০) খোইস্নাম, ১১) নাইমোইজম, ১২) চিংখাম, ১৩) ময়াংলম্বম, ১৪) নাওরোইবম, ১৫) কাংডাশেনবম, ১৬) চংনিংহৌনবম, ১৭) ঙারীয়ানবম, ১৮) লোইতাম, ১৯) থম্নাংবাশঙবম, ২০) ইরোম, ২১) য়েনখোম, ২২) পাউনম, ২৩) ঈরুংবম, ২৪) লুক্রাম, ২৫) লৈম্রান, ২৬) নোংথোম্বম, ২৭) ক্ষমদোম, ২৮) হৈস্নাম, ২৯) চিরোম, ৩০) খোয়দোংবম, ৩১) নাইমেরাকপম, ৩২) নোংথোম্বম স্নারাইবম, ৩৩) থুমনচৈরাকপম ৩৪) লাংপোকলাকপম, ৩৫) নিংথৌজম, ৩৬) নাকনবম, ৩৭) থুমিং-লৈমাশঙবম, ৩৮) নোংথোম্বম লৈশঙবম, ৩৯) খিংনাম, ৪০) অখোম, ৪১) থুম্রাকপম, ৪২) কাংঙবম, ৪৩) হাওখোম ৪৪) শানৌজম, ৪৫) কাংঙবম লৈশঙবম, ৪৬) লাইকংবম, ৪৭) বারেপ্পম, ৪৮) লোরাং-বম, ৪৯) মুতুম, ৫০) হৈরাংখোংজম, ৫১) শিরাৎপম, ৫২) চরোইবম ৫৩) লোইতোংবম, ৫৪) চোমচোনবম, ৫৫) কৈশাম, ৫৬) ঈরেংবম ৫৭) শাদোকপম— ৫৮) অসিগা য়ুমজাও নাউদাদগী শেৎথরকপা য়ুম্নাকশিং[৩১]—১) বাংথৈরাকপম, ২) বাংথৈমবুম, ৩) খাইরাকপম, ৪) য়ুমলেম্বম, ৫) নোংমৈকাপ্পম অমস্তুং ৬) তেনশুবম—অসিশিংসিগা অমস্তুং অনৌবা চোংথোক্লকপা নিংথৌজাগী য়ুম্নাক ৩৪[৩২] — ১) কৈথেল্লাকপম, ২) থোইরোম, ৩) নহাকপম, ৪) খোঙ্গাবম, ৫) শঙলেনময়ুম, ৬) কাইরেনবম, ৭) লাইশঙবম, ৮) হৈস্নাম,

৯) হুইরোংবম, ১০) কোংবজম, ১১) অহন্থেম, ১২) লৈচোনবম, ১৩) অংভোম, ১৪) হুইদ্রোম, ১৫) য়ুম্নাম মোইবুংলোকপম, ১৭) শিংগাম, ১৮) য়েনখেম, ১৯) সোরাম, ২০) থৌদাম, ২১) চোদাম, ২২) শগোলশেম, ২৩) স্নসম, ২৪) নামৈরাকপম, ২৫) মোইরাংনিংথৌ মযুম, ২৬) লাংদেম, ২৭) কৌরুংবম, ২৮) কাথাবম, ২৯) শঙ্গাই-শেমবম, ৩০) মুমিংলৈমাশঙবম, ৩১) খুজাংনবম, ৩২) সনাবাম ৩৩) বাইখোম অমসুং ৩৪) খাংভ্রাকপম অসিগা থংচন অহনবা অমসুং খাংচন য়াইমবতা চাদা-নাওদা (মখংশিংনা) য়ুম্নাক নোংমাইথেম লংমাইথেম অমসুং হিদাম অনিসিগা পুল্লগা নিংথৌজা শলাইগী য়ুম্নাকশিং মশীং ১০০ ওইরম্মী[৩৩]। মসিদগী খাংচন অহনবা অমসুং য়াইমবগী চাদা নাওদাগী য়ুম্নাক অনি অসি অংভোম য়েক শলাইদা তিনখি। হায়বদি অংভোমগী য়ুমলেনবম য়ুম্নাক্তা চঙখি, অংভোম য়েক শলাই ওইখি[৩৪]। অতূগা মুয়াংজম, লোইরেঙমগা নিংথৌজাগা শাইরুক তিন্নবনা অংভোমগী য়ুমলেনবমগসু শাইরুক তিন্নৈ লৌনহৈ,[৩৫]

iv) নিংথৌজা য়েকী য়ুম্নাক অরিবা ৫৮ (মথক্তা মশীং (iii) দা পীজখিবগু) গা অংভোম য়েকী ১) লৈতানথেম, ২) তেলেম, ৩) শাইরোম, ৪) খাংঙেনবম, ৫) মরিবম, ৬) কৈক্রনবম, ৭) নোংথোম্বম, ৮) নাকপকখঙবম, ৯) খোইমোম্নম, ১০) খংজম, ১১) লোংজম, ১২) লাইরেল্লাকপম অমসুং ১৩) রাংখম-য়ুম্নাক ১৩ অসিগা শাইরুক তিন্নৈ[৩৬]।

v) মোইরাং য়েকী য়ুম্নাক পুন্নমক্তা ঙানবা য়েক শলাইগী ১) অহৈবম, ২) হেন্থোকপম, ৩) হাওবিজম, ৪) থিনবম, ৫) লাঙ্গেঙম, ৬) শগিরাম, ৭) কবোলম্বম, ৮) থাইদেম অমসুং ৯) খুমুকচম-য়ুম্নাক ৯) অসিগা শাইরুক তিন্নৈ। লৌনহৈদে[৩৭]।

vi) মোইরাং য়েকী য়ুম্নাক পুন্নমক্তা থাবা লোঙালবগী চাদা নাওদা হায়বদি থাবা য়েক-শলাইগী য়ুম্নাক, খুমাইজমগা শাইরুক তিন্নৈ[৩৮] লৌনহৈদে।

vii) শরাং-লৈশাংথেম য়েক-শলাইগী— ১) লৌসিকাম, ২) চৈবাম, ৩) লৈতাম/লোইতাম,, ৪) মৈনম ৫) সাংমোক থাইবম ছায়বা য়ুম্নাক ৬ অসিগা চেংলৈ শলাই[৩৯] গী ১) কোম্হৌজম, ২) কোঞ্জেংথম, ৩) লোকতোনবম, ৪) য়াঙোইজম, অমসুং ৫) হেনমোইবম, ছায়বা য়ুম্নাক ৫ অসিগা পুম্না য়ুম্নাক ১৩ অসিগা ঙানবা শলাইগী ( মথক্তা মশীং (V) দা পীরিবা ) য়ুম্নাক ৯ অসিগা শাইরুক তিনৈ[40] ।

viii) মথক্তা পীরিবা শরাং-লৈশাংথেমগী য়ুম্নাক ৬ [ মশীং ( vii ) কী অমসুং চেংলৈ শলাইগী য়ুম্নাক ৫ মশীং ( vii ) তা পীরিবা ] য়ুম্নাক ১ অসিগা থাবা নোংঙালবগী চাদা-নাওদা; থাবা সলাইগী য়ুম্নাক খুরাইজমগা শাইরুক তিনৈ । লৌন হৈদে ।[৪১]

·ix) শরাং-লৈশাংথেম য়েকী ৬ [মথক্তা মশীং (vii) তা পীরিবা অমসুং চেংলৈ শলাইগী য়ুম্নাক ৫ [মথক্তা মশীং (vii) তা পীরিবা] পুম্না য়ুম্নাক ১৩ সিগা ঙানবা শলাইগী য়ুম্নাক— ১) মৈহৌবম, ২) তেকচম, ৩) থোঙাম, অমসুং ৪) থমংজম হায়রিবা য়ুম্নাক ৪ অসিগা শাইরুক তিনৈ, লৌনহৈদে[42] ।

X) লুরাং য়েকী—১) খাকোংথেম, ২) খুঙ্গানমরুম, ৩) কম্বোংথেম, ৪) থাংজম, (৫ খুমুকচম, ৬) অশাংবম ৭) অরাম্বম, ৮) তিনহিজম, ৯) লৈয়োংজম, ১০) অবুজম, ১১) মৈয়েংবম, ১২) উখ্রিকখিনবম, ১৩) অরুবম, ১৪) নোংথোম্বম, ১৫) ঙাংঙোম, ১৬) লুবাংশবম; ১৭) লাংলেনবম, ১৮) হৈথম, ১৯) কম্মিহনবম, ২০) থমংজম; ২১) লাইশোম, ২২) সোরাম, ২৩) থাঙজেজম, ২৪) নহাকপম, ২৫) লৌখাম, ২৬) নাওরোইবম, ২৭) বাহেংবম, ২৮) লাইকংবম ২৮) লাইকংবম, ২৯) নানবম, ৩০) হিজম, ৩১) সলাম, ৩২) নোংপোকপম, ৩৩) য়াঙম্বম, ৩৪) চৌনকাংবম, ৩৫) হাওরোংবম, ৩৬) ক্ষেত্রোইজম ৩৭) খিয়াম, ৩৮) শেনবাংজব ৩৯) মোইবুংলোকপম, ৪০) শৌবাম, ৪১) মাইস্নাম, ৪২) মৈত্রম, ৪৩) য়ুমলেম্বম, ৪৪) থৌনাওজম

অমসুং ৪৫) অথোকপম হায়রিবা য়ুম্নাক ৪৫ অসিগা খুমন য়েক্কী—১) অক্রাম ২) মাইবম, ৩) খোইদিংজম ৪) য়াংলেম অমসুং ৫) থিঙুজম হায়বা য়ুম্নাক ৫ অসিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৩] লৌনহৈদে।

xi) লুৱাং য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কী খুমন য়েক্কী— ১) ওইনাম, ২) মাইমোম ৩) অহৈবম, ৪) মোইচেম অমসুং ৫) লাইশ্রম— য়ুম্নাক ৫ সিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৪]।

xii) ঙানবা শলাইগী— ১) মৈহৌবম, ২) ভেকচম, ৩) খোংঙাম অমসুং ৪) খমংজম হায়রিবা য়ুম্নাক ৪ অসিগা লুৱাং য়েক্কী—১) রাকোংথেম, ২) খুঙ্গানময়ুম, ৩) কম্বোংথেম, ৪) থাংজম অমসুং ৫) খুমুকচম— য়ুম্নাক ৫ সিগা শাইরুক তিন্নৈ,[৪৫] লৌনহৈদে।

xiii) মোইরাং য়েক্কী— ১) হাওকোংবম, ২) লাইকুজম, ৩) য়োইরেনবম, ৪) কৌজেংবম, ৫) অকুরাম অমসুং ৫) লিশম— য়ুম্নাক ৫ সিগা ঙানবা সলাইগীময়াংলম্বম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ[৪৬] লৌনহৈদে।
xiv) মোইরাং য়েক্কী— ১) লাইয়ুজম, ২) লম্বুজম, ৩) রাংবিজম, ৪) কাংবিজম, ৫) ঙাংলেম, ৬) মুঙলেপ্পম, ৭) থাংগজম, ৮) নিংথৌখোংজম, ৯) কোনথাম, ১০) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ১১) ওক্রম, ১২) য়াইখোম, ১৩) কুমাবম, ১৪) রারেনবম, ১৫) চকপ-তাবম, অমসুং ১৬) মেলেম হায়রিবা য়ুম্নাক ১৬ অসিগা খাবা শলাইগী ১) খুরাইজম অমসুং ২) নোংজেংবম, হায়রিবা য়ুম্নাক অনি অসিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৭] লৌনহৈদে।

xiv) খাবা শলাইগী— ১) খুরাইজম অমসুং ২) নোংজেংবম য়ুম্নাক অনিসিগা মোইরাং অনৌবা কৌবা শলাইগী— ১) খোকচোম, ২) পোলেম, ৩) পুথ্রম, ৪) শোইবম— য়ুম্নাক ৪ সিগা শাইরুক তিন্নৈ[৪৮]।

xiv) খাবা শলাইগী— ১) খুরাইজম অমসুং ২) নোংজে'বম, য়ুম্নাক ২ সিগা লুৱাং য়েক্কী মৈত্রম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ,[৪৯] লৌনহৈদে।

xv) খাবা শলাইগী— ১) নোংজেংবম অমসুং ২) খুরাইজম

য়ুম্নাক ২ সিগী চেংলৈ শরাইগী ১) হাওরোকচম ২) কোম্বোজম অমসুং ৩) কোঞ্জেংবম য়ুম্নাক ৩ সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৫০] লৌনৈহেদে।

xvi) শরাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ' য়েক্কী লোকতোনবম ফুরুপা/ য়ুম্নাকা মোইরাং য়েক্কা য়ুম্নাকশিংগা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনৈহেদে [৫১]।

xvii) মোইরাং য়েক্কী— ১) লাইক্রাকপম ২) লাইরেনময়ুম, ৩) ভাংলোম/ভাংভোম, ৪) খোইনাইজম, ৫) থাংথেম, ৬) হিদম অমসুং ৭) খোমত্রাম-য়ুম্নাক ৬ অসিগা অঙোম য়েক্কী - ১) থুয়োন-থেম অমসুং মুংথোম— য়ুম্নাক ২ সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৫২]।

xviii) মোইরাং থাং ফুরুপ, মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাক—থুংয়াংজমগা অঙোম য়েক্কী— ১) নিংভোম্বম অমসুং (২) লাইতোঞ্জম— য়ুম্নাক ২সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৫৩]।

xix) নাওরেমগা শরাং-লৈশাংথেম-চেংলৈ য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা শাইরুক তিন্নৈ [৫৪]। নাওরেমদি শরাং-লৈশাংথেম চেংলৈ য়েক্কি, লাইয়িংথৌ নাওথিংখোং (চাও : খৃ: ৬৬৩-৭৬৩) না নাওরেমগী ঈ ভনা ঈচানি হায়দুনা লৌৎশিন্নবিরদগী নিংথৌজা য়েক ওন-খিবনি [৫৫]। অদুনা শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কা লৌনৈহেদে।

xx) অঙোম য়েক্কী— ১) খোকনাম ২) কস্নাম ৩) খোইবম ৪) মম্বাম্বরাম, ৫) কোইজম/অকোইজম, ৬) নিংভোম্বম, ৭) লাই-তোঞ্জম অমসুং ৮) হুইরেম, য়ুম্নাক ৮ সিগা লুৱাং য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনৈহেদে।

xxi) নিংথৌজা য়েক্কী থৌবাল তাবা থাইখোমগা লুৱাং য়েক ইনবা থাইখোমগা পু/শাইরুক তিন্নৈ, লৌনৈহেদে [৫৬]. থৌবাল তাবা থাইখোমদি নোংচুপ হারমনি [৫৭]।

xxii) থাবা-ভানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাকা নিংথৌজা য়েক্কী হুইদ্রোম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনৈহেদে [৫৮]।

xxiii) খাবা-ডানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাকা মোইরাং য়েক্কী ডাঙোম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ, লৌনহৈদে [৫৯]।

xxiv) খাবা-ডানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাক লুবাং য়েক্কী হিজম য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ [৬০]।

xxv) খাবা-ডানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাকা নিংথৌজাগী লৈমপোকপমগা শাইরুক তিন্নৈ [৬১]।

নিংথৌজা য়েক য়ুম্নাক অতৈ য়েক্কী য়ুম্নাকা শাইরুক তিন্নৈ।

xxvi) — হুইদ্রোমমগা ডানবগী — লাঙ্গোঞ্জমগা, ,, ,,। ৬২

xxvii) — লৈমপোকপমগা খুমনগী — ওইনামগা ,, ,,। ৬৩

xxviii) — য়েনকোকপমগা ডানবগী — য়াংবিজমগা ,, ,,। ৬৪

xxix) — লাংপোক্লাকপমগা লুবাংগী — শলামগা ,, ,,। ৬৫

xxx) — মোইরাং য়েক্কী— ১) হাওরোংবম, ২) কৌজংবম; ৩) লাইকুজম, ৪) ওক্রম (অকাইলাম), ৫) লোইরেনজম, ৬) মুংয়াংজম অমসুং ৭) লিশম— য়ুম্নাক ৭ সিগা খাবা খানবা য়েক্কী খুরাইজম য়ুম্নাক শাইরুক তিন্নৈ [৬৬]।

xxxi) মথক্কী (xxx) গী য়ুম্নাক ৭ সিগা নিংথৌজা য়েক্কী ১) হুইদ্রোম অমসুং ২) লৈমাপোকপম য়ুম্নাক অনিসিগা শাইরুক তিন্নৈ [৬৭]।

xxxii) মথক্কী (xxx) গী য়ুম্নাক ৭ অসিগা লুবাং য়েক্কী ১) হিজম অমসুং ২) ডাংডোম—য়ুম্নাক ২সিগা শাইরুক তিন্নৈ [৬৮]।

মোইরাং য়েক্কী য়ুম্নাক ৭ (xxx) দা পীরিবা অসিবু মোইরাং শলাইগী খ্বাংহনবগী ঈ হায়না পীরম্মী।

xxxiii) শরাং-লৈশাংথেম (খাবা চেংলৈ) গী য়ুম্নাক ১) কোন্থৌজম অমসুং ২) সোকতোনবম— অনিসিগা মোইরাং য়েক— শলাইগী য়ুম্নাকশিংগা শাইরুক তিন্নৈ [৬৯]।

৩) পী তিন্নবা, পেন তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা —

পী তিন্নবা, পেন তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা হায়বশিংসি শাইরুক

মচা তিন্নবগী মথলশিংনি। মখোয়গী লৈনখিবা মরীশিং মথাদা পীজরি।

১) নিংথৌজা য়েক্কা পেন তিন্নবা
পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা[৭০]।

i) নিংথৌজা য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী নাওরেম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ। মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা নাওরেম মচা অমবু মচানি হায়দুনা য়োকখিবদগী নাওরেম মচাদুগী ঈ-শিং নিংথৌজা য়েক্কা চংখি[৭১] অদুগা মদু নাওরেম অতৈনম্ব খুদুং ইনখি।

ii) —নিংথৌজা য়েক্কী অতোমগা খুমন য়েক্কী মৈকুরাম/মৈকাম/মাইকাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

iii) —পাওনমগা শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী লাইউমতাবা থাংজম খাগোকপমগা পেন তিন্নৈ।

iv) —পাওনমগা নোংচুপ হারমগী ক্ষেত্রি শাক্তিরাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

v) —শওমবুং তাবা লৈমপোকপমগা খুমন য়েক্কী ওয়নামগা পেন তিন্নৈ।

vi) —হাওখোমগা লুয়াং য়েক্কী সলাই তাবা সলাম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

vii) ১) অতোম, ২) পাওনম, ৩) লৈমপোকপম অমসুং ৪) য়েনকোকপম-য়ুম্নাক ৪ সিগা খুমন য়েক্কী — ১) মৈকাম/মাইকাম অমসুং ২) ওয়নামগা পেন তিন্নৈ।

viii) নিংথৌগী মথক্কী (vii) গী য়ুম্নাক ৪সিগা ভানবা সলাইগী থাংবজম য়ুম্নাক্কা পেন তিন্নৈ।

ix) —চারাইবম য়ুম্নাক্কা মোইরাং য়েক্কী মোইরাং পুথ্রম্বমগা পী তিন্নৈ।

x) —চিঙভামখা তাবা ইরোম য়ুম্নাক্কা খুমন য়েক্কী লোকলাওবুং তাবা লাইশ্রম য়ুম্নাক্কা পী তিন্নৈ।

xi) লৈশাংখোং তাবা শংমথিনবম য়ুম্নাকা মোইরাং য়েক্কী মোইরাংথেম য়ুম্নাকা পী তিমৈ।

xii) —চরোইবম য়ুম্নাকা ঙানবা শলাইগী লাংগোঞ্জম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

xiii) —তেনশুবম য়ুম্নাকা খুমন য়েক্কী অমাকচম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

xiv) —তেনশুবমগা খুমন য়েক্কী ওয়নাম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

xv) —ঙাইরাংবম (নোংচুপ হারম) গা খুমন য়েক্কী খুলেম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

xvi) — য়াইরিপোক তাবা কৈশাম (নোংচুপ হারম) গা মোইরাং অনৌবা য়েক্কী ফৌগৈশঙবম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

xvii) —য়াইখোম য়ুম্নাকা খুমন য়েক্কী শনশেনবম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

xviii) — য়াসম য়ুম্নাকা খুমন য়েক্কী ওয়নাম অবাংতাবগা পেন তিমৈ।

xix) — তাকয়েন মপান তাবা য়েনকোকপম য়ুম্নাকা ঙানবা শলাইগী য়াংবিজমগা পেন তিমৈ।

xx) — য়াংথেরাকপম অহনগী ঈগা খুমন য়েক্কী মোইরাংখোম তাবা হাওওইবম/হাওবম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

২) অঙোম য়েক্কা পেন তিন্নবা
পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা [12]

i) — অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাক পুয়মকা মোইরাং অনৌবা (কৌবা) শলাই/য়েক্কী সোইবম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

ii) — বাংথেম য়ুম্নাকা খুমন য়েক্কী হাওবম য়ুম্নাকা পেন তিমৈ।

iii)— মুংখোমগা শরাং—লৈশাংথেম য়েক্কী লৈশাংথেম য়ুম্নাকা পেন তিন্নৈ।

iv)—অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা মোইরাং য়েককী ১) খুয়োঙ্থেম, ২) মুংখোম, ৩) কিম্নাম, ৪) পুতোঞ্জম, ৫) শাংতোঞ্জম অমসুং ৬) শংঙম্বম—য়ুম্নাক ৬ সিগা পেন তিন্নৈ। অদুবু মখোয়সি অঙোম য়েক্কা চঙ্গে।

v) – অঙোম য়েককী য়ুম্নাক পুম্নমক্কা খোইদোম অমসুং মাঙ্গোমগী চাদা-নাওদা লুবাং কাস্তেককী য়ুম্নাকশিং ১) খোক্লাক্‌, ২) খোইবম, ৩)সম্বাহুয়াম, ৪) কোইজম, ৫) কুম্বাম, ৬) নিংঙোম্বম, ৭) লাই-তোঞ্জম অমসুং ৮) হুইরেম য়ুম্নাক ৮ সিগা পেন তিন্নৈ। অদুগা খরনা অঙোম য়েক্কা চঙখি। মখোয়সি লুবাং পুন্সিবগী ঈনি। অদুবু পুরৈরোম্বদা খোঙ্গিল্লি।

৩) লুবাং য়েকা পেন তিন্নবা,

পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা [১৬]

i) লুবাং য়ককী অকুবম য়ুম্নাকা থুমন য়েককী অথাম য়ুম্নাকা পী/পেন তিন্নৈ।

ii) লাইমনাই খৌগাউজমগা সরাং-লৈশাংথেম য়েককী য়ুম্নাক য়োম্বীদাক তাবা কোন্থৌজমগা পী তিন্নৈ।

iii) ফম্মিহবমগা নিংথৌজা য়েককী হুইদ্রোম য়ুম্নাকা পী তিন্নৈ।

iv) ফম্মীহনবমগা নিংথৌজা য়েককী য়ুম্নাম য়ুম্নাক, পী তিন্নৈ পেন তিন্নৈ।

v) ঙাংঙোম য়ুম্নাকা নিংথৌজা য়েকা য়েনশেম্বম য়ুম্নাকা পী তিন্নৈ।

vi) সলাম য়ুম্নাকা নিংথৌজা য়েককী য়ুম্নাম মোইবুংলোকপমগা পী তিন্নৈ।

vii) হিজম য়ুম্নাকা নিংথৌজা য়েকা লৈমপোকপম য়ুম্নাকা পী তিন্নৈ।

viii) রাইরিপোক তাবা হিজমগা নিংথৌজা য়েকী সনাবাম য়ুম্‌'কা পী তিরৈ।

ix) খংমৈবম তাবা সোয়ামগা নিংথৌজা য়েককী নম্বন মপান তাবা কৈশাম য়ুম্নাকা পী তিরৈ।

x) ভাঙোম চীঙশোম্বগী যুঙ্গাগা কবো কেংঙোই মযুমগা পেন তিরৈ।

xi) থৌক্লাওজমগা খুমন য়েককী মাইবম য়ুম্নাকা পী তিরৈ।

xii) লৈশাংখোং তাবা ভাঙোমগা নিংথৌজা য়েককী হুইদ্রোম য়ুম্নকা পী তিরৈ।

xiii) লুরাং য়েক হনবা অংথা তাবা ক্ষেত্রি খানা চাওবম মনিখোম্বগী ঈগা খুমন য়েককী উচেকোন তাবা লাইশ্রম য়ুম্নাকা পী তিরৈ।

xiv) লুবাং য়েক হনবা ক্ষেত্রি শাঙ্গিময়ুম পত্রশিংগী ঈগা খুমন য়েককী উচোকোন তাবা লাইশ্রম য়ুম্নাককা পী তিরৈ।

৪) খুমন য়েকা পেন তিন্নবা,

পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওন্নবা [১৪]

i) খুমন য়েককী শাংপম য়ুম্নাকা মোইরাং য়েককী নিংথৌখাংজম য়ুম্নাকা পেন তিরৈ। নিংথৌখোংজম য়ুম্নাক হায়বদি নিংথৌখোংজা মেঞ্জর প্রেমানন্দগী মযুমবুনি। নিংথৌখোংজম অতৈদি কৌনবা য়াই।

ii) হুরাইবমগা নিংথৌজা য়েকী রাংথেরাকপম য়ুম্‌'কা পেন তিরৈ।

iii) হাওবম য়ুম্নাকা মোইরাং য়েককী খংথেমগা পেন তিরৈ।

iv) ১) অকুবম, ২) ওয়নাম, ৩) মাইমোম, ৪) মোইজম, অমসুং ৫) লাংহৈবম—য়ুম্নাক ৫ অসিগা লুবাং য়েকী য়ুমনাক পুয়মকা পেন তিরৈ। মরম অদুনা খুমনগী য়ুমনাক মতাসি লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচা সেনবগী নি হায়না লৌনদুনা পেন তিন্নহনবনি।

৫) সরাং লৈশাংথেম য়েক্কা পেন তিন্নবা,

পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওয়নবা[৭৫]

i) সরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা লোকতোনবম অমসুং কোন্থৌজম য়ুমনাক অনিসিগা পেন তিনৈ।

ii) পোংশঙবম য়ুম্নাকক্কা মোইরাং য়েক্কী নিংথৌখোংজম য়ুমনাকা পেন তিনৈ।

৬) অতৈ অতৈ পেন তিন্নবা

পী তিন্নবা অমসুং ঈ ওয়নবা থরা[৭৬]

i) নিংথৌজা য়েক্কী শনথিনবমগা খুমন য়েক্কী কমলাই তাবা শাংপমগা পেন তিনৈ।

ii) খুমন য়েক্কী ১) অমাকচম অমসুং ওয়নাম য়ুমনাক ২সিগী নিংথৌজা য়েক্কী তেনশুবমগা পেন তিনৈ।

iii) লুৱাং ফান্তেকক্কা খুয়োন্থেমগা মোইরাং অনৌবা থোকচামগা পেন তিনৈ।

iv) অঙোম য়েক্কী— ১) য়ুমখেনবম, ২) নোংমাইথেম অমসুং ৩) হিজাম য়ুমনাক ৩ সিগা খাবা চেংলৈ, খাবা-ঙানবা য়েক্কী সুরাইশম য়ুমনাকক্কা পেন তিনৈ।

v) মথক্কী iv) গী অচোমগী য়ুমনাক ৩ সিগা লুৱাং য়েক্কী য়ুমনাক পুন্নমক্কা পেন তিনৈ।

vi) নিংথৌজাগী— ১) স্নাবাম অমসুং য়াইরিপোক তাবা য়ুমনাম য়ুমনাক ২সিগা লুৱাং য়েক্কী হিজমগা পেন তিনৈ।

vii) য়েনখোম মুণ্ডকুন্দো, শমচেংশাবম হাজারী অমসুং কোন্থৌজম মিংতোং ৩ সি পেন তিনৈ।

viii) নিংথৌজা য়েক্কী লৈমপোকপমগা লুৱাং য়েক্কী হিজমগা পেন তিনৈ।

ix) নিংথৌজাগী হুইদ্রোমগা মোইরাং য়েক্কী ঙাঙোম লৈশাংথেম তাবগা পেন তিনৈ।

x) থাবা-ভানবা য়েককী খুরাইজম, নিংথৌজাগী ছুইত্রোম অমসুং লুৱাংগী হিজম অমসুং ভাঙোম হায়রিবা য়ুমনাক ৪সি পেন ভিরে।

xi) চেংলৈ ফুরূপকা লোকতোনজমগা কোম্ৰৌজমগা পেন ভিরে।

৪) লৈমুং পেন ভিরবা

লৈমুং পেন ভিরবশিংসি শাইরূক ভিরবগুম লৌন লৈনবা ঙ্গাদে। য়েক-ফুরূপ অমসুং শাগে-য়ুম্নাকশিংগী লৈমুং পেন ভিরবশিং মথাদা উৎচরি :—

i) নিংথৌজা য়ুম্নাক্তা চঙলিবা নাউরেমগী শম্নাং-লৈশাংথেম য়েককী য়ুম্নাক পুন্নমককা লৈমুং পেন ভিরে [৭৭]।

ii) তাকয়েন মপান তাবা নিংথৌজা য়েকী য়েনখোমগা মোইরাং য়েকী ৱাংবিজমগা লৈমুং পেন ভিরে [৭৮]।

iii) নিংথৌজাগী ইরোমগী খুমন য়েককী লাইশ্রমগা য়ুম্নাক ২ সি লৈমুং পেন ভিরে [৭৯]

iv) নিংথৌজা য়েককী শমথিনবমগা মোইরাং য়েককী মোইরাংথেমগা য়ুম্নাক ২ সি লৈমুং পেন ভিরে [৮০]।

v) মোইরাং য়েকী— ১) লৈয়ুজম, ২) নমবুজম, ৩) ৱাংবিজম, ৪) কাংবিজম, ৫) ভাংলোম/ভাংভোম, ৬) মুঙলেপ্পম, ৭) থাংপজম ৮) নিংথৌখোংজম, ৯) কোনথাম, ১০) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ১১) ওক্রম, ১২) য়াইখোম, ১৩) কুমাবম, ১৪) ৱায়েনবম, ১৫) চকপা তাবম অমসুং ১৬) মেলেম য়ুম্নাক ১৬ সিগা লোকতোনবমগা লৈমুং পেন ভিরে [৮১]।

vi) অঙোম য়েক — খোইদোমগী চাদা-নাওদা— ১) কম্বাম, অকোইজম/কোইজম, ২) নিংভোম্বম, ৩) লাইতোঞ্জম অমসুং ৪) ছুইরৈম, য়ুম্নাক ৪ সিগা লুৱাং য়েক মাঙ্গোমগী চাদা-নাওদা ১) খোকনাম, ২) সপাহুরাম অমসুং ৩) খোইবম— য়ুমনাক ৩ সিগা লৈমুং পেন ভিরে [৮২]। মসমদি খোইদোম অমসুং মাঙ্গোম অনিসি

মপা তিন্নদবা (অঙোম পুরৈরোম্বা অমসুং লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা মথংশিংনা পোকপা) লিক্লাপীচা নোংতংলুনা পোকপা মচীন-মনাওনি। য়ুম্নাকশিংসিগী পুকোকশিংসি মমা অমতা ওইবনা লৈনুং পেন তিন্নবনি।

vii) মথককী (vi) অঙোম য়েককী য়ুম্নাক ৫ অসি লুরাং য়েককী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা লৈনুং পেন তিন্নৈ[৮২]। মরমদি লিক্লাপীচা নোংতংলুবু লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী সুপী হাওসিয়াং পুয়াঙবা চনুনা য়োকখিবদগীনি।

viii) শরাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ শলাই হায়) য়েকী — ১) থাংজম, ২) তোংব্রম, ৩) সুরাইশম, ৪) লৈতাম/লৈঙাম্বম (লোইতাম), ৫) থুমবনবম, ৬) ঙাথেম, ৭) ময়াংলম্বম, ৮) লৌসগাম, ৯) লৈশাংথেম, ১০) খাগোকপম, ১১) মাইব্রম্বম, ১২) নাওশেকপম, ১৩) ঈমকুহম, ১৪) খোইস্নাম, ১৫) মৈনম, ১৬) হৈবাম, ১৭) শরাংথেম, ১৮) ব্রাইরোকপম, ১৯) চনম, ২০) সরোকখাইবম, ২১) মাইবথিয়াম, ২২) শমোম, ২৩) কোম্থৌজম, ২৪) হাওরোকচম, ২৫) থাংজম মুপানবম, ২৬) বাকনবম/বাখনবম, ২৭) কোঞ্জেংবম, ২৮) লোকহোনবম, ২৯) লাঙ্গোইজম/সাঙ্গোম্বম, ৩০) হেম্মোইবম, ৩১) য়েন্নাংবম ৩২) অমোম, হায়রিবা য়ুম্নাকশিংসিগা মোইরাং য়েকী খুাং শলাইদগী ১) হাওরোংবম, ১) লাইকুজম, ৩) য়োঙ্গইরেনবম, ৪) কৌজেংবম, ৫) অকুবাম অমসুং ৬) লৈশম হায়রিবা য়ুম্নাক ৩৮ সি লৈনুং পেন তিন্নৈ।[৮৩]

ix খাবা-শলাইগী— ১) নোংজেংবম অমসুং ২) খুরাইজম —য়ুম্নাক ২ সিগা ঙানবা শলাইগী য়ুম্নাক পুন্নমক্কা (নোংপোক/নোংচুপহারম নত্তবা) লৈনুং পেন তিন্নৈ।[৮৪]

x) খুমন য়েককী পু/ঙৈ তিন্নবা (লুংবাগী চাদা-নাওদা) য়ুমনাক পুন্নমক্কা, লুরাং য়েকপা লুরাং লংমাইবা ফুরুপ (মুংথোঙঙাইবগী চাদা-নাওদা) গী ১) হিজম অমসুং ২) সলামনচিংবা য়ুম্নাক পুন্নমক্কা লৈনুং পেন তিন্নৈ, মরমদি লুংবা অমসুং মুংথোঙঙাইবা অনিমক ঙান্নবোল থোঙঙাইবা চনুনা পোকপা ঙাক্কনি।[৮৫]

ix) লুরাং য়েককী— ১) হিজম অমসুং ২) সলাম ২ সিগা খুমন য়েককী— ১) ওয়নাম, ২) মাইমোম, ৩) ল'হৈবম, ৪) মো'ইচেম, ৫) লাইশ্রম য়ুমনাক ৫ সিগা লৈনুং পেন তিন্নি। [৮৬]

xii) মোইরাং যেককী মোইরাং ঈরাং ফুরুপকী— ১) খুয়োনথেম, ২) মুংখোম, ৩) খোয়রাংবম, ৪) লিশম, ৫) লাইরেনময়ুম, ৬) তৌপোকচম, ৭) পুখ্রোলজম অমসুং ৮) শাংলাক্সম— য়ুম্নাক ৮ সিগা মোইরাং কৌবা/খোকচোম ফুরুপকী— ১) খোকচোম, ২) শোইবম, ৩) পুখ্রম্ম (শোইবম), ৪) শীতখাংবম, ৫) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ৬) থাংজম, ভাংখম, ৭) মোইরাং ময়ুম ৮) অহৈবম, ৯) লাইরেনময়ুম, ১০) লাইক্রাকপম, ১১) খোইনাইজম, ১২) লৈমজম, ১৩) মোইরাং খুমাইরাকপম, ১৪) রাংখেম অমসুং ১৫) হিজম য়ুম্নাক ১৫ সিগা লৈনুং পেন তিন্নি।[৮৭]

৫) ভাকুবা [৮৮]

i) মোইরাং অরিবা/ঈরাং য়েককী— ১) লৈয়ুজম/লাইমুজম ২) লম্বুজম/নম্বুজম, ৩) রাংবিজম/রাংবজম ৪) কাংবিজম, ৫) ভাংলোম/ভাংগোম, ৬) মুংলেপ্পম, ৭) থাঙাজম, ৮) নিংথৌখোংজম, ৯) কোনথৌম/কোংখাম, ১০) মোইরাং কৈথেল্লাকপম, ১১) ওক্রম, ১২) য়াইখোম, ১৩) কুমাবম, ১৪) রায়েনবম, ১৫) চকপতাবম অমসুং ১৬) মেলেম য়ুম্নাক ১৬ সিগা মোইরাং অনৌবা/কৌবা, কৌবা অভাংভাগী ঈ (লৈনুং পেন তিন্নবগী (xii) দা পীখিবশিং) গা ঈবেন তিন্নি হায়রুনা ভাকৈ।

ii) নিংথৌজা য়েককী য়ুমনাক হাওখোমগা লুরাং য়েককী সলাম য়ুম্নাকা য়ুমনাক অনিসি অভোমনা মচা ওইনা য়োল্লম্বনি হায়রুনা চারৌ-মোবৌনদে ভাকৈ।

iii) নিংথৌজা য়েককী য়ুমনাক ইরোম চীঙভামথা তাবগা খুমন য়েককী অমাকচম য়ুমনকা নিংথৌনা শিন্নগা তেন পায়রুনা ভাকমিন্নি, অসিনা তিন্নি হায়রুনা ভাকৈ।

iv) নিংথৌজা য়েক্কী চুইরোম য়ুম্নাককা খুমন য়েককী অমাকচম য়ুম্নাককা নিংথৌনা শিবদা তেন পায়দুনা ঙাকমিন্নে হায়দুনা তিম্নবনি লৌন-লৈনদনা ঙাক্লে।

v) অঙোম য়েককী শাগৈ অপুম্বদা তিল্লিবা নাকপক মম্নমগী মশীন্দি নিংথৌনা শিরগা লাং য়ানব', উচেক ৱান্না তানবনি। অদুনা অঙোম য়েককী শাগৈ য়ুম্নাক পুম্নমক্না ঙাক্লে।

vi) মোইরাং য়েককী লাইরেল্লাকপা মেঙ্গরম্ব অঙোম য়েক্তা তিন্দুনা অঙোম য়েক ওনখি। অদুনা লাইরেল্লাকপম য়ুমনাকসি অঙোম য়েককী য়ুম্নাক পুম্নমকা ঙাক্লে।

vii) মোইরাং য়েককী ১) পুতোঙম অমসুং ২) শাংদোঙম য়ুমনাক অনিসি নিংথৌনা শিরগা লু থেংপা, পরোম মথোপ খিন-বগী মশীন তৌই। অদুনা অঙোম য়েক্তা তিনহনখি। মরমসি-দগী য়ুমনাক অনিসিগা অঙোম য়েককী য়ুমনাক পুমনমককা লৌন-লৈনদনা ঙাক্লে।

viii) লুৱাংয়েককী লংমাইবা যুক্নপকী হিজম য়ুম্নাকসিগা অঙোম য়েককী অঙোম য়িমলেন য়ুমনাককা অনিসি অমাইবা ঙাক্তা ওইনা অমাইনা লোইশঙ কামিন্নে। অদুনা লোইশঙ তিন্নে হায়দুনা লৌনদে, ঙাক্লে। হৌজিক্তি লৌনরে, অঙোম নিংথৌ শিথোং লাম্থাবা হাক্তক্তা য়াই হায়দুনা লৌনখিবনি।

ix) লুৱাংয়েককী—১) হিজম অমসুং ২) শলাম য়ুমনাক ২সিগা অঙোম য়েক্কী থাংজম য়ুম্নাককা ঙাক্লে। থাংজম চেকশা (চেকশা চক্রপানি, মৈদিংঙু পামহৈবা ( খৃঃ ১৭০৪-৪৮ ) গী মতমগী অথৌবনি ) তখেল লান শোক্নবা মতমদা হিজম মচা ১গা শলাম মচা ১গা কনবিখি। অদুদা হিজম মচাদুগী মমাহ্ন চেকশাদা পীখি। অদুদগী ঙাক্নখি।

x) খুমন য়েককী—১) অক্নবম, ২) ওয়নাম ৩) মাইমোম, ৪) মোই-চেম, ৫) লাংহৈবম—য়ুমনাক ৫সি লুৱাং য়েককী য়ুম্নাক পুম্নমক্না ঙাক্লে।

মরমদি মখোয় অসি লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা ডাহুরোল খুৎয়াই চেনবী পানহনা পোকপা শেনবা মিমবা (সেলবা) না খুমন নিংথৌ ওইবদা মতেং পীবদগী মখোয়বু শেনবগী চাদা-নাওদানি হায়না ওইহনখি।

xi) খুমন য়েককী হাওবম অহল্লুপ লাকপগী যুঙ্গাগা লুরাং য়েক ইনবা থাংজম নোংথোম্বম ফুঙ্গাগা ডাক্লে।

xii) লুরাং য়েক ইনবা বাইখোম য়ুমনাকক্কা খুমন য়েককী অখাম য়ুমনাকক্কা লৌনদে ডাক্লে। মরমদি বাইখোমসি খুমন অখামদা না হুৎলি।

xiii) নোংচুপহারম মোইরাং য়েক ইনবা ক্ষেত্রি খানাচাওবম য়ুমনাকক্কা খুমন য়েককী য়ুমনাক লাইশ্রম ঙচেককোন তাবগা লৌনদে ডাক্লে। মরমদি ক্ষেত্রি খানা চাওবমসি লাইশ্রমগী মচা ওইনা য়োক্লকখি।

xiv) লুরাং য়েককী সলাম য়ুমনাকসি অঙোম য়েক্না মমাইবা (মখোয়গী অমাইবা/মাইবা) নি হায়হনা অঙোম য়েককী য়ুমনাক পুন্নমকনা ডাক্লে।

xv) লুরাং য়েককী থৌক্লাওজম/থৌনাওজম য়ুমনাক্কা খুমন য়েককী মাইবম য়ুমনাক্কা মশীন-শীনফম মান্নে হায়হনা ডাক্লে। অনিমক্কী শীনফমদি চীদাক শুংবনি।

xvi) নিংথৌজা য়েককী য়েনখোইবা দামু সুবেদার, নোংপোক হারম য়ুমনাক্কী শমচেৎশাবম হাজারী অমসুং খাবা চেংলৈ শরাং-লৈশাংথেম য়েককী কোন্থৌজম মিত্তোং অহুম অসি তিন্নৈ। অহনা:—

ক) য়েনখোইবা দামু সুবেদারগী যুঙ্গা য়েনখোম য়ুমনাক্কা শমচেৎ-শাবম হাজারীগী ফুঙ্গা শমচেৎশাবম য়ুমনাক্কা লৌনদে ডাকনৈ।

খ) য়েনখোইবা দামু সুবেদারগী ফুঙ্গা য়েনখোমগা শরাং লৈশাং-থেম য়েককী কোন্থৌজম মিত্তোংগী ফুঙ্গা কোন্থৌজম য়ুমনাক্কা লৌদে ডাক্লে।

গ) নেংপোকহারম শমচেংশাবম হাজারগী, যুঙ্গা শমচেংশাবম য়ুম্নাক্কা শরাং-লৈশাংথেম য়েক্কী কোম্বোজম মিত্রোংগী ফুঙ্গা কোম্বোজমগা লোনদে ভাক্কে।

৬। জাতি/জাৎ তিন্নবা

(i) মৈতৈ চিঙ্গাক নামুংবা হায়রদুনা—১) শন, ২) মুকশন (হাইব্রিড) ৩) নোঙ্গৌবী অমসুং ৪) মাইরেল ৪ অসি চানদে নামুংই।[৮৯] মখোয়সি চাবা মী ফুরুপ-কাংলুপশিংবু তিন্নদবা হায় লেপ্পবগুম লোনৈ, অদুনা চারো মৌলোনদে, নামুংই।[৯০]

(ii) মৈতৈ হিন্দুধর্ম লৌরবদা চীডদা পানবা কাংলুপ ফুরুপশিংবু জাতি/জাৎ তিন্নবা (নগুন/নুগুন থাংদবা) কাংলুপ-ফুরুপশিং ওইরকই। লোন-লৈনদে।

(iii) কৈ, লোই, নাই, অয়োকপশিংবু খুন্নাইগী থাক হন্থবা ফুরুপ কাংলুপশিংনি, জাতি-বিজাতি তিন্নদবশিংনি হায়না চৎনরকই। অদুগা মখোয়না হিন্দু ধর্ম লৌরগা পানা থোকপা হায়বা সংস্কার প্রায়শ্চিত তৌদুনা শেংদোক্লগা, মহুৎ অমা পীদুনা শেংদোক্লগা মৈতৈ খুন্নাইদা তিনবা য়াহল্লি।[৯১]

(iv) হিন্দু ধর্মনা মৈতৈ লৈবাক্কী অমসুং মৈতৈ পুন্নমক্কী ধর্ম ওইরবদা ধর্ম তিন্নদবা)— (১ মুসলমান পাংগন, ২) মলেস বৃতিশ/ ইংলিজ জাতিশিংবু জাৎ তিন্নদবা লোন-লৈনবা য়ুংবা জাতিশিং ওইরকখি। অহানবদদি মুসলমান পাঙ্গলশিং মৈতৈ লৈপাক্কী খুন্দ-লৈতাহন্নবা মৈতৈ নিংডোলশিং পীরম্মী।[৯২]

(v) জাতি/জাৎ তিন্নদবা লোন-লৈনবগী রায়েল-রাখুনশিংসি লৈঙাকলোনগী ওইবা মপান লৈপাক্কা মরী থম্নবগী মতাংদা ডাইশেন লিংখৎনবগী চারো-মৌলোনবগী রায়েন্দদি কোমথোক্কই অমসুং চারো-মৌরৌনৈ। খুদম ওইনা বৌদ্ধ ধর্ম চৎপা ওরাদা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবগী মজাইবেম্মা চকপা মথাও ভগ্নী গরিবনিবাজ মহারাজগী মচানুপী সত্যমালা অসিনচিংবা থাজখি। অসুম্নাময়াং, তেথাও, তংখুলনচিংবদসু মৈতৈ নিংথৌগী মজাইম্মশিং অমসুং মৈতৈ নিংডোলশিং থাজনৈ।

## ২। মৈতৈ হিন্দুগী চৎনরকপা লৌন-লৈনবগী বায়েল-বাখুন পরেং

মৈতৈগী হিন্দুধর্ম লৌত্রিবৈঙেদগী চৎনরকপা লৌন-লৈনবগী বায়েল পরেং অসি চৎনা-চৎননা মৈতৈ হিন্দুগী ওইবা বায়েল-বাখুন পরেংসি খৃষ্টাব্দ ১৭৯০ দা চৎনহনখি।[১৩] মসিনা মৈতৈ লৈপাক অসিদা লৈরিবা মী কাংলুপশিং—বামোন/ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য লাইরিকয়েংবমনচিংবা অতৈ নোংচুপহারমশিং, নোংপোকহারম, মৈতৈ য়েক ৭ শগাই ৯ অমসুং চকপা ফুরুপশিং অসিনচিংবা হিন্দুধর্ম চৎপা হায়বদি লুহুন থাংবশিংগী লৌন-লৈনবগী বায়েল-বাখুন পরেং অমসুং চৎলম-লুপতিনগী বাংলোন ওইনা অপুনবা মৈতৈ জাতিবু ডাক্লকই অদুগা মৈতৈনা অরিববুসু হুন্দোক্তে অমসুং অনৌববুসু য়োকখৎলম্মী। অনৌবা বায়েল-বাখুন পরেংশিং অসি আর্য হিন্দুগী মনু সংহিতা কৌবা হিন্দু বায়েল-বাখুন পরেং অদুদা খরঃখৈ য়ুক্ষম ওইরগা শেম্বা—অইবা পুয়া লাইরিক অমনা লমজিং-লমজুম্মী। হায়রিবা লাইরিকসি "সম্বন্ধ নির্নয়।[১৪] হায়না থোল্লগা ককচিং কৈথেল্লা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৭১২, চন্দ্রাব্দ ১০০২ দগী মনিপুর রাজ্যগী লমপৈ মনুংদা চৎনহনখি। বায়েল লাইরিক অসিগী বায়েল-বাখুন পরেংদুগী অনৌবা মওংদা শেমদোক্লবা বায়েল-বাখুনশিংদি :—

i) লুহোংগদবা মুপা অদুনা মপাগা থানা পুরোন তরেংকী ধারা মরুপ ক) অদুমগী মখৈ মুংনএ, খ) মরি শুরকপদা লৌনগদবনি।

ii) পিতৃবন্ধু কৌবদি ক) মপা পোকপা মপুগী, ১) মচে, ২) মচন অনিসিগী—মচাশিংনে,[১৫] খ) মমা পোকপা মবেনগী ১) মবুংগী মচানুপাশিং ৩মক অসিবু পিতৃবন্ধু কৌই।

ক) মপা পোকপা মপুগী মচে, মচনগী মচা ১) পিতৃবন্ধু অদুদি মহাক থানা ধ'রা ৩ শুরদো মাতৃবন্ধুগী মচে-মচনগী ধারা ৩গী মখৈ মুংনৈ, লৌহেদে। ২) মীরোল ৪ শুরবদি লৌনবা য়াই। ৩) পিতৃবন্ধু অসিগী লোম্নবী মমাগী মচানুপীদুদি লৌনবা য়াই।

খ) মপাপোকপা মবেনগী মবুং, মপাগী অনিমকী মচাম্নুপা পিতৃবন্ধু অতুগীদি মহাক থানা পুরোল ৭ থিগৎকদবনি। ১) ৭ অসি থাবা মরূপ ৩ শুবীতু মুংনৈ; লৌনবা য়াদে ২) ৪রূকশুবদা লৌনবা য়ারে খ) পিতৃবন্ধু অতুগী মচে, মচনগী ১ থারা ২গী মথৈ নামুংনৈ, লৌনবা য়াদে। ২) থারা ৩শুবদা লৌনবা য়ারে।

গ) মপা পোকপা মবেনগী মচিন-মনাওগী মচাম্নুপা পিতৃবন্ধু অতুগী থারা ১) পিতৃবন্ধু অতুগা থানা ৩শুবা ফাওবা নামুংনৈ। ২) থাবা ৪শুবদা লৌনবা য়াই। পিতৃবন্ধু অতুগী মচে-মচনগীদি ৩) মীরোন ৩গী মথৈ নামুংনৈ। ৪) মীরোন ৩শুবদা লৌনবা য়াই। ৫) পিতৃবন্ধু অসিগী লোয়নবী মমাগী মচাদি লৌনবা য়াই।

iii) ক) মপাগী গোত্র মামবা নুপী লৌনদ্রে। খ) মানা (নুপীতুনা) পোকপদি লৌনবা য়াই।

iv) পর্বর মশাং, মমিং মামবীদো ক) লৌনদ্রে। খ) মহাক অতুনা পোকপদি লৌনবা য়াই।

v) মমা পোকপা মপুনচিংবা পুরোন ৫বু মাতৃ সপিণ্ড কৌই। সপিণ্ড ৫ অসিগী ক) থারা ৩গী মথৈ নামুংনৈ খ) থারা ৪ শুবদা লৌবা য়ারে।

vi) মাতৃবন্ধু কৌবদি ক) মমা পোকপা মপুগী ১) মচে ২) মচন অনিগী মচাম্নুপানে, খ) মপা পোকপা মবেনগী, ৩) মপাগী মচানুপানে ৩মক অসিবু মাতৃবন্ধু কৌই।

ক) মমা পোকপা মপুগী মচে, মচন অনিগী মচা মাতৃবন্ধু অতুগা থারা ১) মহাক থানা মীরোল ৩শুবা ফাওবদি মুংনৈ, ২) মীরোল ৪শুবদা লৌনবা য়ারে। ৩) মহাক অসিগী লোয়নবী মচাগী মচাদি লৌনবা য়াই।

খ) মমা পোকপা মবেনগী মবুং মপাগী ২গী মচা মাতৃবন্ধু অতুন্দি মহাক থানা পুরোল ৭কী থারা ৩গী মথৈ লৌনদ্রে, ২) থারা ৪ শুরবদি লৌনবা য়ারে।

গ) মমা পোকপা মবেনগী মচিন-মনাওগী মচানুপা মাত্রংক্ষ অহুগী ১) ধারা ৩গী মথৈ লৌনহৈদে, ২) ধারা ৪ গুরবদি লৌনবা য়াদ্রে। ৩) মহাক্কী লোয়্নবী মমাগী মচাদি লৌনবা য়াই।

vii) মমা পোকপা মপুগী পুনাচিংবা পুরোল ৫ গী মথৈ, ক) মখোয় অসিনা পোক্লকপা মচা নুপীদো নামুংনৈ, খ) নামুংনবা অসিনা পোকপী মচা নুপীদি লৌনবা য়াই।

viii) মমাগী অথুপ্পা নত্রগা আফাংবা মমিংগা ক) মমিং মান্নবী নুপীদো লৌফরোই, শোকফরোই, খ) য়াথংনা পীবা লুহোংবা ওইরবদি (নুপীহুগী) মমা-মপাগী য়াথং লৌহুনা ব্রাহ্মনবু মমিং ছোংহল্লগা লৌগদবনি।

ix) মমাগী লোয়্নবী মুপী, মমা থোকপী অহুগী মবুংগী ক) মচানুপীদি লৌকদে, শোকফদে, খ) মগুদি লৌনবা য়াই।

x) মমাগী ক) মচিন-মনাওগী লোয়্নবীগী মচা খ) মমাগী লোয়্নবীগী মবুংগী মচে-মচনগী মচাদি লৌনবা য়াই।

xi) মপাগী মচে-মচনগী লোয়্নবীগী মচাদি লৌনবা য়াই সম্বন্ধ লৈতে।

xii) মুংনৈ হায়না মথক্তা পীগ্রবশিং অসি গোত্র অহুম হেল্লবদি লৌনবা য়াই।

xiii) শ্রীগুরুগী ক) মচানুপীদি লৌনবা য়াদে, খ) মচননুপীদি নামুংনদে, লৌনবা য়াই।

xiv) ক) নিংথৌগীনি হায়না মহৈ-মশীং চারবীনে, খ) বিবাহ তৌরবী মুপীনে, গ) শ্রীগুরুনি হায়না ঘ) মপাগীনি হায়না ঙ) ময়াম্বগীনি হাযনা চ) মনাওগীনি হায়না, ছ) মপনগীনি হায়না জ) মতোনগীনি হায়না—মহৈ মশীং চারবা মুপী অহুদি লৌনহৈদে।

xv) সপিণ্ডগী বিবাহ তৌরবী ক) মুপীহু লৌনহৈদে, খ) মুপীহুনা পোক্লকপীহু লৌনবা য়াই।

xvi) অমুংবা মরি শোক্লবী, মহাকিৰ্ত্তি বিবাহ তৌরবী, অং-ঙগ ওইরবীদি মচৎনপদবনে।

xvii) বিধবা ( লুখ্রাবী ) দি লৌকরোয়।

xviii) মুংনবী মচাদি—ক) মমা-মপা, শাগৈ য়েকলুপকী পিতৃ-বৰ্গ তৌহেদে, খ) নিংথৌগী শাগৈগী চাকম/চাবথুম সেবা (পুজারী ওইবী) তৌহেদে, গ) পিবাসু ওইকরোই (ওইবা য়াদে)।

মথক্তা পীরিবা সম্বন্ধ নিনয়সি নত্রবা মসিদগী হেন্না চাওবা মৈদিঙু চন্দ্রকীৰ্ত্তি সিংহ ( খৃঃ ১৮৫০ ৮৬ ) গী মতমদা খৃঃ ১৮৭৪ দা ইখিবা অমসু লৈরি।[২৮] হায়রিবসিগী চপ চানা ময়েক ওন্থোক্লু-না শিন্দোকচবা ৱারোলশিংন্থ মথাদা পীজরি।

অঙ্গি শ্রীচন্দ্র কদ ১০৭২ ককচিং কৈথেলগী কুম রথযাত্রা দশমী বুধ-বার শ্রীজুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজনা শান্তিদাস মহন্তনে মবুধৌ ইবুংঙো গরিবনিবাজ ২মক্তা হাইখি—চহু নিংঙোন বিবাহ তৌগদরা অসিবু শ্রুতি শাস্ত্রনা ৱায়েল য়েললমবা মক্তগী লৈপাক পিকএ কলি কালসুং ওইরে হাইবগী মমক ককপীরম্বা ৱায়েল অদুগী মতু ইন্না ৱ য়েল অকুপপা খিবিকতুং খিজিন্দুনা ইবা ৱায়েল লাইবিকন। ইরিক অসিগী ৱায়েল খজিকতুং থুপচিন্না য়েললম্বা ৱায়েল অদুগী মতুং ইন্না। (শক) ১৭৯৬ চৈথাবা থাংজম চাওবগী কুম জেষ্ঠ দ্বিতীয়া রবিবারদা তারিক ৮শুমদা ০। শ্রীপঞ্জুক্ত মণিপুরেশ্বর মহাবাজ চন্দ্রকীৰ্ত্তি সিংহনা মহুবু অমুক হন্না বেদ পুরাণ শ্রুতি শাস্ত্র খিবিক্কি বিচার তৌহনা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্য সুদ্র খিবিকি হিন্দুগীদমক শাস্ত্রগী অৰ্থ অদুবু মিরোন্না খজিক লিংশিলললকপা অসিনা মাংদা য়াওরম্বা য়াওরমদবা শাস্ত্রগী প্রমান চাবা অদুবু লৌরদুনা লেংবা থোকলে। অমসুং ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্য সুদ্র বৰ্ণ ৪মকী তৌগদবা মচৎপু খজিকতুং য়াওনা লেংবা থোকলে। মসিবু লৈপাক পুমনামকনা মসি কুন্তে মসিন্না কৈ-এ হাইবা অমসু ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অডমবা পুমনামক্কা

মসি লৌখৎকনি মসি লৌথোকনি হায়বা পুমনমক অসি বিচার তৌগদবা ওইরে।°। অসুমনা য়াথং হাইদোকলবদা৮ শ্রীজুৎ স্না মাংদা শাস্ত্রগী বিচার তৌগদবা য়াওবা শ্রীগুরুজি ১ শ্রীজুৎ লাই-ময়ুমগী হিদং ১, অরিবমগী শ্রীগোবিন্দ অধিকারি ১, গুরুময়ুমগী তর্কধার ১, অধিকারিময়ুমগী শ্রীজুৎ মুজুমদার ১, ব্রহ্মচারিময়ুমগী বাচস্পতি ১, গুরুঅরিবমগী শ্রীঠাং ধর্ম্মচক্রবর্ত্তি ১। লৌপুকতোংবম শ্রীঠাং তর্কভুষন ১, ফুরালাৎপমগী শ্রীঠাং বিদ্যাসুন্দর ১, লাইময়ুম শ্রীঠাং বিদ্যালঙ্কার ১, ব্রহ্মচারিময়ুমগী শ্রীঠাং নিধি ১, লাইপুবমগী শ্রীঠাং শেখরা নন্দ ১, অধিকারিময়ুমগী শ্রীঅতোলচাওবা ১, শ্রি গোনোক হজবা কমলাকান্ত ১, শ্রিবাবাজি গোপিদাস ১, শ্রিমচা ইবুংঙো স্না জুবারাজ, শ্রিময়ামবুং সেনপতি ১, শ্রিমচাইবুংঙো মন্ত্রি ১, শ্রী মতোল ইবুংঙো পাচহনবা ১, শ্রী মবাই ইবুংঙো চিঙাখমবা ১, পুখমবা ১, শ্রীশোগাইজম তুলিহন মেঙ্গোর ১, শ্রীকাঙভাবা তুলি নাহা মেঙ্গোর, শ্রীখুমুকচামবা পণ্ডিত ১, শ্রীলোইতোংবা লাইখুরাকপা লাইরিক ইবা ১, শ্রীথোগ্নাও লাইরিক ইবা ১, শ্রীলৈমা-পোকপা লাইরিক ইবা অমসুং য়ুমনাক শাগৈ পুমনমক্কি পিবাশুং য়াওহলে।°। হাইখিরিবা সভা পুমনমক অসি শ্রীজুৎ স্না মাংদা তিন্নহনা শ্রীজুৎ মবুধৌ ইবুংঙো কর্ত্তা মহারাজনা তৌরমবা বায়েল লাইরিক্কি মতুং ইন্না শাস্ত্র খিবিক্কি বিচার তৌহনা শ্রীশ্রীরাধাগো-বিন্দজি ২মকী মমাংদা লেপনগ্রবা বায়েল লাইরিকনে। বায়েল লাইরিক অসিমক্তি সম্বন্ধ নির্নয় কৌবদগী লৌথোক্তনা—পুরন ৭ তরেৎক্কি মচা অসিগী ধারা অহুমগী মথৈ মুংনৈএ। মরিস্থরকপদা লৌনগনি। তথাহি সম্বন্ধ নির্নয় বিবাহ বিধি:। পিতামহ ভগিনী পুত্রা: পিতা মহ্যং ভাগিনী পুত্রা: পিতু মর্তুল পুত্রাশ্চ: তথৈব পীত্‌বান্ধুবা: এতান বর্জ্জ ইতঃ সম্বন্ধ সরনং —। অস্নার্থ— পিতবন্ধ কৌবদি মপা পোকপা মপুগী মচেনে, মচমে অনিমককী মচানে, মপা পোকপা মবেনগী মচেমনে, মনাও নপীনে অনিমক অসিগী

মচানিপানে মপা পোকপা মবেনগী মবুংনে মবুংঙাংনে (মপা) নে অনিমক অসি মচানিপানে অহুমমক অসি পিতৃবন্ধু কৌই। মপুং ভরদ্বাজ গোত্র ব্রজকীশর শর্ম্মা—মতু রাধা মোহনী মচা নন্দকীশর কৌবা ১ পোক-এ। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মচেম মাইবী অঙ্গিরস গোত্রগী বালকৃষ্ণ শর্ম্মনা লৌএ। মালা কৌবী অমসুং লৌ-এ। মাধবীনা মচা জলশেখর শর্ম্মা পোক-এ। মবুংঙো গোকুলচান্দ মতু চন্দ্রমুখী মচা নন্দলাল কৌবা ১ পোক-এ। কৃষ্ণপ্রিয়াগী মনাও মাধবী কাশ্যব গোত্রগী ভুদেব শর্ম্মানা লৌ-এ। মচা লালজী কৌবা ১ পোক-এ। শাণ্ডিল্য গোত্রগী কৃষ্ণমোহন শর্ম্মা, মতু কৃষ্ণপ্রিয়া মচা জহুনন্দন মতু মোহিনী। জহুনন্দন অসিগী পিতৃবন্ধু কৌবদি হরিমোহনে, গোবিন্দমোহনে, নন্দকিশরনে, নন্দলালনে জলসেখর, লালজী ৬মক অসিনে॥ কৃষ্ণমোহনগী মচেম লাক্ষীপ্রিয়াবু কাশ্যব গোত্রগী শ্যামদেব শর্ম্মনা লৌ-এ। মচা হরিমোহন পোক-এ। মচন তুলসীপ্রিয়াবু গোত্রগী মুকুন্দদেব শর্ম্মনা লৌএ। বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবী অমসু লোললে। তুলসিপ্রিয়ানা গোবিন্দমোহন পোকএ। মপা মপুগী মচনগী মচা পিতৃবন্ধু অহুমগী মথাক থানা মথাকী ধারা ৩ সুরবদি মুংনৈ-এ। মরি সুরকপদা লৌগনি॥ অস্বার্থ—গৌতুম গোত্রগী গোবিন্দমোহন, মশু রত্নমালা, মচানুপী ললিতাপ্রিয়া অহুবু শণ্ডিল্য গোত্রগী গৌরমোহন, মতু হরিমালা, মচা নন্দমোহন, মতু মনিমালা মচানুপী ললিতাপ্রিয়া অহুবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধু অসিগী মচেম মচনগী ধারা ২গী মথৈদি মুংনৈ-এ। তহুমদদি লৌনবা য়ারে॥ অস্বার্থ—গৌতুম গোত্রগী গোবিন্দমোহনগী মচন চন্দ্রমুখীবু মধুগল্য গোত্রগী জগনমোহনগী লৌএ। মচা শ্যামমোহন কৌবা ১ পোক-এ মতু স্বর্ণপ্রিয়া, মচা ললিতমোহন শর্ম্মা, মতু চন্দ্রপ্রিয়া, মচানুপী রাইমোহিনীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধু অসিগী মমা লোমবীগী মচানুপীদো লৌকৈ-এ॥ অস্বার্থ—গৌতুম

গোত্রগী মুকুন্দদেব শর্ম্মনা তুলসীপ্রিয়াবু লৌ-এ। মহাক্কী লোয়রবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মচানুপী সূর্য্যমুখীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জজুনন্দননা লৌবা য়ারে।। মমা পোকপা মবেনগী মবুং মবুংঙা ২মক অসিদি মচা নুপা পিতৃবন্ধু অহুমগীদি মহাক থানা পুরোন ৭ থিগৎকনি। তরেৎমক অসিগী ধারা ৩ সুবিদো মুংনৈ-এ। মরি সুরকপদা লৌনগনি।। অস্যার্থ—ভরদ্বাজ গোত্রগী নন্দবিহ্বর শর্ম্মা, মতু পদ্মাবতি, মচা জুগলকীশুর শর্ম্মা, মতু স্যাবিত্রী, মচা ন্যাওলকিশর শর্ম্মা, মতু বিশাখা, মচানুপী জুরত্নীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জজুনন্দনা লৌবা য়ারে।। মহাক অসিগী মচেম মচন ধারা ২মকক্কী মুংনৈ-এ। অহুম সুরকপদা লৌ ভরদ্বাজ গোত্রগী নন্দলাল শর্ম্মগী মচনু সুবদনীবু মধুকুল্য গোত্রগী চন্দ্রেশ্বরনা লৌএ। মচা চন্দ্রকান্তি শর্ম্মা, মতু সুন্দরী, মচা চন্দ্রকীশর শর্ম্মা মতু চিত্রাবলা মচানুপী কীশরীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জজুনন্দন শর্ম্মানা লৌবা য়ারে।। মমা পোকপা মরেনগী মচিন মনাওগী মচানুপা পিতৃবন্ধু অহুগী ধারা মহাক থানা ৩ গী মথৈ মুংনৈ-এ। ৪সুরকপদা লৌগনি। অস্যার্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী জনকৃত শর্ম্ম মতু মাধবী, মচা জলশেখর শর্ম্মা মতু হরিপ্রি (য়া) মচানুপী জগোমুখীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জজুনন্দনা লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধু অসিগী মচেম মচনগী ধারা ২গী মথৈ মুংনৈএ, ৩হুমদা লৌগনি। অস্যার্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী জলশেখর শর্ম্মগী মচা ইন্দ্রমুখীবু কাশ্যপ গোত্রগী হরিচন্দ্রনা লৌ-এ। মচা রামচন্দ্র শর্ম্মা, মতু মুরারী, মচা বীরচন্দ্র শর্ম্মা, মতু ললিতা, মচানুপী চন্দ্রাবলীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জজুনন্দন লৌবা য়ারে। পিতৃবন্ধুগী মমা লোয়রবীগী মচানুপীদো লৌক-এ। অস্যার্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী জনকৃত শর্ম্মগী মতু মাধবীগী লোয়রবী মালতীগী মচানুপী কুন্দলতাবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জজুনন্দনা লৌবা য়ারে।। প্রবর মশিং মমিং মাপ্পরগী মচানুপী লৌনাইহদে। কন্যা মহুতককনা পোকউবা মচানুপীদো লৌই-এ।। শ্রিজুং কর্ত্তায়া রাঘব রভা ক্রিহন' পিতৃবন্ধুগী

তরেৎতগী ৩ ককথৎতুনা মরিদা লৌনবদি অসি ওইরে। ইতি ।। মাতৃবন্ধুগী ৫ অমা ককথৎতুনা ৪ দা লৌবদি মথাদা ইরিবা অসি ওইরে ।। —তথাহি সম্বন্ধ নির্নয় শ্লোক: বিবাহ বিধি —। মাতা মহাভাগীনী পুত্র: মহামহ্যা ভাগিনী পুত্র: মাতু মাতুল পুত্রশ্চৈতে মাতৃবন্ধবা:। এতেন ত্যকত্ব বিবাহ করনং। অস্যার্থ—মমা পোকপা মপুনচিংবা পুরোন ৫বু মাতৃ মপিণ্ড কৌই। ৫মক অসিগী ধারা ৩গী মথৈ মুংনৈ-এ। ৪সুবদা লৌহৈ-এ। মাতৃ বন্ধু কৌবদি মমা পোকপা মবেনগী মচেমনে মনাওমুপীনে মমা পোকপা মবেনগী মবুং মবুংঙা ২মক্তা মচানুপানে ৩মক অসিবু মাতৃবন্ধু কৌই। অস্যার্থ—শাণ্ডিল্য গোত্রগী রাইমোহন্না গৌতম গোত্রগী মোহিনী লৌহুনা জহুনন্দন পোকএ। জহুনন্দন অসিগী মমা পোকপা লালকীশ্বরগী মতু হরিপ্রিয়া কাশ্যব গোত্র মবুং হরিবলহব মতৃ মাধবী, মচা হরিদেব, মচেম কৃষ্ণপ্রিয়াবু অঙ্গিবস গোত্রগী রামেশ্বরনা লৌএ, মচা ভুবনেশ্বর পোকএ। মবুংঙা কৃষ্ণবলহব, মচা রাইমোহন, মনাও মুপী বিষ্ণুপ্রিয়াবু অত্রেয় গোত্রগী রামনা লৌএ। মচা রামনারায়ন পোকএ। মচেম চন্দ্রাবলীবু মধুগল্য গোত্রগী চন্দ্রশেখরনা লৌ-এ, মচা চন্দ্রবদন পোকএ। জহুনন্দনগী মাতৃবন্ধু কৌবদি—চন্দ্রবদন ১, গোপীনাথ ১, হরিদেব ১, রাইমোহন ১, ভুবনেশ্বর ১, রামনারায়ন ১—৬ মক অসিনে। মমা পোকপা মপুগী মচেম মচন ২ মক্তা মচা মাতৃবন্ধু অহুগীদি মহাক থানা তসুবীদো মুংনৈএ, ৪ সুবদা লৌহৈএ। অস্যার্থ—মধুগল্য গোত্রগী চন্দ্রবদন মতু সুর্জ্যমুখী মচা নন্দনেশ্বর মতু পদ্মমুখী মচা চন্দ্রকান্তি মতৃ চন্দ্রমুখী মচ মুপী চন্দ্রপ্রিয়াবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জহুনন্দনা লৌবা য়ারে। মমা পোকপা মবেনগী মবুংনে মবুংঙানে ২মক্তা মচা মাতৃবন্ধুগীদি মহাক থানা পুরোন ৫গী ধারা ৩গী মথৈ লৌনহৈদে, ৪দা লৌগনি। অস্যার্থ—কাশ্যব গোত্রগী হরিদেব শর্ম্মা মতৃ নবীনমঞ্জুরী মচা জুগলকীশ্বর মতৃ লবঙ্গমঞ্জুরী মচা নাওলকীশ্বর মতৃ মনিমঞ্জরী

মচানুপী ইন্দ্রমুখীবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জন্থনন্দমা লৌবা য়ারে। মহাক অসিগী মমা লোম্নবীগী মচাদি লৌহৈয়ে, দোষ লৈতে। অস্যার্থ—অঙ্গিরস গোত্রগী রামেশ্বর মতু কৃষ্ণপ্রিয়া, মহাক্কা মমা লোম্নবী বিষ্ণুপ্রিয়া, মহাক্কা পোকপা মচানুপী রত্নমালাবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জন্থনন্দমা লৌবা য়ারে, দোষ লৈত্তে। মমা পোকপা মপুনচিংবা পুরোন ৫গী মথক পুরোন ৯গী মথৈ, মখোয় অসিগী মচানুপীদো মুংনৈএ, মখোই অসিনা পোকপদো লৌনহৈএ॥ অস্যার্থ-শাণ্ডিল্য গোত্রগী মমা মোহিনীবু পোকপা মপা লালকীশ্বর মভোন্দগী হৌ-হুনা থিগৎপদা ৫সুবা বুঞ্জকীশ্বর য়োবা মতুগী মথৈদি মাতৃবন্ধুদা হাইপা অতু য়েংহুনা লৌগনি। অতুগী মথং ৪সুবা নন্দকীশ্বর য়ো-বগী মথৈদি নিংভোনমচাদি লৌকদে, মসুদি লৌহৈএ। ঐ জন্থনন্দমা গৌতম গোত্রগী ১০ সুবা ব্রজকীশ্বরগী মচানুপী ধবলীবু ঐ জন্থ-নন্দমা লৌবা য়ারে। ব্রজকীশ্বর শর্ম্মা মতু রূপবতী, ৯, মচা নন্দকীশ্বর মতু মনিমালা—৮—মচা জুগলকীশ্বর,—৭ মচা কুঞ্জকীশ্বর মতু চিত্রেশ্বরী,—৪ মচা নবীনকীশ্বর মতু ললিতা—৩ মচা মদন-কীশ্বর মতু সুর্জ্যমালা—২ মচা মোহনকীশ্বর—১ মচা লালকীশ্বর, ছাওলকীশ্বরগী মচানুপী ললিতামঞ্জরীবু কাশ্যব গোত্রগী হরিদেব শর্ম্মনা লৌএ। মচানুপী হরিমালাবু শাণ্ডিল্য গোত্রগী জন্থনন্দনা লৌবা য়ারে। মথক্কী ৩নক অতুম্ অসিমক ওই। শ্রীজুৎ কর্ত্তানা ব্রাহ্মণ সন্তানচিংবা পুমনমক তিনহনা মাতৃবন্ধুগী ৫দগী ১ ককথৎ-তুনা ৪ সুবদা লৌবদি হাইগ্রিব। অসি ওইরে। অমসুং মমাগী অয়ুপপা অকোংবা মমিং মাম্নবাদো লৌকরোই। য়াথংদনা পীগ্রিবা লুহোংগ্রিডৈ ওইরবদি মমা মপাগী য়াথং লৌহনা ব্রাহ্মনবু মিং ১ হোংদোকহন্দুনা লৌগনি। মমাগা লোম্নবী মমা অতুগী মবুং মবুংগী ২মক্কী মচানুপীদো লৌহৈদে, মসুদি লৌহৈএ, দোষ লৈত্তে। মমাগী মচিন মনাওগী লোম্নবিনে, মহাক্কী মচেম মচনগী লোম্নবীগী মচা লৌ-হৈএ, দোষ লৈতে। মপাগী মচেমনে মচমে অসিগী লোম্নবী

মচা লৌহৈএ : সম্বন্ধ লৈতে। মুনৈরে হায়রিবা অসিবু গোত্র ও হেললবদি লৌনহৈএ। শ্রীগুরুগী মচানুপী লৌহৈদে. মচন মচদি লৌহৈএ। নিংথৌগীনি হাইনা মহৈ মশিং চারবী নুপী ১নে, বিবাহ তৌরবী ১ সংসর্গ ওইরবী ১নে. গুরুগীনি হায়না, মপাগীনি হায়না মম্মামবগীনি হাইনা মনাওগীনি হাইনা মহৈ মশিং চারবী নুপীদো লৌহৈদে। অতুগা অতোপপা ১দা পোকলুরবদো নামুংদে। নামুংবা মরি শোক্কবা খাইদা বিবাহ তৌরবী নুপী ওইরবসুং সংসর্গ ওইরবদি মচৎনগনি। বিধবা ওইবী নুপীদি লৌকরোই॥ সাগৈ পুরোন ৭ হেললে হাইতুনসুং য়ুমমাংনরবদি শাগৈগী মচানুপী অতুনা পোকলবা মচা নুপীদো লৌকরোই। পুরোন ৭ অতুগী মনুংদা লৈরবদি থৎনতুনা কাইনরবসুং নিঙেঙাম্মা পোকলুবা মচানুপীদো লৌকদে। পুরোন ৭ হেলবা ৮/৯ সুরবদি সাগৈ অতুনা কাইনরবদি নিঙেঙান অতুনা পোকলুবা মচানুপীদো লৌবা য়ারে।

# রিফরেন্সশিং

১—কংলৈ শঙলেন পুবা পুয়া ; MS :

২—চৈংলেরোন পুয়া MS. অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ চাদা লাইহুই : লা: ৫-৭ ফুট নোট।

৩—মশিন পুয়া MS : অমসুং শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, লোয়মবা শিনয়েন ( ইম্ফাল, ১৯৭৫ ) ল: ৩৩—৮।

৪—মথক্কীসিদা : লা: ৩৪, শ্রীকালাচান্দ সিংহ : সাগৈ-সলাই লোন ( ইম্ফাল, ১৯৬৫ ) : লা: ১৪৬—৫৪ অমসুং পণ্ডিতরাজ শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন : মৈহৌবরোল শাকক ১সুং পক্কবা এংবগী মরু ওইবা রাএন ( ইম্ফাল ) : লা : ৫—১০।

৫—শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত য়াঈমা সনা কোনুং পণ্ডিত লোইশঙনা তাকপীবা।

৬—মশিন পুয়া : MS অমসুং খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ: মথক্কী লাইরিক : লা : ৩৪।

৭—নোংপোকহারম অমসুং নোংচুপ হারমগী ওইজবা য়েক ফংলবা য়ুম্নাক, খুদম ওইনা, শেঙ্গম ( খুমন )।

৮—খুদম ওইনা, নোংপোকহারম ঈরুংবম ( নিংথৌজা ) দা পকখিবা ময়ুম।

৯—হৌজিক হৌজিক মসি চৎনরি।

১০—মৈদিংঙু তবী চরাইরোংবনা অপাম-সুংশিগী মৈনা কন্দুনা শাৎপম চনু নোংথিলচায়বী লৌখি। শাৎপমসি নিংথৌজা য়েক্তি, লৌন-লৈনবা য়াদে। মরমসিনা নোংথিলচায়বী ময়ুমগী খুৎঅহু য়েক ওনহনখি, খুমন য়েক ওইখি। অসুম্না খুমন য়েক শলাইদা শাৎপম লৈখি।

১১—R.D. Vidyarthi : A Text book of Zoology ( New Delhi 1985) : P. 669.—Mendel's Law of Inheritence :—

(i) Law of Paired Units. There are unit

carriers of heredity which occur in pairs. One of each pair came from the mother while the other came from the father. The unit carriers were called by Mendel determiners or factors but now they are known as genes.

১২—মথক্কৌসিদা লা : ৬৬৯।

১৩—মথক্কৌসিদা : ৬৬৯ :—
Mendel's Law of Inheritence
(ii) Law of Dominance. When two heredity units of pair are unlike the one which functions and produces its chracter or effect is called dominant. While the other which remains undeveloped or unexpressed is called recessive.

১৪—শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, পণ্ডিত য়াঈমা, সনা কোন্নুং পণ্ডিত লোইশঙদা লৈবনা তাকপীবা।

১৫—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা : মথক্কী লাইহারক : লা: ৫।

১৬—শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চাদা লাইহুই : লা: ৪ নচিংবা।

১৭—নিংতৌম্বম শ্রীমনিঙ্গাও সিংহ (৬০), সনা কোন্নুং লৈকায়দা লৈবনা তাকপীবা।

১৮—মথক্কৌসিদা : বাফম অসি হিন্দুগী মনু সংহিতাদা য়ুম্ফম ওইরিবা সম্বন্ধ নির্ণয়দগী পুবা মাল্লি, অরেপ্পদি হায়বা ঙমদ্রে।

১৯—শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী লাইরিক : লা: ১৪২-৩।

২০—S.C. Shukla & Dr. Dhamok Butani ; Dictionary of Zoology ( New Delhi, 1993 ) : P. 75.
Chromosomes ; deeply staining structures of

nucleus of cell visible under microscope only. Consists of essentially genes arranged in linear order & R. D. Vidyarthi : op. cit. P. 672—

1. Unit characters may be determined by single factors or determiners were called genes. Within the cells of all animal and plants are minute thread like bodies known as Chromosomes, which contain the genes now known to be complex protein molecules ( DNA ), with the power to grow and reproduce themselves as to perform all the intricate functions of the building up the bodies of animal or plants according to their kind.

২১—শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র : চাদা লাইহুই : লা: ১, ২, ৩, অসিনচিংবা।

২২—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু ; মথকী লাইরিক : লা ১০।

২৩—সম্বন্ধ নির্ণয় ; M.S.

২৪—মথক্কীসিদা।

২৫—"য়েলহেন" হায়বসি করিগুম্বা মনা—মশিং, মহৈ-মরোং অমবু হায়না চানরম্বা নত্রগা হানরম্ববু করিগুম্বা মরম থরদগী নত্রগা থৌদোক রাথোক অমদগী নত্রগা থরদগী চাব'/হাবা য়াব্বগী মওংদা ঙাক্তুনা থম্বা অমসুং চায়া থাদোক্তুনা চানখিদববু কৌই। য়েক শলাইশিং অমসুং শাগে য়ুম্নাকশিংগী য়েনহেন লৈনবা/লৈনদবা য়াওই। খুদম ওইনা, খুমন য়েক-শলাইনা ভেয়া পাম্বীগী পোথোক খুমমক য়েনহেন ওইবৈ। নিংথৌজাগীদি য়েনহেনগী মহুত্তা ঙাহেন ওইনা লৈ। নিংথৌজাশিংনা ঙারিন চানদে। য়েনহেনশিং অসি ভেকশন-ছজিন্দনবা চুপ শাবদগী অয়াম্বা ঙাক্লরকপা হেন্নরকপা উই।

২৬—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইব্রিক : লা: ৫-১০
২৭—খাগেম্বা যুম্বী : M.S.
২৮—শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী লাইব্রিক : লা: ১, ১৪৬।
২৯—মথক্কীসিদা : লা ১৪৫-৪৬
৩০—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৪-৫
৩১—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইব্রিক ; লা: ২
৩২—মথক্কীসিদা : লা: ২
৩৩—মথক্কীসিদা ; লা ২
শ্রীকালাচান্দ সিংহ মথক্কী লাইব্রিক : লা : ১৪৪-৫।
৩৪—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৪-৬
৩৫—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৩৬—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৬।
৩৭—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৬।
৩৮—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৩৯—চেংলৈ লাইসি হৌজিক্কি শরাং-লৈশাংথেম য়েক-শলাইদা চঙব্রে।
৪০—মথক্কীসিদা : ১৪৬।
৪১—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৪২—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৬।
৪৩—মথক্কীসিদা লা : ১৪৬-৭।
৪৪—মথক্কীসিদা লা : ১৪৮।
৪৫—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।
৪৬—মথক্কীসিদা : লা : ১৫৮।
৪৭—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।
৪৮—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।
৪৯—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।
৫০—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।

৫১—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৮।

৫২—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৯।

৫৩—মথক্কীসিদা : লা : ১৪৯।

৫৪—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্মা, মথক্কী লাইব্রেরি লা: ৫।

৫৫—মথক্কীসিদা : লা : ৫।

৫৬—মথক্কীসিদা লা : ৯।

৫৭—মথক্কীসিদা : লা : ৯।

৫৮,৫৯,৬০, ৬১ শ্রীকালাচান্দ ; মথক্কী লাইব্রেরি : লা: ১৫৩।

৬২—মথক্কীসিদা : লা : ১৫০।

৬৩, ৬৪—মথক্কীসিদা লা: ১৪৯।

৬৫—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু মথক্কী লাইব্রেরি : লা: ৯।

৬৬, ৬৭,৬৮—শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী লাইব্রেরি : লা: ১৫৩।

৬৯—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাবু : মথক্কী লাইব্রেরি : লা: ১০।

৭০— i) মথক্কীসিদা : লা: ৫-১০।

ii) শ্রীকালাচান্দ সিংহ : মথক্কী লাইব্রেরি : ১৪৯-৫৪।

৭১—মথক্কীসিদা: লা: ১৪৯।

৭২— i) মথক্কীসিদা : লা : ১৪৯-৫৪।

ii) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : থক্কী লাইব্রেরি : ৫-১০

৭৩— i) মথক্কীসিদা : লা: ৫-১০।

ii) শ্রীকালাচান্দ : মথক্কী লাইব্রেরি : লা : ১৪৯-৫৪।

৭৪— i) মথক্কীসিদা : লা : ১৫২-৫৪।

ii) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইব্রেরি : লা: ৫-১০।

৭৫— i) মথক্কীসিদা : লা : ৫-১১।

ii) শ্রীকালাচান্দ সিংহ মথক্কী লাইব্রেরি : লা : ১৫০ ৫৩।

৭৬—মথক্কীসিদা : লা: ১৪৯।

৭৭—মথক্কীসিদা : ১৪৮।

৭৮ - মথক্কী সিদা : লা : ১৫০ ।

৭৯ —মথক্কী সিদা : লা : ১৫০ ।

৮০ —মথক্কী সিদা : লা : ১৪৮ ।

৮১— পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইব্রিক : লা : ৩ ।

৮২— মথক্কী সিদা : লা : ৩ ।

৮৩—মথক্কী সিদা : লা : ৩ ।

৮৪—মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

৮৫ —মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

৮৬ —মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

৮৭—i) মথক্কী সিদা : লা : ৩-৪ ।

ii) নাওরিয়া ফুলোগী মহৈরোইশিং পণ্ডিত য়াইমা সনা কোম্বং পণ্ডিত লোইশঙদা লৈবনা ত'কপীদা ।

৮৮ - i) শ্রীকালাচান্দ : মথক্কী লাইব্রিক : লা : ১৪৯-৫৩ ।

ii) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু : মথক্কী লাইব্রিক : লা : ৬-১০ ।

৮৯—i) শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চাদা লাইবুই : লা : ১০-১১ ।

ii) শ্রীখেলচন্দ্র সিংহ : অরিবা মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস (ইম্ফাল, ১৯৬৯) : লা : ৬৮ ।

৯০ — শ্রীনিঙোম্বম মনিজাও সিংহ : চৈঙদা শাৎপা ইভাইলে (ইম্ফাল, ১৯৭০) লা : ১৩০-৩৩ ।

৯১—নোংপোকহারম পুয়া : M.S , নোংচুপহারমলোন পুয়াশিং M.S.S. চেখোঙ পুয়া M.S থাগেম্বা থিমলেপ M S অমসুং থিমলেপ পুয়া M.S ।

৯২—নোংশামৈ পুয়া : M.S.

৯৩—সম্বন্ধ নির্ণয় M.S. লাতম ১, লা : ১।

৯৪—পুরা লাইরিক অসি পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ( ৮০ ) উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকায় ইম্ফাল - ৭৯৫০০১ দগী ফংজবনি।

৯৫—বায়েল লাইরিকসি শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা ( ৫৮ ) গী ঙাক্লেন্দা শ্রীমোইরাংথেম ৺চন্দ্রসিংহনা থম্মীরম্বদগী ফংজবনি!

# মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী ৱায়েলশঙ

(১) ৱায়েলশঙশিং—

মৈতৈ লৈপাক মনিপুরগী পাৱারী পুৱারীগী থায়নকৈগী মতমদদি নিংথৌ চংলম-ফানশাংদা[১] তৌনরম্বগী ৱারোল ফংই। চংলম ফানশাং হায়রবসি নিংথৌগী য়ুম/শঙ্গাইগী মমাংদা ফান পরেং থম্মুনা থম্লগা অঙম-অথৌশিং লাক্কনা ফম্লগা লৈঙাকসোনগী অমম্বং খুন্নাইলোনগী চংলম-লুপতিনশিং থম্ম-নৈননবা অমদি ৱায়েল-থোকা তৌনবা মফম্নি। মৈতৈ লৈপাক্কী অশেংবা ৱায়েলশঙ খ্বাইদগী ইহান হান্না লিংখৎ-খিবসি মৈদিংঙু খাগেম্বনি হায়রবা যাই।[২] মৈদিংঙু পামহৈবা (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) গী তাক্কক্লা মুপীশিংগী, মরু ওইনা কোন্নুংগী লৈমশিংগী ৱারক ৱাতেমশঙ লিংখৎলম্বগী ৱারোলসু ফংই।[৩] অদুবু মুপীশিংগীতা ওইবা তোংঙানবা ৱায়েলশং, চৈরাবশঙ—পাচা লোইশঙ-লিংখৎখিবগী ৱারোল ফংদ্রবসু পাচা হনবা ফমথোন হাপ-খিবদি মৈদিংঙু পাইখোম্বা (খৃঃ ১৬৬৬-৯৭) গী মতমদগীনি।[৪] মসিদগী মৈদিংঙু খাগেম্বনা লিংখৎলবা কুচু ৱায়েলশঙদ নত্তনা পাচা লোইশঙসু মৈতৈ পাৱারী-পুৱারীগী মমাংকৈগী মতম তাংকক্কগী লৈ-ৱক্লে হায়বসি খঙবা ঙমই।

মৈতৈগী লৌন-লৈনবা অসিনা সাইনীং-লাইশোন অমম্বং পুন্সিগী পাংথোক্লবা থৌদাং-থৌরমগা মরী লৈননা মসিদ খুন্নাইলোনগী শরুক্কা চঙই। অদুবু মৈতৈ লৈপাক্কা মৈতৈ নিংথৌ পান্নিকৈদদি নিংথৌনা মৈতৈ লৈপাক্কী পুন্নমক্নি।[৫] মহাক্কা মাগী মথৌ-মঙমশিংবু পাংথোকপা ঙমগদবা মীশক্কা মতীক-মঙমগা লোইননা শিন্দুনা থবক তৌহনবগী ৱাফমদনি। অদুগা লৈঙাক ৱায়েল-থৌদাবু লৈপাক মীয়ামদা হায়বদি লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংদা খ্বাইদগী ইহান হান্না শিন্নথোকখিবা নিংথৌদি গরিবনিৱাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) নি।[৬] অদুবু খুন্নাইলোনগী ৱাখৎ-ৱারোঙনবগী ৱাথি-ৱাতেম তৌবগী থৌদা-থৌরাংদি মৈতৈ নিংথৌনা, লৈপাক্কী মাইচৌ পণ্ডিতশিংদা

শিংথাক্লবসু ৱাকৎ-ৱারোইকমদি নিংথৌনা ওইরম্মী। পণ্ডিত লোইশঙ গরিবনিৱাজ মহারাজগী হাকতক্তা খৃঃ ১৭ ৮ গী অহুমরাইদা অশেবা লোইশঙ অমসুং পেনা লোইশঙ লিংখৎপদা[৭] লিংখৎলম্বা য়াই। মসিগী মমাঙদ মাইচৌ লোইশঙ কমকয়া উত্রা শঙলেন্না ওইহনা লৈরম্বা ওইনা খল্লে অঙবা ৱারোলদা ফংদে। কুচু ৱায়েলশঙ লৈরকপদগী নিংথৌনা কুচুনা ফমহনা ৱায়েল তৌরম্বি। অহুম ৱাংঙম মুরা তেম্বদা লৌন-লৈনবগী ৱায়েলসিংদি চৈথারোল কুম্বাবনসু ৱায়েল পরেং থাবগী ৱারোল পঙশন পনবীরমদে।

নিংথৌ পাল্লিংঙদদি লৌন-লৈনবগী ৱায়েলসি—খুন্দিন, পানা লোইশঙ, লৈকায় (কংলৈ) লোইশঙ, পণ্ডিত লোইশঙ, গারোং, অমসুং কুচু লোইশঙদা তৌরম্মী। চৈরাকশঙ/চৈরাপশঙ গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতমদা লিংখৎলক্লবদা[৮] চৈরাপশঙসু য়াওশিল্লকখি। হিন্দু ধর্ম লৌরবদা অমসুং মৈদিংঙু চৌড়থাংখোম্বগী (খৃঃ ১৭৬৩-৯৮) গী মতমদা ব্রাহ্মণশিংগী লাইশঙ পঞ্চরতননা নিংথৌসিগী মতমদগী ৱায়েল খৌদা পায়খৎলকখি[৯] মখোয়না মৈতৈ হিন্দুগী লুহোংবগী ৱায়েল খৌদাংসু তৌরম্মী। অদুম্না মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী ৱায়েল-ৱাথুপ পরেং মথম অনি—হিন্দু ধর্ম লৌখিদ্রিঙৈগী অমসুং হিন্দু ধর্ম চংলবা মতুংগীসি খৎনরংননা চংলবনা মৈতৈ মাইচৌ/পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং পঞ্চরতন/নবরতন/ব্রহ্মসভা লোইশঙনা ৱাথি-ৱাক্সা অমসুং ৱাভেম ৱাতাইবা তৌরম্মী। পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং ব্রহ্মসভা অনিসিবু লৈপাকসিগী লুহোংং-খোঙদোংবগী মরু ওইবা ৱায়েলশঙ ওইনা লৌরম্মী।

মনিপুরনা খৃঃ ১৮৯১ দগী বৃটিশকী মর সাহেবকী লৈঙাক মখাদা লৈরবদা বৃটিশকী মর সাহেবকী ৱায়েলশংনো খ্রাইদগী হেন্না ৱাংবা ৱায়েলশঙ ওইরম্মী[১০]। অদুম মতমদুদসু মৈতৈ পণ্ডিত লোইশঙ অমসুং ব্রহ্মসভা অনিসিদি অনিসিনা চাননা তৌরম্বা ৱাংঙম মুরা তেম্বগী লৌন-লৈনবগী ৱথিনবতু অদুম তৌরম্মী মতমসিদা অমুক হন্না দরবার, চৈরাপ, পঞ্চায়তচিংবা ৱায়েলশঙশিং লিংখৎহনা লৌন-লৈনবগী ৱায়েল-ৱাতাই তৌনরকখি।

মনিপুরনা খৃঃ ১৯৪৯ দগী ভারত্তা তিনখিত্বনা খৃঃ ১৯৫০ দগী ভারতবর্ষ থুংনা ভারতকী সংবিধান চৎনবা হৌবদা মনিপুরসু ভারতবর্ষগী শরুক অমা ওইনা সংবিধানসি চৎনখি। মরম অসিনা মতম হুদগী হৌনা লৌন-লৈনবগী থায়েলসি সেসন কোর্ট, অমসুং ত্রিবুনেল কোর্ট লিংখত্তুনা সংবিধান অসিগী মথাংদা শেম্বা থায়েল-থাখুনগী মখাদা তৌরকখি। খৃঃ ১৯৬০ দা মনিপুরী কষ্টম থায়েল শেমদুনা ১২ থায়েল বিচারসি চপ্পরকখি অমসুং চখ্রি। ভারত সংবিধান চৎলকপদগীদি—মী অমগা মী অমগা খেন্নবা লৈতনা থায়েল তৌরে অত্থু থাচৎ-থানোম্বা অমসুং থানোমশেলগী মতেংনা ওচুম্বা বিচারগী পরিং থৈখিদবদি নত্তে।

## (২) থায়েল-চৈথাকশিং ঃ

মৈত্রবাকী মনিং-মখা তম্বা নিংথৌশিং পাললিংগৈ (খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা) গী মতমশিংদদি লৈপাক্কী থায়েল-থাখুন কায়না চৎলকপশিংদা পীরম্বা চৈথাকশিংসি য়াম্না শাথীরম্মী হায়বা য়াই। থায়েল চৈথাকশিংসি মী মী অত্থুগী মানা মানা তৌরকপা থৌরম-থৌওংগী মতুংইন্না থাথোক-থৌদোক্তুগী থাথি-থাহুম তৌদুনা অমসুং মত্থুগী থায়েল পরিং থারগা অমসুং তৌরগা পীনরম্মী। মথক্তা পীখবা থায়েল-থাখুন পরেং অনিসি ভাক্তুনা চত্তবা মীওইশিং হায়বদি থায়েল-থাখুনশিং অসিগী মায়োক্তা চৎলকপা মীওইশিংদা পীরম্বা চৈথাকশিংদি :[১৩]

(১) থাকোওবা (২) খুঙ্গোইনবা (৩) জাৎ তাহনবা (৪) লোই থাবা (৫) কৈ-লোই-নাই ওনহন্দুনা খুমাইগী মশাগী থাক্তগী হন্থনবা (৬) য়ুন্নাক-শাগৈ য়েক-শলাইগী য়েকলুপ-শলাইলুপকী খুই-মীয়ামগী ওইনা থৌ পুবা, মথৌ মতম তৌবীবা, পিবা ওইবনচিংবা থাহন্দবা, (৭) ফাদোক পীবা, (৮) মরল মথুম মৎপা, (৯) জাৎ তিন্নদবা লৌরুরগনা (ক) লৌন-লৈনরুরিবা জাতিদগী কাংলুপ ওনহনবা অমদি (খ) মশাদা নত্তনা মহাক্কী ইমুং-মনুং ফাওবা

চৈরাক ফংবা (১০) নুংশাদা ফোবা অমদি (১১) ফুন্দনা রারকপা (১২) চারোংতা থন্বা অমসুং হৃটিশনা পাংবা ১৩মদদি (১৩) ইম্বোকপনা মকওইবা চৈরাক ওইবা — অসিনচিংবনি।

লৌন-লৈনবা অমসুং মতুগী চৈরাক পীথিবশিংগী মরী লৈনবা থোদোক-রাথোক খর চৈথারোল কুম্বাবদগী লৌথকনা থুদম ওইনা মখাদা উৎচরি :—

(১) চনম শামুরোকী কুম শক ১৫৯৯ (খৃঃ ১৬৭৭)... মেরা থাদা ভাংবমচন্দ্র থোইবী রাকোংএ। ইবুংঙো লাংতে ভন্বা সুগ্নুদা থাই-এ। (লাঃ ৪৯)।

(২) চনম্বম চাওবগী কুম শক ১৬০৯ (খৃঃ ১৬৮৭) ... লাংবন ৫নি লৈপাকপোকপদা থাংজম কসোংগা কাংভবম চন্দ্র থোই-বীগা ২মা লংজনুনা শিএ। (লাঃ ৫৩)।

(৩) সুগ্নু ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৬৪ (খৃঃ ১৭৪২)... শাজিফু...২৪ নি লংমাইচিংদা য়ুন্নামগী মী, নুপা ১না মচন ২ কোইনদুনা নিপাদি সনাখোনবদা থাইএ, নুপীদি পাসারিদা থাএ (লাঃ ১০৬)।

(৪) শঙাইপ্রো লাইগী কুম শক ১৭০৬ (খৃঃ ১৭৮৪) হিয়াঙ্গৈ থা ২২ নি থাংজদা মোইরাং কোজেংবমগী মনিনা শেংবাই (সেকমাই) থা নুপী অমা লৌএ হায়দুনা শেংবাইদা নাই ওইহল্লে। (লাঃ ১৪৩)।

(৫) ...বাইখোম নাওসেক্কী কুম শক ১৭১০ (খৃঃ ১৭৮৮)... শজিবু থা ... ২৩ নি নিংথৌকাবদা লোইতোংবমগী নুপা ১না মতৈমা ঙংনৈএ হায়দুনা ঈথাইদা থাই-এ। (লাঃ ১৫১)।

(৬) থাংকা হেরাগী কুম শক ১৭২৮ (খৃঃ ১৮০৬)...ইঙা থা ... ২৭ নি লংমাইচিংদা মৈতেংঙু বাইরং পামহৈপানা ময়াং খাম-লৌপা অতুবু মতু পীদুনা খুনলিংহনপাপু পদ্মরাম হাজারীনা নতু পীপা য়াকুনো, নতু নাইরপতি নখোইগী লেপাক্লা হনথিবা ভয়রোই ছাইকইএ ছাইতুনা তম্মা মহাক রাংঙুদা থাই-এ। (লাঃ ১৮৬, খৃঃ ১৯৬৭ কী চৈঃ কুঃ দা)।

(৭) য়ুমনামপা ক্ষেমাগী কুম শক ১৭৭০ (খৃঃ ১৮৪৮)... মেরাথা... ৫নি নিংথৌকাবদা ফংলোম্বা লোলাইরোই ছিদংবু মচা থাজবা তৈতে চাইহুনা চন্দ্রশেখরদা থাইএ (লাঃ ২৮৮)।

(৮) লৈশাং দেবাম্বগী কুম শক ১৭৮৩ (খৃঃ ১৮৬১)... রাকচিং ৬নি নিংথৌকাবদা শলামমচা ১না বামোন কোনোক নুপী ১ লৌরমহুনা মতু-মরা ২মক হাওচোংবন্দা লোই থাইএ (লঃ৩৪৮)

(৯) শরোংথাইবম চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৭৮৫ (খৃঃ ১৮৬৩) ইংগেল থা ১৭ নি থাংজদা হিজবা সুবেদারনা মগুনুপী মতুম চম্নবু হৈরাইনহুনা মগুনুপীদি রাকচাংকৈদা থাইএ, শেল লৌহুনা থাদোকএ (লাঃ ৩৫৩)।

(১০) ...চনম্বা তুলহবগী কুম শক ১৭৮৭ (খৃঃ ১৮৬৫)... পোইনু থা... ২১নি ইরাইদা বেবহুইগী ১চনা মনাই নুপী লাম্নহুনা মচা শেমদোকএ হাইদুনা মাকৈথেলদা মনাই নুপীনে, নাওশুবী নিংথৌজাম্বীনে ২মা খুঙ্গোইনাএ, বেবহীগী মচাদি হৈরোক্তা লোই থাইএ। বামোন হেমাঙ্গগী মনাওদি হাওচোংবন্দা থাই-এ। (লঃ ৩৬১)

(১১) শোইবম বলসিংগী কুম শক ১৭৮৯ (খৃঃ ১৮৬৭)... হিয়াঙ্গৈ থা ... ১১ নি ইরাইদা থোকচাও চিরাই লাহ্নপচিংবনা মনাও-নুপী লৌএ হাইদুনা হাওজাংবন্দা লোই থাইএ (লাঃ ৩৬৮)।

(১২) .. তাওরিয়া কৃত্তিবাসিগী কুম শক ১৭৯০ (খৃঃ ১৮৬৮) ...মেরা থা... ৪নি লংমাইচিংদা থুরাইজমমচা কাংবুবেম্না অরা নুপী অমা পুরকপবু মরানা তাম্নরক্তুনা চৈরাপ্তা বিচার তৌনহুনা মরাদা থুরাইজম কাংবুরেম্না লুপা ৭০ পিখিএ। চৈরাপনসু লুপা ৩০ পীহুনা ময়ুম লৈপাক্তা হনহনখি-এ (লাঃ ৩৭৩)।

(১৩) মোইরাং চৈতন্যসিংগী কুম শক ১৭৯১ (খৃঃ ১৮৬৯)... কালেন থা... ২৭ নি থাংজদা নিংথৌজমগী মনাইনুপা ১, রাংখৈময়ুম ১না নুপী ২ পুহুনা অরাবম চেনখিববু ফারক্তুনা — মীনাইনিপাদি কৈথেন্দা য়ৈহুনা থাদোক-এ। নুপীদি মপুদা থাখিএ। রাংখৈদি ফাদোক্তা পীশিল্লে (লাঃ ৩৭৭)।

(১৪) মোইরাং চৈতন্যগী কুম শক ১৭৯১ (খৃঃ ১৮৭৯)... ইংঙাথা ... ২৪ নি থাংজদা তৌরাংবমগা অয়েকপমগা ওংনৈ হাই-তুনা হাওজোংবন ওইখি (লাঃ ৩৭৮)।

(১৫) মাইস্না দেবসিংগী কুম শক ১৭৯২ (খৃঃ ১৮৭০).. কালেন থা অহমোং লংমাইজিংদা কোম্বা ভাইলুপ্তা লৈবা ঈরোইবা য়ুমজাওবনা পাংঙন মুপী লৌএ হাইতুনা পাংঙল ওনহনখি-এ (লাঃ৩৮৪)

(১৬) মাইস্নাম দেবসিংগী কুম শক ১৭৯২ (খৃঃ ১৮৭০) ... পোইন্থু থা ২১ নি য়ুমশকৈশদা লাইশ্রম নিপা ১ না থোংঙামু মমৌ থোকপা ১ লৌ-এ হায়হনা হাওজোংবন ওইহনখি (লাঃ ৩৮৮)

(১৭) নাওরেম চাওবগী কুম শক ১৭৯৫ (খৃঃ ১৮৭৩).. মেরা থা...১২ নি ইরাই চুপিদা শ্রিযুৎ স্না থোংলেংবদা দোবা নিংভোন গৌহনা লৈবা বাংখৈনবু য়ৈতুনা থাদোকএ। (লাঃ ৪১১)

(১৮) নাওরেম চাওবগী কুম শক ১৭৯৫ (খৃঃ ১৮৭৪)... বাকচিংথা ...১৬নি থাংজদা মুপী চেনবগী বাথোক্তুনা য়ামবেম নিপা ১, বাংখেম নিপা ১, ২মা কৈথেল্দা য়ৈতুনা থাদোকএ। অথোকপম নিপা ১, ভাংবম নিপা ১, ২মাদি ফাদোক্তা পীশিল্লে (লাঃ ৪১৪)।

(১৯) থাংজম চাওবগী কুম শক ১৭৯৬ (খৃঃ ১৮৭৪)...ইংঙাথা নিনি লংমাইজিংদা শলাই ৭ মকৌ পিবাবু শ্রীগোবিন্দগী মাংগোম্বা কৌথতুনা শ্রীযুৎ মহারাজ থোক্তুনা বামন সভা, চৈরাপ, গারোং, অঙম-অথৌ পুম্নমা তিন্দনা চাথি-মৌথি, চন্থনিংভোন লৌনকবা লৌনফদবা, ঈাতম্নবা, পেন তিম্নবা, শলাই গোত্র নামুংনবা থৈবিক অসি লৌনকরোই, পাগ্রা য়ামএ, লৈপাক বারে হায়তুনা শ্রীযুৎনা স্নায়াথং হায়দোকখিএ (লাঃ ৪১৮)।

(২০) অপুজাম্বা কুলগী কুম শক ১৭৯৭ (খৃঃ ১৮৭৫)...কালেন থা ২৯ নি শগোনশেন্দা পাংঙন মুপা ১ মতৈমগী মচাগা ওংনরমএ হায়তুনা কৈথেল্দা ফৌএ (লাঃ ৪২৬)।

(২১) থাংচ্রাকপম চাওবগী কুম শক ১৭৯৯ (খৃ: ১৮৭৫)... থৱান থা ৪ নি লংমাইজিংদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দা মাণ্ডবতা লৈপাক পুম্নমক্কা লোইননা দরবার তৌএ, ৱাদি নুপীনা মরবাক লম্বোইবদা চণ্ডহুনা ৱানাইফরোই, বেপারদা চণ্ডহুনা পোৎ লৈফরোই। লম্বেন্দা নিংথৌগী, অণ্ডম্বগী ফত্তবা থুনক্তা— ঙাংনফরোই, ঙাংনরম্বা থোক্রবদি দণ্ডি তৌগনি (লা: ৪৩৪)।

(২২) থাংচ্রাকপম চাওবগী কুম শক ১৭৯৯ (খৃ: ১৮৭৭) ... লাংবনথা ... ২৮ নি ইরাইদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবতা লৈপাক্কী অণ্ডম-অথৌ পুম্নমক্কা শ্নাগৈ পিবা পুম্নমক্কা দরবার তৌএ। ৱাদি শাগৈ নথোয় নথোয়গী ঈতিন-পেন্নতিন্নবা লৌনফরোই হায়না তাকপিথি (লা: ৪৩৫)।

(২৩) হাওপুজাম্বা চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৮০০ (খৃ: ১৮৭৮) ... হিয়াঙ্গৈ থা -- ২৮ নি ইরাইদা য়াংলেমগা লাইশ্রমগা লৌনহুনা হাওচোংবন্দা থাইএ (লা: ৪৩৯)।

(২৪) হাওপুজাম্বা চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৮০০ (খৃ: ১৮৭৮) ... ইঙেন থা ... ১৩ নি ঈরাইদা য়েনকোকপমগা সনসমগা লৌনৈ হায়হুনা হাওচোংবন্দা লোই থাই (লা: ৪৩৮)।

(২৫) হৈক্রুজম চাওবগী কুম শক ১৮০২ (খৃ: ১৮৮০) ... হিয়াঙ্গৈ থা ১১ নি ইরাইদা মবুথৌ নোংশাবগী নিংথেমনুবী কৈথেল্লাকপীগা ল্লাই ফন্দারি শরোকথাইবগা ঙাংনৈ হায়হুনা মমল শেল লথা ২৫ হনলমএ (লা: ৪৪৫)।

(২৬) থোকচাও চাওথোইগী কুম সক ১৮০৩ (খৃ: ১৮৮১) কালেন থা ... ১০ নি লংমাইজিংদা লাইকম সিফাইদা লৈবা ফাঙ্গৌবম নিপা অমনা হাওনুবী লাননৈ হায়হুনা হাও ওনহনখি (লা: ৪৪৭)।

(২৭) খোইরুবা নবশ্যামগী কুম শক ১৮০৭ (খৃ: ১৮৮৫)

... ইঙেন থা ... ১৮ নি শগোনশেন্দা বামোন ফুরাইলাংপনা বামোন ব্রহ্মাগী মচানুপী চেল্লে হায়রুনা বামোন ফুরাইলাংপবু মতু মচা য়াওনা চাইরেন্দা লোই থাইএ (ল: ৪৬৫)।

(২৮) হৈস্নাম ধর্ম্মগী কুম শক ১৮০৫ (খৃ: ১৮৮৪)... পোইনু থা ১৬ নি ইমশকৈশদা য়াহেংবম নিংথৌন অমনা বামোন সিজগুরুময়ুমগা ভাওনৈ হায়রুনা, বামোন্না ভাওনদে হায়রুনা শ্রীগোবিন্দগী মমাঙদা স্না-লুপা লাকুবদা বামোন্না চুমলরুনা নুপীদি কৈথেন্দা খুঙ্গোইনৈ। মচাদি চাওবোক ওইহল্লে (লা: ৪৬৪)।

(২৯) নাওরিয়া শাজৌগী কুম শক ১৮১০ (খৃ: ১৮৮৯) ... কাইরেন থা ... ২৬ নি ঈরাইদা শোইবম মতৈ-মনাওনা সাহেবতা ফমদোম্নচ: নুপী অমা শেমএ হায়রুনা হাও ওনহনখিএ সাহেবতা ওংবীগী মমাবু হৈরাংগোইথোং কৈথেল, মোইরাংথোম কৈথেল, খুাইরম্বল কৈথেল, কৈথেল অচৌবা ৫ মদা শগাই শারুনা কৌএ (ল: ৪৭৬-৭)।

(৩০) লুবাংশংবা গৌরগী কুম শক ১৮১১ (খৃ: ১৮৯০) কাইরেন থা ২১ নি লৈপাকপোকপদা হাওবম মররক্তা লৈবা পোৎশংবমগী মতু, ইরেংবমচা স্নাখোম্বনা লানৈ হায়রুনা গারোৎতা পুথৎলকএ। (লা: ৪৭৯) পোৎশংবগী মতু লান্নবা ইরেংবদি শিএ, পোৎশংবগী মতুদি কৈথেন্দা খুঙ্গোইনৈ।

(৩১) সেকমাই ললিতোগী কুম শক ১৮১৫ (খৃ: ১৮৯৩)... লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অদু লুমিত্তা হৈরেন্দা লৈবা ওক্রনবগী মতুবু হিজবনা লানৈ হায়রুনা হিজববু হাংলে। ওক্রনববু খুননা পুথৎলকএ। বোর সাহেবনা মীহাং চুমদে হায়রুনা কাদোক্তা পীএ (লা: ৫১৬)।

(৩২) সেকমাই লবঙ্গগী কুম শক ১৮২০ (খৃ: ১৮৯৮)... কাইরেন থা ... ৬ নি ঈরাইদা লমজাওদা চৎপা নুপী ১ কারুনা লৌএ হায়রুনা পুলিস ৪ কাদোক্তা থমএ (লা: ৫৩২)।

( ৩৩ ) অস্ত্রো চাওভম্না চৈথাবা কুম শক ১৮৬১ ( খৃঃ ১৯৩৯ ) লম্‌তা থা ২ নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ ময়াঙ্গুং মচাগী মচা ইবেম্মা লাইশ্রম পাকাদা লুহোংএ। লৌনবা য়াদে মায়হুনা শ্রীযুৎতি য়াওদে ( লাঃ ৬৩৩ )।

( ৩৪ ) শোইবম গোবিন্দা সিংহনা চৈথাবা কুম শক ১৮৬২ ( খৃঃ ১৯৪০ ) শজিবু থা … ১৫ নি নিংথৌকাবদা চিংখমদগী হাও লৈশাবী অমুবী কৌবী অমা তুরেল অহনবী মচিন্দা লৈবা থাইদেম ইবোমচাগা লৌন-লৈনগনি হায়হুনা মা কোঙ্গুং কারক্তুনা শ্রীযুৎনা লাইমিং লৌবিহুনা লুহোংখি ( লাঃ ৬৩৫ )।

( ৩৫ ) অস্ত্রো সুরচন্দ্রনা চৈথাবা কুম শক ১৮৭০ ( খৃঃ ১৯৪৮ ) … লাংবন থা … ৫ নি য়ুমশকৈশদা নয়োন্দগী খাইরাকপম নিংডোন রানী কৌবী গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌহুনা পুথংলি ( লাঃ ৬৫৫ )।

অসিনচিংবা।

## রিফরেন্সশিং ঃ—


১ —ইরোম অমুবী সিংহ ঃ নুংলোন ( ইম্ফাল ) লাঃ ১।

২ —শ্রীলাইঃ ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং মিংথৌথোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ঃ মথকী লাইরিক ঃ লাঃ ৩৮।

৩ —মশিল ঃ M.S., (ii) খুলেম চন্দ্রশেখর ঃ মথকী লাইরিক লাঃ ৪২।

৪ —নিংথৌথোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ঃ ফমলোন ঃ লাঃ ৫।

৫ —N. Ibobi Singh : Manipur Administration ( 1709-1907 ) ( Imphal, 19 ) : P.

৬ —লাইঃ ৺ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র ঃ মথকী লাইরিক ঃ লাঃ ৭৬।

৭ —মথকীসিদা ঃ লাঃ ৯০।

৮ —খেলচন্দ্র ঃ ফমলোন ঃ লাঃ ৬।

৯ —শ্রীলাইঃ ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র ঃ মথকী লাইরিক ঃ লাঃ ১৬৯।

১০ —মথকীসিদা ঃ লাঃ ৫১৩।

১১ —মথকীসিদা ঃ লাঃ ৫২৬।

১২ —Govt. of Manipur : Manipuri Customs, 1960.

১৩ —শ্রীলাইঃ ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র ঃ মথকী লাইরিক ঃ লামায়শিংদি বারোলশিংগী অরোয়বদা পীজরি।


———

# ৱারোয়শিল

মৈতৈ লৈপাক্কী মী ফুরুপ-কাংলুপশিং অসি টিবেতোবর্মানগী মীওইশিংনা মীশিং য়ামজরবস্থু তাই[1] শিংগী লৈঙাকলোন অমস্থং খুন্নাইলোন চংপা জাতিনি[2] অদুগা মুপা-মুপী লোন-লৈনবা হায়বসিনা মীওইবা হায়বা মখোঙ অনি পানবা জিব অসিনা হেক পৃথিবীদা পোক্লকপদগী লৈরক্লবস্থু লুহোংবগী থৌরমসি করম্বা মতমদগী হৌখিবগে হায়বসি লাই-তীনগী অমস্থং লাইওই-তিনওইবগী ৱরীদা পানশিনবা নত্তনা অতৈদদি উবা-তাবা ফংনদে। অদুগুমদুনা মৈতৈগী নুহোঙবা/লুহোংবগী থেরমগী হৌরককমস্থ অমম্বা ফিজংগী মরূমদা লৈরি। অমুক টাই জাতিসিনা য়াম্না নিরবা জাতিনিনা লুহোংবগী থৌরমসি হান্নবা পাংথোক্লমগনি খজে। অদুগা মৈতৈ অসিনা টাইশিংগী চাদা-নাওদাগী শরুক য়াওবা অমস্থং মখোংগী মনাং চংনবনিনা মৈতৈগী নুহোঙবসি মখোয়না খুনহোং-খুংহোক্লকপদগী মখোয়গী শিংলি-নাওরীদা পুরক্লমগন্না হায়না থাজজে।

চংশ্রবা ইতিহাসকী খোঙচং হল্লকউ য়াদে৹ অদুগা অহোংবা অমদি অওনবা হায়বসিনা তাইবং মালেমসিগী লিচং ওইদুনা লাক্লবনি। অরিববু অনৌবনা শিনবা উরিবু উনৌনা পুনবা মীওইবগী থাদোকপা য়াম্রবা হৈনবীনি। মরম অসিনা মৈতৈগী নুহোঙববু লুহোংবনা শিনখিবনি অদুবু ওসি অসিনা ওরাংগী মচা ওইবনা অনৌবা লুহোংবসিদা অরিবা নুহোঙবগী মচাক থরদি চঙদুনা লৈহৌরি। মমিং হোংখিবনা মচং-মনাংপু লোৎতুনা থক লোৎতুনা থম্বা ঙমদে। চংখিবগী খুনামী খোঙ্গুল তাহৌবা হায়বসিদি মশানা তাজরবা ৱাফম্নি

মৈতৈ খুন্নাইদা নুপী লোনববুদি চংনৈ, নুপা লোনববুদি চংনাদে। অদুগা নুপী শিত্রগা লুহোংত্রবা নুপাদুনা অমুক লুহোংবদি য়াহল্লি, নুপীনা অনিরক লুহোংবা হায়বদি তুমন লুহোংবদি য়াহন্দে। হায়রিবা রায়েলশিংসিনা মৈতৈ লৈপাক-খুন্নাইদা নুপা-নুপীগী হক চপ মান্নে হায়বা য়াদে। নুপামা তরাগী মপু, নুপীনা কুনগী মকেম্মা হায়-রুরবদি ওক্তবী শীংদা চন্নে। হায়রিবা রাথলোনশিংসি হায়রবদি মপুরোইববু মতালোয় "ওইবীশিংনা মিৎনা উবা লাইগুম মীংনবসি হিন্দু ধর্ম্ম লৌরবা মতুংগী রাথলোম্নি হায়রনীংই। হায়রিবা রাথলোন অসি মৈতৈ পুয়াশিংনা শাক্ষী ওইদুনা য়েংলবদি মণিপুরগী খুন্ন'ইলোনগী ওল্লিবৈ (থায়নবৈ অমসুং মমাওবৈগী ময়ায় ওইবা মতম ফাওবা) গী মতমদা উবা ফংদে অমসুং লৈতে। রাফমসি থম্মোইগী ওইবা নুংশিবা[৩] অমসুং নুপী অমা-অনিথকী ওইবা রাকমদু শীংথাজন', হায়জবনি।

হিন্দু ধর্ম্মনা মী অমগা মী অমগা মাগী মগী পোক্লক-শাৎলকফম, মমা-মপাগী মতুং ইন্না খেন্নবা থক্কপনা মৈতৈদা বর্ন খেন্নবগী বাথল লৈত্রবসু পারী-পুরীদা অচৌ-অশাং, অকন-অথৌ অমসুং অঙম-অথৌ ওইরকপগী য়ুম্ফমদা মী-মীগী খেন্নবগী য়ুম্ফম থোল্লকখি হায়বা য়াই। মরমশিংসিনা মৈতৈ হিন্দু সমাজদা থায়নবৈদগী চারৌ-মৌলৌনরকপা ফুরুপ-কাংলুপ কয়া থাপতোক্লরকখি। অমরোমদা কাংলুপ-ফুরুপ তিন্নদবা লৌন-লৈনবসি মৈতৈ ওম্পাকী কৈ, লোই, নাই, মুসলমাননচিংবদা থন্নরকপসি মখোয় মখোয়গী খাইগী ওইবা ফুরুপকী ঈ মকশিনহন্দনবা তৌবদগীদি ফুরুপকী থাক অমসুং অচৌ-অশাং অমসুং পারী-পুরী থাংবগী রাথলোম্না হেম্না উবা ফংই। অদুগা মখোয়গী য়াইতোং-থমতোংবশিংনা কাংলুপ তিন্নদবা জাৎ মান্নদবা নিংতোল লৌবা থিংলবসু য়াত্রবসু কাংলুপ মান্নদবা নুপা নত্রগা নুপী লৌন-লৈনরক্লিবা মীশক অদুবু মখোয়গী ফুরুপ মনুংদা তিনশিন্দুনা, মায়গৈ

অমদা, অদুং অদুগা মায়থংবা অমদা মথৌ চাদবা হায়বনচিংবা তৌগদবা মখোয়গী কাংলুপ মনুংদা চনশিনখি। অদুবু মৈতৈ খুন্নাইদগি মখোয়শিংদু লোন-লৈনক্তগী মইহনা মশাগী হায়নগী ওইবা খুন্নাইগী থাক্তগী হুন্থহন্দুনা— কৈ, লোই, নাই, য়াইথিবী ওলহনখি।[৪]

মৈতৈ হিন্দু ব্রাহ্মনগী সমাজগী অমাং-অশেংগী অমসুং মৈতৈ অচৌ-অশাংগী লোলাম তোংনিংবগী বাকম অসিদা লাইমিং অনৌবা চন্দন কোংতৈ ওইরকখি। অদুগা মসিগী খুদোংচাবনা বৃটিশ খৃষ্টানশিংনা লোখি। অমদি তমদগী লাপথোকখিবনা মরল্লাই থাপতোকনখিবা চৌঙমী কুরুপ-কাংলুপশিংদা খৃষ্টান ধর্ম শন্দোক্কবা শেম শারকপনা খৃঃ ১৮৯৩-৯৪ দা কাংপোকপীদা মী খরা অমসুং খৃঃ ১৮৯৫-৯৬ তা উখ্রুলদা মী খর অনৌবা লাকপা ধর্মসি লৌখি।

খৃষ্টান ওইরবসু, মুস্লীম ওইরবসু, হিন্দু ওইরবসু অদুং তিন্নদবা, কুরুপ-কাংলুপ তিন্নদবা, ধর্ম তিন্নদগী অমসুং মনাং তিন্নদবা লোন-লৈনবা হায়বসিদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থোকই। নকু-তিন্নকুংবদি লৈমিন্নরকই, লৈবু লৈমিন্নরবদি তৌদোংদসু নুংশিরকই। হায়রিবসি মণিপুরদসু মীগী খুন্নাইশিং লৈমিন্নবনিনা অদুম্মক থোকই।

মণিপুরদা মুসলিমশিংনা খৃঃ ১৬০৬ কী মমাঙদা থুন্থোক্লকপা লৈরবসু[৫] মৈতৈগী লৈপাক নিংথৌনা শকথঙ-মায়থঙনা খুন্দা-লৈতাখিবদি পীজরিবা চহিসিদগীনি। মখোয়দা মৈতৈ নিংঙোনশিং পীদুনা লোন-লৈনহল্লকখিবনি। অদুবু মমৈদদি মুসলীমশিংসি মতমগী অওনবনা মখোয়গী বাংলসা থাক্তা শকুম ওল্লকখি। অদুবু মখোয়, মণিপুরদা খৃঃ ১৯১০ গী মমাঙদা খুন্দারম্বশিংদুনা মুস্লীম ওইনা "নিক" তৌবসি চপ চাবা হুকুমদা চৎনরম্মী হায়বদুদি থঙসা ওন্সগী বাংমদা লৈরি[৬] হায়রিবা চহিসিগী মতুংদগীদি চৎনরে হায়বা য়ারে।

মুস্লীমশিংগী লুহোংবসিদা অন্তরজাতিক থাক্তা চংনরিবা মথলশিংদি— (১) মুন্নিগী বায়েন্দা (ক) Valid (Sahib), (খ) Irregular

( Fasid ) অমসুং (গ) Void ( Batil ) অমদি (২) শিয়াগী য়ায়েলদা (ক) Valid ( Sahih ) অমসুং (খ) Invalid হায়বশিংসিনি।[৭] অদুগা শিয়া মুস্লীমশিংগী মরক্তদি মুটা নিকা ( Muta Nikah )[৮] সু চৎনৈ। মুসলীমশিংগী লুহোংবদি Contract নি হায়না মথক্তসু পল্লরে। অদুনা তলাক ( Divorce )[৯] সু তৌনৈ। অদুবু মণিপুরী মুসলীমসিংগী লুহোংবদি মৈতৈগী অরিবা লুহোঙবদা নকশিল্লি। মণিপুরী মুসলীমশিংসিনা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈবা মী কাংলুপ অমা ওইবনা মথোয়গী লুহোংবগী য়াফমসি চিথরম্বা য়াদবদগী পল্লম্বতনি।

মৈতৈগী লৌন-লৈনবগী য়ায়েলসি খৃঃ ১৯৬০ গী অদুরাই ফাওবা চেৎনা ঙাক্করম্বসু হৌজিক্তা মতমসিদদি কয়া থৌশানরক্লবগুম উবা ফংই। অপাম্বা থরতনা ঙাকচবা, খুন্নুংগী য়াথল ওইনা লৌনরক্লে। য়েক মশেল ফাওবদা য়েক ওম্মোক্লগা লুহোংবদগী হেন্দোক্লনা শাগৈ য়ুম্নাক মশেল ফাওবা লুহোংবদি লুহোংদনা লৌন-লৈনবা য়াওরে। য়ায়েল হায়বসি মীনা শেম্বনি মীনা থুগায়বা য়াই, চৎনসি হায়বগী চৎনবনি, ফগদবা য়েংহুনা তৌবনি। মফিগুম্বা চৎনবীগী মচেৎ মচেৎ-শিং অসিনা জাতিগী মনাৎ ( সংস্কৃতি ) শাগৎলগা মী ফুরূপ-কাংলুপ অদুগী মশক তাকলিবনি। মরম অসিনা ইতিহাসপু শাঙগদবা নত্তে, মুৎপ্রবা মনাৎপু থিদুনা নৈনরগা অনৌবা মচৎ-মনাৎপু থাঙ থাহন্দুনা মশা-মশাগী জাতিগী শক্তম লেপকদবনি।

—————

# রিফরেন্সশিং—

১ — P. Gogoi : The Tai and Taikingdoms
( Guwahati, 1968 ) : P.

২ — মথক্কীসিদা : টাইশিংগী মতৌক-মশুনশিংচু য়েংবিয়ু।

৩ — নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা পুয়া : M. S. নাওথিংখোংগা পেতভন্ডাগগী স্নংশিনবসি থম্মোইগী ওইবা স্নংশিবগী মশক্কি।

৪ — মথক্তা চৈথারোল কুম্বাবদগী লৌথোক্লনা উৎচখিবা খুদমশিং অহুদা য়েংবিয়ু।

৫ — কুলচন্দ্র, বডরুদ্দিন : মৈতৈ পাংগল হৌয়কফম ( ইম্ফাল ১৯৯১ ) লা: ৪৯—মৈতৈ পাংগলশিংগী অয়িবম শাগৈ-য়ুম্মাক য়েংবিয়ু।

৬ — মথক্কীসিদা : লা: ১৪৭।

৭ — H. K. Saharay : Family Law-Hindu Law & Mahamedan Law ( Central Educational Enterprises, Calcutta, 1987 ) : P. 74.

A marriage that fulfils the essential conditions is a valid marriage.

A marriage which is not a valid is either irregular or void.

When a marriage takes place with a woman pohibited by reason of consanguinity, affinity or fosterage, it is void.

The prohibition in this case ( i e. an irregular marriage ) is not absolute but temporary. It arises from an accidental mistake such as absence of witness.... The ... irregularities may be removed and as soon as these are done the irregular marriage.

৮ — মথক্কীসিদা : ল : 75

A Muta or temporary marriage may be tracted by a Shia Muslim. It is essential to validity of Muta marriage that the period colabitation should be find and that some do should be specified.

৯ — মথক্কীসিদা : লা: 76

Talak means dissolution of marriage.




---

